আরণ্ডণ নৃপমনি শাস্ত্রেত কহয় ।
দ্বাদশ মাসেতে শাস্ত্রে একবর্ষহয় ॥৪৫॥
বীজ পবনাদিক্রিয়া সর্ব্ব জীব গণ ।
বীজোদ্ভিদ বৃক্ষ শাখা সকল স্ফুরণ ॥
ভূমির উপরে বীজ সকল পাতণ ।
এইহেও তার নাম ভূপাতনা খ্যান ॥৪৬॥
মণিপুরাক্ষর শাস্ত্র এই নামাশ্বয় ।
পুরাতণ বৃদ্ধগণে চৈত্র নাম কয় ॥
আরণ্ডণশাস্ত্র মতে মাস অধিপতি ।
চৈত্রমাস বিষ্ণুনামদেব অধিপতি ॥৪৭॥
বৈশাখের নাম রাজ শুনহ কারণ ।
পরমেশ্বরদেব পুর্ব্বে শৃষ্টির কারণ ।
আকাশ পৃথিবী ব্যাপ্ত শৃঙ্গধরদেব ।
তারশৃঙ্গকোন কার্য্য টিকারিসেদেব ॥৪৮॥
আর মৃগ শৃঙ্গ খসি পুণ স্ফুরিলেন ।
এইমাস শৃঙ্গকার বলে পুরাতণ ॥
শাস্ত্রযুক্তে বৈশাখের অধিপতিদেব ।
শ্রীমধুসুদন নাম বৈশাখের দেব ॥৪৯॥
এহদ্বৈবসম্বন্ধও পাণ্ডত কহয় ।
জৈষ্ঠ নাম মাস কথা পণ্ডিত কহয় ॥
পুর্ব্বে পইরিত নাম রাজ্যে শাস হেও ।
এইরাজ্যে আইলেন পথে পুত্রমৃত ॥৫০॥
জৈষ্ঠ ত্রিবিক্রমদেব মাসাধি পতি ।
পুত্র শোকে অণুতাপ সহে সবকালে ।
এহ কাল যাপ মাস পুরাতন বলে ॥
এইমতে শাস্ত্র যুক্তে কহে সবরীতি ॥৫১॥
আষাঢ় মাসের কথা শুণ মহিপতি ।
পইরিত পুত্র মৃতেমহা ক্রোধ মতি ॥

মনিপুরদা চৎনরে । অহৗ ভূংদা ভাগবতী ব্রাহ্মনা নিংথৌদা হায়খি, হে মহারাজ ইবুঙো । ৪৫ ॥ জোতিষি পাঞ্জি হাইবসি থাক্লেংবা জীবগি মীৎনি । ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ, কৌবা ধর্ম্ম মরিমক্কি, অহগা থা ১২ অসি ফেদগা, মৈতৈগা মমিং তিন্নদে, থা ১২ অসিবু চহি ১ কৌই । ৪৬ ॥ মৈতৈ ঐথোইনা পুপাদা মরু মরাং ছরৈ, হুল্লিবা, মরু মরাং অহুনা হৌরগা ঈশ্বরগী সেবা চৎনৈ, পৃথীদা মরু মরাং তাই হাইহুনা মৈতৈ (ভূপাতনা) লমতা কৌই । ৪৭ ॥ মহারাজ ইবুঙো লমতা থা হাইবসি মৈতৈনা ঐথোইগী থা মমিংনী । বেদনা চৈত্র মাস, কৌই (চৈত্র মাস) লমতা থাগী মপুদি শ্রীবিষ্ণু দেবনা মপুনি ॥ ৪৮ ॥ শজিবু হাইবা থাগী মরম হায়খকে, শ্রীভগবান্না স সার সেম্মকপা কান্দা, আকাশ পৃথীবী থুনা মচি পানবা লাই অমা য়াওরে, মাবু থম্বা যাত্রহুনা মচি অহু ভগবাননা ফুক্‌থোক্‌না লংথোকখি । ৪৯ ॥ অমনা শজি হাইবা সা অসিগী, মচি অসি থা অসিদা হুক্‌তোক্‌না কেল্লি অহুগিদমক থা অসিবু শজিফু কৌই, হৌজিক মৈতৈনা চৎনবী ওইহুনা সজিফু থা হাইনা থংবৈ । বেদনা বৈশাখ মাস কৌই, থাগী মপুনা, শ্রীমধুসুদান কোবা লাইনী ॥ ৫০ ॥ চৈত্র, বৈশাখ (লমতা, শজিবু থা অমি অসিবু বসন্ত ঋতু কৌই । কালেন হাইবা থা অসিনা মমাংঙৈদা মনিপুর দেশ অসিদা খুন ভাগে লৈপাক শেমগে হাইহুনা, পোইরৈতোম্বা খুম্বোকৃয়কই, মাগী মুপি লৈনাও তাবীনে, মচামুপা, শিংমিৎ শিংদবুং তবুং শিংমিননবনে চীংথং মন লাইমানবনে, কৌ শংবাই ১নে, পুহুনা খুম্বোরকপদা লমথাংদা মচাহু শিরে ।

সেই ক্রোধে দুর্ভিক্ষেয় ছত্রাক হইলে।
যেহেতুক ক্রোধ মাস পুরাতণ বলে ॥৫২॥
আষাঢ়ে বামন দেব মাসাধি পতি।
শাস্ত্রে যুক্তে দুই মাস গ্রীষ্ম ঋতু উক্তি ॥
আষাঢ়ের কথা শুণ যেই আর হয়।
যমুনা নাম নক্ষত্র আকাশেতে রয় ॥৫৩॥
মর্ত্যে মর্ত্যে তারা সব স্বভাব এই রীতি।
হকু নাম ছয় ব্যাধ তাহাদের পতি ॥
জৈষ্ঠ আষাঢ়ে যমুনা ছয় পাত সঙ্গে।
মর্ত্য ভুমি আইলেন কামাচারী রঙ্গে ॥৫৪॥
ভুমি পাড় তারা সবে কামাচার মাত।
সেই কাল ঝিল্লী কাট তাহার সন্তুতি ॥
যমুনা কাহল তোরা শব্দ মাত্র কর।
আষাঢ় মাসের কাল তোরা সভে কর ॥৫৫॥
আমা সভে আকাশেতে কালভেদ করি।
ক্রমতে আষাঢ় মাসে জন্মিল ঝিল্লরী ॥
আষাঢ় হইতে ঝিল্লী শব্দ সভে শুণ।
মণিপুরাক্ষয় শাস্ত্রে এপ্রসঙ্গ শুন ॥৫৬॥
আরশ্রাবনের কথা শুণহ রাজন।
পইরত পুত্র মৃত্যু পায় লোকে যণ ॥
খণ্ডদেব নাম সেই ঈশ্বর তার বলে।
কারপুত্র ছাওয়াল তোমি কহ ভালে ॥৫৭॥
আমি পইরত পুত্র বালক কাহল।
তাহা শুন খণ্ডদেব চিন্তাযুত হৈল ॥

৫১ ॥ মচা শিবগা, খুংডাইতনা. লাকহুনা খুন্তারে, খুন সেমলে, লৈরে, অদুমাদ ওইরগা মচা খুংশিবগী মৈচাক খাংহুনা মতম লোল্লি। অদু লৌহুনা, ( পাওৎসনা ) শুরুজন্ম ( কাল যাপ ) কালেন কোই, মৈতৈনা কালেন অসাওথা হাইবৈ। বেদনা জৈষ্ঠ মাস কোই খাগী মপুনা, ত্রিবিক্রম কোবা লাইনি। ৫২। হে মহারাজ ইংডা খাগী রা হক্লকে, পোকরৈতোম্বা মচা শিখিবহুগী শাওবনা, পৃথিসাদা নমথীবা মনম ওইহুনা কাওরে, মহুগী মমিং (ছত্রাক) লৈসনম কোই। মরম অদুদগী মৈতেগী শুরুজনাশংনা ( ক্রোধমাস ) হংডা অসাও থা কোই। ৫৩ ॥ বেদনা, আষাঢ় মাস কোই, খাগী মপুনা বামন কোবা লাইনা, কালেন, ইংডা থা অনসিবু,, গ্রীষ্ম ঋতু কোই। অহুগা, হংডা খাগী রাবসে শুরুজন্ম অমসুং লেংডাম্মু, আকাসদা থোকলিবা, যমুনা কোবা থরানামচাকাশনা। ৫৪ ॥ চাহ খুদিংগী, হেকুব্যাধ কোবা মচিন মনাও ভরুক, আসদা মপুরোইবা ওইহুনা, কালেন হংডা থা আসনে ( মর্ত্যভুমি ) পৃথি আসদা কোইহুনা সান্নে। ৫৫ ॥ পৃথি আসদা মনিংতম্বা সান্নবদা গর্ভগী লক্ষন ওইরে, অদুগা পোকললকপাদ ( ঝিল্লিকীট ) হার নিংনাং ওইনা পোক্লে, অদু উবদা, যমুনানা হাই নথোয়সে, পৃথিসদা অমুম লৈরো, অদুগা নথোইনা থোংবাদ ইডডা ইডডা হাইনা থোংডু। ৫৬ ॥ ঐথোয়দ আকাশদা চৎলগে নথোইবু য়োকপা ওম্মরোই, ওনলকপা, ইংডা কালেন, ভাইহুনা লৈরুরগে, চৎথ, অদুনা ইডডাদ, পোকপা, নিংনাংনা ইংডাদতা থোংডি,, অদুনা ইডডা থা কোই ( মনিপুরাক্ষর সাস্ত্রে ) মৈতে পুরান্দা আস লেংডা। ৫৭ ॥ ইংডেন থাগী রা হাইজররগে, পোইরৈতোনগী মচা শং মিৎসিংদবু তবুংসিংমিন্নবা শিখিবদো ( খণ্ডদেবনাম ) থোডারেন য়োরে, বেদনা মাবু যমরাজ কোই মৈতৈনা থোকারেন কোই অদুথা লাইনা হংই।

কহে তোমা শোকে পিতা বহুত সন্দেহ।
অতএব মনুষ্য লোকে তোমি পুন যাহ ॥৫৮॥
এত বলি এক পুষ্প তার হাতে দিল।
গুরুবাক্যে সেই নাম পুণক্রিয়া হৈল ॥
শ্রাবণ মাসের নাম যেগ্য পুষ্প হৈল।
সেই হৈতে সেই পুষ্প এদেশেতে হৈল ॥৫৯॥
এতেও শ্রাবণ মাস কহে পুরাতন।
শ্রাবণে শ্রীধর এই শাস্ত্রের কথন ॥
আর ভাদ্র মাস কথা শুণ নৃপমণি।
পুর্ব্ব কালে ঈশ্বর স্থানে শক্তি দেবী বাণী ॥৬০॥
শক্তিদেবী বোলে প্রভু আমার বচন।
তোমা শৃষ্টি হেতু আমি ভারের কারণ ॥
অতএব এইভার সহেনা পারিল।
এতবলি শক্তিদেবী নিশ্বাস ছাড়িল ॥৬১॥
এই হেতু দুঃখ মাস পুরাতণ বলে।
আর শাস্ত্রমতে এই ভাদ্রমাস বলে ॥
ভাদ্র মাসে হৃষী কেশদেব অধিপতি।
শ্রাবণ ভাদ্র এদুই বর্ষা ঋতু ব্যক্তি ॥৬২॥
আর আশ্বিনের কথা পুরাতণ বলে।
দেশ সাধ্যে পইরিত এদেশে আইলে ॥
পাশে শিলাবদ্ধ দ্বার দেখরূপ বৃষ।
শৃঙ্গ দিয়া খুলিলেন সেইত অক্রোশ ॥৬৩॥
স্থান হৈতে তার পুত্র বিষবল চলে।
এইহেতু চলমাস তাহারেও বলে ॥
আবদ্ধ রবন্ধ হেতু বন্ধ নামকয়।
শাস্ত্র যুক্তে আশ্বিন মাস ইহারে বলয় ॥৬৪॥
অশ্বিনে পদ্মনাভ মাসদেব কহে।
তার কার্ত্তিকের নামদেশ পুথি কহে ॥

হংগু হে ইবুংঙো নং আস কনাগী মচানো। ৫৮॥ অঙাংনা খুস্মি, পোইরৈতোনগী মচানি। অদু তাবদা (গুরুদেব) যমরাজনা হাইএ। হে অঙাং নংবু কাইনবদগী নপানা, পোইরৈ খুন্দাবা শুস্মরোই, নংদি শিবা য়বা মতম নংত্রি, হল্লো। ৫৯॥ অদুগা লৈ পাম্বি অসি পুখো, নিংশিনা থাক্ল, অদু তাবদ লৈ পুদুনা হল্লক্লে। মপাগা মচাগা উন্নরে হরাওংরে লৈ অদু থাদুনা শাংলি, মমিং ইংঙেন লৈ কৌই, লৈ অদু ইঙেন থাদা শাংলি লৈগী মমিং কৌদুনা ইংঙেন থা কৌই। ৬০॥ বেদনা শ্রাবণ মাস কৌই, ইংঙেন থাগী মপুদি শ্রীধর কৌবা লাইনি। হে মহারাজ থরান থাগী রা হাইজরগে, মমাংদৈদা শ্রীভগবান্দা শক্তি দেবীনা হায়জে। ৬১॥ হে ঈশ্বর ভগবান ইবুংঙোগী (শৃষ্টী) সেমলিবা পৃথগী অরুথসে পুবা রারে, অসি হাইরগা (শক্তি দেবী) পৃথী মাতানা অরাবা শ্বাস হেনখি। ৬২॥ মরম অদুদা গুরুজনশিংনা (দুঃখ মাস) থরাই রাবা থানি হাইদুনা থরান থা হাইনা কৌনৈ, মতম অসি জাবগী অরাবা থানি। বেদনা ভাদ্র মাস কৌই থাগী মপুনা হৃষিকেশ কৌই, ইংঙেন, থরান, থা অনি অসিবু বর্ষা ঋতু কৌই। ৬৩॥ মথং লাংবন থাগী হজংলগে, মবক্তা হাইজ্রিবা, পোইরৈতোন্না মনিপুর অসিদা খুথোক খুন্দাক্লনী লাকপসি, (নীলকণ্ঠগিরী) নোংমাইজিংগী চিংথৈ পাংবা অসিদা লংকপদা সংকং হাইবা লম অসি য়োবদা মুনা পন ওইনা থীংখিবনা লম্বী কাওদ্রে। অরদা মাগা লোইনরুপা, চৌংথং বন লাই মানবনা মচিনা কোংদুনা লংথোকদুনা লম্বী সেমদুনা লাকই।

পইরিত্ত পুত্র মৃত্যে খণ্ডদেব কহে।
তোমা পিতা দ্বার খুলিদেব রূপসেহে ॥৬৫॥
জীবের কারনে সেই কৃষ কর্ম্মকর।
কৃষকালে অরআদি এই সব্দ কর॥
এইহেতু এইনাম আরমের নাম।
শাস্ত্রের প্রধান ইথে কার্ত্তিক হয় নাম ॥৬৬॥
কার্ত্তিকের অধিপতি দামোদর নাম।
আশ্বিন কার্ত্তিক দুই শরৎঋতুনাম॥
শুনরাজা মার্গশীর্ষ মাসের বিচার।
এদেশ শৃষ্টির কালে দেবসে কৌবার॥
শীত উষ্ণ কালাচার করে সমর্পণ।
ভুমি শৃষ্টিশেষ ভাগ রহিল পতন॥

তারে গুপ্ত গিরিস্থানে করিল স্থাপণ।
সেই হৈতে স্থাপগিরি করিল অখ্যাণ ॥৬॥
শেষহের অঙ্গভুমি এই সব্দখ্যাণ।
তস্মাত হেয়াঙ্গমাস করিল ব্যাখ্যাণ॥
শাস্ত্রমতে অগ্রহায়ন মাসাভিধাণ।
মাসের দেবতা এই কেশবাভিধাণ ॥৬৯॥
পুষ্যাযুক্ত মাস কথাশুণ নরপতি।
গুরুনামে সেঈশ্বর তিনই সন্তুতি॥
তিন পুত্রে মহিমাকে জানাবার তরে।
কুর্ম্ম গিরি হৈতে গুরু নদীতেসন্তরে ॥৭০॥
কনিষ্ঠ জানার হেও হৃদি দৃঢ় কৈল।
উনবিংশাব্দের অর্থ মন ব্যাখ্যা কৈল॥

---

৬৪॥ মকম অহুদা মচা কাওরম্বে (মচাকাওবা মকম অসি সংকৎ কৌনরি যমগী মশক মানবা নুং কয় মরুম লৈএ) মরম অসিনা থা অসিগী, মমিং (চহম স) অচৎ লাংবন থা কৌই, অমনা লম্বী থাংজি, হাইরুনা লাংবন, থা কৌই, অনি অসিনা পুন্নগা অচৎ লাংবন থা কৌই। বেদনা আশ্বিন মাস কৌই। ৬৫॥ থাগী মপু পদ্মনাভ কৌবা, লাইনি। হে মহারাজ ইবুংঙো মেরা থা হাইবা অসিদা মৈতৈ ঐখোইগী পুরানগী রা চংজি, মথক্তা হাইব্রিদা, পোইরৈতোনগী, মচানা যমরাজদগী হল্লকপদা খণ্ডদেবনা হাই হে অঙাং নংনা, নপাবুংদা তম্মু, নংনা পুরকপা যন অহুনা। ৬৬॥ জীবগী হিংনবগীদমক, লৌ খোইনৌ, অহুগা যম্না য়েংতা ওইদ লৈখোক লৈশিন তৌনবদি, অর মের তিতি হাইহুনা মরোন পিয়ু। অহুগা মান পোরকপা কৌ অহুনা, হুনলু তাকলকই পাও অসি মচানা মেরা থাদা মপাদা তম্মি অহুনা মরম ওইহুনা (আর মের নাম) আরমেরা থা হাইনা থংনৈ। মানা পুরকপা কৌনা, চহাও পোইরৈতোননি। লৌ উকমনা সেল্লো লমস্নাইদনি। মানা হোরম্বা মৈনা অন্দ্রোদনি। যম্না, সজিক চাকমনা সম্বোক খুন্দনি। বেদনা কার্ত্তিকমাস কৌই। ৬৭॥ থাগী মপু লাইনা দামুদর কৌই। লাংবন, মেরা থা অনিসিবু শরৎ ঋতু কৌই, মথাসিদা হিয়াংগৈগী রা হাইজরগে, মনিপুর লৈপাক অসি সেম্বা কান্দা (কৌবার) কৌক্রু কৌবা লাইনা। ৬৮॥ (সীত, উষ্ণ) অম্নিংবা অসাবা হাইবদি, অতোংবনা তংখাই অমা, থোনগংলে, উষ্ণ কৌই। অকুৎপা তংখাই অমা লেমহল্লে, শীত কৌই মরমদি অতোংবা, অকুৎপা। অহুগা অম্নিংবা অসাবা নাইত্রবদি পানবা য়ারোই অহুগীদমক সেম্বনি। অহুম সেম্বদা, অরেম্বা অদো (গুপ্তগিরি) কংলাদা পৈথংখি, অহুদগী (স্থাপগিরি) পৈবহুনা হাম্না কংজি হাইহুনা কংলা কৌখি। ৬৯॥ মনিপুরগী লৈপাক সেম্বদা (শষহের অঙ্গ

পুষ্যার কারণ এই নামাম্বয় হয় ।
শাস্ত্র মতে পৌষমাস তাহারে কহয় ॥৭১॥
মাষাধিপতি দেব নারায়ণ নাম ।
মার্গ শীর্ষ পৌষমাস হেমন্ত ঋত নাম ॥
মঘাযুক্ত মাস কথা শুণ নৃপ মান ।
পুর্ব্বে ঈশ্বর শক্তি দুই শৃষ্টি মাণ ॥৭২॥
কোণ মতে জীব গণ কারব পোষণ ।
এই হেত্ত দুর্জন বহু দুখ মন ॥
শুপ্তাগারি ঘর্ম্ম যুক্ত খোইলদেহমন ।
দুঃখ হেতুদুঃখ মাস বলে পুরাতণ ॥৭৩॥
দেহমন স্থাপ হেতাগার স্থাপ নাম ।
শাস্ত্র মতে মাঘ মাস কাহলেন নাম ॥

মাঘাধি পতি দেব মাধবা নামাখ্যাণ ।
পরমাস নামদ্বয় শুণহ রাজন ॥৭৪॥
শৃষ্টিকারীসে ঈশ্বর লোকাহত মাণ ।
নীচ ভুম স্থানে শ্বর কারলা স্থাপানি ॥
এই মাসে শুভ হেত্ত বায়ু রূপে বহে ।
বায়ু বাৰ্দ্ধ মাস এই ফাবর্দ্ধ কহে ॥৭৫॥
ফাশব্দে ইকারান্ত রেকারান্ত শব্দ ।
এদেশের নামাম্বয়ে কহে এই শব্দ ॥
শাস্ত্র মতে ফাল্গুন মাস এই নাম কয় ।
মাসাধি পাত দেব গোবিন্দ কহয় ॥৭৬॥
মাঘ ভাল্গুণ দুই মাস শিশির কহয় ।
বার মাস ছয় ঋত পণ্ডিত কহয় ॥

ভুম ) হকচাংগা মশক ওইবা, লেপাক বর লোম্মু হায়দুনা ( হেয়াঙ্গ মাস ) হিয়াংগে খা কৌই। বেদনা অগ্রা হায়ন মাস কৌই। থাগী মপুনা কেশব কৌবা লাইনি । ৭০ ॥ হে মহারাজ হবুংভো, পোইন্নু থাগী রার হঙ্গৎকে। শুরু ভগবাম্না মচা ইবুংভো ৩ পোকই । মচা ৩ গী মশুন খংনংদুনা, গুরু ভগবাম্না ( বিজয়ানন্দী ) হফাল তুরেন্দা, ময়া তৌদুনা মচাবু লংনাখ, অহম্নে মথংনে আননা শুরুবু খংভি, অতোনবাদ খংখিদে। ৭১ ॥ মচা অতোনববু মপা মশক খংহন-নিংদুনা গুরুনা রামনা রাখি, মৈতৈ এখোয়না ( উনবি ) হাইরগা থরাই খংনৈ, অদুদা মচাবু ( উনবি ) কৌই, ময়মাদ থরাইদগী মচানা হেম্না লুনা তৌই, অদুর্না। পুষ্যা, হায়বদি মমে হায়বান অদুনা মচা অতোনববু পুষ্যা কৌই। অতোনবা মচাগী শুরুনা রাই হাইদুনা গুরু-জনাসিংনা পোইন্নু খা কৌই। বেদনা পৌষ মাস কৌই। ৭২ ॥ থাগী মপু লাইনা নরায়ন কৌই। হিয়াংগৈ, পোইন্নু খা ২ বু হেমন্ত ঋতু কৌই। হে মাহারাজ রাকচং থাগী রা হঙ্গৎ-লগে ঈশ্বরগা, শক্তি দেবীগনা, জীব সেম্নে। ৭৩ ॥ সোম্রবা জীব অদুবু করম য়োকাগগে, আননা রানা খম্নে অদুদগী, ( গুপ্তাগার ) কংলাদা ফম্নগা, বাথন্দা রাবনা হকচাংদা হমাং ঙোই। অদুগী মরম লৌদুনা শুরুজম্না ( দুঃখ মাসঃ ) রাকচিং খা কৌই । ৭৪ ॥ শুরুগী পুক্নি হকচাংনা অরেম্না মকম্নি হাইদুনা কংলাবু স্থাপগিরম্বং কৌই। বেদনা মাঘ মাস কৌই, থাগী মপু লাইনা মাধব কৌই। মথা কাইরেন থাগী রা হঙ্গৎলগে। ৭৫ ॥ মানিপুর দেশ আসবু সেমগলবা ঈশ্বর-না জীবগী কনবগীদমক, মথক্তম্নু হাইগ্রবা অনেম্বা, অকুৎপা সেমাগ্রবদো, কংনবা হাইদুন, নুংশিৎ অসি য়াম্না শিৎহল্লি। ( বায়ু বৰ্দ্ধি মাস ) নুংশিৎ য়াম্না শিৎপা খা অসে, নুংশিৎ শিৎপা মরমদগী পোৎ-চৈ, শমনা নাচিংবা, ইফা ফাই হাইদুনা শুরুজম্না, ( ফাই ) শব্দ লৌরে। ৭৬ ॥ ফা, শব্দনে,

নারায়ন হৈতে চও ব্যূহ পরকাসে ।
আবরন রূপে চারি দিকে যার বাসে ॥৭৭॥
চারি দেবের অঙ্গে পৃথক তিন তিন মূর্ত্ত ।
কেশবাদি যাহা হৈতে বিলাসের পুর্ত্তি ॥
চক্রাদি ধারণ ভেদে নাম ভেদ সব ।
বাসুদেব কেশব নারায়ন মাধব ॥৭৮॥
শঙ্কর্ষণ গোবিন্দ বিষ্ণু শ্রীমধুসূদন ।
এঅন্য গোবিন্দ নহে ব্রজেন্দ্র নন্দন ॥
প্রদ্যুম্ন মূর্ত্তি ত্রিবিক্রম বামন শ্রীধর ।
অনিরুদ্ধ হৃষীকেশ পদ্ম নাভ আর ॥৭৯॥
দামোদর দেব বার মাস বার জন ।
এদেশ পুরাণ আর শাস্ত্রের কথণ ॥

এই সব মিশ্র কিরি কহি মর নাথি ।
এরূপে সানন্দ করি রহে নৃপ সাথি ॥৮০॥
তর পরে কত দিনে বর্ষ পুর্ণ হৈল ।
ভাগ্যচন্দ্র নরপতিজৈষ্ঠ রাজ্য দিল ।
তবে কত দিনান্তরে কাল প্রাপ্ত হয়া ।
গৌরশ্যাম নরপতি মৃত্যু পথ পায়া ॥৮১॥
ললাটে লিখিল যবে ষষ্ঠী পুজাদিনে ।
শ্রীহরি শঙ্করব্রহ্মা নাজায়ে খণ্ডনে ॥
রাজা মৃতে ভাগ্যচন্দ্র অশৌচাদি করি ।
বেদেরাবধাণ মত যথা বিধি করি ॥৮২॥
শ্রাদ্ধক্রিয়া শান্তিকর্ম্ম করে সমাপণ ।
শাস্ত্র রীতেব্রহ্ম নাদ্যে করে নানাদান ॥

হশব্দনে অহুনা মকোক থংলগা, রেগা, নগা হাপ্লুনা কাহরেনথা কোনে। বেদনা ফাল্গুন মাস কোহ। থাগী মপু লাইনা গোবিন্দ কোই।

৭৭ ॥ রাকাচং, কাইরেন, থা অনি অসিবু, শিশর ঋতু কোই। চহি অমা হাইবসি থানা ১২ নি, ঋতুনা ৬ নি, অহুগা বেদনা লাউরি মহারাজ ইবুঙো পাবে'্যাম নাথ নরানগী হকচাংদগী বেহুগী মশক ওইবা, বাসুদেব শঙ্কর্ষন, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ, মরি পুথোক্র ৭৮ ॥ লাই মরি অসিনা ৩ অহুম পুথোক্লে, কেশব কোবা লাইনাচংবা ১২ সে বিলাস কোব মুর্ত্তান। সঙ্খ, চক্র গদা, পদ্ম, হাইবা থুনায় পাইবগী মতুং ইন্না মামং থোক্ল। বাসুদেবনা, পুথোকপনা, কেশব নরায়ন, মাধব, অহুম আসানি ॥ ৭৯ ॥ শঙ্কর্ষননা পুথোকপনা, গোবিন্দ, বিষ্ণু, মধুসূদন ৩ সিনি গোবিন্দ হ ইবাস যশুদাগী মচা গোবিন্দ নত্তে, মিং মায়বান। প্রদ্যুম্ননা পুথোকপনা ত্রিবিক্রম বামন, শ্রীধর ৩ সিন। অনিরুদ্ধনা পুথোকপনা, হৃষীকেশ, পদ্মনাভ ॥ ৮০ ॥ দামোদর, ৩ সিনি থা ১২ আস পুথোকলীব লাহ ১২ অসিনা পুহ, হে মহারাজ ননাইনা হংগংলীবা অসি বেদ শস্ত্রগীনী। মৈতৈ ঐথোইগী পুরানগী রাসু মাওজরবান, অসুন্না ভাগবতি ব্রাহ্মনা, রাম লিহুনা পুংডাইনা মতম লেপ্লে। ৮১ ॥ অহুগী তুংদা চহি অমা হাইবহু কায়রুনা ভাগ্যচন্দ্রনা মন্নাসুং গৌরশ্যামদ নিংথৌ সিন্নরে। গৌরশ্যাম নিংথৌ ওইহুনা লৈরকপনা মাগী পুন্সি লোইরহুনা হকচাং হায়বা, কব ওমজ্রহুনা, লিলা লোইরে (শিরে) ॥ ৮২ ॥ ম ওইবগী পুন্স হাইবসি লাইবক্তা ইশ্রবনি, শ্রীহরিনা, মহাদেবনা ব্রহ্মানা কনবা ঙমদে. মন্নাহা নিংথৌনা, শিরবদা, ভাগ্যচন্দ্রনা, হৌনবি বেদগী বিধি কর্ম্ম তৌই। ৮৩ ॥ শিব সুমিত্তগী মথং মথং শ্রাদ্ধগী কর্ম্ম

শ্রাদ্ধঅন্ত ভাগ্যচন্দ্র রাজা সনেবৈসে।
প্রজাসনে নীরপাত সভা করিবৈসে ॥৮৩॥
পিতৃব্য অনন্ত স্বাহামন্ত্রি করাইল।
রাজা প্রজাসঙ্গে তথা আনন্দ হইল ॥
একদিনে সভাকরি দরবার করে।
রাজা মন্ত্রি পাত্রগণ প্রজা সভা করে ॥৮৪॥
সভা আগে মন্ত্রি চাহিবাক্য চালাইল।
মন্ত্রিবর পিতৃব্যদেব শুণ আমাবল ॥
আমার পালক তোমি পুত্ররসে মানিবা।
মোর ভালমন্দ সবতোমিসে দেখিবা ॥৮৫॥
খুড়া আদি প্রজাগণ আমার বচন।
তোমা সভা প্রেয়হেতু রাজাদ্বইজন ॥
তোমা সভা ঋণ আমিশোধতে নাপারে।
এইভাল এইমন্দ কহিবা আমারে ॥৮৬॥

জৈষ্ঠ ভাই গৌরশ্যাম পরলোক গেলা।
আমার দুর্ভাগ্যহেতু হৃদয়ে মানিলা ॥
গত কার্য্য অনুসোধি মুখ'মধ্যেগণি।
অতত্রব চিন্তাকরি ব্যর্থ চেন মাণি ॥৮৭॥
জেষ্ঠভাই রাজ্য কালে যেহৈল কারণ।
মোর মামা খেলসিংহ যেসীমা মাগেণ ॥
নাদিলেন সেইহেতু বড়লজ্জা হৈয়া।
যাচিলেন রত্নপুরে বড় দুঃখি হিয়া ॥৮৮॥
তেকারনে রত্নরাজা সন্ত পাঠাইল।
ব্রহ্মাসনে মণিপুর মহাযুদ্ধ হৈল ॥
জয় নাহি আমাসবে ভাগে গিরিবনে।
রত্নগেলে পুনর্ব্বার বসি রাজ্যাসনে ॥৮৯॥
এবেদুষ্টমতি মমা করিবে কোনকার্য্য।
এইমনে দিবানিশি হৃদিহৈল ধার্য্য ॥

তোরকপন', অরোইবা কর্ম্ম পুমিৎতা ব্রাহ্মন করাদা সনা লুপা দান তৌই। কর্ম্ম লোইরবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ সিংহাসন কারে ॥ ৮৪ অনন্তসাই মান্ত্রিনা, বড়মন্ত্রি ওইহনা, প্রজা সভা চোঙ্গা তিল্লি। ৮৫ ॥ সভা ময়াইদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা, বড়মন্ত্রি অনন্তসাই য়েংহনা হাইজরকই। ইপাগা পোক্‌মিনবা খুড়ানি হৌজিক্ ঐবু পোকপা, ঈপাবুং শ্যামসাই সেবা কংগ্রে ঐবু হৌজিক খুড়াইবুতোনা ইচামক্কি হাইহনা য়োকপির, ঐনসুং ইপামক্কি নিংজৈ নচাগী অক কত্তা পুন্নমক্ য়েংবিরি ॥ ৮৬ ॥ অদুগা মানপুরগী প্রজা থৌবক্কা সুংশিবিহনা, ইচিন ইনাওবু নিংথৌ ওইহল্লে। প্রজাগী লমন ঐনা সিংবা ঙম্মরোইদবনি, হৌজিকসু অক অত্ত য়েংশলবিয়ু :-
৮৭ ॥ ইমায়বক্ থীবদগী ইয়াম্বা গৌরশ্যাম (পরলোক্) কৃষ্ণ চরন কংগ্রে, পল্লবদা ঐগী থশোাই অসি কাইগ্রে, অদুবু হোৎবা থবক্কি মরমদা সুংঙাইতবা পোকপসিদি অপংবনি হাইনৈ. অদুনা চিন্তা তৌবা অরাব কারদবনি ॥ ৮৮ ॥অদুগা, মরম অমনা, য়াম্বুংনা নিংথৌ ওইবা কাম্বা মোইরাং নিংথৌ মাম্ম খেলেম্বনা লম নিবদা পিদবদগী ইকাইবগা শাওবগা লোইনহনা, অরাদা হাইজকহনা ॥ ৮৯ ॥ অরা তোংদোই নিংথৌনা, মাগী তেঙ্গোল থারক্লনা মনিপুরগা অকনবা লান পানৈ, অরানা ঙমহনা, কাইহনা চেক্লি, চৌংদা লোক্তা লোত্তুনা জীব হিংত্তি ॥ অরানা হনগ্রগা হনজিন্দুনা পানবনিদো ॥

৯০ ॥ হৌজিক পুকচেন সেংদবা মাথনা মতুং অসিদা করি অমুক তৌরগবা, থনবদা অহিং সুংথিল লৈবদা ইংদে, কত্তবা থীনা তৌঙমদবা লৈতে হাইবা রাসি শ্রীগোবিন্দনা মনাই উদ্ধবক্তা

অর্জনের অকর্ত্তব্য নাহিক সর্ব্বথা।
শ্রীকৃষ্ণ উদ্ধব প্রতি কহেনিতি কথা ॥১০॥
অতপরে কিবাহবে শুণ প্রজাগণ।
তাহাশুণি নৃপচাহি বড় মন্ত্রিকন ॥
শুণ রাজা ভগ্যচন্দ্র কর অবধাণ।
জৈষ্ঠ রাজা মামাসহ দৈবের কারণ ॥১১॥
বিবাদ হইল তাহাচিন্তা নাকরিহ।
দৈব ক্রমে যাহা করে তাহাকে জানিহ ॥
তোমার সহিতে নাহিবিবাদ কারণ।
অতএব এই রাজ্যপাল সাবধাণ ॥১২॥
শুণরাজা একনিতি কহিআমি শার।
তাহাশুনি হৃদয়েতে সভে মাণসার ॥১৩॥

দীর্ঘ ছন্দ

যেদেশে ব্রাহ্মণগণ, সজ্জনেরসে বাহীণ,
সেদেশে নাকরে দেশমাণি।
যেইদেশে প্রজাযত, নৃপকরে অবজ্ঞাত,
সেইদেশে প্রজাহয়েহানি।
যেমন্ত্রি প্রজারদুখে, নাবুঝায় নৃপতিকে,
আপনে নাদেখে সেইদুঃখ।
ধণ পায় বিচারেতে, যেইকরে পক্ষপাতে,
সেমন্ত্রি রাক্ষসেরসখ ॥১॥
যেদেশের প্রজালোক, নাহিপায়ে দুঃখশোক,
যাতেরাজা সদাচারকরে।
সেদেশে প্রজালোক, লাগেজ্বরা ব্যাধিশোক,
যাতে রাজা লুণ্ঠকার্য্য করে ॥
এই নীতিউদ্ধবেতে, কৃষ্ণকরে অনুজ্ঞাত,
কৃষ্ণবাক্যসত্য হয়েমাণ।
এইজানি রাজা প্রজা পাত্রকরে সদাচারী,
সেইদেশশুভ হয়েমানি ॥২॥

হাইথ। ৯১॥ মরম অসন হে প্রজা খোবক ঐখোইনা কার তে শগে, অদু তাবদা পড় মন্ত্রি অনন্তসাইনা খাম্পি, হে ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, খুড়া হাইগে তাও নয়াম্বগা মামগা খেনজবনি নহাক খেনবা নংতে। ৯২॥ অমগা অমুক হাইগে, রাবোকপা খেনবা লান অসিগীদমক অদুক কয়া অরাবা থললুবু, মীওইবা হায়বসে, ঈশ্বরগী নোংদম মতু ইয়া চৎপনি। ঐনা অসি ওইগে হাইবা ঙম্ব নংতে, নয়াম্বনা শুংঙাইনদবনি, নহাক্য নংতে অদুনা পুক্লিং থুংঙাইনা প্রজা ঙাকতুনা লৈয়ু। ৯৩॥ হে ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, মনাই উদ্ধব য়েংথুনা, গোবিন্দনা তাকখিবা রাজনীতী অদু ওসি ইতোয়া লিগে অদু তারগা ইচাগী পুক্লং থিংজু।

## দীর্ঘ ছন্দ।

১॥ গোবিন্দনা হে উদ্ধব, দেশ অদুদা লৈরিবা ব্রাহ্মণগী ঈশ্বর সেবা চত্রবা দেশদো, অকবা ওইত্রে। দেশ অদুগী প্রজানা নিংথৌবু থওইত্রবা, দেশ অদো মাংবা হৌরবনি। লৈপাক অদুগী মন্ত্রিনা, প্রজাগী অরাবা য়েংদনা, নিংথৌগী বেঙার ঙাকনা চৎলবা মশগী অরাবা লাকনি য়েংদনা, রুপা সনা পাম্বদগী রুপা পিবদ মিচং লেপ্তুনা মাবু অয় ওইহনবা (ঙমহনবা) মন্ত্রিদো, মচা হাৎপা হিংচাবনি। ২॥ লৈপাক অদুগী প্রজাদো, রাবা হৌনদে নিংথৌনা ধর্ম্ম কাইত্রবদ, অদুগা প্রজানা অরাবা অনাবা মতম চাদনা শিবা তৌদবনি, নিংথৌনা মিগী মপোৎ

## পদ

আরশুণ নৃপমনি যত প্রজা সব ।
শাস্ত্র দ্বারে শুনিয়াছি আমি কথাসব ॥
শ্রীকৃষ্ণ উদ্ধব প্রতি যে সব সংকার ।
শুনহ উদ্ধব কহি চত্বর্থ নিতি সার ॥১॥
যাতে বিপ্র ক্ষত্রিয় বৈশ শুদ্র চারি জাতি ।
প্রজা মন্ত্রি লোক যাতে আছয়ে নৃপতি ॥
সেই সভা স্থানে মিলে গঙ্গা সরস্বতী ।
যমুনা কাবেরী সিন্ধু ভাস্বতী রেবতী ॥২॥
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর মিলে দেব গণ ।
তাতে যেই মিথ্যা কহে কবিবা হেলন ॥
তাতে গর্ব্ব বানী করে কহে হিংসা কাজ ।
জীয়ন্তে পড়িলা সেই নরকের মাজ ॥৩॥
এইকথা সাধু মুখে করিয়ে শ্রবণ ।
যেহেতুক শাস্ত্র যুক্ত্যে করিহ পালণ ॥
তাহাকহে নৃপমনি ভালই কহিল ।
তোমার কৃপাতে আমি সব শুভ হৈল ॥৪॥
হেন কালে দিনমনি গেল অস্তাচল ।
রাজা আজ্ঞা সব প্রজা গৃহে গৃহে চলে ॥
মন্ত্রি প্রণামিয়া রাজা অভ্যন্তর গেল ।
বড়মন্ত্রি হর্ষ হয়া নিজ গৃহে গেল ॥৫॥
তৃতীয় সীমাতে কহি দেশ ভগ্ন কথা ।
গৌরশ্যাম কাল প্রাপ্ত কহিল একথা ॥
আমি মূর্খ গুণ গণ অতি শয় হাণ ।
কবিওহো নহে যদি মধুর প্রবীণ ॥৬॥
তপাপিহস্রোতা গণ সাধুগণ গনে ।
আস্বাদন করিবেণ অতি হর্ষ মনে ॥

পাম্বা হুরানবা ওইরবদি হে ভাগ্যচন্দ্র হাইরিবসে গোবিন্দনা মনাই উদ্ধবতা তাকপনি, গোবিন্দ অজাসে অরেপ্পনি খন্দুনা, মনিপুর ঐখোইগী প্রজা মন্ত্রি নিংথৌ, পুন্নমক্না গোবিন্দগী নাম শোনসি ধর্ম্ম কাইনুসি শোইদনা মঙ্গল ওইগনি ।

## পদ

১॥ অনন্তসাই বড় মন্ত্রিনা অমুক তাকলকই, হে নিংথৌ প্রজা, ঐনা তাবা শাস্ত্রগী রা, গোবিন্দনা মনাই উদ্ধবতা হাখি, রাজনিতীগী ৪ শুরকপা রা তাও । ২॥ মকম অহুদা ব্রাহ্মন খেত্রি, বৈশ, শুদ্র প্রজা মন্ত্রি, নিংথৌ কমচুনা তিল্লিবা সভা দরবার অদো গঙ্গানি, স্বরস্পতি তীর্থনী, যমুনানি, কাবেরি, সমুদ্র, ভাস্বতী, রেবতী । ৩॥ ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহাদেব, পুন্নক অসিনা তিনবা মকম্নি । অহুম্বা সভাবু থওইদচুনা ওইদবা রা মিনম্বা তাংবা, মশাগী নাপল উৎপা, মীগী কত্তনবা হাইজিনবা মীদো শিক্রিতৈনা নোরোক তারবনি । ৪॥ হাইরিবা রা অসি সাধুশিংগী মুখদগী তাজবনি, মরম অসিনা শাস্ত্রদা লাওরিবা অসিগী মতুং ইন্না চৎসি, অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্র, মনিপুর প্রজা পুন্নমক্না হরাওনরে ভাগ্যচন্দ্রনা ইতোন ইবুংঙোগী খোজানা মঙ্গল ওইগদবনি হাইজৈ । ৫॥ রাজার অসিনা লোইরকপদা নুমিৎ তাব্রে, নিংথৌনা বিদাই পিরনা

ব্যাধ গৃহে অস্ত্র থাকে মৃগাদি কাটয় ।
পরশে পরশ মানিসে যেস্বর্ণ হয় ॥৭॥
মহত্ব ভূষণ করে সেহেম লইয়া ।
ঐছে ইহা সাধু শুনে পবিত্র সভেহিয়া ॥
পিতম্বর সিংহ নাম সজ্জন সঙ্গতি ।
তাহার সঙ্গম হৈতে মোর বৃদ্ধি গতি ॥৮॥
সিক্ষাগুর পাদ পদ্ম ভজন সম্মতি ।
ভাগ্যচন্দ্র চরিত দীণ গুনেন্দ্র রচতি ॥৯॥

॥ইতি॥ শ্রীনরোত্তম ভগ্যচন্দ্র চরিত গ্রন্থে গৌরশ্যাম ভাগ্যচন্দ্রায় দেশ পালণ বর্ণ্নং নাম তৃতীয় সীমা ॥৩॥

চতুর্থারম্ভ ॥৪॥

জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যা নন্দ ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥
জয়জয় প্রভু ভক্ত গোষ্টির সহিত ।
স্ফুরাহ স্বাভীষ্ট ভক্ত বিলাস কিঞ্চিত ॥১॥
মোহেণ মুখির বাক্য শুণ শ্রোতা গণ ।
সভে অনু গ্রহ কর দেখি অকিঞ্চণ ॥
ভালমন্দ নাহি জানি নাহি কোণ জ্ঞাণ ।
যেকিচ্ছু কহিয়ে সাধু আজ্ঞা বল বাণ ॥২॥
ভাগ্যচন্দ্র চরিত গ্রন্থ যেমনোহর ।
করি পরি শোধণ আস্বাদ নিরন্তর ॥

---

প্রজা চয়থরে, বড় মন্ত্রিদা ভক্তি কৎলগা নিংথৌসু সঙ্গাইদা লেংশিনথ্রে । বড় মন্ত্রিসুং হনথ্রে । ৬ ॥ লাইরিক লেংনা গুনেন্দ্র কবিনা হাইজৈ, অহুম শুবা ঐধ্যায় অসিদা, অরাগী লান্দ লৈপাক কাইবা, গৌরশ্যাম নিংথৌ সর্গারোন ওইখিবা লেংজৈ । লাইরিক লেংঙিবা ননাই ঐদি য়াম্না পংবনি, ফজনা লেংজবা ঙম্না নত্তে । ৭ ॥ অদু ওইহনসু তাবরিবা শ্রুতা থৈবিক্তা সাধুগী গুণ্ডা হাইহনা তাবিগনি নিংজৈ । প্রমানদি, শা তানবা ব্যাধগী তেনজিন্দা থোংবা য়োং (জীব হিংসা) জাবতা হাংলবা য়োং পাপ লৈরবা অদো স্পর্শ মনিগা থেংনবদা সনা ওয়ি, অসেংবা য়োংনত্তে য়েংদে । ৮ ॥ অদুগুম্না ঐনা লেংলিবা অসিনা কজদবা ওইরবসু সাধু বৈষ্ণবগী গুম্ননা অমাংবা ওইরোই নিংজৈ । পিতাম্বর কৌবা সাধু অসিগা তিন্নজবদগী ঐগী বুদ্ধিপাঙ্গল ওইজহনা । ৯ ॥ ঐবু তম্বীরকপা উঝাগী চোয়োন কোপ্লহনা, ভাগ্যচন্দ্রগী চরিৎ গ্রন্থ অসিবু পাংজ্রবা ননাইগুনেন্দ্রনা লেংজৈ ।

ভাগ্যচন্দ্র চরিত কৌবা লাইরিক অসিগী ৩ শুবা অধ্যায় লোইরে ।

পাংজ্রবা তোল্লবা ননাই মনিসিং মজিশিং ২ না মৈতৈ লোন্দা হন্দোকচৈ, (অয়ানবা পুয়মক তাকপিয়ু) ।

## ৪ শুবা অধ্যায় হৌরে ।

১ ॥ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী শ্রীপাদ নিত্যানন্দ প্রভুগী চোয়োন্দ করারক খুরমজৈ, শ্রীঅদ্বৈত প্রভু গৌরভক্ত থৈবিকী চোয়োন্দ চম্না হন্না খুরমজৈ, শ্রীগৌরাঙ্গ, অয়াম্বা ভক্ত থৈবিক্তা খুরমজননা, মনাই ভক্তগী চরিত লেংবা ওমজগে । ২ ॥ ননাই অপংবনা লেংজরকপা তাবিয়ো ভক্তা

এবে শুণ শ্রোতাগণ মণিপুর কথা ।
এবে কহি মহিরঙ্গ যে হয়েণ কথা ॥৩॥
খেলসিংহ নাম এই সহজে দুর্জ্জণ ।
সদা হিংসা মর্ম্মমতি সদা লুব্ধ মন ॥
পুণর্ব্বার নিজ মনে আমর্ষ হইল ।
ধিক ধিক আমি ধিক এই কিবা হৈল ॥৪॥
সত্য সাক্ষি ভাগ্যচন্দ্র দুরে খেদাইব ।
ব্যাধযেন মৃগ খেদি তেন খেদাইব ॥
আমার হেলণ হেও তার ফলদিব ।
মহিরঙ্গ নাথ দেব এবার শাক্ষি হৈব ॥৫॥
মহিরঙ্গ মণিপুর দুই এক করি ।
দুই রাজ্য নিকণ্টকে আমি শাস করি ॥
এত বলি মহা ক্রোধে রক্ত চক্ষু হয়া ।
কহিলেন সেলসিংহ আদর করিয়া ॥৬॥
গুণপ্রিয়া পাত্র মোর সেলসিংহ নাম ।
ভাগ্যচন্দ্র নরপতি হৃদি শেল মম ॥
দেশ নাদিল্যাম হেও চিত্ত মনে স্থির ।
অভিমানে শীর্ণ হৈল আমার শরীর ॥৭॥
আদ্যাপিহ মামা বলি মর্জ্জাদা নারোপে ।
দহিছেণ পাত্র অঙ্গ আমার এতাপে ॥
নির্ণয় করিয়া আমি কহয়ে তোমারে ।
কিবা জলে পশি কিবা অনল ভিতরে ॥৮॥
অথবা মরিব আমি খাইয়া গরল ॥
সহিতে নাপারি আমি দহে চিন্তানল ॥
বৈরির সম্পদ যদি হীন লোক দেখে ।
সেই সহি বারে নারে সদাপড়ে শোকে ॥৯॥
আমি হেন লোক হয়ে সহিব কেমনে ।
এরূপ শত্রুর বৃদ্ধি দেখিব নয়নে ॥

খৈবিক, শ্রুতা খৈবিরা চানবিয়ু, অকবা কৎতবা খংঙদবা ননাইান, সাধুশিংগী কৃপাদগী লেংঙগদৌর বনি । ৩ ॥ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ হৈক্কবনা, মণিপুরদা গোবিন্দা সেবা তৌরকপা কঙবা সাধুগী লিচৎ, তাবিয়ু শ্রুতা খৈবিক, মনিপুরগী রা লৈথিশলু, মোইরাংগী রা লেংঙরগে । ৪ । মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা হাইবা অসি য়াম্না কৎতবা মীনি, মীবু মাংহনবদা হরাওবা মাগী ওইঙবদা পাম্বা মিমুংশি খংদবনি । মনিপুরনা মুঙাইনা পানবা উবদা, মানা অমুক শাওহনা খন্নকই । ঐ অসি ওম্বোন্না তোনপ্রেদ । ৫ ॥ সত্যনা সাখি, ভাগ্যচন্দ্রসি মনিপুরদগী তাথোক্কে, সা তানবা (ব্যাধনা) সজি তানবগুম কোইতান তানগে ঐবু খৌওদবগী মহৈ পিগে, থাংজিং লাইন খংসনু । ৬ ॥ মনিপুরনে মোইরাংনে, লৈপাক অনিসে, এক্ল তিংখং লৈতনা নিংথৌ ওইগে অসি হায়রগা সাওবনা মিৎ তাংতি মাই তাংতি, মনাই হেমনাইবা সেলুংবদা হাইরকই । ৭ ॥ ঐগী পরাইদগী হেন্না মুংশিরবা, সেলুংবা তাবরা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌসে, ঐগী থরাই চাকপা নিংথৌনি, মমাগা পোকমিন্নবা মাতুল ঐনা লম খরদং নিবদা পিখিদবা ঐবু খৌওইখিদবা অচুগী মৈশানা ঐন্নিংবা য়ান্রে । ৮ ॥ হৌজিক কাওবদা, মাতুলনি হাইবগী বেতায় তৌন্নি, অসি খন্নবদা খোইদৌন্নিংবা য়াখিন্নে, ঐনা থনবা রাথন হাইগে তাও, ইশিংদা চোংখহনা শিসরা, নত্রগা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিসরা । ৯ ॥ অদু নত্রগা হু চাহনা শিসিরা, অদু নত্রবদি মুঙাইতবা মৈশা কোকপা ওমগ্রে । মুংঙাইনদবা য়েরুবনা মুংঙাইনা পান্নগা য়েংহনা, লৈবতন্না হৌনদে ॥ নোংম নোংমগী মুংঙাইতবা হেনবা হৌনৈ ।

কহ কহ সেলসিং করি কোণ মতে।
ভাগ্যচন্দ্র নরপতি খেদাই কেমতে ॥১০॥
তোমার মন্ত্রনা বলে মোর বুদ্ধি গতি।
তোর মানি বুদ্ধিমাণ কহ যথা মতি ॥
গুরু পদে শ্বশুর পিতা মাওল মাহ।
অধ্যাপক মন্ত্রদাতা নিজ রাজাসেহ ॥১১॥
পোষক আরনিজ শ্বামি আর জেষ্ঠ ভ্রাতা।
এইদশগুরু নাম বেদের সর্ব্বথা ॥
দশজন মধ্যে আমি হয়ে গুরু সীমা ॥
ভাগ্যচন্দ্র পাপ মতি না ধরিল মামা ॥১২॥
প্রথমে মাগিল আমি গিরি ঝঞ্ঝা সীমা।
দ্বিতিয়ে মাগিল আমি লোক গিরি সীমা ॥
তৃতীয়তে মধু গল্য গিরি মাগি সীমা ॥
কতবার মাগি দেশের আমি এ সীমা ॥১৩॥
তথাপিও দুই ভাই নাদিলাম দেসে।
গুরু হেলা গৌরশ্যাম পাই যমদেশে ॥
পরে হৈলা ভাগ্যচন্দ্র যাতনা পাইব।
সত্য কহি দেশ ভ্রষ্ট তারে খেদাইব ॥১৪॥
শুণসেলসিংহ আমি নিশ্চয় কহিব।
দুই রাজ্য শাস হৈল ইচ্ছা সম্পংদিব ॥
স্বতন্ত্র হইয়া থাক দ্বিতীয় রাজাপ্রায়।
সেল কাও দাসমনে করি অভিপ্রায় ॥১৫॥
তাহা শুনি খেলসিংহ আনন্দিত হয়া।
লিখিলেন নব পত্রে মুখ বন্ধ হয় ॥
স্বাস্ত শ্রীমদ্রাত্ন রাজা বড়ই মহত।
তোমাপ্রতি মহিরঙ্গ রাজা করিনত ॥১৬॥
করিয়াছে বিজ্ঞাপিত পত্রে হেনকথা।
কন্যা লাগ ক্রোধচিত নাকরিহ তথা ॥

১০ ॥ সেলুংবা লাইমক্না থাংবা ভমদবা অহুবু, মী ঐনা করম থাংগনি, মানপুরদা মানা পানবা ইবদা ইমিৎনা য়েংনিংঙ্গে, হাইয়ু সেলুংবা ভাগ্যচন্দ্রসে করম তাম্থোকশিংগে ॥ ১১ ॥ নংগী মন্ত্রনা বুদ্ধি লৌশিং নত্তনদি ঐগী উপাই লৈত্রে, য়াম্না শিংবা নংনি, অদুগা য়াম্না লুবা রা ১ গা হাইগে, ঐবু থিক্না পিবা গুরুনে, ইকুবোক্রে, অপোকপা ইপানে, ইমাগা পোক্‌মিন্নবা মাতুল লাইরিক তম্বিবা, ওঝানে, মন্ত্র তম্বিবা গুরুনে, মরৈশাকী নিংথৌনে, ঐবু য়োক্কাপবনে, অমদি ( নিজ স্বামি ) লুপিগীনা, মপুবোইবা, লুপাগীনা, মাগী ইষ্টদেবনে, পোকমিন্নবা মযাম্বনে হাইরিবা ১০ সে, ঐগীদি গুরুনী, অসি লৈবনা. ১০ সিগী মনুংদা ঐ অসে মমাগা পোক্‌মিন্নবা, মাতুলনি মাগীদি গুরুনি. অদুবু ভাগ্যচন্দ্রনা থংদ্রে ॥ ১৩ ॥ অহানবা ঐনা নিবা চিংজাদগী খা পাংবানি পিদে। অনিশুবদা লোকপাচিংদগী খা পাংবনি পিদে। অহোনবদা থাঙ্গ চীং নিব কাওদা পিখিদ্রে। কয়ারক অসিদা পিদ্রবনি। ১৪ ॥ মাগী মামদা লৈপাক পিদবগী দোষনা, গৌরশ্যাম মরাখা শিগ্রে। হৌজিক ভাগ্যচন্দ্র লৈদ্রি সত্যনা সাথি, মাবু তাম্থোককে ॥ ১৫ ॥ তাও হে সেলুংবা রাশক্‌না হাইরবনি, লৈপাক অনি অসি ঐনা পাল্লবদি ( ইচ্ছা সমপৎ ) নংনা পামবা কম পিগনি, মনিং তম্না লৈয় অনিশুবা নিংথৌওয়া, অদুগা নং অসে ঐমক্কি হাইদুনা হাইবনি অত তাবদা হেমাইবা চরাওবা য়ারে ॥ ১৬ ॥ অদুহি অরাদা অমুক লান নেকউরো হাইদুনা চিঠি ইয়ে চাজুম নয়ে। গুনেন্দ্রনা হাইজৈ শ্রুতা বিবিকপু, চিঠি মরোনদি, শ্রীনা তিন্নবা

জেষ্ঠমৃতে ভাগ্যচন্দ্র রাজ্য শাসিলেক।
তারে খেদিদুই রাজ্য মোরে শাসউক ॥১৭॥
তবেসে আমার কন্যা আমি সমর্পিব।
কহুসন্য পাঠাইয়া তোমি খেদাইব ॥
তোমার কৃপাতে আমি রাজ্য ভোগইহল।
সেলপাত্র দ্বারে আমিপত্র সমর্পিল ॥১৮॥
এইপত্র লিখি রাজা সেল হস্তে দিল।
ভোজ্য দিয়া দুইচারি জন সঙ্গেদিল ॥
শুভক্ষনে যাত্রাকরি রাজা প্রনামিয়া।
চালপেক সেলাসিংহ আনন্দিত হয়া ॥১৯॥
পথে মনেমনে সেলমন কলাথায়।
ভগ্যচন্দ্র রাজা খেদ পরদেশ জায় ॥
আমার কারণ বলিরাজা প্রিতহৈব।
তবেসে সকল প্রজামোর ভোগহৈব ॥২০॥

ঐছে ঐছে ভাবিচলি পাইরত্ন পুরি।
রাজদ্বারে আছি শীঘ্রদেখা হৈলদ্বারি ॥
দ্বারিগিয়া রাজা আগেসব বুঝাইল।
রাজাজ্ঞাতে দ্বারিগিয়া তারে আনাইল ॥২১॥
রাজা আগে সেলসিংহ নতি প্রণমিয়া।
সেইপত্র সমর্পিল ভক্তি নম্রহয়া ॥
সেইপত্র রত্নরাজা তবে পড়াইল।
পত্রকথা শুনিরাজা আনন্দিত হৈল ॥২২॥
কহিলেন নরপতি শুনপাত্রগণ।
মহিরঙ্গ নৃপবাক্য কিবা তোমা মণ ॥
শুনিপাত্র আদিকহে শুণ মহারাজ।
শরনাগত জন কথাশুন নাহিব্যাজ ॥২৩॥
তাহাশুনি সানন্দিত রত্ন অধিপতি।
রণবাদ্য বাজাইল হরষিত মতি ॥

মজন চাওরবা অরা নিংথৌ, খোইরাং নিংথৌ খেল্লেংখোম্বা হেনহৈ। ঐনা হাইরি ॥ ১৭ ॥ মমাংহৈন্দা ঐনা রাশক্তনা হাইজখিবা, ইচানুপী কৎকনি হাইবত্থগী মরিদা শাওবিগনু, নহা ওইরি মতম চাদ্রি হাইহুনা লেবনি শোইদনা কৎকনি। ঐগী মনিপূরদা খোইরাম ময়াম্বা লৈরে মনাও ভাগ্যচন্দ্রতা মতাইরে, মাবু তানখোক্লগা লৈপাক অনিসে পুম্না নিংথৌ ওইহল্লু । ১৮ ॥ অদুগা ঐগী ইচা শোরদনা কৎকনি, অরাগী অথোবা তেঙ্গোল থারকহুনা ভাগ্যচন্দ্রবু তাম্থোকাপয় । তোংদোই নিংথৌ নহাকী নপান্দগী নিংথৌ ওইজগে, ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা লাইরিক পুথুনা, সেলুংবা থাজখিবানি ॥ ১৯ ॥ অসি হাইবা চিঠি অসি হেমনাইবদা পিরে, লম্বীগী চানবা থরসা পিরে মনাই ২ নি পিবদগী ২ অমুক হাপ্তনা ৪ পিরে, অকবা পুমিৎ ক্ষন য়েংহুনা, নিংথৌ খোরম্নগী রাম্না হয়াওনা যাত্রা তৌহুনা লাক্লে । ২০ ॥ লমথাং লাকপদা সেলুংবদো (মনকলা থাই) লকোই চাবা রাথন তৌরকই, মৈতৈ রাইদা (ভাবনা দোলান শাবা কৌই) রাথনদি অরা লাক্তনা ভাগ্যচন্দ্র চেক তাম্থোকপা, ঐগী ইপান্দগীনি হাইহুনা নিংথৌনা ননিং তৌরে চেক থাব লৈপাক অনীসি ঐগী ওইরেদো ॥ ২১ ॥ হাইনা হুমনা পামগে, অসুম খন্দুনা খন্দুনা লাকপনা পুমিৎ করামিদা মন্দলে কোল্লুং য়ৌরে, স্নথোং য়ৌরবদা থোং ডাকপনা নিংথৌদা হল্লকহুনা, মা কোম্নুংদা পুশলক্লে । ২২ ॥ মা নাক তাম্ন চংহুম, হেম্নাইবা খুমশি, অদুগী ভুন্দা চিঠি পত্র কৎলে । অরা নিংথৌনা চিঠি লোরগা, মৈতৈ মরোন থংবা মন্ত্রিদা পাংগ্লে, চিঠি মরন তাবদা, অরা নিংথৌ হয়াওরে ॥

বাদ্যশব্দ শুনিপ্রজা উড়িয়া আইল।
অশ্বচড়ি রাজাচর গগন জানাইল ॥২৪॥
নিজ নিজ অস্ত্রসঙ্গে মিলিল সর্ব্বজন।
নিজ নিজ অলঙ্কার সাজিল বীরগণ ॥
খড়্গধারিগণ আরশেল কাঠিগণ।
রামজঙ্গিগণ কতবন্দুকাদি গণ ॥২৫॥
তবেসব সন্যতি রাজা আদেশয়।
সাজকয়ে বত্নসন্য সমরে দুর্জয় ॥
দামা ডাক্কা ত্রিশাত্রিশ বাদ্য শুরসাল।
কাংশ করতাল ধ্বনে সেস্থান হইল ॥২৬॥
যুদ্ধাসব সিংহনাদ বাদ্য কোলাহল।
পৃথিবী নাসহে ভার বসুমতি তলে ॥
শঙ্খ ঘণ্টা বাদ্যচৈল সবে কোলাহল।
সিংহনাদ করিসবে গগণ পুরিল ॥২৭॥

উঠিল ভৈরব নাদসন্য কোলাহলে।
বাদ্যের শব্দেতে ক্ষিতি যায় রসাতলে ॥
পৃষ্ঠেতূণ হাতে ধনুধানুকি সকল।
জয়নাদ সিংহনাদ নাশুনে কার বল ॥২৮॥
সন্যগণ সংখ্যা এবে শুনহ সকল।
পোখনাম সেনাপতি প্রধাণ হইল ॥
একহাস্ত একরথ আর অশ্বত্রয়।
পঞ্চ পদাতিকা এইপতি নাম হয় ॥২৯॥
সেই পতি তিনহই সেনামুখ নাম।
সেনামুখ তিনহৈল একগুল্ম নাম ॥
সেই গুল্ম তিনহৈলে গণ অভিধাণ।
তিনগণ এইতয়ে বাহিনী আখ্যাণ ॥৩০॥
সেইতিন বাহিনীর পৃতনাম হয়।
তিন পৃতনার নাম চমুনাম হয় ॥

২৩ ॥ অরা তোংদোইগি নিংখোনা প্রজা য়েংদুনা হাইরকই, চৈ প্রজা খিবিক মোইরাং নিংথৌগী চিঠি তাবেদনা, করি তৌগনে, প্রজানা হঙ্গলী, মহারাজ ইবুংঙো, চংজরকপা ঔমী থবক্তি থুনা পাংখোকপিবা কৈএ। ২৪ ॥ অদু তাবদা নিংথৌনা অদুদি লান পাও চেল্লো য়াথং পিরে, মা য়াথং কংবদা লানবুং হৈরে, পুংখোল তাবদা, প্রজা চেনখৎনরক্লে, পুংদা য়ৈবা নগুনা সগোল তোংদুনা লান পাও চেল্লে। ২৫ ॥ অরা তেঙ্গোল অপুম্বা, মশা মশাগী খুৎলাই পুইনা কাররক্লে, সেনাপতি অকন অথৌ, নিংথৌগী মনা কি সেৎতুনা লাক্লে, থাং পাইবা তা পাইবা, তাগোল, য়োৎগুক পাইবা রামজাল কৌবা, নোংমৈ পাইবা, (বন্দুক) নোংমৈ পাইবা কয়ানি। ২৬ ॥ তেঙ্গোল মীয়ামদা নিংথৌনা নংগী নংগী সাজোন তৌরে য়াথং পি, মা য়াথং কংবদা, তেঙ্গোল সাজোন তৌনরক্লে, পুং য়ৈবনা, দামা, কৌবা তাক, কৌবা পুং য়ৈবনা (ত্রিশত্রিশ) ৯০০ নি, কংশি, করতাল, মখোলনা রা শাংবা তাদে। ২৭ ॥ মহারাথৌনা সিংহনাদ তৌবগী মখোলনে, পুংখোয়ে অসিনা পৃথী নিকই। য়োইবুং, শাড়িকী মখোয়া কয়ানি, সিংহনাদনা অকাশ থনরে। ২৮ ॥ আকাশদা (ভৈরবনাদ) অকিবা কংবা মখোল নিলরে, পুংখোলনা পৃথী নমথবগুম নিংতি, লিক পাইবা তেঙ্গোং পোবা কয়ানি, জয়ধ্বনি লাওবনা তাবা ঙমদ্রে। ২৯ ॥ তেঙ্গোল মশিং, থাগে অহুপা, সেনাপতিদি পোংখ কৌবমা মকোক্তি। শামু ১ দোলাই ১ সগোল ৩ খোংনি ৫ অসিবু পতি অমা কোই। ৩০ ॥ পত্তি

সেইতিন চমুহৈলে অনকিনাখ্যাণ।
তিন অনকিনী সন্য করিল সাজন ॥৩১॥
তবে রাজা সেলাসংহ কহিতে লাগিল।
শুণসেল এইসাজ নয়নে দেখিল॥
অত এবনিজ দেশে তোমি আগেচল।
নিজ নাথপ্রতি তোমি কহই সকল ॥৩২॥
এত শুণিরাজা নামসেল চলিগেল।
দেশে আছি খেলরাজ সকল কহিল॥
পোখেপাদি রনশুর যুদ্ধে অবিমুখ।
এইদেশ সেনাপতি সন্যের প্রমুখ ॥৩৩॥
তাসভার চাহিরাজা আদেশ করিল।
শুণপোখ আদিসভে যমসম তুল॥
এইযুদ্ধেপ্রাণপণে করসর্ব্ব জন।
তোরনাও পিতৃপিতা মহ আদি গণ ॥৩৪॥
সভেএই শুরবন্ত মহাবল ধর।
খড়্গ শেল বন্দুকাদি সামর্থবন্ত বড়॥
তারাবংশ পুত্রগণ তোরা এইজন।
এহেতু বিমুখ নাহিতোরা সর্ব্ব জন ॥৩৫॥
আর মহিরঙ্গ পতিপ্রাণ সমমানি।
অতএব তার ঐারমোর রিপুমানি॥
এহেতুসে ভাগ্যচন্দ্র জীবন্তে ধরিআন।
মোরবন্দি শালাঘরে রাখবে বন্ধন ॥৩৬॥
খেলাসংহ রাজাপ্রতি মণিপুর দেহ।
এইকর্ম্ম করি আমি আনন্দিত সেহ॥
এতবলি সেনাপতি যাত্রা আজ্ঞাদিল।
শুভক্ষণে যাত্রা করিসন্য চলিগেল ॥৩৭॥
রিপুবন্ত রসচন্দ্র শাকের প্রমাণ।
মকরের শুক্লাপক্ষ পঞ্চমী সেদিন॥

৩ না, সেনামুখ কোই। সেনা মুখ ৩ না: গুল্ম ১ কোই। গুল্ম ৩ না, গন ১ কোই। গন ৩ না, বাহিনী ১ কোই। ৩১॥ বাহিনী ৩ না, পৃত ১ কোই। পৃত ৩ না, চমু ১ কোই। চমু ৩ না, অনকানি ১ কোই। অরাগী তেঙ্গোল মনিপুর লান চৎকদবগী শেম শারবা অসি অনাকনী অহুমনি। ৩২॥ অরা নিংখোনা, হেমনাইবা ম্নেংঙুনা হাই, সেলুংবা, সোম্বা তেঙ্গোল উরেদো, অহুনা নংনা হায়া চৎতুনা, নবুংঙোদা পাও তম্বুরে। ৩৩॥ অহ তাবদা, নিংখৌ খুরুম্নগা হেমনাইবা, মোইরাং তায়া লাকতুনা খেলেম্বদা পাও তমথুনা, হয়াওনা লৈপ্রে। অসোমদা অরা নিংখোনা পোংখ সেনাপতিনাচংবা সেনাপতি ১০ ম্নেংঙুনা হাইরকই। ৩৪॥ হে পোংখ সেনাপতিন-চিংবা নখোই ১০ তারো. নখোইসে লান্দা আনশুবা যমগুম্বনি, হন্দকী লান আসদি খরাই পামুদনা লান পাগদবান অদুগা নখোইবু পোকপা শুরুজনশিংদো। ৩৫॥ লান্দা থোবা তাক্তান অহু শুম্না নখোইশু অথোবা তাক্তান, খাংদা তাদা নেংমৈদসুং থক্তা হৌখিবা গুরুজন য়াম্না হৈবা তাকনি অদুগী মচা মতানদো, অদুনা নখোইসু লান্দা মাই ওন্দুনা চেনগান নিংদে। ৩৬॥ অদুগা মোইরাং নিংথৌ অদো য়াম্না মুংশবনি, অদুনা মাগী এরুবদি ঐগীস্তুং য়েরুবনি, অদুনা ভাগ্যচন্দ্রদো ওয়বাদ হিংনা কারকত ঐগী ( বন্দিশালা ) কৈতুমশংদা হাইবদি ( জেন্দা ) পুনাসি চুপা খমাস। ৩৭॥ মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বদা মনিপুর পিরম্ন, অহু তোরবদতা ঐনা নুংঙাইগনি।

নিজ ইষ্ট বৌধদেব স্মারন করিয়া।
চলিলেক সন্যগণ আনন্দিত হয়া ॥৩৮॥
শ্বেতরক্ত নীলপীত সববানা গণ।
আকাশে উড়য়ে বায়ু অনন্তজিহ্বা যেন ॥
সন্যপদ ধুলিউঠে আকাশ অন্ধময়।
অন্যে অন্য ঠেলা ঠেলি সন্যচলি যায় ॥৩৯॥
একপদ আমে লামে দুইপদ লামে।
মধ্যেমধ্যে জয়ধ্বনি করে বৌদ্ধ নামে ॥
তিন অনকিনী সন্য চলেন সাজিয়ে।
সন্যপদ ভরে পৃথিবী সঘনে কাপিয়ে ॥৪০॥
অগ্রগন্য চলিগেল সবসন্য বল।
পদলাগি শুখাইল পথের যেজল ॥
এইমতে বত্নসন্য যায়েন চলিয়া।
ক্ষনেক্ষনে সিংহনাদ বীরযক হয়া ॥৪১॥

বনপক্ষি উরিযায় সেধ্বনি শুনিয়া।
এইমতে চলিযায় তামু সন্ধানিয়া ॥
গুণেন্দ্র কহয়ে কথা মণিপুর কথা।
শুনিয়োক শ্রোতাগণ উৎপাতের কথা ॥৪২॥
মণিপুরাক্ষর শাস্ত্র কুজ্বটী কথাতে।
মণিপুর দেসে সব উৎপাত তথাতে ॥
রক্ত ধর কুজ্ঝ যদি নভ উঠী দেখে।
চারিবিন্দু হায় সেই জন লোকদেখে ॥৪৩॥
অন্য দেশের রণ আট এমতে জানিবে।
আর উৎপাত ধুম্র কেতু প্রসঙ্গ কহিব ॥
রক্ত কৃষ্ণ স্বেত নীল এই চারি বর্ণ।
অতসী পুষ্প প্রায় নীল রক্ত মিশ্র বর্ন ॥৪৪॥
অল্প রাঙা এইসপ্ত ধুমকেতু নাম।
এমতে কুজ্ঝটিবর্ন লোকে ক্ষণসম ॥

আস চায়থনা য়াথং পিরে, তেঙ্গোলন অক্ষবা ক্ষন য়েংহনা যাত্রা তৌরে ॥ ৩৮ ॥ শোক (১৬৮৬) কী (মকরের) রাক'চা নাগ ৫ নি পানবদা, মথোয়গী (ইষ্টদেব) বৌধ কৌবা লাইবু খুরমজনা, লান লাক্লে ॥ ৩৯ ॥ তেঙ্গোলগী ফিরান, অঙৌবা অঙাংবা অশংবা, মেয়ানবা, মচু কয়াগী বানাশিংনা আকাশদা পায়রিবলো, লিনগী মরৈগুম্মি, তেঙ্গোলনা চৎপদা পাইথংলকপা উকুয়া পুমথম্ মম্মি, ক্রিক ক্রিক ইয়না খোংনা ভাননা লাকই ॥ ৪০ ॥ তেঙ্গোল য়ামননা খোংক্কাপ লাওনা থাংগদবদা য়াদত্রনা, অমুক থাংনমা চৎকদবা লমদা ২ তক্ পাংহনা চৎলি, বৌধদেবনা জয় ওইরে লাওই, অরাগী তেঙ্গোল অনকিনী ৩ নি খোংকমগী অরুম্বনা পৃথী নিকৃই ॥ ৪১ ॥ অথৌ অথৌবনা মাং থারক্লে, লম্বীদা লৈরমবা ঈশিংবু খোংনা লুমদা কংই, অসুম তৌনা অরা তেঙ্গোল লাক্লে, ক্ষন ক্ষন খুদিং সিংহনাদ লাওই ॥ ৪২ ॥ খোঞ্জেল তাবদা, উচেক পায়হনা কায়হনা চেল্লি, অসুম্না তুম্মু তম্না লাক্লে লাইরিক লেংবা গুনেন্দ্র কবিনা হাইরে, অরানা লান লাকপা বা অসি লৈথিশনু। মনিপুরদা তৌরকপা অমঙ্গলগী রা লেংজরক্লগে ॥ ৪৩ ॥ মনিপুর ঐখোয়গী পণ্ডিৎশিংনা মৈতৈ ঐখোয়গী মৈতৈ মখেক্লা ইহুনা থনমবা (কুজ্ঝটি) লৈচিন লোন কৌবা লাইরিক, মনিপূরদা অরা, অনা, সা লান, লাক্কবা লৈচিন মরম তাক্লি, আকাশদা, অঙাংবা লৈচিন্না মচা মম্নি কাংহনা খোক্লবা উরবা। ৪৪ ॥ মীরৈপাকগী লান শায়দনা লাকই ॥

উদয় দেখিয়া যদিদেশ নাশ হয়ে।
অবশ্যদেশ ভ্রষ্ট কুষ্মাশাস্ত্র কয়ে ॥৪৫॥
আরচিহ্ন কুষ্মাটিশাস্ত্র পণ্ডিত বচণ।
শুকর কুকুর অশ্বগুরু আদি গণ ॥
রজনীতে কান্দি কান্দি পালাই তৎক্ষণে।
অবশ্য সেদেশ ভগ্ন কহয়ে বচনে ॥৪৬॥
এমতে সকল চিহ্ন মণিপুর হৈল।
বধুগণ আনিরাজা সদ্বুদ্ধি করিল ॥
তাহাদেখি প্রজাগণ হাহাকার কৈল।
কিবাহৈল কিবাহৈল দুঃখচিন্তা হৈল ॥৪৭॥
হেনকালে অমঙ্গল দেখি অপ্রমিত।
ভুমিকম্প উল্কাপাত অতিবিপরীত ॥
কাষ্ঠ শিলামৃত্তিকা প্রতিমা যতছিল।
কেহ অটহাসে কেহবিদারি পড়িল ॥৪৮॥
অকস্মাৎ ভাঙ্গিপড়ে দেউল মন্দিরে।
প্রিয়প্রিয়া দ্বন্দ্বহৈল নগরে নগরে ॥
এইরূপে উপাত হইল সুবিস্তার।
তাহাদেখি প্রজাগণ দুখিত বিস্তর ॥৪৯॥
তারপরে কতদিনে রাজাচর আইলা।
অন্তপুরে আছিচর রাজা প্রণমিলা ॥
শুননৃপমণি অমাদেশ সীমাজন।
রত্নপুর হৈতেসৈন্য আইল কতজন ॥৫০॥
পুর্ব্বদিগ অন্ধকার সৈন্যগণ ধুলি।
যেন কাকবৃন্দ উরিতেমতি আইলি ॥
অবিরত আইছেন নদীযেন জল।
শুণ রাজ সৈন্যশব্দ দিগ উত্তরল ॥৫১॥
আমা পূর্ব্ব বাসীসবপ্রাণ উড়িগেল।
তোমা কৃপাবিণে আমা রহিতে নারিল ॥

অদুগা, লৈপাক কাইগদবা লৈরবাদ ধুম্রকেতু থোকই। ধুম্রকেতু কৌবদি, আকাশদা, লৈচল্লা অঙাংবনে, অমুবনে, অঙৌবনে, সংতিক সংবনে, (অতসী পুষ্প) অপ্রাজিত অসংবগুম, সংবান্নবনে ঙাংলৈনবনে, ॥ ৪৫ ॥ ঙংলি ঙাংলি তৌবা হাইবদি ঙাংঙ্নবনে, লৈচিন মচু ৭ অসিবু ধুম্রকেতু কেই অদুম্বা ধুম্রকেতু কৌবা লৈচিন্না আকাশদা হি শানা থোক্লবা অদু উরবদি লৈপাক শায়দনা কাই লৈচিন লোন কৌবা লাইরিক্তা লাউম্নি ॥ ৪৬ ॥ অমুক লাইরিক অদুদা হাইরি, য়ুমহুইনা লমহুইনা, ওক্রা শগোল, যম্না, অথেংবা অহিংদা, কপ্লবা খোংলবা দেশ লৈপাক্তো ১ সুং খুংগংদো শোইদনা মকাইয়ে ॥ ৪৭ ॥ হাইরিবা অমঙ্গল অসি মনিপুরদা পুম্নম তিল্লে, অদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা পণ্ডিৎশিং কৌশিন্নুনা রা তান্নৈ। মনিপুর প্রজা অপুম্বনু হাহাকার লাওনৈ, চাবা থকপা চংনখিদ্রে করি থোক্লগবা রানখি ॥ ৪৮ ॥ অদুগী মথক্তা অমুক অমঙ্গল হাপলক্লে, য়ুগায়াবে, মৈবী, সন্নাইসেন পাইবে উনা সাবা, সুংনা সাবা লৈপাক্তা শাবা, লাইশিংগী লাইশংদা থুবাক মথোলথোক্তা থুয়ে, মুর্ত্তিমাকয়া নিংথাইরে ॥

৪৯ ॥ ইথং থংহৌদনা, ফুরা দলান নিংথাই, লূনা, তিন্নবা মরুপ, থংনৈ কাইনৈ, (নায়ক নায়িকা) মতৈ মনাও থংনৈ, অমুম্বা উৎপাৎ কয়া থোরকপা উবদ, প্রজাশিং রানরে। ৫০ ॥ অমুম রানহুনা লৈরিবৈদা নোংপোক্কী সিমনাদা থানা কম্বা, লমঙাকপা মী, লাক্তুনা কোন্নুং মৌয়ক্লে, স্না নাক চংদুনা খুমন্নি, হে মহারাজ ইবুঙো ননাই ঐথোই নোংপোক মায়গেদা অম ঙাকপা মীনী. অরা মক্তলে নিংথৌগী লানমী তেজোল কয়া লান লাক্লে ॥ ৫১ ॥ নোংপোক

রণকথা শুনিরাজা বাদ্যে আজ্ঞাদিলা।
দরবার প্রান্তে থাকিঢোল বাজাইল ॥৫২॥
রণবাদ্য শুনিপ্রজা আমত্যাদি গণ।
শীঘ্রগতি রাজাপুরে আইপাত্র গণ॥
প্রজাবৃন্দ আইলেন উত্তরল হিয়া।
রাজা আছি দরবারে আছোম বসিয়া ॥৫৩॥
সভা সঙ্গে রণ বার্ত্তা তাহাবিচারিল।
রাজ'সঙ্গে পাত্রগণ সকল বসিল॥
শ্যাম স্বাহার নন্দন নৃপতি ভগ্যচন্দ্র।
দেবসভাজন মধ্যেদ্বিতীয় যে ইন্দ্র ॥৫৪॥
নক্ষত্রের মধ্যেযেন তেন পূর্ণ চন্দ্র।
হেনমতে মণিপুর নৃপতি ভাগ্যচন্দ্র॥
শত্রুগর্ব্ব কথা ক্রোধ উপজিল মন।
প্রজা চিতুজানিবারে চাতুরিবচণ ॥৫৫॥
ভীতপ্রায় বক্রিকথা কহে বিভ্রমাণ।
আমার মনের কথাশুণ পাত্রগণ॥
রাজা কহে শুণপাত্র আরপ্রজাগণ।
রনের বার্ত্তাইহা আইল চরগণ ॥৫৬॥
রত্নপুর সেনাগণ অসংখ্যা আইল।
অতএব কিবিচার বলহ সকল॥
রাজা কথাশুণি প্রজা সকল কহিলে।
রণকথা শুনিরাজা কিরচিন্তা কৈলে ॥৫৭॥
মোরাসব তোমাদাস যুদ্ধ প্রাণপণ।
গরিবনীরাজ পুত্র শ্রীহরিচরণ॥
কহিলেক শুননৃপ শুণপাত্রবর্গ।
জয়হৈলেল লভেলক্ষ্মী মৃতুহৈলে স্বর্গ ॥৫৮॥
শুরাঙ্গনাগণ সেবাথাকি চিরকাল।
এইত কারনে রণকিছু ভয় নৈল॥

মাইগৈ অসি উকৃম্না মমৃশ্রে, কাক শরোম পাইবগুম্রে, তুরেনগী ঈশিংগুম্ লাকপদা অরং অকাং নাইখিব্রে, মহারাজ ইবুঙো, নিলবনা নোংখোংবগুব্রে ॥ ৫২ ॥ মনাই ঐখোই নোংপোক মাইগৈসি থরাই পাইখিদোরে, মহারাজগী কৃপা নত্তনা লৈব ঙমগনি নিংব্রে, লানবাও তাবদা নিংথৌনা লাম্বুং য়ৈয়ু য়াথং পি, স্না য়াথং কংবদা লানগী পুং য়ৈশ্রে ॥ ৫৩ ॥ লানগী পুংখোল তাবদা প্রজা মন্ত্রি অকন অথৌ চেনখৎনরক্লে, প্রজা মীয়াম পৈবনা মনিল লাক্লবদা, নিংথৌ দরবারদা লেংখোরক্লে, ॥ ৫৪ ॥ মনিপুর প্রজাগা লানগী রা তাম্লে, অকন অথৌনা পূমকোই কোইরগা শ্যামশাইগী মচাইবুঙো ভাগ্যচন্দ্রনা লৈবদো লাই ময়াম মরক্তা সোরায়েম্না লৈবগুম্না কৈজে ॥ ৫৫ ॥ নক্ষত্র ময়াইদা থানা ভালবগুম্ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ করনা ভাল্লি । মীরৈপাক্লা উশিত্তবা পাও তাবদগী শাওবনা হকচাং নিকৃই, অহুগা প্রজাগী মপুক খংনিংহুনা মরৈ তৌবা য়ানা ৫৬ ॥ ইপং পাংশিরহুনা হাইরকই, হে মনিপুরগী প্রজা অকন অথৌ পূম্নমক্, ঐগী ইপুক্তা লৈবা রা হাইগে, নখোই পুম্নমক্ তাগে লানগী পাও তারেদো ॥ ৫৭ ॥ অরাইভেজোল অচৌবা থাত্রন ভেজোল অথৌবনা, মনিপুরদা লান্দারক্লেদো, হৌজিক্ করি তৌসিগে, নিংথৌ য়াথং তাবদা প্রজাশিংনা হঙ্গৎলি, হে মহারাজ ইবুঙো, লানবাও তাম্নগা. স্না পুক্লিং য়াহুনা, মাইথোং লাং-ছিনবড়া ॥ ৫৮ ॥ মনায় ঐথোয়সে মনাই ভাকনি থরাই পামূদনা লান পাগনি । গরিবনিরাজ

সনাতণ ধর্ম্ম এই ক্ষুত্রির নিয়ম
যুদ্ধকাজে সর্ব্বজণ নাহয় বিক্রম ॥৫৯॥
রাজাকহে শুণখুড়া যথার্থ কহিল।
সেনাপতির যোগ্যবানী শঙ্কটে কহিল ॥
অতএব এইরণে খুড়াআগে কর।
সেনাপতি সঙ্গে প্রজাসভে শাজকর ॥৬০
আমার ভান্দার যত খাদ্য বস্তুআণ।
সঙ্গেলই যতসন্য খুড়া ইচ্ছামাণ।
মোর বালপ্রাণপণে করহ সমরে।
এতবলি শুরগণে আদেশ সমরে ॥৬১॥
শ্রীহরিচরণ বীররণে শুরবন্ত।
আদেশ করিল সভেরণে শুরবন্ত ॥
যুদ্ধে যাইতে রাজপুত্র পৌঢ় অলঙ্কার।
মাথাতে মুকুট শোভে স্বর্পফেনাকার ॥৬২॥

স্ববর্ন্ন কুণ্ডল কর্ন্নে বিদ্যুত আকৃতি।
বিচিত্র কবচ অঙ্গেগলে গজ মৌত্তি ॥
নানাহার পংতিশোভে বক্ষের উপর।
বাহুমুলে বাহুবন্ধ হাতেতে কেয়ুর ॥৬৩॥
রত্নাঙ্গুরী বিরাজিত অঙ্গুলি মণ্ডল।
বীরপাট ধরাবান্ধে টাণিবটি স্থুল ॥
সেনাপতি যোগ্যবেশ পৌঢ়ল সকল।
স্বর্য্যের কীরণে যেনদেখি ঝলমল ॥৬৪॥
রাজ দন্তমত হস্তি শোভে অলঙ্কার।
যাত্রা কৈল সেনাপতি আরোহি গজেরা ॥
তবে সেনাপতি বীর সঙ্কল্প বচন।
বিক্রম প্রকাশিকহে রাজা বিদ্যমাণ ॥৬৫॥
কার ভয় আছেদেব ভুবণ ভিতর।
জয়বিজয় দৈব ইচ্ছা শুণ নৃপবর ॥

---

নিংথৌগী মচাইবুঙো শ্রীহরিচরন সাইনা নিংথৌ প্রজা য়েংহনা হায়রকই, হে প্রজা, পুম্নমক্ লান হায়বসি অয় ওয়রে, মমিং চৎলি, শিরে নোমোক তাদে স্বর্গ কায়। ৫৯ ॥ স্বর্গ কারবদি লাইগী মচাগুপী কন্যাসিংনা সেবা তৌগদবানি অহুনা ক্ষেত্রি মচানা লান্দা কিব হৌনদে, সনাতন ধর্ম্ম তানগদবনি, অদুনা লান্দা পাঙল থোক্তবা তৌকদে। ৬০ ॥অহু তাবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা তাবিয়ু খুরাইবুঙো তাকপিরকপা স্না রাথং অসিদি সেনাপতি ওইবদা মতিক্ চাবনি অহুনা সেনাপতি ওইবিরে, তেঙ্গোল পুংরো। ৬১ ॥ ঐগী ভান্দারদা লৈবা অচা অথক্ পুম্নমক লানগীদমক নিংতম্না পুবিখো, মনিপুরগী তেঙ্গোল পুনিংবা মথে পুবিয়ু, থরাই রাওনা ইরৈপাক ভাকপিয়ু, অসি হায়রগা মনিপুরগী অকনবা য়েংহনা হায়রকই ॥ নংগী নংগী লানগী শাজোন তৌরো ॥

৬২ ॥ হরি চরণ শাই সেনাপতি তেঙ্গোল সাজোন তৌরো রাথং পিয়রগা, সেনাপতি ১না সেৎপা হৌনবা অলঙ্কার ফিজেৎ লৈতেং তৌরক্লে, কোক্তা ( মুকুট ) লমথাং থুলক য়েৎলি, কিনা থেৎকৎপনা লীনগী মতোক মাল্লি। ৬৩ ॥ নাদা কুন্দোর নাম্বিণ অনিনা নোংথাংগুম্না লংঙি, অঙকপা কংনা কজরবা ফুরিৎ লিৎলি, ওক্তা গজ মৌতিকা কোবা লিকসি, অহুদ মতুনা স্নাগি লিক পরেং কয়া থোল্লি পাম্বোম মরুদা তান হাপই, খুজেংদা খুজিসি, ॥ ৬৪ ॥ খুৎচাদা স্নাগি খুদোপ্পা লৈতেংঙি, অচেংবা থরাংদা খেয়ো মুগা থোল্লি, সেনাপতি ১না সেৎপদা মতিকচাবা থোল্লে, সুমিৎনা ভানথত্তম পুম্নং লংঙি ॥ ৬৫ ॥ নিংথৌ রাথংদগী সেনা পতিনা তোংনবা মাউৎনা

তিণভাগ রাজ্যখণ্ড এক ভাগ লৈয়া।
চালেণ সেনাপতি রণ মুখী হয়া ॥৬৬॥
খড়্গ চর্ম্ম ধরিচলে যতগুর বর।
বাগুযেন প্রাশিতেণ আই শশোধর॥
হনুমন্ত ধ্বজ আগে করিয়া শাজন।
নানাবর্ণ ধণজাণ আকাশে উরেণ ॥৬৭॥
নববাদ্য ভক্ত বাধে নগরবিশাল।
কাংশী করতাল শব্দশুনিতে রশাল॥
নানা অলঙ্কার পৈচি চলে বীরগন।
অশ্বপৃষ্ঠে চড়িযায়ে সাক্ষাত সমন ॥ ৬৮ ॥
অস্ত্রধারি সবর্চলে অস্ত্রহাতে ধরি।
বলদর্পে কাহারে নাগনি অহঙ্কারি॥

এক এক বীরতেজ অগ্নিসম সর।
হাস্য লাস্য করি যায়ে হেলায়ে সমর ॥৬৯॥
শ্রীক্ষেত্রী চৈতন্য নামরনে শুরবন্ত।
গজে অশ্বেরথে পরে বড় শিবাশন্ত॥
যেন চলেসেই যুদ্ধে জয় মানিলন্ত।
আবিমুখ বলবন্ত আর সামর্থ বন্ত ॥৭০॥
খড়্গ শেল বন্দুকাদি বড়ই নিপুন।
নিজ অশ্ব বড় বল আস্ফালে উড়েন॥
নিজন সহ করিয়াসি লোহার শৃঙ্খলা।
অশ্বমুখে অলঙ্কার যেন পুষ্প মালা ॥৭১॥
বীরধরা পরিধাণ বড়ই শোভণ।
যন্ত্রসহ কবচ যেঅঙ্গেতে শোভণ॥

লৈতেং তৌদুনা সামু পোরক্লে, শ্রীরাম লক্ষ্মণ, শবনি তৌদুনা সামু থক্কা কাদুনা যাত্রা তৌর ক্ল, তেজোল ময়াই চংলবদা সামু মথক্কা লেপ্লগা (সঙ্কল্প) রাশক্লুনা লাওরকই ১স্থং পাঙ্গল উৎলকই ॥ ৬৬ ॥ নিংথেম ইতোনগী রা হায়গে, পৃথীদা কনাবু কিবা লৈতে অহুমদি ওইরগা জয় বিজয়, লানতমবা ভুমদবা হাইবা অসিদি ঈশ্বরগী ইচ্ছানি, অহুগা লাম্মিসে অহুম থোক পগি সরুক্কা ২ লৈহৌসন্থু ১দি ঐ পুরগে হায়রগা যাত্রা তৌপ্রে ॥ ৬৭॥ থাং পাইবগী থাংদোয়ে নোংমৈ পাইবগি সংগিন মতোয়ে, তার্গি তাদোয়ে অসিনা পুমলং লংডি রাহু গ্রহন: থাবু উমগে চৎপগুম্মি। হনুমান য়েকপা ফিরান্না খরাইগী মাংদা থাই মথং মথং মচু কয়াগি ফিরান্না আকাসদা কয়া কজে ॥ ৬৮ ॥ মখল কয়াগী পুংখোন্না পুমনিল নিল্লি, কাংশী করতালগী শখোন্না কয়ানি লান্দা থৌরবা অথোবশিং মশাগি শিজেৎ লৈতেংদুনা চৎল, মেঞ্জর কয়ানা সগোল থক্কা চৎলিবদো থাংগৈ সেংবা যমগুম্মি ॥ ৬৯ ॥ খুৎলাই পাইবা কাংবুনা, খুৎলাই পাইদুনা চৎলি, মপুক্কা কনাবু কিব লৈতে, শিরুগনি খন্দে অকনবা নিং অদো, মঙাল্লা মৈগুম্মি, লান চৎলিবদো, কুম্মে য়েংবা চৎপগুম্মি কনাবু কিরুদে, ৭০ ॥ শুনেন্দ্রকবিনা হাইজে, মণিপুর অথোবা মরক্তগী অথোইবা ক্ষেত্রি চৈতন্য সিং মেঞ্জার, মমাংঙৈ অরা লান্দা, তখেন লান্দা, য়াওরক্লবা, অথোবনি, সগোলদা সামুদা, দোলাইদা লাল্লম হৈবনি, মানা চংপ্রবদা শোইদনালানগুম্মি, চংখিবদা হনবা লৈতে, য়াম্না ভৌব গুম্মি ॥ ৭১ ॥ থাংদসু, ভাদগু, নোংমৈদগুং, য়াম্না হৈবা অকনবনি, মাগি সগোলসি চোংবদা পাইবগুম্মি, অহুমবা সগোলদা জিন সাবন হাপ্পি, চুপ্পি, হাপ্লে, সাগোল শমাইদা লৈতেংলিবদো, লৈ পরেং লেংবগুম্মি। ৭২ ॥ সাকি লানকি সেৎলে, য়েংবদা কয়ানিংবীজৈ, খুৎলাই চংদনবা, ১স্থং

রাজদণ্ড পেটাজীবে তদপরি শোভে।
দুই স্কন্ধে স্বর্ণকাম অলঙ্কার শোভে ॥৭২॥
মথাতে মুকুট শোভে স্বর্ণ কেনা কার।
শিরো ভূষাসঙ্গে ধ্বজবায়ু মন্দলন্ধ ॥
স্বর্ণ কুণ্ডল আর কেয়ূর কঙ্কণ।
নানাহার বক্ষদেশে করেণ শোভণ ॥৭৩॥
জানু অধরাজ দন্ত শোভে অলঙ্কারে।
চর্ম্মসহ তরুবাল শোভে কটিতেরে।
দুয়াজল বস্ত্রবান্ধি পৃষ্ঠেতে বন্দুক।
দুই দুই শেল শোভে জিন্নের পার্শ্বক ॥৭৪॥
রাজ আগে দর্পকরি কহে বীরবর।
আমার প্রতিজ্ঞা বাণী শুণ নৃপ বর ॥
জীয়ে মৈলে ভাল হৈল দৈবের লিখনে।
বিমুখ নাহব রাজা সমরে দারুনে ॥৭৫॥

আমার সামর্থ শক্তি বুঝ এই রনে।
আমার যে পৌরুষার্থ দেখ এইরনে ॥
যদিবা সাক্ষাত আ'ছ আপনে সমণে।
ভাগিবা নাহবে তবে লয়ে মোর মনে ॥৭৬॥
ইবলিয়া রাজা নমি পুরির বাহার।
রাজ দ্বার বাক্ষে অছি সন্যের মাঝার ॥
পুর হৈতে সবসন্য মেলিগেল।
পথে পথে সিংহনাদ জয় ধ্বণি কৈল ॥৭৭॥
সন্য পদ ভরে পৃথী হৈল কম্পমাণ।
বায়ুরস্থলীতে ধুলী ভরিল গগণ ॥
আছ আছ তমু গ্রামে সভে উত্তরিল।
সন্য বৃন্দমেলি তাহা ব্যুহো যেকারল ॥ ৭৮ ॥
নর ব্যুহো করিসব ভিতরে রহিল।
এথা ব্রহ্ম সেনাপতি ব্যুহো দৃঢ় কৈল ॥

পাম্ফনবা, যন্ত্রগা লোইনবা হকচাং পকপা ফুরিৎ লৌৎলে, অতুগী মথক্তা নিংথৌগী লেসোন ফুরিৎ সাইজোনবা লিৎলি নাকন নাক অনিদা সনাগি, কাথ তোই থান্মি। ৭৩ ॥ কোক থক্তা কমথাং খুজক হেৎলি. কিনা চাইথবতুনা লৌনগি মতোক মান্নি লানগুম ফিরান (পজেং ফিরান তোনানবা) থেৎলি, নাদ কুন্দোর নায়িন, খুজি তান্না কথা কজে, থবাক্তা স্নাগি লুপাগী মনি মুক্তাগি লিক পরেংনা কয়া কজে। ৭৪ ॥ খুকউ মথক্তগী কোক কাওবা নিংথৌগী মনা কিনা লৈতেংভি, থবাক চুংগোই ফুল নাক অনিদা থাংশাং য়াল্লি, খুদোল অনি পাকপা নোংমৈ থারি কাহুনা নংগন্দ নোংমৈ পোই, শগোলগী নাক অনি জিন সংবন্দা তারোন, তা হুম, তা থেৎলি, রামবাই য়াল্লি। ৭৫ ॥ সাজোন অসি তৌবগা ক্ষেত্রি চেতনা নিংথৌ খুরুম্নে, মহারাজ ইবুংঙো ননাই ইপুগী রাশক তাবিয়ু মীওইবগি মপোকসে, সিব, চংব, ঈশ্বরগী নোংদম্নি, মাইওন্দুনা চেন্নোই। ৭৬ ॥ হন্দকী লান অসিদা ননাই ইপুগী তৌবগুমগা তাবিয়, লানকমদা নিপা থোকপা, য়েংবিয়ু, তসেংবা যম লৈমম্নবম্ন হন্দুনা চেনলোই ৭৭ ॥ অসি হায়হুনা নিংথৌ খুরম্নগা, থোরকুনা, তেজোল মরক য়োরক্লে, তেংজোলগা তিরহুনা, থা পাংন্না চৎথরকলে, লমসাং লাকপনা জয় ধ্বনি সিংহ নাদ লাওই। ৭৮ ॥ তেজোলগী থোং কমক্তী অরুমবনা পৃথী নিকই, কুংশিৎনা নাকোই শিৎথিহুনা উফুলনা পুম্নম্মি, অসুম লাকপা

তথা মণিপুর সেনা উঠি প্রাতঃকাল।
প্রাতঃক্রিয়া ভোজনাদি যথামতি কৈল ॥৭৯॥
তবে দুই সৈন্য যুদ্ধ কৈল দেখা দেখি।
বন্দুকাদি নানা অস্ত্রএড়ে ধুখা মুখি ॥
বর্ষিহাতে ধরি চাপি অশ্বারোহী গন।
যেন মতে আকাশেতে উড়য়ে সাচান ॥৮০॥
ঊর্দ্ধমুখি ঘুড়া সব বেগে ধাইতে চাই।
একত্র মিলিয়া ব্রহ্মা সৈন্য ফিরিযাই ॥
নিদারুণ যুদ্ধ যেন দুর্ল্লঙ্ঘ সাগর।
বাদ্য ভাণ্ড শব্দ যেন কল্লোল সাগর ॥৮১॥
নলিতে বন্দুক শব্দ মেঘের গর্জ্জন।
বর্ষিষায় মেঘেযেন ঝর বরিষণ ॥
শ্বেত ধূমবক যেণ উড়য়ে গগণ।
বড় বন্দুকের শব্দ মেঘের গর্জ্জন ॥৮২॥

সঘনে পড়িছে গুলি করক যেমতে।
কামানের বড় গুলিযেন বজ্রাঘাতে ॥
চন্দ্রবাণ উড়িযেন যেমণ উল্লুক।
খড়্গ ফিরা ফিরিযেন বিদ্যুত ঝমক ॥৮৩॥
যেন মতে দুইসন্য করে ঘুরঘণ।
নির্ভর প্রহারে সন্য মরে কতজণ ॥
ক্ষণে ঠেকা ঠেকি যুদ্ধ ক্ষনেক অন্তর।
নাহয় বিমুখ কেহো দুই সম সর ॥৮৪॥
কুমারের চাক যেন ফিরয়ে অশ্বারী।
অলক্ষিতে আছি কেহো ফিরে বর্ষিমারি ॥
কেহো অশ্বহনে পড়ি ভুমিগুলি খায়।
সর্ব্ব বীরগন অঙ্গে রক্ত রাঙা কায় ॥ ৮৫ ॥
ঔগুক কিংশুক যেন পুষ্পিত বসন্ত।
ঘামে তিত্তিলক অশ্ব দুঃখ নাহি অন্ত ॥

তুমু য়োরে, অরা তেংজোল থেনরে, অরা উবদা হন্দোক্লুনা নরবেছু সাদুনা লৈরে। ৭৯ ॥ বেছু মনুংদা তেঙ্গোল পৈদুনা লৈপ্রে পনমাংদা, অকন অথৌনা লেপপ্রে, অসোমদা লাক্রিবা অরা তেজোল মনিপুর লাস্ম উবদা হনজিল্লুনা নরবেছু সাদুনা লৈপ্রে, সুমিৎ তারদুনা অহিং অদু অদুম লৈনরে ॥ নোংভালবদা মনিপুরগী প্রজা অপুমবা মাগি মাগি, প্রাত্তগী কৃয়া লোইদুনা চাবা থকপা লোইনরে। ৮০ ॥ অরাসুং চাব থকপা লোইরদুনা মনিপুরগা অরাগা মরোয়রদুনা লান হৌনরক্লে, অহানবদা নোংমৈ কাপনৈ, অনিগুরকপদা, সগোল তোংবা কাংবুনা তাপাক পাইদুনা তেংদোল্ মরক্তা থৌজিল্লি, খুনুথরং পাইবগুম্নি। ৮১ ॥ মনিপুরনা সগোল থৌজিল্লক পদা অরাগি তেজোল কাইদুনা চেল্লি। তমথিরবা লানকম্নি, লামবা ভমজ্রবা সমুদ্র গুমপ্রে, পুংগি পুংখোল্লা ইথক হৌবগুমপ্রে। ৮২ ॥ নোংমৈ মখোলনা, নোংভংবগুমপ্রে, নোংমৈ মরুনা নোং তাবগুমপ্রে অত্তোবা ফিরাল্লা উরোক পাইবাগুম্নে তোপ মখোল্লা নোংখাকপগুম্নি। ৮৩ ॥ গুলি মরু তারিবদো লেন তাবগুম্নি, তোপ মরুনা বজ্র তাবগুম্নি, রামবাই তেন পাইবনা (উল্লুক) মৈবি পাইবগুম্নি, থাজ, থাজ, লৈনবকপনা, থাংমিনা নোংথাং কুম্র গুম্নি ॥ ৮৪ ॥ অমুল্লা অকনবা লান পানরকই, মসিং লাকপা গুমদনা মীরাম সিনরে, ভাইহাক নকপিয়ৈ, ভাইহাক লাপথোক্লৈ, মাই ওয়দে গুমদে। ৮৫ ॥ কুমবগি চক্রগুম শগোল তোংবনা লৈবৈ, মাকোইদা চংলক্লুনা তামা খিল্লি নোংমৈ মরুনা পাল্লুনা কনানা সগোলদগী তাদুনা শি, অকন অথৌ পুমনক ঈমা পুমতাং তাংগ্রে। ৮৬ ॥ প্রমানদি বসন্তগি কাল্লা থাবম লৈগোক নারোইলোং

পাছে দেখি চৈতন্য সিংহ বন্দুক ধরিয়া।
ধাই গেল মত্ত সন্য শক্রোধ হইয়া॥
বন্দুক চালায় মত্ত মারে বড় শুর।
তারপরে মত্ত সন্য মারে বহুতর ॥৮৭॥
বন্দুক সন্ধানে মারে অবশ্য ভেদিক।
তার যুদ্ধ দেখি মত্ত বিস্ময় মনক॥
আগে হয়ে মত্ত সন্য পাছে পাছে যায় ।
পুণ সন্য মধ্যে তেহো তাহা ফিরি যায় ॥৮৮॥
সন্যের বিমুখ দেখি পোখ সেনাপতি।
মহাক্রোধ সম্য বহু আদেশিল তথি॥
তবে মহাবীর পোখ খড়্গ চর্ম্ম ধরি।
রনমধ্যে ধাইলেক অহঙ্কার করি॥ ৮৯॥
হুঙ্কার করিয়া কহে শুন মনিপুর।
কাহার পৌরুষ আছে আই বরাবর॥
তবেত চৈতন্য সিংহ পোখ প্রতিবলে।
তোমি আমি সঙ্গে যুদ্ধ করিবণ স্থলে ॥৯০॥
এবলি চৈতন্য সিংহ অশি চর্ম্ম লৈয়া।
সন্য হৈতে তার অগ্রে এক লম্ফ দিয়া॥
দুহা দেখি দুইজন করে অহঙ্কার।
অসি চর্ম্ম লয়ে দুহে সম্মুখ সমর ॥৯১॥
কুমারের চাক যেন দুহে দুহা ঘুরে!
অদ্ভুত, মানিয়া সবে দেখে থাকিদুরে॥
আগে পাছে দক্ষে বামে খড়্গ ফিরি ফিরি।
অন্য অন্যে মুখা মুখি দন্ত কর মরি ॥৯১॥
মন্ডল করিয়া দোহেফিরা চারি ভিতে।
চৈতন্যের চর্ম্ম পোখ কাটে আচম্বিতে॥
শুধু খড়্গ ধরি বীর করয়ে সংগ্রাম।
ন্যায় যুদ্ধ করে বীর অতি অনুপাম ॥৯২॥

মপাল সাবগুমগ্রে। শগোলশিং অদু হুমাংনা মশা লুপগ্রে শ্বর মাপ হোনগ্রে, অদুগীতুংদা অরানা হেনজিল্লকতুনা মনিপুর থাংবা গুমগ্রে হন্দোক্লরক্লে। ৮৭॥ অদু উবদা খেক্ত্রি চৈতন্যসিং নোংমৈ পাইদুনা, মাংদা লেপ্লগা, চংলক চংলকপা অরা অথোবদু নোংমৈনা কাপতুনা কাপ্তুনা হাৎখি, অরা হেনজিনলকপা গুমদে।

॥৮৮॥ মানা কাপ্পা নোংমৈসি অয়েঙ্বদা মরু মাংদে, অরা অথোইবা মাং থাবা পান্দুনা হেক্ত শি, অদুনা অরা অপুম্বা চংবা গুমগ্রে হন্দুনা চেল্লে, অরা তেজোল কাইরে ॥৮৯॥ তেজোল কাইব উবদা অরা সেনাপতি পোংথনা শাওদুনা করিগি চেল্লি চেণগনু হাইরগা, চুংগোই থাং পাইদুনা মাং থানা চোংথোরক্লে নাপন তৌনা ॥৯০॥ ওংদুনা লাউরকই, ওহে মনিপুর, নিপা থোকপা থোরকউ, লাওরকউ। অদু তাবদা খেক্ত্রি চৈতন্যসিং পোংথ য়েংদুনা খুম্মকই হাই হাই পোংথ থোরকউ, নংগা ঐগা লান পানসি ॥৯১॥ অসি লাওরগা চুংগোই থাং পাইদুনা চোংথোক্‌রক্লে পোংথগী মমাংদা লেপই সেনাপতি অনীসি থরোইনদে উশিংনগ্রে থাংগ থাংগ লৈনরক্লে। কুমবগি চক্রগুম্‌ থোংকম ২দা ১দা ৩দা লৈনরকপনা, থাংনা পুময়োম্‌ য়োম্নি অরাম্ব মণিপুরম্ব লান লেপ্তুনা সেনাপতি ২মী কুইম্ব য়েংগ্রে, মাংদা, তুংদা ওইদা য়েৎতা, থাজ থাজ উরুরু লৈনৈ, থা চিকই থোংকম থিল্লি, চোংথোক্‌নৈ চোংশিনৈ, ॥৯২॥ থাজ থাজ হাইনরপা লৈনরকপদা, য়েৎতা লৈবদা, পোংথনা খুনাম চুম্বিদুনা খেক্ত্রি চৈতন্যগী চুংগোই ফুল কক্‌খ্রে, মশা কম্মবা, চুংগোই য়াওদনা

তবে ক্রোধ চৈতন্য হইল কম্পমান।
পোখবীর হস্ত চর্ম্ম করে খাণ খাণ॥
শুধু খড়্গ লয়ে বীর করয়ে সমর।
খড়্গ প্রহারেত দোহে হইল জর্জ্জর॥৯৪॥
দৈব বলেসে চৈতন্য অধিক বল হৈলে।
বড় দুঃখ পোখ সেই ঝরে ঘর্ম্ম জল।
খড়্গ খড়্গ ঠেকা ঠোক করে মহারণ।
পোখ হস্তে সেই খড়্গ দূরে ফুরয়ান॥৯৫॥
অকস্মাৎ সন্য মধ্যে পালাইল দূরে।
পালাই পালাই বলি সন্য রোল করে॥
সন্যমধ্যে চৈতন্যসিংহ বিশ্রাম করিল।
তবেচৈতন্যসিংহ অশ্ব আরোহিল॥৯৬॥

বর্ষি হাতে সন্যমধ্যেবেগে ধাব মান।
ভঙ্কদেখিউড়িয়েন ফিরয়ে সাচান॥
জয়ে পার্শ্ব বর্ষি ফেলি মারে তিন জন।
নিজ হস্ত বার্ষ ধরি ধায়ে বেগ মান॥৯৭॥
অকস্মাত্ত মত্ত সন্য তারে বেড়িলেন।
তবে পোখ অশ্ব চড়ি ধায়ে তর মাণ॥
অশ্বে অশ্ব বার্ষি বর্ষি দুই ফিরা ফিরি।
বার্ষি ফেরি পোখ বীর তার বর্ষি ফেরি॥৯৮॥
ধাব মানে তার হাদি দুই হাত মারে।
অশ্ব হৈতে চৈতন্য সিংহ ভুমি তলে পড়ে॥
তার মৃতে মণিপুর করে হাহা কার।
সন্যভাঙ্গি পিছে পিছে করি মণিপুর॥৯৯॥

খাংদা পাইরগা লান পানৈ, হন্দুনা চেনগে নিংদে॥৯৪॥ অদু উবদা খেবি চৈতন্য শাওদুনা, ওইদা চোংদুনা লৈবদা পোংখনা খোংফম শোইরে অদুগি অহাংবদা পোংখগি চুংগোই ফুলকক্লে। মশা কম্নবা চুংগোই য়াওদনা, খাজ খাজ হাইনরকপদা খাংদোম্না হাইদৎ নরকপনা ঈনা পুমডাং ডাংখ্রে॥৯৫॥ গোবিন্দগী কৃপানা ক্ষেত্র চৈতন্যনা লাকচরক্লে, পোংখ সেনাপ্তি খাংবা ভমজ্রে মশা অপুম্বা ইগা হুমাংনা লুপখ্রে খাজ খাজ ক্লেক ক্লেক ডানরকপদা, ক্ষেত্র চৈতন্যসিংগা খাংনা খাং হাই চুমদুনা পোংখগী মথুৎতগী খাং খৎতোক্কুনা লংব্খোকখ্রে॥৯৬॥ মথরাই সীব ফিবদগী তেঙ্গোল মরক্তা চেনশিনখে, পোংখ চেল্লে চেল্লে মীয়াম অপুম্বনা লাওনে, ক্ষেত্র চৈতন্য তেঙ্গোলদা হনজিন্দুনা অরাবা পোংখাই অদু ওইদুনম্নং অরা খুগাইব ভমদবদগী সগোল তোংদুনা॥৯৭॥ তা পাইরগা, অরা তেঙ্গোল মরক্তা চংদুনা অরা হাৎলি, প্রমানদি খুমু থরং পাইশি নবাঙাম্ব, অদু উবদা অরা সেনাপ্তি ও সগোল খৌজিনলক্লে, ৩গা ১গা লৈনবদা চৈতন্য সিংনা তানা খিন্দুনা অরা সেনাপ্তি ও হাৎলে, য়ারবদি অরা চাইখাইরগে হাইদুনা পনয়াইদা খৌজিল্লি॥৯৮॥ অদুদা অরা মীরাম্না ককচেং ওথওম্ য়োম্খ্রে হাৎপা লোইবা ভমজ্রে, অদুম্ তৌরিবৈদা পোংখ সেনাপতি, তা পাইদুনা সগোল খৌজিনলক্লে, সাগোলগা সগোলগা, তাগা তাগা লৈনরকপদা তেঙ্গোলনা খুরৌ চেম্বদগী চৈতন্যগী তাদু পোংখগী তানা তাদোন খৎ তোক্লগা॥৯৯॥ চেনশিন্দুনা থাবাক্তা তানা থিল্লে, অন মাংদুনা চৈতন্যশিং সগোলদগী পৃথীদা লোংনা তাখ্রে, মানা শিব উবদা মণিপুরগী তেঙ্গোল হা হা কার লাওরে তেঙ্গোল পুবিনডাই লৈতদুনা হন্দুনা চেল্লে॥১০০॥ হরিচরন শাই সেনাপনি, সামু মথক্তা, নাপন তৌনা

রাত্রি রাজা অন্যস্থানে লুকিয়া রহিল ।
পরদিনে আর বার হাটেতে রহিল ॥
পূর্ব্বে যেন অন্য নারী আছিয়া ঘেরিল ।
সেইদিনে যেন কন্যা বহুত কান্দিল ॥২॥
এইমতে তিনদিন তথাতে রহিল ।
মাণপুরমোরে স্নেহ এসব জানিল ॥
সেই রাত্রি সন্ধ্যা পরে চিন্তিল নৃপতি ।
এইরাত্রি ক'র ঘরে পোষিয়া বসতি ॥৩॥
গোপিচন্দ্র নাম পণ্ডিত পূর্ব্বের সঙ্গতি ।
রাজ্য কালে তার সহ অনেক পিরিতি ॥
রাজার পণ্ডিত সেই বহু শাস্ত্র জ্ঞাত ।
আরেত জ্যোতিষ বিদ্যা পারগ পণ্ডিত ॥৪॥
সর্ব্ব কালে গুপ্ত কার্য্য তার সঙ্গেকরি ।
চির অদর্শনে তারে দেখিতে ইচ্ছা করি ॥

এত ভাবি তার গৃহে ঘোর রাত্রি গেল
গৃহের চত্বর ভাগেসন্নিকটে গেল ॥৫॥
বর্ষি'পা'ছ ভূমিদাণ্ডি দন্ডায়া রহিল ।
গোপিচন্দ্র গোপিচন্দ্র ডাকিতে লাগিল ॥
গৃহ হৈতে কোণ জন তাহারে বলিল ।
কুকি কহেএসএস বাহিরেতে এল ॥৬॥
শব্দ শুনি হৃদি ধুকি মনেতে চিন্তিল ।
অহ মোর প্রভু শব্দ সমাণ শুনিল ॥
পুণঃ গোপিচন্দ্র বলি বাহিরে ডাকিল ।
কোণ বলি হৃদি ধুকি বাহিরে আইল ॥৭॥
ঘোর অন্ধ কার নিশা চত্ব'র দাঁড়াল ।
অঙ্গনের প্রান্তে রহি কোনরে বলিল ॥
রাজা কহে আমি কুকি বাজারে আইল
মোর সঙ্গিজন এক দেখা নাপাইল ॥৮॥

---

ভচা অংক পৈজে অসুম্না লৈবহুনা সুমং তারক্রে । ২ ॥ নিংখৌ অতিংদ অতোপপা মকম লুভ ইপদবা য়েংহনা লৈরগা নোংভানবদগী অমুক কৈ'খেন মচি অমদা কমহুনা পাও তাই ॥ ভরাংগী মতোংগুম্ নুপী মরাম্: কোইহনা য়েংভি পাও চংই পিজনিংবা পিরে কপ্পে ॥

॥৩॥ অসুম্না নুমিৎ হুম্নি লৈরে অতগি সন্ধ্যা মমথরকপদা, ভাগ্যচন্দ্রনা খল্লি ঐওসি কমনি গুরে পাও তাবা মণিপুরনা ঐবু নুংশিনরি কাওত্রি, ওসি অতিং অসিক্নাদা লৈসিগে ॥৪॥ খল্লবদ মামাংভৈদা লুনা নিংখৌবু মবুংঙোনি খঞ্জবা মনাই গোপী চন্দ্রপণ্ডিৎপু নিংশিংত্রে, ভাগ্যচন্দ্রনা মাবু লুনা তৌবিহুনা পণ্ডিৎ হাম্নী অতগা মামক্তি লৈপাক্গী পণ্ডিৎ ওইবদা মতিক চাবাসুপানি, মণিপুর পুরান মৈতৈ ময়েক অহুপা বাঙ্গালি ময়েক বেদ শাস্ত্রদা রাম্না হৈ, অতগা জ্যোতিষি পাঞ্জিদা মাগুম্বা লৈতে ॥৫॥ অতগা নিংখৌগী অরোন অথুপ পুম্নমক মাগা তাইম্নে রাম্না লুনা খবা মনাইনি মাবু নিংশিংলুবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংখৌ উননিংবনা, লৈবা ওমজ্রহনা লম্মাংদোংদগি নিংখৌখোং তাম্ন অহিং অহুদা লাক্লে, মনাইগী গুমাংদা লেপই ॥৬॥ তাপাক অহু তানিং তামাং গুন্দুনা য়ুংলগা, খোংজাইগী খোনখোক্তা ইপাখৌ অত্তোম গোপীচন্দ্র লৈবরা কৌই । গোপিচন্দ্রনা ইয়ুংগি কম্মাংদা কম্নগা হাও কনানো ঐলৈএ খুম্মি; ভাগ্যচন্দ্রনা লৈরবদি মপান্দা খোরকছি কৌই । ॥৭॥ গোপীচন্দ্রনা খোম্মোক অহু তাবদা থকলাওই খল্লি নুংশিত্রেদ ঐগী ইথুংতো ভাগ্যচন্দ্রগি খোক্কম মামখেদা, অমুক তাখিগে হাইহুনা ভাইহুনা লৈএ । ভাগ্যচন্দ্রনা খোংজাই রাজনা ইপাখৌ গোপীচন্দ্র মপান্দা খোকছি কৌই । অহুমং অহুম মান্দুনা কনা ওইরমগবা হাইহুনা, মপান্দা

অতএব মোরগ্রামে যাইতে নাপারে।
তোমারা গোপালা এইচাহি রহিবারে॥
কালির প্রভাতে গ্রামে যাইব একলে।
এসব বচন যদি কুকিসে কহিলে॥৯॥
গোপিবলে মোরপ্রভু সমান স্বরভূমি।
তেহো কহেনহি নহি কুকিহয়ে আমি॥
প্রদীপ জ্বালিয়া তাহা আনে গৃহ হইতে।
অগ্নিজ্বালে সেই দুইমুখা মুখি তাতে॥১০॥
প্রেম দৃষ্টিচাহে তাতে অনুমান কৈল।
এইহবে মোরপ্রভু হৃদয়ে জানিল॥
শুন কুকি যুবাতোমি নিশ্চয় কহমোরে।
মোরপ্রভু সমস্বর আরমুখ তোরে॥১১॥
কুকি কহে নহি নহি আমি কুকিজাতি।
গোপীমনে শঙ্কা করিদেখে ধন্দমতি॥

পিঠেবেমা পাগড়িতে শিরেতে শোভিতে।
শোনবর্ণস্বরপিণ্ড জলামী কর্ণেতে॥১২॥
অঙ্গেতে পেটাজি ধরে বাহুমূলে ছেদে।
পৃষ্ঠেতে খ,বড়ি সেইলম্বে শিরহৈতে॥
বর্ষিকাতে নড়াইল প্রকাণ্ড প্রতিমা।
মনেতে জানিল এইরাজার প্রতিমা॥১৩॥
ছদ্মবেশধরি এইবাসাতে আইল।
এইমনে গোপিকহে জানিল জানিল॥
মোরপ্রভু ভাগ্যচন্দ্র বিনাঅন্য নয়।
দুষ্টবিধি নিলমানি আনিল এথায়॥১৪॥
এতবলি নীর ঝুরে গোপিচন্দ্র কান্দে।
সহিতে নাপারে রাজা নীর ঝুরিকান্দে॥
আমিহয় ভাগ্যচন্দ্র শুনপ্রিয়তম।
কান্দি কান্দি গোপিচন্দ্র করিল প্রনাম॥১৫॥

খোয়কই ॥৮॥ অহিং এম্মম্বনিনা, মুম্নাউব কংদে মুমাংদা মী অমা লৈবদি উয়ে, দাম্বি মচিল্লা লেপ্পগা কনানো হংভি, ভাগ্যচন্দ্রনা ইপাখৌ ঐ খোংজাইনী, কৈ:ঠন কারকপনি ইপাং কায়নরে ॥৯॥ অহিং ওইখিবনা, লম্বি উজে ইপাখৌগী মলোল মচি অমদা ঐবু লৈহল্লু। নোংভাল্লগা ঐগী ইখুন কাখিগে ভাগ্যচন্দ্রনা রাহৈ অসি তাকপি। ১০॥ গোপিচন্দ্রনা ঐগী ইবুঙো ভাগ্যচন্দ্রগী স্বর মামন্ত্রেদা হল্লৎলি, ভাগ্যচন্দ্রনা ইপাখৌ কনাবু মাল্লুগবনো ঐসে খোংজাই অসেংবনি। অদু তাবদা গোপীচন্দ্রনা চিংনদুনা মচাল্লুপী কৌরকই, হা ইবেম্মা ইপাদা মৈরা অমতা চমখোয়কউ। মপাবুং য়াখং তাবদা মচাল্লুপীনা উচানগী মৈরা অমা চমদুনা পিরমে শকা শকা উয়রে॥ ১১॥ কজবা মীৎয়েংনা কোইনা কোইনা, য়েংলগা মবুঙোনি খল্লুনা হায়-রকই, হে খোংজাই সান্থনা লাকলিবা ইবুঙো, লোৎপা য়ায়রোই রাজাং শককম পুম্নমক হোংনদে ইবুঙো নত্তনে মানি শেংনা তাকপিয়॥ ১২॥ অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা ইপাখৌ য়াখন চোইগদু ঐসে অসেংবা খোংজাইনি॥ অদু তাবদা গোপিচন্দ্রনা ওকপ্রদুনা মৈরাদু পাইরগা মাং ফুং য়োংই। শমদু বেণী লোল্লি খোংজাই কোয়েৎ য়েৎলি নাদা নোংথৈ য়াল্লি। ১৩॥ পাখোয় য়াওদবা ফুরিৎ সাইপকপা লিৎল্লি। নমগল্লা শম য়াল্লি। থবাক্কা পাকোই ভুমশৎকা পবেং শি, তাপ্পক অহমা পাইকপা শোংশাওয়া লৈবদু উবদা মমুঙো ভাগ্যচন্দ্রনি শোইদ্রে নিংদুনা,

দুইজনে কুলাকুলি অনেক কান্দিল।
গোপিকহে মহারাজ তোমারে পাইল॥
যেমন বামনচন্দ্র হাতে ধরি লৈল।
ক্রন্দন সম্বরি দুইভিতরে আইল॥১৬॥
আসন পাতিয়া গোপি পাদ প্রক্ষালিল।
ভক্ষপেয় সেবাচার অনেক করিল॥
শয্যা আসনাদি তাহা সকল করিল।
দিনেনা বাহির কার্য্য সকল করিল॥১৭॥
গোপি ভার্য্যা পুত্রবিনে অন্যনা জানিল।
গুপ্ত করি রহিলেন কোননা জানিল॥
পুর্ব্বহৈতে সব কথা করিল প্রসঙ্গ।
খেবুগিরি কথা আর হিরণ্ব প্রসঙ্গ॥১৮॥

আসাযে আইল আর গজধরি কথা।
এইসবে ক্রমে ক্রমে তথাহৈল কথা॥
গোপি কহেশুন প্রভু অভিষেক করি।
অচ্যুত পঞ্চমন্ত্র আছে পুর্ব্বাচার্য্য করি॥১৯॥
এইমন্ত্র অভিষেক অবশ্য রাজ্য পাই।
খেলসিংহ নাম হৈতে অধিক নাম চাই॥
মামানাম শিলাসম অতিতেজ বান।
তোমা নাম মামা নাম সমানা বিধান॥২০॥
ইহাহৈতে অধিক নাম ইহাআমি চায়।
এইনাম দিলে তোমি অধিক বিজয়॥
গিরিহৈতে শিলা জানিদৃশ দ্বান নাম।
থশাব্দাগ্নি ভয়রক্ষা পর্ব্বতের নাম॥২১॥

---

গোপিচন্দ্রনা খল্লকই॥ ১৪॥ মহ রাজ ইবুঙো, অথ,পপা কিজেৎ শেংতুনা ননাইগী নাক্ত লেংলক্‌পোরে খংঙতনা ওঙ্গংলকই খংঙ্গরে ইবুঙো ননাই গোপনা মহারাজগী কজবা পূম্নমক্ত খোংজাই কিংশংনা খুম্নগা, লাইবক্ত, পাম্বোমদা, নাম মুদ্রাগী চন্দোন মখিদি খুমবা য়াজবোই কজনা লৈরেদো, খোংজাইনা চন্দোন খোনত্রা ইবুঙো তশেংবা ভাগ্যচন্দ্রনি, কৎতবা বিধিনা পুখিবদো অমুক পুখিরক্লে॥১৫॥ অসি হায়রগ চরন কোন্দুনা কপ্লে ভাগ্যচন্দ্র খাংবা য়াজ্রহনা মনাইবু কোম্বীরে ঐ ভাগ্যচন্দ্রনি তাকপিরে, গোপিচন্দ্রনা কপতুনা চরন কোইল্লে।

১৬॥ মপু মনাই কোয়রহনা কয়ামরুম কপ্পরে গোপিচন্দ্রনা মহারাজ ইবুঙো চরন কংজবা অসিদি মখোং নেমবনা থাবু লামব কংজব●মখনি শসিনচিংবা হাইহনা কপমিন্নরগা লেংশিল্লসি হাইত্রনা ইমুংদা লেংশিল্লে॥ ১৭॥ আসোন থারে চরন শেংদোকলে মখেন লুকোই লাংহনা লুক চৌরে প্রশাদি কংঙে শয্যা শেমহনা পোথাহল্লে গোপিচন্দ্রনা পাদ লোইহনা য়াম্বি শাহনা অহিং লোল্লি। ১৮॥ গোপিচন্দ্রনা ঐগী ঈশ্বর অমা পুজা ভোজপদোরি মুমীৎ ৭ মতানি অসিদি ঐগী য়ুমদা মী চংবা য়াদে হাইহনা মী চংবা থাংপ্রে অহনা মাগী ইমুংদা লৈব মী নত্তনা কবা থংদনা লৈপ্রে। মপু মনাই অনীমা মাংগী য়া য়াম্বিশাই খেবুচিংগী য়াম্বি সায়ে॥ ১৯॥ কাছারগী রারী শামু কাবনাচিংবা গোপীনা মনিপুরগী অয়াবা রাম্বি শায়হনা মপু মনাই কপমিন্নে॥ গোপীচন্দ্রনা মহারাজ ইবুঙো অভিষেক অমা তৌসি অমাং অতা লৈজবা অচ্যুত্য পঞ্চমন্ত্র অমা গুরুজয়া থনম্মি॥ ২০॥ মন্ত্র অসিনা অভিষেক তৌরবদি শোয়দনা লিংথো ঙইগনি। মীং অমগা হোংসি খেলেবগী মীংনা চীংজা মতাম হেনবে। ইবুঙোগী মীংনা ভাগ্যচন্দ্র

খশব্দতাপ করি অক্ষর কহয়ে।
গিরিরূপে ভয়রক্ষা অন্য তাপ করে॥
দেশ ভাষামতে অর্থশুনহ রাজন।
চিথ শব্দে ধ্যানুসারে এমত বচন॥২২॥
খোম্বা বাক্য অলঙ্কার সর্ব্বা কর্ষতেজ।
এইমতে নামথই শুন মহারাজ॥
অবশ্য তাহারে তিনি মনেতে মানিয়ে।
শুভ অভিষেক কালে এনাম থইয়ে॥২৩॥
ক্ষত্রি হৈলে শিলা বসিসক্য যে উত্তম।
অতএবশিলা বাস অভিষেক নাম॥
মণিপুরাক্ষর শাস্ত্রে এসব কহিল।
এই বলি দ্বইজন নিশ্চয় করিল॥২৪॥
শুভক্ষনে মঙ্গল স্নান তাগা করিলেক।
পূর্ব্বমুখে শিলা বসি শুভাভিষেক॥
মন্ত্রজপি এইনাম তাহাতে থোইল।
এইরূপে ভাগ্যচন্দ্র শুভনাম কৈল॥২৫॥
এইমতে তিনদিন রহিব গোপি গৃহে।
ভোজ্য পেয় সেবনাদি যথাশক্তি তাহে॥
একদিন রাজা কহে শুনহ বিদ্বান।
এই মণিপুর দেব প্রত্যেক পুজন॥২৬॥
মোরপিছে এইকর্ম্ম একান্তক সেব।
তোমাসঙ্গ ফলে আমি এরাজ্য পালিবে॥

ফোবনিনা লাইবক কবতা হাইবনিদো লান্দদি পাংদে। মামগী নাম্না খেলৈবুংনাং তেলহৈবা হাইবনিনা, মগুন হেনথে লানবা য়াররোই হেনগৎপা মীং অমা থোনসি॥ ২১॥ মামদগী হেনবা মীং হোংসি অহ ওয়রবদি লান্দা জয় ওইনি ভাগ্যচন্দ্রনা করি কৌগগে হায়রো তারগে, গোপীনা ইবুঙো চিংদগী মুং পোকই, মুংদা মচিন কেংহুনা খোংলবা ভেনদু দৃশৎবান কৌই অহুনদি তেন্দগী, মুংনা হেল্লে মুংদগী অমুক চীংনা হেল্লে. অহেনবা, চিং সিমা লৌরসি। থ শব্দনা, মৈতৈ ঐখোয়না মৈবু কিদবা হাইরাস, চীং শব্দনে, থ, শব্দনে অনি লৈয়ে। ২২॥ থ, শব্দনা, মীঙোন্দা মৈচাক পিবা অমাং অতা লৈতববু কৌই। মৈতৈ ঐখোয়না মৈবু খাম্বী কোই মৈ হাইবসি অমাং অতা লৈতে মীঙোন্দা মৈচাক পী। চীংনা লোংদবা হায়রসি থ, না অকিবা লৈতবা হাইরসি থ, না মীঙোন্দা মৈচাক পীবা হায়রসি। মৈতৈ ঐখোইগীদা অর্থ তৌরগে, চি, থ, থ, ময়েক অহুম অসিদা, মথক্কী অনীদা অনুংসার অমমম অলঙ্কার হাপ্লসি, অহুনদি চীংথং অসি থোকলে॥ ২৩॥ থ শব্দনা অলঙ্কার হাপ্তুনা খোমবা হায়রাস অহুনা পুনশিল্লগা মীং অমা থোকলে শ্রীচীংথংখোমবা কৌরসি মীং আস থোল্লবদি মাম্মবু শোরদনা ওমগনি অভিষেক তৌহুনা খোল্লসি॥ ২৪॥ ক্ষেত্রিগীদি মুংদা কমহুনা তৌবা কম্মনা অখোইবনি অহুনা মুং মথক্ক কমগা অভিষেক তৌগদবনি মৈতৈ ঐখোয়গী পুরান্দা অসি লৈএ॥ অহ তাবদা করে লেপনয়ে। অনন্তসাইনাচিংবা মক্কহকপা মী কয়াগা উনহুনা খয়হুনা করে লেপনয়ে। ২৫॥ মুমিৎ অকবা য়েংহুনা মুংপাক মথক্ক কমহুনা মীং থোল্মুনা, মন্ত্র লোল্মুনা অভিষেক তৌয়ে। অভিষেক তৌরবা মুংদা মুমিৎ হুমনি মনায়গী লেবা লৌহুনা

আমি রাজ্য হৈলে তোমিস্বচ্ছন্দরহিব।
তোমি আমি এইরাজ্যেদেব দ্বিজসেব ॥২৭॥
এবে আমি তোমা পাই আনন্দ হইলে।
যেন কাচবানির্য্যেতে দেশে দেশে গেলে॥
দেবকৃপা কাচমধ্যে চিন্তামনি পায়।
তেনমতে তোমাধনে আমি এইপায়ে ॥২৮॥
এতবলি শেষরাত্রে রাজা যাত্রা কৈল॥
গিরিটটে গোপিচন্দ্র অনুগত কৈল॥
বিদায় কালেতে দুঃহ কোলাকলি কান্দি।
রাজারে প্রনামে গোপি চলি কান্দিকান্দি ॥২৯॥
এথা রাজা গিরিপথে আসামেতে করি।
আছি আছি উত্তরিল আসামের পুরি॥

যথাতে রাজার সভা তাহাতে গেলেন।
আসামেতে উঠিরাজা সত্বরে গেলেন ॥৩০॥
এসবলি আলিঙ্গিল অতিপ্রেম ভাবে।
নিজ নিজাসনে দুইবৈসে মুখ ভাবে॥
স্বর্গদেব কহে রাজা শুনিব কারনে।
তোমা কথা শুনিবারে বড় আশামনে ॥৩১॥
ভাগ্যচন্দ্র কহে রাজা বিষ্ণু পূরে গেলা।
কুকি বেশে হাটে তটে বসি বিশ্রামিলা॥
নারিগন আছি তাহা পরিচয় কৈল।
আমি ছদ্মকথা তাহা সভা কারে রৈল ॥৩২॥
মোরে দেখি মোরে চিন্তি বহুত কান্দিল।
বৃদ্ধাযুবা নারীগন শোকাবিষ্ঠ হৈল॥

লৈবিরম্মি। গোপিচন্দ্রনা ওমজবা সেবা কৎলি। কবিনা হায়জৈ শ্রুতা খিবিক অভিষেক তোঙ্গিনৈদা নুমিৎ কয়ানি লৈদুনা ওইখিবা অমস্তং তৌখিবা কর্ম্মদো ননায়না লেংজবা ওমজত্রে মরিনিঙবা নুমিৎতা ভাগ্যচন্দ্রনা গোপী পণ্ডিৎ নংনা মনিপূরগী লাইকম পুন্নমক সেবা তৌহৌরো ২৭॥ ঐনা হল্লগে, নংগী নপাক্কগী নিংথৌ ওইহল্ল, অদুগা ননিং তম্না পাক্লো। ঐখোয় অনী ব্রাহ্মন বৈষ্ণবগী সেবা তৌসি ॥ ২৮॥ নংবু ঐনা উনজবাসিদি য়ায়া নুংঙাইব্রে, লিকলি অকায়বা থীবা লাকপদা। লাইগী নোংদমদগী চিন্তা মনি ফংজবা অদুগুম্না নংবু ঐনা ফংজবনি ॥ ২৯ ॥ অসি হায়নরগা নোংঙাল্লমদাইদা যাত্রা তৌরকলে চীংখোং ফাওবা গোপীচন্দ্রনা থিল্লকই কাইনরমদায় কান্না কয়ামরুম কপনৈ নিংথৌ লেংব্রে, গোপী কপতুনা লৈহৌরে। ৩০॥ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ চীংসাং লাকতুনা নুমিৎ কয়ানিদা তেখাও য়ৌরে অহিং ঙাইরগা সজাইদা লেংশিল্লে, নোংঙাল্লগা দরবারদা লেংখৎলি ॥ ৩১ ॥ ভাগ্যচন্দ্র উবদা তেখাও নিংথৌনা হুয়াওনা তৌদুনা আসোন্দা লেংশিল্লে। স্বর্গদেবনা মরূপ, পাও তানিংবনা খোয়াংব্রেদা করম করম তৌরবগে॥ ৩২॥ ভাগ্যচন্দ্রনা মহারাজ ঐনা খোংজাই সাদুনা চৎলগা, মণিপুর অমাংদোং কৈথেল্দা কমুত্না পাও তাই কৈথেল কাবী নুপী কয়ানা পাও হংঙি। ঐনাদি খোংজাই শাবনিনা॥ ৩৩॥ কনানসু ঐবু খংদে, ঐবু উরগা ঐবু কৌতনা নুপী নুপা কয়ানা কপনৈ। অদুদগী নিংথৌখোং তায়া চৎলগা গোপীচন্দ্র পণ্ডিৎকী মরমদা নুমিৎ কয়ানি লৈরে। ঐবু মীনা খংগনি হাইদুনা য়ায়া লোয়া লৈএ॥ ৩৪॥ মাগা লোইনদুনা অথুম্না বারী

পরে গোপিচন্দ্র বিজ্ঞতার ঘরে গেল।
মোরে দেখিপরে জানি তাহা গুপ্তৈল ॥৩৩॥
তারসনে গুপ্তকথা অনেক করিল।
গিরি রূপে ভয়রক্ষা অস্ত্র তাপদিল ॥
অভিষেক সঙ্গে এই নামাম্বর হৈল।
তাহাতৈতে যাত্রা করি এদেশে আইল ॥৩৪॥
এবেমিত্র তোমাঠাই উপ কায় চাই।
যেন পক্ষি উড়ি বায়ু সহায় করাই ॥
তেনমতে এই মনে উপায় করহে।
তোমাবিনে এই কার্য্যে উপায় নারহে ॥৩৫॥
যেন অগ্ন কোন যোগে দগ্ধতৃণ নাশে।
তেন মহিমজে দৃষ্টে তোমা কৃপা নাশে ॥
যেন বায়ু শাকারিতে শুষ্ক পাত্রউড়ে।
তেন মতে তব কৃপা দেশ ভগ্ন পড়ে ॥৩৬॥
ভাগ্যচন্দ্র কথা আর বিনয় বচন।
শুনি স্বর্গদেব রাজাহৈয়া তুষ্ঠ মন ॥
কাহিলেন ভাগ্যচন্দ্র সাদর করিয়া।
শুণ শ্রীলভাগ্যচন্দ্র তুষ্ঠ মোর হিয়া ॥৩৭॥
তোমার কারনেদেশ শুখ অতিশয়।
তোমার কারনে গঙ্গ শাস্ত্র মত ময় ॥
তোমার বৈষ্ণব গুণ অদভুত ময়।
তোমার কারনে মোর হরি ভক্তি পায় ॥৩৮॥
তোমার কারনে দেশ সাধু সঙ্গ চায়।
তোমার কৃপাতে মোর হরিপাদ পায় ॥
গঙ্গার পরশে পাপ পশ্চাতে পাবণ।
দর্শনে পবিত্র হয় বৈষ্ণবের গুণ ॥৩৯॥

॥ পিত্রদী ॥

পুনবলে স্বর্গরাজ, মাহাহর্ষ সভামাজ,

সাহুনা ঐগী মীং অমা থোজি, চীংদগী মীং লৌকুনা, চীংখংথোম্বা কৌহনা অভিষেক তৌরগা অচুদনীদি ঐ লাক্লে॥ ৩৫ ॥ হে মরুপ লাল তৌবা তারে উপাই তৌবিরো। প্রেমাদ্দি উচেক্না পাইনিংদা লমদা নুংশিৎনা শিংপশুম চন্দ্রকী লান অসিদা উপাই তৌবিরো, মহারাজ নত্তনা উপাই লৈতে। ৩৬ ॥ প্রেমাদ্দি যানা নারগা থ্বয়া সহাই তৌবশুম। নংগী সহাইদগী মোইয়াং নিংথৌবু মাংহল্ল। উনা অকংববু নোংলৈনা পাইবশুম ঐবু পাইচন্দুনা মনিপুরদা থঙ্গিয়ো॥ ৩৭ ॥ ভাগ্যচন্দ্রগী রাঙাং নুংশিবা তারগা স্বর্গদেব নিংথৌনা পুক্নিং পেন্দুনা চায়রকই। হে মহারাজ টবুংতো ঐগী পেনবা লোইয়ে। নিংথৌগি লমদ্দি সিংবা গুম্মোই॥ ৩৮ ॥ মহারাজনা লৈপাক অসি নুংঙাইহল্লে। সাস্ত্র অতাওববু কাবিরদ্দি। মহারাজগী বৈষ্ণব ভক্তিগী গুন খংজহৌই। কৃষ্ণ ভক্তি কংজহোয়ে। ৩৯ ॥ মহারাজগী কৃপাদগী লৈপাক অসি সাধু সঙ্গ কৃষ্ণ ভক্তি পায়হোয়ে॥ ঐসু হরি ভক্তি কংজহোয়ে। গঙ্গাস্নানদি কোম্বা কোল লাকই। সাধু সঙ্গদি হৌঙ্গিকহৌজিক কাই হায়বা বৈষ্ণবগী গুন খংজহোয়ে॥ (মথা ত্রিপদি লেংজৈ)॥ ॥ ১ ॥ অতুগী তুংদা তেখাও নিংথৌনা সভা ময়ামদা থোকতুনা ভাগ্যচন্দ্রগী মঙন চায়রকই। তারো তারো তেখাও প্রজা, সর্য্যবংশ শাগৈদা পোকপা মনিপুর নিংথৌদগী অথোইবা নুপামি

ভাগ্যচন্দ্র করিয়া প্রমাণ ॥
ধন্যযত ধর্য্য জ্ঞান, হেনপুত্র অবতংশ,
একমধ্যে না দেখি সমান ॥
দেখিছি শুনিছিকত, মণিপুর নৃপযত,
কাহেদিব ইহার তুলনা।
রাজ্যকৈল মণিপুর, ধর্ম্মবন্ত বড়শূর,
আরযত নাযায় গননা ॥১॥
যবিষ্ঠাদি ক্ষেমচন্দ্র, জলগত্য ধর্য্যচন্দ্র,
খগদ্বিপ পুন্যক্ষেম এই।
একোদর নীলমনি, বেদান্তক গুণমণি,
ইত্যাদি নৃপতিগণ এই ॥
পীতাম্বর গুণ বন্ত, গরিবনীরাজ অন্ত,
এইপঞ্চচলিশ রাজন।
তারমধ্যে এক রাজা, সমনহে এই রাজা,
জানি এই কুল উদ্দীপন ॥২॥

ধন্য ধন্য ভাগ্যচন্দ্র, প্রপদেশিহেব চন্দ্র,
জ্ঞানেতে নাহিক তুলবল।
ধন্য জয়সিংহ জয়, নাহিহুবে নাহি হয়,
কীর্ত্তিচন্দ্র ধর্য্যসমতুল ॥
তেজে ধর্য্যসমতব, রূপে যেন কাম দেব,
মহাসাধু ধর্ম মতি প্রাণ ॥
এরূপে আসাম রাজ, প্রশংসিল সভা মাঝ,
পাত্র মন্ত্রি হৈল উঠবন ॥৩॥

॥ পদ ॥

এত বলি অশ্ব বার্ত্তা তাহা পাঠাইল।
বার্ত্তা শুনি অস্ত্র ধরি পুরেতে আইল ॥
অষ্ট সহস্র অস্ত্র ধারি নৃপাগ্রে রৈল।
তাহাদেখি স্বর্গদেব সন্তোষে বলিল ॥১॥

মনিপুরগী নিংথৌ মথং মথং ওইখিবা মধ্যন তায় উহৌব। কয়াম্ভ রাওই। অহু পুরবকা ভাগ্যচন্দ্রগা চাং তম্রবা য়াদে। মনিপুরদা ধর্ম্ম লৈবা নিংথৌ কয়া পানখিবা। ২॥ যবিষ্ঠবা হৌবা, ক্ষেমচন্দ্র জলগত্য, স্বর্য্যচন্দ্র, খগদ্বিপ, পুন্যক্ষেম, একোদর নীলমনি, বেদান্ত, গুনমনি অসিনচিংবা মতুন লৈরবা পীতাম্বর, গরিবনিরাজ, মনিপুরদা কয়ান তোংলুনা রাজচক্রবর্ত্তি ওইনা পানখিবা নিংথৌ ৪৫ নি অহুগী মরকা ভাগ্যচন্দ্রগা মান্নবা নিংথৌ রাওদে শাংথোগী খাউমেনী॥ ৩॥ অতাংবনি মহাধন্যনি ভাগ্যচন্দ্র মশক্রা খাওযবা পুথোদা চাং তমডাই লৈকবা মঙ্গলগী মশক ওইবা জয়সিং মাংদা ওইবিজি তুংদা লাকলরোই মীংচৎপু প্রমীৎনা থাবা পা-জিবা মথৈ মুৎলরোই মতাম্রা অয়িংবদা থাওথা অয়াংবদা জুমিৎকুমবা মশক্রা কাম কোবা লাইওযবা মহা সাধুনি ধর্ম্মগী মূর্ত্তিনি অসি হায়দুনা সভা দয়ায়দা তেথাও নিংথৌনা থাগথনি, তাবদা প্রজা মন্ত্রি হয়াওনৈ॥ (মথা পদ তাজরে) ॥ ॥১॥ অদুগী তুংদা স্বর্গদেবনা মোইরাংদা লান চৎপা তারে শগোল পাও চেন্নু রাথং পি, খুদক অদুদা শগোল পাও চেন্নে, পাও তাবগা খুলায় পায়দুনা সিকায় লিশিং ৮ সেনাপতিগা লোইননা কোন্নুংদা থংই অদু উবদা নিংথৌনা থেজোল রোদুনা মা রাথং পি। ২। মাঙ্গা মৌবিয়া একজন অযোবাত্রিদুনা লৈপাক ভুমি, তাকুবনি

তোরপিতৃ পিতামহ রনে শুর বত্ত ।
পূর্ব্বহৈতে এইদেশে ক্রমেতে রাখন্ত ॥
তারা বংশ তোয়াজন আমার বচন ।
এই ভাগ্যচন্দ্র নৃপ প্রাণ তুল্য জাণ ॥২॥
অতএব তার লাগি কর প্রাণ পণ ।
তোমরা পৌরুষ যত এবার দেখাণ ॥
তাহা শুনিশুর গর্ণ নৃপতি কহিল ।
তোমার সবার লাগি প্রাণ ত্যাগে ভাল ॥৩॥
ভাগ্যচন্দ্র নৃপ এই প্রাণ সম চাই ।
অতএব এইরনে বিমুখ না হই ॥
এত বলি রাজা নমি সভে শুর গণ ॥
ঐছেন সকল সন্য সভাই মিলেন ॥৪॥
শ্বর্গকহে শুণ মিত্র এই সন্য গণ ।
শুরগণ এদেশেতে তাহারে গণণ ॥
অষ্ট সহস্র সন্য লইয়া করহ গমণ ।
দুষ্ট খেল সন্যগণ করহ মারণ ॥৫॥
ভাগ্য কহে শুণ নৃপ পিতার সমান ।
তোর উপকার হেতু জয়ের কারন ॥
এত বলি দুই রাজা কোলা কোলি কৈল ।
শুভদন্তে ভাগ্যচন্দ্র যাত্রা যে করিল ॥৬॥
অষ্টম সিমার কথা হৈল সমাপণ ।
সব শ্রোতাগণ মোর নাকর দোষণ ॥
অশুদ্ধ আমার বানী শুদ্ধ সাধুগণ ।
বৈষ্ণবের গুণ মাত্র করিবে গ্রহন ॥৭॥
পীতাম্বর সিংহ নাম সজ্জণ সঙ্গতি ।
তাহার সঙ্গম হৈতে মোর বুদ্ধি গতি ॥
শিক্ষাগুরু পাদপদ্ম ভজন সম্মতি ।
ভাগ্যচন্দ্র চরিত দীণ গুনেন্দ্র রচতি ॥৮॥

ইতি শ্রীমহারাজোত্তম ভাগ্যচন্দ্র চরিতগ্রন্থে জয়দেব মহিরজ গমনংও ভাগ্যচন্দ্র কুকি বেশাগমন বর্ণ্ননং নাম অষ্টম সীমা ॥৮॥

অদুগী মচা মশু তাক্তনি গুরুজনশুম্ খোবনি, ভাগ্যচন্দ্র নিংখোসে ঐগী থরায়নি । ৩ ॥ মমব অসিনা মাগীদমক থরায় মাংবা পাম্মুগনু নখোয়গী নিপা খোকপা উৎলু । অদু তাবদা সেনাপতিনাচিংবনা খুম্মি মহারাজগী মরুপ ভাগ্যচন্দ্রগীদমক থরায় পাম্মুরোই । ৪ ॥ ভাগ্যচন্দ্রবু ননায় ঐখোয়না থরায়দগী হেন্না শুংশজৈ অদুনা মাগী লান্দা হন্দুনা চেল্লোই । অসি হায়রদুনা নিংখোবু থুরম্লপা লানগী সাজোন তৌখে ॥ ৫ ॥ তেথাঙ নিংথৌনা ভাগ্যচন্দ্র য়েংদুনা হায়রকই হে মরুপ ঐগী তেঙ্গোলসে, মায়া খোবনি সিফাই শিংশিং নিপাল অসি পুদুনা লেংঙো মোইয়াং নিংথৌ হাংবুরো ॥৬॥ অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা খুম্মি হেমরুপ নংগী উপায় অসিদি মরুপনি হায়রগোই ঐবু পোকপা গুরুজনশুম্ খল্লগে নংগী উপকারদগী জয় ওইজগেকো অসি হায়নদুনা প্রেমগী মওংদা কোয়া পায়নৈ ॥ বিদায় লৌনরদুনা ভাগ্যচন্দ্র যাত্রা তায়রদুনা লৈখি । ৭ ॥ মতাং অসিদা ৮ শুবা অধ্যায় লোইরে, তাবিয়ু শ্রোতা থিবিক ঐগী দোষ য়েংবিগনু, সাধুগী গুনি থম্দুনা তাবিয়ু, বৈষ্ণবগী গুনি খনবি য়ু ॥ ৮ ॥ পিতাম্বরসিং কৌবা সাধুগা তিন্নখবদগী ঐগী বুদ্ধি গতি ওররদুনা শিক্ষাগুরুগী চরনবু কোয়রদুনা ভাগ্যচন্দ্র চরিৎ অসিবু ননায় গুনেন্দ্রনা লেংকৈ ॥ মতাং অনিগী সিগ্গালগী অধ্যায় লোয়রবে ॥ পাংগ্রবা কোয়বা ননাই মমিংগি মখিংগি অনীনা মৈতৈরোম্বা হল্লোকচৈ অয়ানবা পুরমম তাকপিয় ॥

॥ নবমারম্ভ ॥

জয় জয় শচীসুত ওহে গৌররায় ।
পতিত পাবন প্রভু সদয় হৃদয় ॥
যেন অন্ধ কূপে অভিতৃনাদি দেখিয়া ।
লোভী পশু তাহা যেন রহয়ে পড়িয়া ॥১॥
তেমতি গৃহান্ধ কূপে বিষয় ভুঞ্জিতে ।
পড়িয়াছি ওহে প্রভু নাপারি উঠিতে ॥
কৃপা ডোরে অবলম্ব দেহ দয়া করি ।
পতিত পাবন নাম বহু ক্ষিত ভরি ॥২॥
এমন দুর্লভ জনম মনুষ্য শরীর ।
অহঙ্কার বৃথা গেল বিধাতা অধীর ॥
অধৈর্য্য মানস মোর নামস্বরে বানী ।
কৃপাগুণ বান্ধ রাখ শ্রচরনে আনি ॥৩॥
শ্রীগুরু চরণ স্মর করিয়া বন্দন ।
গৌরাঙ্গের গুণ সদা দীন জন প্রাণ ॥
জয় জয় কৃপা সিন্ধু সর্ব্ব শ্রোতাগণ ।
সবে অনুগ্রহ কর দেখি আভাজন ॥৪॥
নবম সীমার কথা শুন সাধু গণ ।
নবমেতে ভাগ্যচন্দ্র সঙ্গে সন্য গণ ॥
মণিপুর আছি যুদ্ধ সঙ্গে মহিরঙ্গ ।
খারি ক্ষেত্রে খেল মারি যুদ্ধ হেল সাঙ্গ ॥৫॥
ভাগ্যচন্দ্র চরিত এই প্রত্যেক কহিবে ।
সাধুজন শুণ বলি আনন্দ হইবে ॥
বহু অস্ত্র শস্ত্র সঙ্গে সম্ভার হইল ।
এইমতে সর্ব্ব সন্য স্বর্গ আদেশিল ॥৬॥
ভাগ্যচন্দ্র কহে রাজা বড় উপ কারী ।
তোমার সমান নহে জগত ভিতরি ॥

( ৯ শুবা অধ্যায় হোরে ) ।

১॥ সচীগী মচাইবুডো হে গৌরাঙ্গ প্রভু, অতোনবা জীববু থোঙ্গানবিবা, জীবনা পংবদি সা, যণ, নাপী চাবনা অনৌবা য়েনিংদা উহুনা, গুং শৈ খংদবগী শুহাদা তরহুম্ ॥ ২ ॥ মা ওয়বা জীবনা, যীমবগী শুহাদা তাহুনা, কাব ওমদবনি, ইবুংঙোগী কৃপানা থৌঙ্গি ওইরগা ওক খহুনা, চরন্দা য়োঙনবিয়ু অতোনবগী মবুংঙোনি চাওনা লৈদবু ॥ ৩ ॥ অভুক তাংবা মীওইবগী মপোকাসে অরাংবা নাপন্দা ঐনা মচেপ্লে খন্দুনা ঐবু শীবগা করি ওইনী খন্দন্দুনা নাম শোনপে সেবা তৌগে খজ্রবা মীওইববু, কৃপাগী গুন্না চরনগী নাক্ত চিংশিনবিয়ু ॥ ৪ ॥ ননাই লাইরিক লোংবনা, শ্রীগুরুগী চরন কোঞ্জহুনা গৌরাঙ্গগী গুনবু লোংঙৈ শকচৈ মখাদা শ্রুতা খিবিকপু খুরুমজৈ । ননাইবু চানবিয়ু ॥ ৫ ॥ মাপলগুবা অধ্যায় অসিদা ভাগ্যচন্দ্রনা তেঙ্গোল পুহুনা, মনিপুর মোইবাংদা লান লাকহুনা লৌশি পাংতা খেলেমবা হাংলগা লান লোইগনি ॥ ৬ ॥ ভাগ্যচন্দ্রগী চরিৎ অসি মথং মথং লোংজরকে, সাধুগী গুন্নি হরাওনা তাবিয়ু তেখাও নিংথৌগী য়াথংদগী সেনাপতি কবানা লানগী লাম্বোং শিন্দুবা, চান থন্নবা লাংহুন, শংগোল কয়াজ শামু করাক খৌরাং তৌহুনা হাইহুনা লৈরে ॥ ৭ ॥ ভাগ্যচন্দ্রনা অকবা জুমিৎ পুংকম য়েংহুনা যাত্রা তৌবে নিংথৌ অনি বিদায় তৌবৈ। ভাগ্যচন্দ্রনা হে মহারাজ তেখাও নিংথৌ নংগী উপকার অসিদি ঐনা সিংবদা ওমথরোই মহাকপুন্না দাতা কবা সংসারদা অমী তমথোই হায়নহুনা

এতবলি যুবরাজা কোলা কোলি কৈলে।
এহ বত্তরিপু চন্দ্রে আশিবর্নাম হৈলে ॥৭॥
বিজয়া দশমীদিনে রণযাত্রা কৈল।
অষ্ট সহস্রেক সৈন্য সশস্ত্র লইল ॥
আইলেক মণিপুরে ভুয়াশ্বিত হৈয়া।
আছি আছি মণিপুরে উঠরিল গিয়া ॥৮॥
পিছে রাজ রাণীগণ ভক্ষ্য সর্ব্বজ লয়া।
কতজন অগেলয়া আইল চাজিয়া ॥
এথা মহিরঙ্গপতি খেলসিংহ রাজা।
রণ কথা নাজানিয়া নিজ কন্যা সজ্জা ॥৯॥
রত্নপুরে চলিলেক রত্নরাজে দিয়া।
এইমতে রহিরাজা কন্যা সমর্পিয়া ॥
পত্রজুয় যুবরাজ রাজ্য শাসি রৈল।
সেই অবকাশে রাজা সঙ্গলয়া আইল ॥১০॥

অনন্ত মহামন্ত্রি আদি আর সবজন।
বহু প্রজা সঙ্গে পথেভেটাই সর্ব্বজন ॥
নীরঝুরে ধায়া রাজা অনন্তে বন্দেন।
শুন খুড়াবাপ তোমি আছিল কল্যান ॥১১॥
রাত্রিদিনে তোমা লাগি চিন্তি মোরমন।
কান্দিয়া অনন্তকোলে সম্বাদ করেন ॥
মহিরঙ্গ সেনাপতি নামযে মাসেম।
সহজেই ভাগ্যচন্দ্র বড়স্নেহ প্রেম ॥১২॥
রাজ অলঙ্কার সঙ্গে নিজগন লয়া।
ভাগ্যচন্দ্র প্রেমভাব ভেটাই লইয়া ॥
এইসব জন সঙ্গে রাজা দেখা হৈল।
দেখাদেখি সর্ব্বজন কতেক কান্দিল ॥১৩॥
অনন্ত স্বাহা মাসেম রাজার চাহিয়া।
নিরঝুরে কহিলেক কান্দিয়া কান্দিয়া ॥

ফুলা ফুলি তৌনরে। বিদায় তৌনহুনা যাত্রা তৌরকলে, শকাব্দনা ১৬৮৯ গী শৌরমাসনা লাংবন থা ॥ ৮ ॥ মুক্ত মাসনা মেরাথাগী বিজয়া দশমীদা ১০ নি পানবদা যাত্রা তৌই। সিকায় লিশিং নিপালনি, খগোল তোংবা অখোবনা মাংদা থাহুনা পনমাংদা চৎলি অহুগী মাংদা কিয়াল পায়রবনা চৎলি, ময়ায়দা সিকায় চৎলি অহুগী তুংদা, চানবা থক্লবা পুবা খগোল লামু লোল, মাংদা চৎপনা মনিপুর য়ৌরে। ৯ ॥ ময়ায়দা ভাগ্যচন্দ্র মন্যাইনা খৌগন্দুনা লেংই, খ্যাইগী তুংদা মহারানীনাচিংবা মুপাগী মথৈ লেংই, অহুমা পয়েংশানা লাকুনা মনিপুর য়ৌ-রকলে, মতম অাস খেলেমবদি, অহুমা লান লাকনি খংদবনিনা, মচা পুহনা ॥ ১০ ॥ অরা ইনপাকো চৎহুনা অরা নিংথৌদা মচা কৎহুনা লুহোংহনা লৈখি, মচাইবুঙো পত্রজুয় যুবরাজনা লৈশাক থাকহুনা লৈবা মতমদি ॥ ১১ ॥ চাংথংখোম্বা লান লাক্লে পাও তাবদা মনিপুর মৈতৈ লোমুং তাকহুনা লৈরিবা অনন্তসাই মান্ত্রপা, মোইরাং সেনাপতি, মাসেম্বা কৌবগা, মখোয় ২ না ভেলোল পুহনা, মপান্দদি লান তৌবা লাকই মমুংদগী ভাগ্যচন্দ্রবি খংহনা ওকপা লাকই। ভেলোল অরী মায়োকনবদা ভাগ্যচন্দ্র, অনন্তসাই ইমদা চংশিন্দুনা খুরুম্নি মঙল কাংডি ॥ ১২ ॥ মচানা মইরেপাকো হৈনবদা অহিং ঙুরখিল অনীদা খুমাং কাওদবা নিংথৌ অনি হায়নহুনা লোমদনা খোইরাংগী সেনাপতি মাসেম কৌবদে। ভাগ্যচন্দ্রগুনা নিংই ॥১৩॥ মহুনা ভাগ্যচন্দ্র [illegible] ভাগ্যচন্দ্রনা কোরাও [illegible] প্রথম পুনমক [illegible]

শুনরাজা ভাগ্যচন্দ্র চিন্তা করিল।
বিধি কৃপাকরি এবে পুনদেখা হৈল ॥১৩॥
ইবলিয়া কোলা কোলি কতেক কান্দিল।
ভক্ষদ্রব্য উপহার রাজা যেথ দিল ॥
তবেত মাসেম কহে ম্লেচ্ছ ভাষারূপে।
শুনরাজা ভাগ্যচন্দ্র বচন স্বরূপে ॥১৪॥
বামশাখা খেইরিপু দক্ষিনে সমুখে।
ভারস্থানে গুরাচার্য্য বুদ্ধি করশুখে ॥
এবলি মাসেম সেই রাজারে কহিল।
মহিরঙ্গপতি এই মন্ত্রপুরে রৈল ॥১৬॥
এইসব কথাবলি তথাই রহিল।
প্রভাতে সকল সন্য যাত্রায়ে করিল ॥
তথাহৈতে সবজন আইল চলিয়া।
বাতঁপ্রমী স্থানে রাম তাহাতে চলিয়া ॥১৭॥

বৃহস্পতি দিনে রাজা তাহাতে পৌছিল।
তাহারহি সর্ব্ব সন্য রাজা আদেশিল ॥
শুনহ আসাম বাসী বীর সন্যগন।
আর মণিপুর জন সবসজিজন ॥১৮॥
তোমা সব সঙ্গে করিযুদ্ধ ঘোরতর।
এই মহিরঙ্গপুর জানহ সত্বর ॥
রাজার আদেশ সন্যচলি মহিরঙ্গে।
কেকেসহ মহাযুদ্ধ সমর তরঙ্গে ॥১৯॥
যেমতে প্রমানহয় পূর্ব্বের প্রসঙ্গে।
যুদ্ধকৈল মণিপুর সঙ্গে মহিরঙ্গে ॥
পূর্ব্বে মণিপুর রাজা চন্দ্রহাস নাম।
মহিরঙ্গ পুর রাজা হেমাচ্যাসিংহ নাম ॥২০॥
দুই যুদ্ধে মহিরঙ্গ পরাজয় হৈল।
মণিপুর মধ্য পথে চপূজা হৈল ॥

থুরমচ্চনা করা কপনৈ ॥ ১৪ ॥ আনন্তসাই মন্ত্রি, মসেম সেনাপতি অমীনা খীংতা শিরাং চেক্তুনা কপনা কপনা হাইরকই। হে ভাগ্যচন্দ্র, মপোক অদিমমী উনপনি নিংদবনু, বিধিনা কৃপা তৌবিদ্রনা উনরে ॥ ১৫ ॥ অসি হাইদুনা কয়ামরুম কপনরপা, রাজ্যবেশ, অচা অথক কৎলে মোইরাং সেনাপতি মসেমনা ভাগ্যচন্দ্রদ (ম্লেচ্ছভাষা) ম্লেচ্ছভাসা হাইরকই ম্লেচ্ছভাসা হাররনে ইংরেজি, সাহেবকীরাণ্ডাংবু নত্তে। দুপা১ দা দুপা অমনা হাররকই, নহাজমীদো অজম ওইরবনি। মথোর অনাদি থ:নৈ, অভাব মীনদি ভানা ভানা থংবা ওথদে অদুপা রাঞাংবু ম্লেচ্ছ ভাষা কৌই। ১৬ ॥ (বাম শাখা) কবোগী মরুপতো (দক্ষিন সমুখে) মখা থাংগে হাররদি কবো চেক্তে ও (ভারস্থান) মতোন্দা তৌগদবা থবক (গুরাচার্য্য) শগোলশেন গুরুনা, হাররদি ভাগ্যচন্দ্রদা তোহৌয়ো। মাসি অর্থদি খেইরেনুংদাং তেমহৈবদো অমা কোয়লো নৈপি মোইরাংদা হৈলক্তে হাররনি ॥ ১৭ ॥ অনুম রাগি শারহনা অহিং লেলে, মোংভাওমদা অমুক রাজ্যা তৌদুনা লাকখ্রা (বাত প্রধীস্থান) লংভারক্লা, শগোলশেন চুমিন্তো থ:ংই ॥ ১৮ ॥ অহদা তেন্নবাল নৌমদা ভাগ্যচন্দ্রনা রাথং লপ, হে আসাম সেনাপতি, অহদা মণিপুরী অথোমা [illegible] ॥ ১৯ ॥ মোইরাংদা অদন চংলো; মোইরাং কৌনুং [illegible] [illegible] মোইরাং কৌনুং নুংশাকলো, [illegible] [illegible] অদা কহৈ। [illegible] ॥ ২০ ॥ মোইরাং অদিদা [illegible] মণিপুর [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]

পূর্ব্বে বহিলো রাজা চিরঞ্জীবী নাম ।
তাহার মহিষা সেই শারিনী এনাম ॥২১॥
তারগর্ভে তিন পুত্র প্রথম হেমাঢ্য ।
দ্বিতীয় খেলেশ পরে কনিষ্ঠ গুনাঢ্য ॥
কোন কার্য্যে চিরঞ্জীব বহু প্রীত করি ।
মধ্যম খেলেশ কাছে রাজ্য দিব করি ॥২২॥
পিতৃ আজ্ঞা লক্ষ্মীবিল প্রদেশে যাইয়া ।
মধ্যে থাতি রহিলেণ আনন্দিত হৈয়া ॥
দৈব যোগে চিরঞ্জীব মৃত কাল হৈল ।
পিতৃ মৃত্ত হেমাঢ্যাসংহ রাজ্য পাটকৈল ॥২৩॥
শুনিয়া খেলেশসিংহ মহা কোপ হৈল ।
আছিয়া জৈষ্ঠেতে সেই কোপ করি কৈল ॥
গুণজৈষ্ঠ এই রাজ্য পিতৃ মোরে দিল ।
এই বাক্য সভাজন তাহাতে শুনিল ॥২৪॥
খড়্গ হস্ত পিতৃ বাক্য তোমিয়ে রাখিল ।
হেমাঢ্য বলেন এই জৈষ্ঠের ভাগে হৈল এই
আমার পরেতে তোমি এই ভাগ হৈল ।
এইসব কথা কহি রাজ্য নাহি দিল ॥২৫॥
চল নিজ কার্য্য করি রহ এক স্থানে ।
তাহা শুনিসে খেলেশ ক্রোধ হৈয়া মনে ॥
তথাহৈতে উঠিলেন কোপান্বিত হৈয়া ।
ঘরে আছি ক্রোধচিত্তে অনেক চিন্তিয়া ॥২৬॥
মধ্যরাত্রে দরবার ঢোলকে কাটিয়া ।
সেই স্থানে মণিমুক্তা সকল লাইয়া ॥
মণিপুর রাজ্য পাছে নিরানন্দ হৈল ।
সেই হৈতে জাতি নামে তাহাতে হইল ॥২৭॥
রাজা ভাই কনিষ্ঠ সেহবনে বড় গুর ।
বষি' খড়্গ' বন্ধু ক'দি সভা হৈতে বল ॥

---

শুইনা পৈচ্চুনা ওইখিবা লৈবুংনি হায়বা অসে হন্দকী ভাগ্যচন্দ্রগী লান অসিদা খোকপা নত্তে মমাংতৈদা মৈতৈ মোইরাং অনীসি অকনবা লান পানখিবদা ওইখিবনি, মতাং অসিদা মথকী রারি অদু লেংজগে ॥ মনিপুরদা, চন্দ্রহাসনা নিংথৌ ওইচুনা পানবা, মোইরাংদা হেমাঢ্যনা নিংথৌ ওইবা কান্দা ॥ ২১ ॥ মনিপুর মোইরাং অনীসি অকনবা লান পানবদা ওইখিবা (চপুতরা) লৈবুংমি । মসিগী রারি অসি মথং মনাও নাইনা লেংজরকে, অদু নত্রবদি তাবদা চিংনরগনি মমাংতৈদা, মোইরাংদা চিরঞ্জিবীনা নিংথৌ ওই । মহারানীনা শারিনী কৌই ॥ ২২ ॥ মচাইবুতো অহুম পোকই, অহন হেমাঢ্য কৌই । য়াইমবনা, খেলেশ কৌই । অতোমবনা গুনাঢ্য কৌই । মপা নিংথৌবু লুনা তৌবদগী মচানাইমবা খেলেশবু নিংথৌ পিনি তাকপি । ২৩ ॥ অমুক লৈরকপনা চহি কয়া লৈরবা তুংদা, নোংমদি মপাবু মোইরাং নিংথৌনা, মচানাইমা খেলেশবু ওা কাক রাথং পিং । অদুদা (লক্ষ্মীবিল) লোক্তাক কুমথুনা ওা কাখি, লাইগী নোংদমখিবনা অসোয়দা মোইরাং নিংথৌ মচাগী তুংদা শিরে, মপাবু লৈত্রবদা মরামবা অহন হেমাঢ্যনা নিংথৌ ওইরে । ২৪ ॥ মনাও, ওা কাবা চংখ্রিবতু পাও তাজনা কর্ম্ম লোইরে । অদু তুংদা মপাবুদা [illegible] কৎকনি লাকপদা নিংথৌ লৈরে মরামবনা নিংথৌ ওইদুনা লৈরে, অদু উবদা মনাও [illegible] শাথুনা [illegible] হৎলি রাজুং লৈপাক অসিগী নিংথৌদি ইপানা [illegible] [illegible] ২৫ ॥ [illegible]

তারপর ত্রিপুরের সেনা পাত্র মৈল ।
তারপরে মহিরাজ নির্ভর হইল ॥২৮॥
গন সহ গিরি তটে আবাস করিল ।
বড় উচ্চ একধ্বজ আবাসে রোপিল ॥
ঘরে ঘরে ভৌজ্য পাণধ্বজগণ ফিরে ।
খন্ডন নাজার কভু দৈবে যাহা করে ॥২৯॥
মহিরাজএক পাত্র বুদ্ধিসিংহ নাম ।
অতি বুদ্ধি বুদ্ধিসিংহ রাজা প্রিয় তম ॥
তার হৃদে রঙ্গনাথ ইচ্ছা বড় হৈল ।
সহজে দুষ্ট মতি সেই বড় হৈল ॥৩০॥
দুই ভাই ভাগ হৈতে তার ইচ্ছা হৈল ।
একদিন রাজা পাছে এমত চিন্তিল ॥
রাজাধ্বজ উচ্চহৈতে বড় নীচ হৈল ।
এই হেতু তার ধ্বজ কাটিতে যোগ্য হৈল ॥৩১॥
হেমাঢ্য কহিল সত্য কাট যোগ্যহৈল ।
রাজাজ্ঞায়ে তিন বার ধ্বজ যে কাটিল ॥
তথাপি কনিষ্ঠ সেই কোপনা হইল ।
তবে বুদ্ধিসিংহ মনে বিচার করিয়া ॥৩২॥
তারএকদাস সঙ্গে যুগতি করিয়া ।
রাজাভাই বাণএক গুপতে লইল্ ॥

অমসুং কর্ম্ম কাওবা ঐবু তাকপিদবা কল্লিননো অদু তাবদা ময়ামবনা ইনাও ইবুংঙো মপাগী খুভমদি মচা অচনগী শরুকনি, অদুনা ইয়ামবনা অহল্লিনা নিংথৌ ওইবনি । ঐনা লৈত্রগা নংনা কংপদবনি অসি হায়রদুনা নিংথৌ পিত্রে । ২৬॥ শাওগনু ইবুংঙো নথৌ তৌদুনা সুং-ঙাইনা লৈরু, অদু তাবদা, মনাও থেলেশসি অশাওবগা লোয়্ননা য়ুমদা লাক্লে । য়ুমদা কমদুনা থল্লুবদা অশাওবদু নেমবা য়াত্রে ॥

॥২৭॥ ঐ মোইরাংদা লৈরবোই হাইদুনা নোংয়াইদা হেংগৎলগা দরবারগী পুংজাও ঢোল সেথাইদুনা মসুংদগী, হি, য়াই মণি মুক্তা পুদুনা, লাক্লে, অদুদগী নোংঙানাত্র লৈদা মণিপুর কোসুং তাম লাক্লে, নিংথৌদা চংদুনা, পাও তমদুনা, মণিপুরদা লৈত্রে য়ুমনাক ওনত্রে (জাতিনাম) হি য়াই পুদুনা লাক্লে হাইদুনা, য়ুমনাক য়াইথোম্ থোনখি ॥ ২৮ ॥ অসিমা লেখিসনু ) মোইরাংদা লৈহৌরিবা, মচিন মনাওদা, অতোম্বা গুনাঢ্য কৌবা অসি লাম্দা থৌই, থাংদা তাদা নোংমৈদা, থুবাইদগী হেল্লি । মাসি লাম্দা তথেন সেনাপতি শিখি মাগী মওয়া মোইরাংনা দেশ, কনাবু কিদনা লৈএ ॥ ২৮ ॥ মাগি তেঙ্গোল সেমদুনা চিংগি তম্রাদা য়ুম সাদুনা লৈ, থোংগাম্দা ফিরান অমা রাংনা য়ুংডি । অদুগা মনাইসিংগী য়ুম খুদিং অদুদসুং, অদুগা, মাগি ভাণ্ডার পুগৈনা চিংবা য়ুম খুদিংদসুং ফিরান থেৎল্লি । তাবিয়ু শ্রুতা থিথিক্ লাইগি নোংদম্ অঙকপনি ॥ ৩০ ॥ মোইরাংদা রাম্না কৎতবা, মমিং বুদ্ধিসিংহ কৌবা অমা লৈএ, অদুগা নিংথৌনদি চাল্লি । মাগি থমোইদা ( রজ মাথ ) থাংজিং লাইনা তোংঙৈ লীলা ১ সান্নিংদুনা, কবা চেনগৎহল্লে ॥ ৩১ ॥ অদুক সুংঙাইনা নিংথৌ মচিন মনাওনা মোইরাংদা পাল্লিবদো থংগাইনিংদুনা মোমা [illegible] চেলোগী থওবা চৈথৌন [illegible], মহারাজ ইবুংঙো নিংথৌগী ফিরান্দগী মনাওগী ফিরাম্না রাখো হেন্না সুংঙে

রাজসিংহাসনে বান দৃঢ়েতে ফুটিল
প্রভাতে আঁছিয়া তেহো রাজারে কহিল ॥৩৩॥
শুনপ্রভু তোমভাই অনেক হিংসিল।
সেইহেতু রাত্রি কালে সন্ধান করিল ॥
সিংহাসন সন্মুখেতে ফুটিয়া রহিল।
অবশ্য ফুটিব তাহা তোমরা বসিলে ॥৩৪॥
তাহাশুনি শঙ্কাকরি কনিভাই আনাইল।
রাজাকহে শুনভাই রাজ্য প্দেচাইল ॥
তোমবানে সিংহাসনে আছেন ফুটাইক।
ভাইকহে ইচ্ছা নাহি আমিহ সেবক ॥৩৫॥
রাজাকোণ কার্য্য কহেবান ভেদিলেক।
দেখ দেখ এইবান তোমার হইলেক ॥
এতবলি সিংহাসনে তারে দেখাইল।
গৃধিনীর পাখাবান শাক্ষাতে হইল ॥৩৬॥
তাদেখি কনিষ্ঠ ভাই লজ্জাম্বিত হৈল।
অধমুখে নিজমনে বিচার করিল ॥
আরনা রহিব দেশে এমতে চিন্তিয়া।
তারসপ্তগ্রাম আছে সহজে সঙ্গিয়া ॥৩৭॥
লোক আর হাউক খেন্দ এতিনগ্রাম।
চাই উর উস মারিখ এচারি গ্রাম ॥
এইসপ্তগ্রাম সহদক্ষিনেতে গেল।
দৈবক্রমে দেব হয়া তাহাতে রহিল ॥৩৮॥
তথাতে হেষাঢ্য রাজা অকণ্টকে রৈল।
একদিন গন সহনৌকাতে চড়িল ॥

অচনা কিরান রাম্বেকউ ॥ ৩২ ॥ অদু তাবদা নিংথৌনা মনাই থাদুনা, রাম্বৎলুরে, মনাওনা অমুক মুংডি মরামনা রানথেকই অসুমা ও লক্পুরে, মনাও শাওদে, অদুদা বান্ধসিংহনা থাদ্র ॥ ৩৩ ॥ অসিনদি শাওনবা রাররোই, হাইদুনা, মনাও শুনাঢ্যগী মনাই ১ গা লোয়া তারদুনা মাগি তেন অমতা পিয়ু হাইদুনা, নিদুনা লৌরে। তেন অদু কবদা হরাও রদুনা, অহিংদা চৎলগা দরবারগি রাজ সিংহাসোন্দ লেংশিন্দুনা থম্মুরে, নোংহেক ভারাগা নিংথৌগী সঙ্গাইদা চৎতুনা, হন্লৎলি ॥ ৩৪ ॥ তাবিয়ু ইবুঙো ননাওনা নিংথৌ হাৎকে থৌরাংতে অহিংদা লাক্‌্না তেন পান্দমমরে হৌজিক সিংহাশোন্দা তেন লৈহৌই, নিংথৌ কম্নবদি শোইদনাশিগনি ॥ ৩৫ ॥ অদু তাবদা মনাও কৌহল্লই, মনাও লাক্‌্না মরামবু খুরম্নি, নিংথৌনা ইনাও ইবুঙো ইয়ামগ নিংথৌ খুকম পামত্রা নংগি তেনা সিংহাশোন্দা পান্দুনা লৈ। মনাওদি থংদবনিনা রাম্বুং ননাই ওইজবদগী হেৎবা লৈতে নিংথৌ ওইগে নিংনে ॥ ৩৬ ॥ ইবুঙো নংবু নবুক্তা অমা নিংবা মপান্দা ১ হাইত্রা করিগী তেন তম্নি নংগিতেলন ত্রা য়েংঙ্‌সি লাও হাইদুনা সিংহাশোন তারা লাক্‌্না, য়েংনরে লাংজা মতুনা হেন্না চবা মাগি তেন তসেংবা অদু উরে ॥ ৩৭ ॥ অদু উবদা, ইকাইবনা মাইঙাংতনা, মরু লুরুগা, ঐতৌদে হাইরম্নগা য়ুমদা হল্লক্‌্না রাখন তোই। ঐবু মোইরাংদা লৈতনবা লাংলবোরে অদুদি ঐ লৈকম থৌক্তে থম্দুনা মাগি হাওথুন খুল্লা ৭ পুদুনা ॥ ৩৮ ॥ লোকথা, হাওথা, খেন্দেন, চাইরেন, উরোক উসাই, মরিং খুনবি, ৭ অসি পুরুনা মোইরাংদগি থা পাংনা চৎখিদুনা খুল্লদুনা পানখ্রে ॥ ৩৯ ॥ মোইরাংদা রৈক্রভিংথৎ লৈতনা হেমচ্য নিংথৌ পান্দুনা লৈহৌই। চহি কয়া লৈরবা তুংদা নোংমা মনাই মপম

লম্ফিবিল মধ্যভাগে রজেপার করে।
খড়ো'খ কারজগিরি বাছিয়া বিহারে ॥৩৯॥
এথা বুদ্ধিসিংহ সেই লজ্জান্বিতা মনে।
ধ্বজ কাটি রাজা ভাইগমন কারনে ॥
অন্যো অন্যে সবজনে ক্রোধের বচনে।
তাহা লজ্জা পাই বুদ্ধি পালাই তখনে ॥৪০॥
ত্রানদাতা মণিপুরে রহে রাজ্য কৈল।
তারথাই আশ্রইয়া বুদ্ধিসিংহ রৈল ॥
তথাতে হেমাঢ্য রাজা গিরিতে আইল।
নৌকাপরি পশ্চিম দিগে রাজা নেহারিল ॥৪১॥
মেন্দে রাজা শারাবের গৃহেতে দেখিলেক।
তারঘরে স্বর্য্য কান্তি তেজ দেখিলেক ॥
ভ্রমহৈয়া পাত্রগনে রাজা পুছিলেন।
শুনপাত্র মোরাপুগ শারাবের গৃহেন ॥৪২॥

স্বর্য্যযেন দীপ্তমান এইজান কহিল।
শুনিপাত্রগন দিগেসব নেহারিল ॥
নাহিজানি নরপতি এমতে কহিল।
শুনি রাজা তাহাহৈতে গৃহেতে আইল ॥৪৩॥
মেন্দে রাণী ব্যবঁসিনী তাহাতে পুছেন।
শুন ব্যবসিনীগন আমার বচন ॥
তোরা রাজা শারাবের ঘরে দীপ্তি কেন।
তারা কহেশুন রাজা মোরা জানিলেন ॥৪৪॥
তোমার দেবতা যেই যবিষ্ঠ নাম হয়।
আমরা দক্ষিন দিগে জলঘাট হয় ॥
তাহারক্ষ নাম বৃক্ষ সেদাল আছয়ে।
তারতলে তিনখাম যবিষ্ঠ স্ফুরিয়ে ॥৪৫॥
স্বপ্নে কহিমেন্দে রাজা গৃহঁখাম কৈল।
সেই হেতু নিজদাস গৃহেতে উজ্জল ॥

পুম্বনা লোক্তাক্তাহি তোংহনা লাম্নগা, ( খড়ে'গা থ করাজ গিরি ) খাজ করাং চৌংগী চিংদোম্বা তোংম্বনা লম য়েংঙি ॥

॥৪০॥ সোমদা মোইরংদা বুদ্ধিসিংহ কৌবা কত্তবদো মাগি কত্ত লৌশিং অহ খংনরক্তুনা নিংথৌনা মাবু শাওরে কিহুনা, ১সুং ইকাহুনা লোত্তনা লৈএ। কিরাল রানথেকপা তেব তম্বা মানা মচিন মনাও কাইনহনবা, অতগী নিংথৌ কিহুনা চেল্লগে নিংঙি ॥৪১॥ মোইরাং নিংথৌনা লৈতবা মতম অহুদা মপা চাহুনা' সুমিৎ অহুদা চেল্লক্তুনা মণিপুর ইক্তাম্বা খুংওরে, মতম অসি (ত্রানদাতা) নিংথৌ পুন্সিবনা পাল্ল, নিংথৌদা চংজহুন, মনাই অচানবা ওইহুনা লৈগ্রে। আসোমদা মোইরাংনিংথৌ চৌংদগী লেংথরগা হি তোংহুনা মোইরাং তাম্না লাকই ॥৪২॥ নোংচুপ পাংনা য়েংখিবদা মেন্দে হাওখুনগি' হাওনিংথৌ সরাবগি মযুমদা সুমিৎকুম পুরং লংবা অমা উই ॥৪৩॥ ওক্তুনা মনাইসিংদা হংঙি, য়েংওু নখোই পুরমক মেন্দে সরাবগি মযুমদ তাল্লিবা অসিকরিনো, মীয়াম্না ননাই ঐখোইখংদে খুম্মি, মোইরাং য়ৌরে ॥৪৪॥ সলাইতাম্না লেংও-কপদা মেন্দে হাওখুনগি (ব্যবসিনী) রাইকুপ নিকপি থেংনহুনা হংঙি নখোইগী নিংথৌ সরাবগি মযুমদা তাল্লিবহু খংব্রা, হাওখুবীনা খংঙি ইবুংঙো। ॥৪৫॥ নখোইগী লাই পাখংবনা, ঐখোইগী খুনগি খা পাংনা লৈবা ইশিং খোংরপাম্বা হৌবা ( রক্তনামবৃক্ষ ) উনিংথৌ পাম্বিদা যবিষ্ঠনা কাওরে। ॥৪৬॥ অহুগা সরাবগি মমংদা তাকপিহুনা যুমগি' খাংওবু, মাং ওইহুনা হুব শারে

শুনিরাজা ব্যগ্রমতি তাহাতে হইলেন।
ভাইখ আরিন্দা তারে হর্ষ কহিলেন ॥৪৬॥
শুনহ আরিন্দা তোমি সেখাম লউন।
যবিষ্ঠের নবগৃহে করিবে বানান ॥
সর্ব্বজন সঙ্গে তোমি চলহ এখনে।
যে অজ্ঞা বলি আরিন্দা সঙ্গে বহুজনে ॥৪৭॥
সরাবে কহিয়া খাম রাজা জ্ঞাগে নীল।
ডরীদিয়া তিনখাম ভুমিতে টানিল ॥
যবিষ্ঠ বিকার খাম দড়ী ছেদিলেন।
উলটিয়া স্বর্পাকারে মেন্দে চলিলেন ॥৪৮॥
এসব আরিন্দা যাই রাজারে কাহল।
ত্রাসিত হেমাঢ্য রাজা সভা নিবারিল ॥
এথামেন্দে সবজন অজাগর মানি।
বাগুরা করিয়া ধরিমারি সভেটানি ॥৪৯॥

খড়্গো খণ্ডখণ্ড করিসভে বণ্ট দিল।
পঞ্চদিন ব্যাপি গ্রাম ঘরেতে খাইল ॥
পঞ্চদিনে শেষ রাত্রিগিরি ভঙ্গিলেক।
যবিষ্ঠের ক্রোধ হেতু সেসব মারিলেক ॥৫০॥
খইদ বিধবা সেইভাগ নাহি পায়।
সেই হেতু গিরি ভারি মরন না হয় ॥
এইমতে মহিরঙ্গ সানন্দ রহিল।
এথা বুদ্ধিসিংহ সেই মণিপুরে রৈল ॥৫১॥
একদিন ত্রান দাতা রাজারে কহিল।
শুনরাজ মহিরঙ্গ বরোন্মাদ হৈল ॥
এইহেতু মহিরঙ্গ করিব সমর।
রাজা কহে মহিরঙ্গ জন বহুতর ॥৫২॥
বহুজন অষ্টভাগ হইয়া রহিল।
মোরদেশ চারিভাগ কিছুই রহিল ॥

মঙাম্না অসুম ঙান্দুনা লৈবনি অহু তারগা নিংথৌ সঙ্গাইদা লেংঙক্লে, । অহুগা মুম্না রাথন তৌরগা, লৌগে নিংলহুনা, (ভাইখ-অরিন্দা) ঙাইখোং লম্বু কৌহুনা রা হাই ॥৪৭॥ তাও অরিন্দা নং মেন্দে হাওখুন তাম্না চৎলো, সরাবগি ময়ুমগি য়াংনে থাংওবুনে লৌক্ল, ঐখোই-না, যবিষ্ঠ পাখংবগি য়ুম সঙ্গাই সানসি। মোইরাং মিয়াম পুখো য়াথং তাবদা ঙাইখোং লম্বু অরিন্দা খুথক অহুমক্তা মীয়াম পুহুনা লাক্লে ॥৪৮॥ মেন্দে হাওখুন য়ৌহুনা, সরাবা হাওনিং-খোদা মরম পুন্নমক তম্নে অহুতাবদা সরাবনা স্না য়াথং তৌনিংবা তৌবিয়, য়ারহুনা খোয় থাংলগা খাংওবু অহুচিংঙি। যবিষ্ঠনা খোরি থদৎলগা লিন ওইহুনা চেনখোকখ্রে। ॥৪৯॥ মোইরাং প্রজা ঙক্‌না আকিবগা লোইননা হন্নক্‌না নিংথৌদা তম্নে নিংথৌ পাও তাবদা কিগ্রহুনা মথা তারগুসি হাইনহুনা লৈনখ্রে। অসোমদা মেন্দে হাওখুন্দা পাখংববু লিনঙম্না থন্দুনা (বাগুরা) লাং থাকতুনা কারে ॥ ৫০ ॥ অহুগা থাংনা মতুপ মতুপ লেন্দুনা য়ুমখোং খুদিং য়েন্নহুনা চাই চাবগী লোইবা নাইদহুনা সুবিং মঙানি চাম্নে মঙানিগী সুমিদাং নোংভাম্নমদাইদা খুন অহু লৈপাক মথক মথা ওন্দুনা লৈমুংদা ফুমজিন্দুনা পুল্লপ হাৎখ্রে, পাখংবনা শাওবদগী ॥ ৫১ ॥ খুনহুগী মনুংদা (খইদ বিধবা) খোইদোম কৌবী লুখ্রাবী অহুমা লুখ্রানি হায়হুনা মাগী শরুক খংহৌবদহুনা মাদি চাব য়াওদে। অহুনা খুন অহুগী মশাদা মাদি হিংহৌই। অসুম্না মোইরাংদা হৈলমখি ॥ অহুগা বুদ্ধিসিংহ ॥ ৫২ ॥ মোইরাংদা কাওহুনা লাকলবারক্তদা অমুক মনিপুরদসু কত্ত

এতএবদ্বই যুদ্ধে নাহয়া উচিত।
তাহাশুনি বৃদ্ধিসিংহ নাহইল বাত ॥৫৩॥
দৈব যোগে ত্রানদাতা হইল মরন।
তারপরে চন্দ্রহাস হইল রাজন॥
সেইকালে বৃদ্ধিসিংহ স্বতন্ত্র হইল।
রাজা সনে যুক্তিকরি এককর্ম্মকৈল॥৫৪॥
দেববড় খোমদ্বর এই দুই পাত্র।
মচিখ মথুত কমি নাম তিন পাত্র॥
রাজা কহে পাচ জনে আমার বচণ।
আজিদিনে কবগ্রাম করহ গমন ॥৫৫॥
মহিরঙ্গ জন রূপে ছদ্ম বেশ কর।
শুষ্ক পদ্ম পাত্রাচ্ছাদে ভক্ষপুটী কর॥
শদতৃন বান্ধি কর মহিরজা চার।
রাত্রি যোগে তোমা পঞ্চ গুপ্ত কার্য্যকর ॥৫৬॥
কব গ্রাম রানী মার অবকাশ চাই।
এই রূপে পাচজন কুচক্রি পাঠাই॥
গুপতে কুচক্রী রানী সেপাচ মারিল।
ভয়ার্ত্ত হইয়া পাচ তাহা পালাইল ॥৫৭॥
দৈব যোগে দেববড় রাজা চরে ধরে।
হস্ত পদ বান্ধি করি বহু জন ঘেরে॥
রাজাজ্ঞায়ে মারি বারে খড়্গা লৈয়া গেল।
কপত করিয়া দেব রাজাতে কহিল ॥৫৮॥
সহস্রেহ তোর দাস গ্রামে বাস কৈল।
এবে অততায়ী রূপে মারিবারে কৈল॥
এই মোর ভয় নাহি করিবেকরোক।
কিন্তু মোর বাক্য শুনি বিচার করোক ॥৫৯॥
মহিরঙ্গ মণিপুর মধুগল্য জান।
মহিরঙ্গ পদ্মপত্রে শদ তৃনে বান্ধে॥

লৌশিং হোরক্লে, নোংমা ত্রানদাতা নিংথৌদা হঙ্গৎলি, মহারাজ ইবুংঙো মোইরাংসি মণ্ডক রাংভি লান তৌসি, নিংথৌনা বৃদ্ধিসিং অহুমবা রা হায়গমু মোইরাংদি অচৌবা লৈপাক্লি॥
॥ ৫৩ ॥ মীনা য়াম্বনা পাম্না ৮ খোক্না লৈবনি মণিপুরদি মীনা য়াৎদনিনা পানা ৪ দনি মরম অসিনা লান হোক্লবা য়াদে, অহু তাবদা বৃদ্ধিসিংহ রা ঙাংখিব্রে ॥ ৫৪ ॥ মাগি আয়ু পুনশি লোইহুনা, ত্রানদাতা শিরে, অহু তুংদা চন্দ্র হাসনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লে, মতম অহুদা বৃদ্ধিসিংহসে মনিং মথা ভম্মে, মানা হাইবতা নিংথৌনা য়ারে অহুউহুনা নিংথৌদা চিরোন তোরে মোংরাং লৌসি হাইহুনা, নিংথৌনা নংনা খোকপা তৌ শিন্নবে ॥ ৫৫ ॥ নিংথৌ য়াথং কংবদা স্না মাংদা লুপা ৫ কৌশিল্লে। (দেববড়) কোংখাম লাইচৌবা। (খোমদ্বর) খোংহুয়োই। (মচিখ) মচিখুবা তেংমাই হনবা। (মথুত) মথুতেং নানৈবা (কেবিনাম) মকুয়েক কামুবা। মখোয় ৫ অসি য়েংহনা নিংথৌনা হায়রকই ঙসি নখোই ৫ সে কবোদা চংলো॥ ৫৬ ॥ অহুগা নখোয়দি মোইরাং সাহুনা লৈয় থম্নাদা চয়োম য়োম্বু কাওনানা পূম্ন, অহুগা নিংথৌ খম্মুনা লৈরগা তাঞ্জা য়েংহুনা। ॥ ৫৭ ॥ কবো নিংথৌগী মহারানীদো হাৎলু অহুগা নংগী নংগী জীব হিংনবা হোৎনহুনা লাকউ নকম চাওনা হাম্লিনি হায়হুনা থাদ্রে। মখোয় ৫ চৎখিহুনা কবোদা লুমিৎ কয়ানি লৈহুনা, মহারানী হাৎলে কিহুনা মনিপুর তানা চেন্নরকই॥ ৫৮॥ লাইগী নোংদম্না মরির্দি কাহোন্ত্রে। কোংখাম লাইচৌববুদি লমথাংদা কায়ে, পুম্মুনা নিংথৌগী দরবারদা পুশিল্লে

বত্তিশ রত্তার পত্রে মণিপুর পুটি ।
খাজড়া বৃক্ষের পত্রে মধুগন্ধ্য পুটী ॥৬০॥
এই সবে গুরুদ্রব্য যার তার বান্ধে ।
মোর কহি বিশ্বাসিলে দেখিলেক বান্ধে ॥
এসব বিশ্রাম স্থানে প্রথমে দেখৌক ।
তবে মোর ভাগ হৈলে নির্ভয়ে মারৌক ॥৬১॥
তাহা শুনিসত্য বলি জললে দেখিল ।
মহিরঙ্গ চিহ্ন দেখি তাহারে ছাড়িল ॥
রাজা কহে দেববড় ঘোষনা করিহ ।
মণিপুর রাজা প্রতি মোর বাক্য কহ ॥৬২॥
মহিরঙ্গ সনে যুদ্ধ করহ উপায় ।
এউপায় করি যদি প্রিয় বন্ধু হয় ॥
মোর অতভায়ী হয় মহিরঙ্গ যুদ্ধে ।
মোর লাগি জনি কাল পরে ঋণ শোধে ॥৬৩॥
ইবলি কনক পুষ্প বৃক্ষ আনাইল ।
অর্দ্ধভাগে করি সেই দেববড় দিল ॥
এপুষ্প অঙ্কুর হৈলে শুভ যাত্রা করি ।
পত্র বস্ত্র ভক্ষ সঙ্গে নিজ হস্তে করি ॥৬৪॥
দেববড় পাঠাইল প্রণয় করিয়া ।
স্বীকার করিয়া রাজা পুষ্পেরোপা হয়া ॥
তার পরে সেই পুষ্প কলি হইকৈল ।
বার্ত্তাদিয়া দুই রাজা যাত্রা করিলেক ॥৬৫॥
মণিপুর সেনাপতি চারিটী প্রধান ।
ঈরাই কমসিংহ শুলসিংহ এতিন ॥

বিচার তৌনবদা মহারানী হাৎপা মাঙোন্দা তারহনা মাবু হাৎপা তারে । অহদা মানা মরৈ তৌহনা হনৎলি ॥ ৫৯ ॥ হে মহারাজ কবো নিংথৌ ননাক্তা ননায় ওইহনা লৈজরমবনি অহুগা করিগী অতভাইগুম্বা ঐনা শিব কিহনা ভাংব নত্তে ঐগী রা তাহনা বিচার অমুক তৌবিথো ৬০ ॥ লৈপাক অসিদা পানমিন্নরিবা অসে মনিপুর মৈতৈ নিংথৌনে, মোইরাংনে খুময়ে অহুম অসিভনি অহুগা চাকচা কিজেৎ তিম্নদে, মোইরাংনা চয়োম থমনাদা য়োম্বি হাওনানা হাইবদি সত্তৌ তোলোং নাপীনা পুল্লি । মৈতৈনা চংবী লাদা চয়োম য়োম্বি পয়ানা পুল্লি । খুময়া চয়োম থাজয়ানা য়োম্বি । মাগী মাগী জাতিগী ধর্ম্ম কৈদৌঙৈদা হোংদে ॥ ৬১ ॥ ঐনা নিংবদি মহারানীসে মোইরাংনা হাৎপা মাল্লি অহুনা মোইরাং লাকই লাক্তে হায়বনি লৈকম চাকমদা ক্তোইনা য়েংবিয়ু অহুগা বিচারদা ঐঙোন্দা তারবদি হাৎপিয়ু ॥ ৬২ ॥ মাগী রা তাবদা অহুদি মোইরাং লাকজমত্রা থিয়ু য়েংনবা মখোয়না মোইরাং শাহনা লৈরমবা মকম থেংনহনা মানা হাইবা চুয়ে হায়হনা মাবু থাদোক্লে । কবো নিংথৌনা হে কোংথাম লাইচৌবা, নং শাওগন্থু চৎলো, নংনা নবুঙো চন্দ্রহাসদা তম্থু ॥ ৬৩ ॥ কবো ঐথোয়গা মোইরাংগা লান পানবা তারে মতম অহুদা মরুপকী প্রেমদা লান পাংবীয়ু । লাম্না ওন্নবা ভুংদা লমনদি কোয়া শিংজগে হনৎলু ॥ ৬৪ ॥ অসি চায়রগা ( কনক পুষ্প ) থোংগম পাম্বোং ১ লৌক্রবগা তংখাই থাইরে তংখাই অমনা কবোনা লৌহৌয়ে তংখাই অমনা মাঙোন্দা পিয়ে নবুংঙোদা কৎহনা অসি থাহল্লু অসিনা লৈ শাৎইকদবগী ময়োন লাকপা তমমদা মোইরাং লাম্বাসি হনৎলু অসি হাই-রগা অচা অথক পিহনা মনিপুরদা থাবকলে ॥ ৬৫ ॥ অহানবী কোংথাম লাইচৌবা লাকহনা

আর লালসিংহ নাম এচাৰি গুরজণ ।
আর তুমু গুরগণ এসব প্রধান ॥৬৬॥
দ্বইসন্য মুখা মুখি বহু যুদ্ধ কৈল ।
মারা মার কাটা কাটী কতেক করিল ॥
দৈখে যাহা কয়ে তাহা নাযায়ে খণ্ডন ।
মণিপুর জয় করি কতেক পতন ॥৬৭॥
ভঙ্গহৈল মাহিরঙ্গ সমুলে বিনাশ ।
এই যুদ্ধ মহিরঙ্গ বিপদ বিনাশ ॥
মহিরঙ্গ চপুতয়া নাম হৈল তাহে ।
সেই হৈতে মধ্যে পথ চপুতয়া রহে ॥৬৮॥
হেনমতে কত কাল মণিলুপ্ত হৈল ॥
তবে রঙ্গনাথ বিষ্ণু মাহা ক্রোধ হৈল ॥

পুজানা পাইলে সেই মণিপুরে কোপে ।
মহিরঙ্গ সব দেব সঙ্গে এই রূপে ॥৬৯॥
নিজাসনে বসি রাত্রিদেব সভাকৈল ।
সেই শব্দে মণিপুরে ঝঙ্কারনাদ হৈল ॥
নিজ অস্ত্র ধরিদেব বন্দুকা শব্দ কৈল ।
অগ্নি পুঞ্জে পুঞ্জ রূপে সেতেজ করিল ॥৭০॥
তাহাদেখি রাজা চর উড়লেক প্রানে ।
শব্দচর বার্ত্তা রাজা উড়িল পরানে ॥
ঈশ্বরের চিহ্ন জানিমনে ভাবিলেন ।
পাত্র মিত্র সনে রাজা বসি রাজা সণ ॥৭১॥
কইরসিংহ ভাই প্রতি চন্দ্রহাস বলে ।
তোমিগিয়া মহিরঙ্গ লৈয়া সপ্ত কুলে ॥

মনিপুর নিংথৌ চন্দ্রহাসদা লৈ কংলে পাও তম্মে । করে হায়দুনা লৈ থারগা মতম তাইদুনা লোঞ্জ । মথোয় ৫ বু মকম চাওনা হাম্লিখি । অদুগী তুংদা লৈগী য়েনিং হল্লকলদুনা পাও চংনদুনা যাত্রা তৌরয়ে ॥

৬৬॥ মনিপুরগী সেনাপতি ৪ নি । (ইরাই) য়াইচিং খুলাকপা সেনাপতি (কয়াসিং) কোংয়ামবা সেনাপতি । (তুলসিং) তোলোংখোমবা সেনাপতি ! (লালসিং) লালোইগুম্বা সেনাপতি। মরি অসি য়াম্না খৌবনি। অদুগা (তুমু) কবোগী অথোবা কয়াগা তিন্নরে ॥ তাবিয়ু শ্রুতা থাবক কবোমা পালম্বা মকমদি। মণিপুর, ইরেংবন্দনি॥ ৬৭॥ কবো, মৈতৈ. তিন্নদুনা, মোইরাংগা লান পায়ে, মী কয়া শিনরে, লাইগী নোংদম অঙকপনি। মোইরাংবু. মণিপুরনা, জয় ওইরে। ৬৮॥ মোইরাং কাইরে, অদুদা বুদ্ধিসিংহনা, মোইরাং মাংনবা তৌদুনা. অচেনবা মোইরাং কাদুনা খোমজিল্লগা, হাংতুনা পৈদুনা থমাখ, অদুবু হৌজিক কাওনা, মোইরাং-খোম খোনখি অদুদা লৈখিবা লৈবুংনি ভাগ্যচন্দ্র হাক্তক্তা ওইব নতে। ৬৯॥ মথা অসিদা মপাাগ বড় ১স্থং য়াথং লেম্না মাংদে হাইবা ১গা লেংজরগে। মোইরাংবু থীনা তৌখিবনা মোইরাং খুন্দাক্সে। অদুদা থাংজিং লাইনা শাওদুনা, লাইয়াম তিন্নরে মৈতৈনিংথৌবু শাওদুনা ॥ ৭০॥ মোইরাংদা লাইয়াম তিনবদুগী ধ্বনীনা, মণিপুর লৈবা য়াক্সে। লাইনা কায়া নোংমৈ মখোনগা মৈবুন মৈবুন পাইবগনা, অহিং মপান খোকপা তমনক্সে ॥ ৭১॥ মণিপুর প্রজা নিংথৌ কয়মো শিব তারে পানবা তম্মথোই হাইনদুনা বা তারৈ। থম্নবদা মোইরাং খুন তাদদুনা থাংজিং লাইনা শাওবনি, থরে, অদুদি খুন তায়সি হাইদুনা॥ ৭২॥ চন্দ্রহাস নিংথৌনা

রাজ্য কর প্রান ভাই বিলম্ব নাকর।
এত বলি তার ভাগ দিল নৃপবর ॥৭২॥
ছত্র চামরাদি সঙ্গে চলে মহিরঙ্গে।
রাজা সিংহাসনে বৈসে বাদ্যযন্ত্ররঙ্গে ॥
দেব সঙ্গেরঙ্গনাথ উৎপাত করিল।
ক্রোধ দেখি ত্রাস হৈয়া রাজাপালাইল ॥৭৩॥
জৈষ্ঠৈচন্দ্রহাসে আছে সেসব কাহল।
মহিরঙ্গ দেব সব মোরক্রোধ হৈলা ॥
দিনে দিনে বহুমতে উপদ্রব কৈল।
মহিরঙ্গ রাজ্য কর আমার না বোল ॥৭৪॥
মহিরঙ্গে বংশ নহে রাজা না হইব।
এই বাক্য দিগে দিগে দেবতার সব ॥
এত শুনি রাজা সভা বিচার করিল।
সমুদ্র গম্ভির রাজা বাত চালাইল ॥৭৪॥
এই দেশে মহিরঙ্গে রাজা বংশ কোন।
এ মতে বিচারকরিদ্বতেরে পাঠান ॥
রাজা ভাই খেলেশ নাম তাহাতে পাইল।
তারে আনি চন্দ্রহাস প্রনয়ে কহিল ॥৭৬॥
তোমাসোনে মোর ভাই মহিরঙ্গ চল।
দুই রাজা প্রায় দুই মহিরঙ্গে পাল ॥
রাজাজ্ঞায়ে দুই জনে পুনশ্চ আইল।
মহিরঙ্গে দুই জন পুনশাস কৈল ॥৭৭॥
এই রূপে মহিরঙ্গ সুখেতে রহিল।
এবেশুন ভাগ্যচন্দ্র রন যেন কৈল ॥
মহিরঙ্গ মনিপুর মুখা মুখি হৈল।
মারমার কাট কাট না শুনে কার বল ॥৭৮॥
বন্দুক বন্দুক শব্দ মারা মারিকৈল।
খড়েগ খড়েগ মারা মারি বহুত করিল ॥৭৯॥

( কইরসিং ) কোইরেম্বা কোবা মনাও য়েংহুনা য়াথং পি। ইনাও ইবুংঙো নংনা, পাসৈ ৭ পুহুনা মোইরাংদা নিংথৌ ওইরুরে। য়াথং পিরে। ইনাও ইবুংঙো হয়েন চয়েং ভাইবা য়াঙ্গে মোইরাংদা নিংথৌ ওইরুরো হাইহুনা য়াগি সরুক পিরে। ৭৩॥ অদু তাবদা, অঙোম, নিংথৌজা, লুয়াং, খুমন, মোইরাং, সরাং লৈশাংখেম, খাব ঙানবা, জাতি ৭ পুহনা, নিংথৌগী হৌনখি, ছত্র, চামরনাচিংবা, চোং দোলাই লোইননা পুখহুনা, খুন্দারে নিংথৌ ওইহুনা পাল্লরে। পুং সেন য়ৈহুনা মঙ্গল তৌই। অদু উবদা মোইরাংগী লমদা মৈতৈনা পাল্লবা উবদা খাংজং লাইনা শাওহুনা, উৎপাৎ হেনগৎলে॥ অদু উবদ। পানবা ঙমজহুনা, কোইরেম্বা, চেনলক্লে॥ ৭৪॥ ময়াম্বা চন্দ্রহাসদা হঙংলি, মহারাজ ইবুংঙো, লনাইবু খাংজং লাইনা শাওই। পুজা লৌবিদে, নোংমা নোংমাগ, উপদ্রোপ হোল্ল মোইরাংদা নিংথৌ ওইবা ঙমজররোই॥ ৭৫॥ ময়মাদ মোইরাং নিংথৌগী রাজবংশ নত্তনা পানবা ঙম্বা হৌনদে। অদু তাবদা দরবার চাওনা তৌহুনা, খন্নবদা মোইরাং নিংথৌগি রাজবংশ খিবদা তারহুনা য়াথং পিরে। ৭৬॥ লৈপাক মীয়াম্বা খ্রীবনা, অদুগৈ, হি য়াই পুহুনা চেনলকপা য়াইখোম ওন্দুনা লৈখিবা নিংথৌগি মচা ইবুংঙো য়াইমা খেলেশবু কংনরে, নিংথৌনা মাঙোন্দা বেত্তায় তৌহুনা হাইজে॥ ৭৭॥ হে নিংথৌগী মচা ইবুংঙো খেলেশ, অদুগৈদা চিরঞ্জীবি পাদুংনা মোইরাং নিংথৌ ওইয়ু পিরম্মি তাই নংনা লোজাক কুমন্থনা, তা কাম্বিদৈদা পাবুং লৈখিদহুনা নয়াম্বা হেমাচ্যানা নিংথৌ ওইখি অদুগী শাওবদম্বি

পত্রঞ্জয় যুবরাজ নিত্যানন্দ আর।
গঙ্গারাম এইতিন মধ্যে বহু শুর ॥৮০॥
তারপরে মহিরঙ্গ সন্ধ ভঙ্গিলেক।
দৈব যোগে এই ক্রমে ক্রমে করিলেক ॥
কতজন তাহা রক্ষে সঙ্গে আইলেক।
তারপরে হরিন প্রৌড়ে সঙ্গে আইলেক ॥৮১॥
এথা খেল গজ চড়ি ব্রহ্মা ফিরিলেক।
কতজন করি সঙ্গেদেশে আইলেক ॥
বন্ধু রাজা দিয়া দুই রাজা পুত্র নীল।
লাবন্যচন্দ্র মধুচন্দ্র দুই জন লৈল ॥৮২॥
দুই পৌত্র সঙ্গে খেল পথেতে আইল।
এবার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র দৈবেতে শুনিল ॥

নিজগুর জন ডাকি তাহা আদেশিল।
তোমাসব চলিলেন খেলসিং নারিল ॥৮৩॥
খড়্গো কিম্বা বর্ষিকিম্বা দেখিলে মারৌক।
রাজাজ্ঞায়ে খারিক্ষেত্রে সঙ্গে চলিলেক ॥
ভক্ষপের ভেটরূপে কপটে রহিল।
এথাখেল নিজজন সঙ্গেতে আইল ॥৮৪॥
বিদ্যাবন্ট গুণবন্ত তেজবন্ত শুর।
সর্ব্ববিদ্যা নিপুনতা রূপবন্ত বর ॥
চেন খেল বুদ্ধিমতি নিজজনে বলে।
এইক্ষনে মোরঅঙ্গে হৃদিকম্পে চলে ॥৮৫॥
বাম বাহু বাম নেত্র সতত স্পন্দিল।
এইহেতু মোর মনে চিন্তা উপ্রাজল ॥

মণিপুরদা লাক্ত্না লৈরবা নহাক্পি, অহুনা পাবুং রাথং ভাক্ত্না মোইরাংদা নিংথৌ ওইবিরুরো ॥ লৈপাক ভাক্তবঙ্গিদমক ইনাউ কোইমেম্বা পুখো নখোই ২না তারহুনা মোইরাং লৈপাক সেমমুরো, অদু তাবদা কয়ে হাইহুনা মোইরাংদা পাম্নরে। ৭৮ ॥ থাংজিং লাইনা রাহুনা হায়ওম পান্দুনা লৈখি। ইপাগী বড় রাথং লেম্না মাংদবা হাইবসি অসিনি। মথা ভাগ্যচন্দ্রগি তাবিরো, মোইরাংগা, লান পানরে, কয়া শিনরে।

৭৯ ॥ অচানবদা মোংমৈ কাপ্পে, মথং হাকথেংননা থাজ থাজ রাম্নবদা, তেজোল তুম্নরে। ৮০ ॥ খেলেম্বগি মচা, পত্রঞ্জয় যুবরাজ শিরে। মোইরাংগি নিত্যানন্দ সেনাপতি শিরে। গঙ্গারাম সেনাপতি শিরে, লান থৌংবিনভাই অকনবা লৈত্রে ॥ ৮১ ॥ মোইরাং কাইহুনা চেম্রে, লাইগী নোংদমনি মোইরাং কোমুং থুগাইরে। থরনা, অহুদা কৈহৌরগা তেজোল অপুম্বা, হম্নক্ত্না (হরিন প্রৌড়ে) সভাই প্রৌদা তেজোল পৈররে। মকম অহুদা নিংথৌ প্রজা পৈহুনা লৈখি ॥ ৮২ ॥ অসিমা লৈখি শুনু। আসোমদা অরাদা খেলেম্বা নিংথৌ লুহোংবা লোইরহুনা, অরাদগী শামু তোংহুনা মণিপুর মোইরাংদা হম্লকই। মনাই কয়াগা লোইনহুনা যাত্রা তৌবা মতমদা অমা নিংথৌনা, লাবন্যচন্দ্র, মধুচন্দ্রবু, পুবিশ্রো হাইহুনা পিরকই ॥ ৮৩ ॥ মচা টবুংতো ২গা লোইনানা অর'দগী লাকই। পাও অসি, লাইগী নোংদমদগি। ভাগ্যচন্দ্র তাবে, অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা, মনাই অথোবা রেংহুনা হাইরকই। নখোই অথোবনা তেজোল পুহুনা, খেলেম্বা কাংলুরো ॥ ৮৪ ॥ থাংমরু', তানরা, শরুগনা হাংলুরো, রাথং কংবদা যাত্রা তৌহুনা লাকপনা (খারিক্ষেত্রে) লৌসি পাং রোয়ে। অহুদা মরাম থরৈ লান ওইনা তৌরলুসি, অরোকপা

পথে কিন্তু মন্ত্রিকে কিম্বা যে হইবে।
অতয়েব ত্বরা করি শীঘ্রেতে চলিবে ॥৮৬॥
আর খারিক্ষেত্র দিগে অনন্তা দেখিয়ে।
ঘনশ্যাম খগেন্দ্র দুই রাজাকে বলয়ে॥
যোয়ামনে বার্ত্তা শুনি পর্থিতে ভেটাই।
এমতে বিচার করি সভে চলি যাই ॥৮৭॥
চলি চলি খারি ক্ষেত্রে সব ভেটাইল।
রাজাকলি ভুমা ভোটে ছল কথা কৈল॥
গজহৈতে লাম্বি খেল ভুমিতে বসিল।
ভক্ষ্যভোজ্য সভে বাটি তাহাতে খাইলা ॥৮৮॥
পিছে আছি কপটিয়া রাজাতে মারিল।
বাবিঘাটে খেলসিংহ ভুমিতে পড়িল॥

কালপ্রাপ্তে আয়ুঃ পুনঃ ধাতাদিতেনায়।
পদ্মপত্রে জল যেন খসে তেন প্রায় ॥৮৯॥
কালপ্রাপ্তে বুদ্ধিমানবিপরীত হৈলে।
সেইহেতু বুদ্ধিবন্ত খেলসিংহ মৈলে॥
বিশ্বাসঘাটক প্রায়ে ভাগ্যচন্দ্র হয়।
তথাপিহ হর্ত্তা কর্ত্তা তার ইচ্ছা হয় ॥৯০॥
তার ইচ্ছা যেই কয় নাযায়ে খণ্ডন।
ভক্ত দোষ সেই হরি করয়ে খণ্ডন॥
আর খেলসিংহ সেই বড় বুদ্ধিমন্ত।
তথাপিহ কর্ম্ম ফলে তার বুদ্ধি অন্ত ॥৯১॥
অকস্মাতে তার জনে ত্বরে পলাইল।
রাজার কোণ্ডুর লৈয়া সভে পালাইল॥

সায়সি হাইজনা অথেম্পোৎ লাংজনা ভাইজনা লৈরে। আসোমদা খেলেম্বা, মনাই মযনগা লাকপদা॥ ৮৫॥ খেলেম্বা নিংথৌ, মহৈনে, মন্ত্রে, মন্তামে, মশক্লে, অরাৎপা লৈতবানি। অদুগা খেলেম্বা লাকপদা মশাদা অমঙ্গল কাওজনা মনাইসিংদা হাইরকই। ৮৬॥ ঐগী ওইগি পাখোম মরু চোংঙি মীৎ তুই চোংঙি অদুমা রাম্বা চিংনৈএ॥ লম্বীদরা, মোইরাংদর অরাবা অমা ভাবতাই, থর থুমা চৎসি॥ ৮৭॥ অদুম লাকপাজনা, য়েঙকপদা কৌশিদা মীয়াম পৈবক্ত উবদা. মনাই ঘনশ্যাম, খগেন্দ্র, অমিনা হাইরকই, য়েংঙু মহারাজ ঐখোই লাকপা পাও তাজনা অথেম্পোৎকা লোইননা ঐখোইবু ওক্লি, অসি হাইমজনা লাকই॥ ৮৮॥ অদুম লাকপজনা কৌসি য়েৌমজনা, মশাম উবরে, মরৈ ভোজনা, মণিপুরনা হাই হে মোইরাং নিংথৌ ঐখোইনা মহাবাজবু ওক্লি, জেংথরকন্ত, আসোনশিদা কহীয়ু. অচা অথক হাবিয়্। অদু তাবদা সামুদগী কুমথরে আলোম্বা কমজনা, অচা অথক হারে ময়ামত্বং য়েন্জুনা শিজরে॥ ৮৯॥ অদুম ভৌরি-হৈদা মণিপুরগী অথোবনা, ভুংলোমদা লাকুনা মোইরাং নিংথৌগী লেমফুদা তানা লোংঙি. খেলেম্বা পৃথীদা লোংনো তাম্বে। মীওইবগি আয়ুনা লোইরবদা, ব্রহ্মানা, কনবা ভমদে, মীওইবগি পুনশিদি থমগা খেক্লোক্পা চাপ্পা ইশিংওবনি মতম অওক লৈমি থাদবনি॥ ৯০॥ কালনা কাকাবদা অসিংবা মী কনা লৈতে, কমা শিংবা খেলেম্বনি শিয়েদো। অদুগা মপাঙ্গা য়েংবদগি বিশ্বাসঘাটক কৌবা পাম্ভ ভাগ্যচন্দ্রদা লৈবতাই। অদুনা মসুংদা মুখ: থীরবদি মাসা ভৌর [illegible]না [illegible]না। [illegible] ॥ ৯১॥ ঈশ্বরগী ইচ্ছাবু মীনা [illegible] [illegible] মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা রাজা শিংবা মুলাগী

ভাগ্যচন্দ্র খেল মৃত্যু সকল কহিল।
শুনি ভাগ্যচন্দ্র রাজা শঙ্কাবিখণ্ডিল ॥৯২॥
চিরদিন বিচ্ছেদিল পুত্র মুখে দেখিল।
আইস আইস প্রান বাপু কুলে তুলিল ॥
দুই পুত্র আলিঙ্গনে মুখ চুম্ব দিল।
শুন বাপু তোমারই আর না দেখিল ॥৯৩॥
দিবানিশি শোকানলে অন্তর দহিল।
পুনঃ বিধিদয়া করি দুহারে আনিল ॥
এতবলি নৃপমনি কোলেতে করিল।
পুত্রদেখিবানী আদি সকল ধাইল ॥৯৪॥
সবনারী আছিলেন দুইদেখা হৈলে।
যেমন মাখেতে ধেনুবৎস ঘাস কৈলে ॥
কুকুরের খেদাইয়া বৎসে ঘরে গেলে।
অন্বেষন নাপায়া ধেনু দুঃখকৈলে ॥৯৫॥
সন্ধ্যাকালে শ্রান্ত ক্লান্ত বৎসে দেখাইয়া।
যেমন তরস্তী শুপেতেমনে হইয়া ॥
মাতা আদি সব বৃন্দ আবৃত হইলে।
মুখ বুকে বাহেপড়ে নয়নের জলে ॥৯৬॥
পাইনু পাইনু বলি মাতৃগন কোলে।
হারাইল ধণ যেন পুনশ্চ পাইলে ॥
তেনমতে শুখে পায়া আনন্দের মনে।
পুন আছি মণিপুরে এমতে নাজানে ॥৯৭॥
এইমতে মাতৃগন কুলে কুল নৈল।
রাজাসনে আছি রাজা পুনঃ রাজ্যকৈল ॥
হেনমতে কৃষ্ণ কৃপা রাজ্যকে পাইল।
অষ্ট সহস্রকে সঙ্গ বিদায় করিল ॥৯৮॥
বহ্লাদরে নৃপমনিরাজাকে প্রার্থিল।
শুন সাধু বৃন্দে এই শাস্ত্রের কহিল ॥

---

কম্মগী দোষনা বৃদ্ধি মাংহনা শিখনি ॥ ৯২ ॥ খেলেম্বা শিব উবদা মনাইসিং কাইহনা চেনখ্রে মণিপুর প্রজানা মচাইবুংগো অনি পুহনা হল্লকে। সগোল তোংবনা চেনখৎখিহনা ভাগ্যচন্দ্রদা পাও তন্দি শিরে তাবদা নিংথৌগী চিংনবা কৌকখ্রে ॥

৯৩ ॥ প্রজা মীয়াম থুংনমহনা, নিংথৌবু খুরম্বরে, মচা ইবুংগো ২ম্বুং মপাবুং খুরম্মি। মচা উবদা ভাগ্যচন্দ্রনা ইপাগি ইবুংগো চংলকউ কৌশিন্দুনা চেৎনা কোনবী হয়া হয়া চুপ্পনা হাইরকই, মপোক অসিমগি উনদনা মাংপ্রদবোই নিংতম্মি ॥ ৯৪ ॥ নখোই ২পি খনবদা অহিং মুংখিন কাহনা লৈববু বিধিনা শুসি কোকহল্লে। অসি হাইহনা চেৎনা মুনা কোনবী। মচা উবদা মহারণী চেনসিনলক্লে। ৯৫ ॥ মমাগা মচাগা উনবগি প্রমান্দি, লমম্বাইদা মনবীনা সজিক লাম্বদগী মচা খিল্লিদৈদা, সনাওহ হইনা তানবিহনা মমাগা মচাগা কাইনবে মচা থীবদা কংব্রে ॥ ৯৬ ॥ মুংখিল চুম্বা থোংহনা পীবদা কংব্রবা অহনা সন্ধ্যা মাচংবদা কংনবে অম্মা মনবী সনাও ২না হয়াওনখগুম। মহারাণীনা মচাইবুংগো কংব্রবদা, হয়াওবদগি মিৎতম্মী পি কংদনা মচাবু কোয়্মি ॥ ৯৭ ॥ ইচা কংলে কংলে হাইহনা, লাওই, কপই, মাংখ্রবা মনিবু কংলবানি হাইহনা মচাবু কোম্পুনা হয়া হয়া চুপই। উনগমি নিংব্রবা, ইচাহ উনহে, কংগনি নিংব্রবা মাপপুরম কংজবে হাইহনা কয়া মুংতাইনবে ॥ ৯৮ ॥ অহুমি তুহনা, মাগীনা মচা পুম্মা শিং-খিরা প্রজা পুম্না কোম্বদা চেৎলে। গোবিন্দ কৃপানা অমুক-নিংথৌ [illegible]। [illegible]

অনায়াসে মৃত্যু আর বিনা দৈত্যজীব।
এসব কার্য্যেতে জীব হরিনা ভজিব ॥৯৯॥
কদাচিত এই দুই কখন না হয়।
এইমতে সর্ব্বসাস্ত্রে পুণ পুণ কয় ॥
কৃষ্ণ কৃপা ভাগ্যচন্দ্র পুণ রাজ্য পায়।
হেন হরিনা ভজিল অনর্থে জন্মিয় ॥১০০॥
অতএব ভজ ভাই শ্রীহরি চরনে।
তার কৃপা ধ্রুব পাই পিতৃ রাজ্য সনে॥
তার কৃপা প্রহ্লাদের দুঃখেতে উদ্ধারি।
তার কৃপা চন্দ্রহাস রাজ্যদণ্ডধারী ॥১০১॥
অতএব ভজ ভাই তাহার চরনে।
তার কৃপা ভবসিন্ধু হেলায়েতরনে॥
ভজ মূঢ়মতিমন ভজহ গোবিন্দে।
তাহার করুনা হৈতে পাইবে আনন্দে ॥১০২॥

হরি মাতা হরি পিতা হরি প্রাণহেন।
হরিবিনে অন্য কহে বান্ধব নাহেন॥
কৃষ্ণ কৃপা পারাবার জান ওহে মন।
অতএব ভজ ভাই শ্রীহরি চরণ ॥১০৩॥
পীতাম্বরসিংহ নাম সজ্জন সঙ্গতি।
তাহার সঙ্গম হৈতে মোর বুদ্ধি গতি॥
শিক্ষাগুরু পাদপদ্ম ভজন সম্মতি।
ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র দীন গুনেন্দ্র রচতি ॥১০৪॥

ইতি শ্রীমহারাজোত্তম ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র গ্রন্থে
শ্রীভাগ্যচন্দ্রমহারাজ মহিরঙ্গ যুদ্ধ অথবা
খেলসিংহ মরন বর্ণ্ননং নাম
নবম সীবা ॥৯॥ ॥—॥১০॥

কয়ানি নৈরবা ভুংদা ভাগ্যচন্দ্রনা তেথাও সিকাইদা বিদাই পিরে। ৯৯ ॥ য়াম্না বেভায় তৌহুনা নিংথৌদা চিঠি পত্র কংখি। তেথাও সিকাই হনখিহুনা তেথাও য়ৌহুনা স্বর্গদেব নিংথৌদা পাও তম্বদা অমম্তুং চিঠি মরোল্ তাবদা মুংঙাইহুনা য়িংহুনা তেথাও নিংথৌ নৈখি ॥ তাবিয় শ্রুত্তা খৈবিকপু ॥ মী ওইবগি মপোক ইলাই লাইনা সি, সিজয়গে হাইবম্তুং য়াদে হিংতি, অহুগা, বিস্যোইনা পূন্দুনা মবুংঙোবু কাওই ভক্তি সেবা তৌদে ॥ ১০০ ॥ পোকপা লম্ভানবা লাকপনি হাইবদি কৃষ্ণভক্তি তানবা লাকপনি। সীবা, ঐনা তৌবা কর্ম্মগা ভক্তিগা পূহুনা চৎবদবনি শাস্ত্র খুদিংদা হন্না হন্না লাওরি। কৃষ্ণ কৃপানা ভাগ্যচন্দ্রবু নিংথৌ ওইহল্লি. অম্বথা গোবিন্দবু নিংদনা কনাবু নিংগদগে ॥ ১০১ ॥ অদুনা হে মন গোবিন্দা কাওগনুসি। মাগি কৃপানা ধ্রুবনা মপাগি সিংহাসন ফংখি। মাগি কৃপানা প্রহ্লাদনা অরাবা কোকখি ॥ মাগি কৃপানা, চন্দ্রহাসনা নিংথৌ খুকম ফংখি ॥ ১০২ ॥ অপংবা হে মন গোবিন্দদা চংজৌ, মাগি কৃপানা সংসার সমুদ্র লাইনা লানগনি। হে মন অপংবা থাদোকউ গোবিন্দ কাওগনু, মাগি কৃপানা অরাবা কোকনি ॥ ১০৩ ॥ গোবিন্দতনা ইপানি ইমানি, মরুপ্পি, অতৈদি অয়েম্বা লাকনি। কৃষ্ণ কৃপাদি সমুদ্রগুমনি অদুনা গোবিন্দ কাওগনুশি ॥ ১০৪ ॥ পিতাম্বরসিংহ কৌবা সাধুগা তিল্লজদগি ঐগী বুদ্ধিগতি ওইরহনা শিক্ষা গুরুগী চরণ কোল্লহনা ভাগ্যচন্দ্র চরিৎপু গুনাই গুনেন্দ্রনা লোতে। মতাং অসিদা ৯ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥ পাংথবা তোল্লবা মনাই (ধনিসিং বলিসিং অসিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচৈ অমানবা পুরবক তাকপিয় )

এইমতে শুক্র ধার সংগীত গাইল ।
সাধু সাধু শুক্র ধার সভে প্রশংসিল ॥২॥
ফিরিফিরি গোপী ভতি নৃত্যগীত কৈল ।
রাসাজ চক্রে শ্রীগোবিন্দ আর.হ ভ্রমিল ॥
তাহাদেখি ভাগ্যচন্দ্র অচ্ছারি কান্দিল ।
রাজাপ্রজা পাত্র মন্ত্রি অনেক কান্দিল ॥৩॥
প্রজা পাত্র মন্ত্রিগণ কান্দিয়াকহিল ।
ভাগ্যচন্দ্র হৈতেদেশ প্রেমময় হৈল ॥
রাজা হৈতে কৃষ্ণ প্রেম প্রত্যেক বাঢ়িল ।
এবে মাহারাস গীত করহ শ্রবন ॥৪॥
গোপীগণ নৃত্য করি করেণ গায়ণ।
এই নৃত্যগীত শুনি আনন্দ হয়েণ ॥৫॥

॥ ভুড়ি পাট ভাণ ॥

শরদচন্দ্র পবণ মন্দ, বিপিনে ভরণ কুশুমগন্ধ ।
ফুল্লমল্লিকা মালতীযুতি, মত্তমধুকর ভোরলি ॥১॥
হেরইরাতি ঐছেনভাতি, শ্যামমোহণ মদনেমাতি
মুরলিগাণ পঞ্চমভান, কুলবতী চিত.চারলি ॥২॥

পদ

ইত্যাদিক রাস গীত প্রত্যেক গায়ণ ।
অনুবাদ ক্রমে কহি শুন সম্পূরণ ॥
বেণুনাদ করি গোপী গনে আকর্ষিল ।
সভেসর্ব্ব ত্যাগ করি আছিয়া মিলিল ॥১॥
যুগলার্থ সন্ধানে যেধর্ম্মশিক্ষা কৈলা ।
নির্দ্ধার নাবুঝি সভে মোহিত হইলা ॥
তেনমতি প্রত্যুত্তর তারা সভে কৈল ।
প্রার্থনা নিষেধশুণি লিলা আরিম্ভল ॥২॥
রাধা সহ অন্তর্দ্ধার হৈয়া করে কেলি ।
অন্বেষণ কৈল সব ব্রজ বধু মেলি ॥
রাধা পাই গোপীগীত যমুণা পুলিনে ।
শুণিয়া করুনা অতি উপজিল মনে ॥৩॥
প্রশ্নে কুটোত্তর কথা কহিল প্রকাস ।
মণ্ডলী বন্ধাণে পুণঃ রাস নৃত্যোল্লাস ॥
পুণরপি রতিক্রীড়া কৈল জল খেলা ।
কৃষ্ণ আশ্বাসন গোপী নিজ গৃহে গেলা ॥৪॥
অনুবাদ ক্রমে এই শুনতা পূরিলা ।
বৃন্দাবনে বিহার শ্রীমতি রাস লীলা ॥৫॥

খুন্থি কোইনা কোয়না লৈদুনা জগোই সাই । রাস চক্রদা গোবিন্দনা কোয়না লৈ । অদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র প্রেমনা ভাওদুনা রানথৈ ; পাত্র মন্ত্রিনচিংবা মীপুম খুদিং মখৈ লৈতনা কপই ॥ ৪॥ প্রজানা মন্ত্রিনাচিংবা মীয়ামা কপদুনা হাইনৈ, ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী মপান্দগী মনিপুর অসি কৃষ্ণ প্রেম কংজরে, নিংথৌ মপান্দগী কৃষ্ণ প্রেম চাওখৎলে লাওনৈ । ( মথা অসি গীত লেংজরগে তাবিরো ) ॥ ৫ ॥ গোপিনা জগোয় সানা সানা ইশৈ খুন্থি, শকই অদু তাবদা সভা পুম্নমক নুংঙাইরে, হরাওনৈ ॥ (ভুড়ি পাট ছন্দ) ১ ॥ আকাশদা, থানা কল্লনা ঙাল্লি নুংশিৎনা কাইদ কাইদ শিৎলি, লৈগী মনম্না বন অদু শিনবা থুংনা য়েল্লি অমসুং নম্থি । মাল্লিকা মাল্লতীন চিংবা লৈ খিবিরা শাৎলি, অদুদা খোইমু সিংনা মরাই কাদুনা ঙংজি । ২ ॥ অমুম্বা, অহিংগী কল্লবা উবদা গোবিন্দনা প্রেম্না ঙাওদুনা, মুরুলী খোংদুনা, গোপিকাগী পুক্লিং হুই । ॥ (পদ ছন্দ) ১ ॥ অসিনাচিংবা, গীত অসি মথং মথং শকই ননাইনা পাংদবনা মপুং ফানা, লেংজবা ওয়রে । মথা অসিদা অকুবাদনা অরংপা পুম্নমক য়েক্লরী। কৃষ্ণনা মুরুলী খোংদুনা গোপী কৌরে, গোপী পুম্নমক মাগী মাগী, কর্ম্ম থাদোক্লুনা গোবিন্দগী নাক্ত তিল্লরে ॥ ২ ॥ অদু উবদা গোবিন্দনা, গুপীগী সাজৎ নত্তে ওক্কবীনি হায়দুনা, ধর্ম্ম তাক্লুনা, ইকাইহল্লি । গোপিনা মবুক্তা লৈবা, কৃষ্ণ প্রেম পুথোক্লুনা, মীৎতগী পিনা সন্দেহ ওইদুনা কৎগদা পেনবিদুনা, রাস লীলা সারবা হৌরে । ৩ ॥ অদুদা গোপিনা নাপন কারকপা উবদা, রাধিকা পুদুনা, গোবিন্দ লেংখ্রে । মবুংতো উল্লবদা খিরকই । আসোমদা রাধানা নাপন তৌব উবদা, থনমদুনা, লেংখ্রে । গোপিগা ইথেম্মগা উনরদুনা পুম্না ইবুংঙোগী ওম শক্লুনা থীরকই । মথোইগী প্রেম উবদা, গোবিন্দনা উহল্লে । ৪ ॥ ভক্তি কৎলে, মপুক মুঙাইতবা, হজৎলি, গোবিন্দনা ঐনা লাল্লি খুমদুনা গোপিনা হরাওজে । অদুদগী রাসবিহার. ওইরে শ্রীমতিনা সাররে রাস লোইদুনা গোপী বিদাই পিখ্রে ৫ ॥ অরাৎপা

॥ ত্রিপদী ॥

শরদৃত্ত বৃন্দাবন, শোভে তরু লতা গণ,
পত্রপুষ্প ফলে সুশোভন ।
গান করে মধুকর, পুষ্প করে মধুকর,
নাচিয়া ফিরয়ে মৃগগণ ॥
সেই বৃন্দা বন মাঝে, দিব্য কল্প তরু রাজে,
মণিময় যার কলেবর ।
পত্র পুষ্প ফলচয়, নানা বর্ণ মণিময়,
পরম চিক্কণ মনোহর ॥১॥
সেই কল্পতরু মূলে, নানা বর্ণরত্ন কুলে,
বিরচিত রত্ন সিংহাসন ।
তদুপরি দীব্যাসনে, অতি আনন্দিত মনে ।
রাধাস্যাম বসিয়া আছেন ॥
অষ্টদিকে সুবিধান, অষ্টসখী অবস্থাণ,
করে সেবি চামর ব্যজন ।
সেই শোভা অনুক্ষণ, হইয়া একাগ্রমন ।
চিন্তা করে গুণেন্দ্র এজন ॥২॥

পদ

রাসঅন্তে শ্রীগোবিন্দ আরতি অর্পিল ।
মন্দির ভিতরে তবে হরি প্রবেশিল ॥
ভাগ্যচন্দ্র নৃপ ভক্ত রাস সমর্পণ ।
প্রথম পূর্ণিমা রাস হৈল সমাপণ ॥১॥
দোষনা লইবে মোর বৈষ্ণবের গণ ।
আমি অতি মূঢ়মতি রাস জ্ঞান হীণ ॥
ক্রমভঙ্গ রস ভঙ্গ দোষনা লইবে ।
ভাগ্যচন্দ্র রচনায়ে শুনিয়া শোধিবে ॥২॥
পীতাম্বরসিংহ নাম সজ্জন সঙ্গতি ।
তাহার সঙ্গম হৈতে মোর বুদ্ধি গতি ॥
শিক্ষাগুরু পাদপদ্মে ভজন সম্মতি ।
ভাগ্যচন্দ্র চরিতদীন গুণেন্দ্র বসতি ॥৩॥

ইতি শ্রীমদ্রাজোত্তম ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র
গ্রন্থে ভাগ্যচন্দ্র রাজা মহারাস
সমর্পনং নাম দ্বদশ সীমা ॥ ১২ ॥
এয়োদাশাধ্যায় ॥ ১৩ ॥
জয় জয় গৌরচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌর ভক্ত বৃন্দ ॥

পুম্নমক অহৃবাদনা লোয়রি । রাস লিশা লোইজরে ॥ (ত্রিপদি) ॥ ১ ॥ শ্রীবৃন্দবনগী নিভৃত নিকুঞ্জবন, শরৎ ঋতুনা থোগনবদা বৃক্ষ লতা পুম্নমক য়েরিং চোংতুনা, মপান শাংতুনা কজরে, থোইমুনা ঙংনা ঙংনা অগোই সাই । শজিনাচিংবা সা উচেকনা লৈনা চোংনা অগোই সাই অমুম্বা বৃন্দাবনগী ময়ইদা কল্প বৃক্ষনা ঙাল্লি মনি মণক ওয়বা বৃক্ষনি । মনা, মপাল, মহৈ খিবিক্তা মনি মুক্তাগুম্না কজনা, লংনা ঙাল্লি ॥ ২ ॥ অদুম্বা, কল্প তরুগী মখোংদা, সনানা কিবম ওয়রগা, মনিনা, মুক্তানা হাজং রৈয়তুনা, সেম্বা রতন সিংহাসন মথক্তা, ব্রজ গোপিকা পুম্নমক্তা রাস লোইহনা হনগ্রবা তুংদা, শ্রীরাধা গোবিন্দ লেংশিল্লে । মায়পে ৮ দা সখী ৮ না লৈত্তুনা চামোরনচিংবা থোগল্লি । অসিগী শীৎ অসি শকনা রাসগী গীত ইথে লোইরে । অশুম্বা রাধা গোবিন্দগী চরন্দা ননাই গুনেন্দ্রনা আশা তৌরে ॥ (পদ ছন্দ) ॥ ১ ॥ রাস লোইরবদা আরতি কংলে, অদুদগী মন্দিরদা লেংশিল্লে । ভাগ্যচন্দ্রনা রাস কংলা অচানবা রাস লোইজরে ॥ ২ ॥ মপুং কানা লেংব ওমজদে, শ্রদ্ধা বৈষ্ণব খিবিক্তা লোয়ু লৌবিগনু । ননাইদি অপংবনি লাইবিক হৈজদবনি অদুনা মথং মনাও কাইব পুম্নমক ঙাকপিয়ু ভাগ্যচন্দ্রগী রচনাদি হায়তুনা ঙাকপিয়ু ॥ ৩ ॥ পীতাম্বরসিং সাধুগা তিন্নজবদবগী ঐগী বুদ্ধ গাতি ওইরমনা শিক্ষাগুরুগী চরন কোম্লচনা ভাগ্যচন্দ্র চরিতপু ননাই গুণেন্দ্রনা লেংবে ॥ (মুখ্যং অসিদা ১২ শুমা অধ্যায় লোইরে ) পাংজবা তোম্নবা, ননাই মনিসিং মজিসিং অদিনা রৈতৈজোলজা হল্লোরকচে, অমানবা পুম্নমক ঙাকপিয়ু ॥

(১৩ শুমা অধ্যায় হৌরে) ॥ শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুশি, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা [illegible] খুরমজৈ । অদ্বৈত প্রভু ভক্ত বৃন্দ বৈবিকি চরন্দা খুরমজৈ ॥ অহুম্না রাস লোইরবদা মতুংদা ওইরকপা

এইমতে মাহারাস কৈলাসমপ'ন ।
তারপরে যেন কৈল শুন শ্রোতাগন ॥ ১ ॥
এয়োদশ রাসেশ্বরী অভিষেক কৈল ।
আর নিত্যানন্দ প্রসঙ্গ কহিবে সকল ॥
পুর্নিমাতে কুঞ্জরাস প্রসঙ্গ বর্ন'ন ।
এইসব কথাক্রমে শুন শ্রোতা গন ॥ ২ ॥
পরেতে রাধিকা রঙ্গ শুরু হইলেক ।
বেশ করি শুভদিনে কৈল অভিষেক ॥
শ্রীগোবিন্দ বামভাগে রাধিকা শোভিল ॥
ভাগ্যচন্দ্র নেত্র জলে রাধিকা প্রার্থিল ॥ ৩ ॥

মানসীরাগ

নিবেদন করি রাধে, বের্থগেল জন্ম রাধে ।
মায়াজাল বান্ধিনি, পিরিতির বিভঙ্গিনী ॥
ভাউরভুজঙ্গিমনী, শিরমনি বিহারিনী ।
বন্ধু প্রেম ধারিনী, কানু প্রেমেরদায়িনী ॥ ২ ॥
তোমা একানিতম্বিনী, কৃষ্ণেরমন মোহিনী ।
অঙ্গের কান্তি ভঙ্গিনী, প্রেমভাউ বিভঙ্গিনী ॥
অধরেতে শুরঙ্গিনী, নয়নেতে তরঙ্গিনী ।
রতিরসে রঙ্গিনী, মন্দমন্থরগমনী ॥ ২ ॥
নুপুরের ঝন ঝনী, হংসগনগতিজিনী ।
কাঞ্চনের কমলিনী, নিলকান্তি শুবেশিনী ॥
কনক বর্ন' রঙ্গিনী, নিজের গুন ধারিনী ।
পতিতজন পাবনী, ভাগ্যচন্দ্রের, গামিনী ॥ ৩ ॥

পদ

যুগল শ্রীমুর্ত্তি হেরি প্রার্থ'না করিল ।
হেরি হেরি ছুহুরূপ হৃদি ঝুরিগেল ॥
দুনয়ানে প্রেম ধারা নিরখি নয়ান ।
হে রাধে কৃষ্ণ চন্দ্র মিনতি করেন ॥ ১ ॥
জন্মে জন্মে তুয়া পাদ নিজ সেবাদেয় ।
নিজদাস অনুদাস শ্রীচরনদেয় ॥
কৃপাডরি গলে বান্ধি টানিয়া টানিয়া ।
শ্রীচরনে বান্ধিরাখি এই কৃপাদিয়া ॥ ২ ॥
এতবলি ভাগ্যচন্দ্র ভুমি গড়া গড়ি ।
ধুলায় ধুসর অঙ্গ শ্রীচরন পড়ি ॥

---

লোংজরগে তাবিয় শ্রুতা খিবিক ॥ ২ ॥ তরাহুমদোই শুবা অধ্যায় অসিদা ইবেম্মগী অভিষেক, অমদি নিত্যাইনন্দগী রারি পুর্নিমাদা, কুঞ্জরাস কৎপা মথং মথং লোংজরকে তাবিয় শ্রুতা খিবিক ॥ ৩ ॥ রাস লোইরবা অতুগী তুংনা ইবেম্মগী অঙ্গ রাগ, রং কংলদুনা, অলঙ্কার খোনবা য়ারবদ ভাঙ্কর লাক্কয়া, নিংথৌদা হয়ৎলে, অকবা নুমিৎ থা য়েংদুনা মাংদা শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক তৌবগুম অভিষেক তৌরে, অলঙ্কার খোন্দুনা গোবিন্দগী ওইথংবদা খোংগলে। শ্রীরাধা গোবিন্দগী যুগোল রূপ উবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, প্রেমা ভাওদুনা প্রর্থনা তৌজে ॥ (মানসীরাগ) ॥ ১ ॥ হে বৃন্দাবনে খরা রাধে-ননাইগী মপোক অসে অরেম্বা মপোক্কি। মরমদি সংসারগী মায়ানা পুনবদগীনি ॥ হে রাধে কৃষ্ণগী প্রেমা ভক্তি মুর্ত্তি ও দুনা লৈরিবী ॥ ইবেম্মগি লাইবক তাবনা কজবদি লৌনগী মকোক্তা হায়া মানগী মকোক্তা তোংদুনা ভাম্নবী। কৃষ্ণগী প্রেমবু পুরিবি, কৃষ্ণদা প্রেমকৎলবী ॥ ২ ॥ ইবেম্মতনা কৃষ্ণবু শুমহৎপি শ্রীঅঙ্গগী মঙারে, ভঙ্গিনে অসিনা কৃষ্ণ প্রেমগি অঙানবা ভঙ্গি ওইরিবি। অধর, চিয়ান ২ না হরাওনবগী মশক ওইবী নেত্র ২ না প্রেমগি ইথক ওইবী, রতিরসগী হরাওনকম ওইবী, চৎপদা ইপোম হোদবী ॥ ৩ ॥ নুপুরগি মখোননা ঝন ঝন লাওনা ১সং ঝুণু রুনু রুনু নীয়া কাংওনা চৎপশুমচৎলিবী। সনাগি কমালগুম্বি, অসংবা কিগেনা লৈতেংবী। সনাগী মচুনা লৈতেংবী মতিক চায়া নওয়া ভাম্নিবী। মতোনবা জীববু লানবীরি, নওনবু ননাইনা শকচরি ॥ (পদছন্দ) ॥ ১ ॥ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, যুগোল মুর্ত্তি য়েংলদুনা প্রর্থনা তৌজে, য়েংল য়েংলগা প্রেমগী ইপাক্তা তাওরে, হিৎলুদা, পিগি ইবা কাংখিরে, হে রাধে হে কৃষ্ণ ॥

॥২॥ মপোক মপোক খুম্নিদা শ্রীপাদ সেবা পিনৌ ননাইগী ননাই ওজবু পিবিয়ু। কৃপাগি খৌরিনা চেৎনা চিংশিনবীদুনা শ্রীচরনদা পুন্দুনা থম্বিয়ু ॥৩॥ ভক্তি অসি কহুনা পৃথীবী ওন্দুনা হকচাংদা উকুবা লৈতেংলগা চরণ খুরমজে। হোগৎদুনা খুংরাংনা বাংঙতুনা অংগোই সাই

জয় জয় শ্রীরাধীকা শ্রীগোবিন্দ দেব ।
দীন হীন ভাগ্যচন্দ্র নৃপাধম সেব ॥ ৩ ॥
মন্নিকুপনের কৃপয় হে কৃপা ময়ি ।
নিজদাসি গন মধ্যে মামপি গনয়ি ॥
তবে ভাগ্যবতী কন্যা রাজার অনুগা ।
প্রার্থনাকরয়ে দ্বহু প্রেমের অনুগা ॥ ৪ ॥
জয় জয় শ্রীরাধিকা হা গোবিন্দ দেব ।
পিতা ভাগ্যচন্দ্রনৃপ তুয়াপাদ সেব ॥
জন্মে জন্মে তুয়া দাসী দেয় কৃপাময় ।
নিজ দাসি গননেতে মামপি গনয় ॥ ৫ ॥
এইমতে ভাগ্যবতী করয়ে প্রার্থনা ।
রাজা আদি সর্ব্ব জন এমতে প্রার্থনা ।
আছি আছি সর্ব্ব জন করেন দর্শন ।
পরিক্রমা বিলেপন করেন বন্দন ॥ ৬ ॥
একদিন নিত্যানন্দ রাজার স্বপ্নেতে ।
নিশা শেষে দীপ্ত মূর্ত্তি কহিলা দাঢ়াস্তে ॥
শুন রাজা ভাগ্যচন্দ্র আমার বচনে ।
গোবিন্দ সহিত আমি রহি একাসনে ॥ ৭ ॥
এবে রাসেশ্বরী আছি মধ্যেতে রহিল ।
এবে এই স্থানে আমি রহিতেনা হৈল ॥
বিলাস কালেতে আমি ললিতা সুন্দরী ।
গুঢ় সেবা কালে আমি অনঙ্গ মঞ্জুরী ॥ ৮ ॥
স্বয়ং রূপ বলরাম হৈল দ্বাপরেতে ।
এইতিন রূপে আমি নিত্যাই কলিতে ॥
অত এব এই স্থানে রহিনা যুড়ায় ।
তাম্রধ্বজ গৃহে আমি আবাস যুগায় ॥ ৯ ॥
তোমার বাড়িরাস্তরে মধ্যমা কন্যা বাস ।
সেই স্থানে ভাগ্যচন্দ্র করহ আবাস ॥
এতবলি নিত্যানন্দ অন্তর্দ্ধান হৈল ।
সেই কালে নৃপ জাগী হইল বিকল ॥ ১০ ॥
তাম্রধ্বজ ডাক রাজা এসব কহিল ।
তার পরে দেবালয় যথেষ্ট করিল ॥
শুভদিনে নিত্যানন্দ তথাই রহিল ।
তাম্রধ্বজ স্থানে রাজা সেবা সমর্পিল ॥ ১১ ॥
সেই হৈতে জাতি নামে নিত্যানন্দ হৈলা ।
মন্দির ভিতরে এক শুরঙ্গ ফুটিলা ॥
কবিষ্ট দেবের চিহ্ন পণ্ডিত কহিল ।
তাহা শুনি রাজা প্রজা বিষ্ময় মানিলা ॥ ১২ ॥

রাধা গোবিন্দনা জয়ওইরে তোল্লবা ভাগ্যচন্দ্র ঐনা সেবা কংজরে ॥৩॥ ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু কৃপাাগ মশক ওইরবি ওইরবা ননাই মরক ননাইবু চিংশিনবীয়ু: অসি হাইদুনা ভাগ্যচন্দ্রনা প্রার্থনা তৌজে ॥ মচা ইবেম্মা ভাগ্যবতীকন্যা মপাবুং তুং ইন্দুনা রাধা গোবিন্দদা প্রার্থনা তৌজে ॥৫॥ হে রাধে হে প্রাণনাথ গোবিন্দ ননাই পবুংগি সেবা তৌবীগদবগিদমক মণিপুরসিদা কাওবিররুগা হে রাধা গোবিন্দ ননাইবু মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইজগে। ননাই মরক ননাইবু চিংশিনবিয়ু: ॥৬॥ অদুম তৌনা ভাগ্যবতীনা প্রার্থনা তৌজে মণিপুরগী প্রজা অপুম্বমু ভক্তিকহলি । মণিপুরদা গোবিন্দনা ভাল্লবদা অরাপ্পগী মীকয়া লাক্নুনা দর্শন তৌরে পরিক্রমা তৌজে। মাগি মাগি ইংখোন্দ ফংবা পোৎশক পোরক্নুনা ফংচরে ॥৭॥ অদুম্না সেবা তৌবহুসা নুমিৎ কয়া-নিগী তুংদা নোংমাদি ভাগ্যচন্দ্রগি মমংদা নোংঙালমদাইদা নিত্যানন্দপ্রভুনা লেংকক্লে মংদা লেপই। তাও হে ভাগ্যচন্দ্র মাংদদি সিংহাসন ১দা গোবিন্দগা লৈমিরে । ॥৮॥ হৌজিক্তি নবেম্মা রাধানা মরক্তা থনগ্রে ঐনা লৈবদা নুংঙাইত্রে লৈনিংজে। ঐঅসে নংনা খংদবননি সাররুপা কান্দা ললিতা কাখীনী সেবাগী কান্দা অনঙ্গ মঞ্জুরীনী। ॥৯॥ তসেংবা মুর্ত্তিনা বলরামনি দ্বাপরদা মশক ৩অসিনি কলিদা নিত্যানন্দনি। মরম অসিনা মকম অসিদা ঐনা লৈব মতিক চাদ্রে নমাক তামত্র ধ্বজগী ময়ুমদা চৎলগে ॥ ১০ ॥ নঙ্গি লৈরিবা, অসিদগী রাংম লাল্লগা, নচানুপী স্নাইমগি ময়ুমদা ঐবু থিল্লো অসি হাইরম্লগা, ইবুংঙো লেংথ্রে, ভাগ্যচন্দ্র মিকপ থোকই রুম্না কপই ॥ ১১ ॥ অদুম যোংঙাল্লে, প্রাতগী স্নান ক্রিয়া কর্ম্ম লোইরে, মনাই থাদুনা, তমত্রধ্বজবু কৌহল্লে, লাক্নুনা থুরম্মি, নিংথৌনা মবুংঙোগি রাম্নি সাদুনা কপই। অদুদগি মন্দির সারদুনা মনাইগী য়ুমদা শুভদিন্দা লেংশিনখ্রে। সেবা শিন্নখ্রে ॥ ১২ ॥ অতদগী হৌদুনা ইবুংঙোগি মিংবু অরাম্বম নিত্যানন্দ কৌখি ॥ অহুগী তুংদা নোংমদি গোবিন্দগী লুক চনকমদা শুরুং অমা কাওরে, পণ্ডিৎসিংনা য়েংনবদা যবিষ্ঠগী খুদমনি হাইরয়ে থররবদা নিংখৌ প্রজা মন্ত্রি ওকয়ে ॥

তবে একদিনে রাজা মনেতে চিন্তয়।
মোর দেশে দুই ইষ্ট আমারে পালয়॥
দেব শ্রীকনিন্দ্র আর যবিষ্টদেবতা।
এই দুই মোর আদি পুরুষ দেবতা॥ ১৩॥
শ্রীকনিন্দ্র শুদ্ধ ভক্ষে অশুদ্ধ যবিষ্ট।
অতএব মোরমনে নাহইল ইষ্ট॥
তবে মোর মণে এখনে ইষ্ট হইবে।
শ্রীগোবিন্দ প্রসাদকে যবিষ্ট খাইবে॥ ১৪॥
এইমতে দিনে দিনে ভাবিতে লাগিল।
একদিনে পূজারি ব্রাহ্মণ আনাইল॥
গোবিন্দের প্রসাদকে যবিষ্টের গৃহে।
আনাইয়া সমর্পণ লউক্পিতামহে॥ ১৫॥
রাজাজ্ঞারে প্রসাদকে লইয়া ব্রাহ্মণ।
যবিষ্টের গৃহে লয়া থুইল যখণ॥
সেই কালে থালি সহে প্রাসাদ ফেলিল।
ফেলাইয়া থালিসহ দ্বারে আঘাটিল॥ ১৬॥
দেখিয়া চিন্তিত রাজা যবিষ্টে বন্দিল।
চিন্তাকুল হৈয়া রাজা সেদিনে রহিল॥
রজনি শয়ণ রাজা নিরানন্দ হৈয়া।
যবিষ্ট দেবতা কহে স্বপ্নেতে আছিয়া॥ ১৭॥
শুনহ নৃপতি মোর বচন শুণহে।
হিন্দু ধর্ম্মশুদ্ধ ভক্ষে আমি নাহি মহে॥
দ্বাপরে বলরাম নিত্যানন্দ কলিতে।
আমিহযাবিষ্ট আর কনিন্দ্র দৈবতে॥ ১৮॥
এইসব নিত্যানন্দ স্বরূপ জানিক।
অতএব এই সব ভেদ নাকরিহ॥
আমার স্বরূপ এই শুরঙ্গচিহ্নিত।
ইহাতে সন্দেহ নহে কহিল নিশ্চত॥ ১৯॥

---

১৩॥ অসুম লৈরকপা নোংমদি ভাগ্যচন্দ্রনা খল্লি। ঐখোইগী মনিপুর অসিদা, ইবুংঙো অনি লৈ ১ না (কনিন্দ্র) সনামহি অমনা (যবিষ্ট) পাখংবা, ইবুংঙো ২ সিনা ঐখোগী ইহান হানবা দেববানি। ১৪॥ সনামহি ইবুঙোদি অসেংবা চাই। পাখংবা ইবুংঙোনা অসেংবা তুলসি পল্লনাচিংবা সেবা য়াদে অহুনা সেবা মতমদা নিংবা থুংদে অহুনা ঐগী পুক্লিং থুংহনবিগে খল্লুনা গোবিন্দগী প্রসাদি পামদুনা শুরুং কাওবরা। ১৫॥ রাখন অসি নিংখৌ মুমিৎ কয়ানি খল্লগা নোংমদি গোবিন্দ পুজারি কৌহুনা য়াথং পি ওাসদি গোবিন্দগী প্রসাদি লুক অদু যবিষ্ট ইবুধৌগী সঙ্গাইদা পুদুনা লুক চল্লু ইবুধৌ প্রসাদি কংসনু য়াথং পি। ১৬॥ পুজারিনা লুক লুক অদুনা, পাখংবগী সঙ্গাইদা লুক চল্লে, খোংখিঙি অদু উবদা পাখংবনা শাওহুনা, পুখম লৌরগা লাংওকপবু চোংদা পাল্লে। ১৭॥ পুজারিসিং কিরহুনা নিংখৌদা জুজংলরে. নিংখৌ পণ্ডিৎ মাইবী মাইব চংহুনা য়েংনবদা কিনয়ে, সেংদোক্লগা, নিংখৌ প্রজা খুরম্নি। ভাগ্যচন্দ্র মুংঙাই ত্তবগা লোইননা সংগাইদা হল্লক্লে। চাবা থকপা য়াদে চিন্তা তৌই। মুমিৎ অদুগী অহ্‌দা ভাগ্যচন্দ্রগী মমংদা পাখংবনা লেংলক্লে। ১৮॥ হে ভাগ্যচন্দ্র, ঐগী রা তাও হিন্দু ধর্ম্মগী অসেংবা সেবাদে ঐনা পামদে। মরমদি, দ্বাপরদা বলরামনি কলিদা নিত্যানন্দনী অদুগা, ঐগা সনা মহিগা। ১৯॥ ঐখোই অনিসে, নিত্যানন্দগী মশক্তি অহুনা নংনা তোঙা-নবা ওইনা খনগনু ঐনা তৌবনি শুরুং অদু নবুক্তা করি অমতা চিংনগনু অমসুং য়ারুগনু।

যবিষ্ট কনিষ্ঠ দ্বষ্ট তন্তুল উৎসবে।
তেমতে শ্রীনিত্যানন্দ উৎসব করিবে॥
এবলি যবিষ্টদেব অন্তর্দ্ধান হৈল।
জাগরিয়া নৃপমণি আনন্দ হইল॥ ২০॥
এইমতে নিত্যানন্দ প্রসঙ্গ হইল।
নিত্যানন্দ তন্তুলোৎসব সেইহেতেকরিল॥
আদ্যাপিহ নিত্যানন্দ উৎসব করিল।
শ্রীনিত্যানন্দ প্রসঙ্গ সমাপ্তি হইল॥ ২১॥
এবেশুণ ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র যেমণ।
রাস অন্তে রাসেশ্বরী অভিষেক হেন॥
পুণঃ পুর্ণিমাতে রাস সমর্পিতে মনে।
রাসেশ্বরী রাস বেশ নাচিনিল মনে॥ ২২॥
এইচিন্তা নহা রাজা মনে নিরানন্দ।
কেমণে করিব প্রভু ইষ্ট শ্রীগোবিন্দ॥
এইমনে দিবা নিশি অতুষ্ট হইল।
রাজার স্বপ্নেতে প্রভু গোবিন্দ আইল॥২৩॥
আইস আইস ভাগ্যচন্দ্র দেখিরাস লীলা।
এইবলি হস্তেধরি বৃন্দাবনে লীলা॥
রাস স্থলী রাসলীলা প্রত্যেক দেখিল।
দেখদেখ রাধাবেশ ইমন হইল॥ ২৪॥
এতবলি দেখাইল রাজার স্বপণে।
পুণঃ এল মণিপুরদেশ অধিস্থানে॥
হরি কহে দেখ রাজা মোর জানু অধঃ।
মৃদাজের অবয়ব হেন হয় বোধ॥ ২৫॥

২০॥ পাখংবা চেংহোংবা, সনামহি চেংহোংবা অহুঙমা নিতানন্দ চেংহোংবা অহুম অসি অমাতনি অসি হাইরগা লেংগ্রে। নিংথৌ মিকপ থোক্লে। অরাবা থোক্লে। ২১॥ মংদহ তাক্লবা প্রসঙ্গ অহু প্রজা মন্ত্রিদা তমহুনা খল্লবে, অহুদি প্রভু নিত্যানন্দ অমসুং চেংহোলসি হাইহুনা শুভদিন থীহুনা চেংহোংলে। অহুদগী হৌজিক কাওবা, প্রভুগী তম্মুল উসোপ কৎলী, মতাং অসিদা নিত্যানন্দগী রারি লোইরগে। ২২॥ মথা অসিদা ওইরকপা, লেংজরগে রাস লোইরবা তুংদা ইবেম্মগী অভিষেক তৌরবদা লাকদৌরিবা পুর্ণিমাশিদা রাস অমুক কৎনিংলে, ইবেম্মগী ফিজেৎতি থংদ্রে। ২৩॥ অহুগী খনবদা চাবা থকপা রাজ্রে গোবিন্দ কৌহুনা কপই কে প্রাননাথ রাসেশ্বরীগী বেশসিবু কবি থোম্মুনা রাসগী থৌগনবগেনে হাইহুনা কপই। অসিনা নুমিৎ করানি শুরবদা নোংমদি মংদা গোবিন্দ লেংলক্লে মাংদা লেপ্লগা কৌই॥ ২৪॥ মং অহুদা গোবিন্দ উবদা খুরম্মি, গোবিন্দনা হাইকেৎ নোক্লগা মনাইগী খুজেং পাইহুনা রাস য়েংহন্সি হাইহুনা বৃন্দাবন্দা পুথিরে রাসমণ্ডল য়ৌরবদা নংসিদা লৈমু ঐ রাস সান্নখিগে হাইহুনা রাসমণ্ডলদা গোবিন্দনা নতবর বেশ থোম্মুনা লেপ্লা কান্দা সখীনা থৌগম্মুনা ইবেম্মা লেংথোরকই গোবিন্দনা ভাগ্যচন্দ্র নংনা রাসগী ফিজেৎ থংদে হাইবহু য়েংজহোয়ো তাকপি ভাগ্যচন্দ্রনা দর্শন তৌজে॥ ২৫॥ অহুদগী রাস শাররগে য়েংহন্ তাররগা রাস লীলাবু উহল্লে। রাস লোইরহুনা চৎলসি হাইহুনা মনাই পুহুনা মনিপুরদা হল্লকই লমখাংদা মপু মনাই রারি শাই য়েংহ, ভাগ্যচন্দ্র ঐগী থুউদা হৈরিবা অসে মবেম্মনা জগোই সাররগা ঐনা পুং য়ৈবদা হৈবনি। ২৬॥ পুং কাতাল লোইবনা

মৃদঙ্গ করতাল সঙ্গে সংগীতে সেবণ।
মোর কৃপা সেবা কার্য্য হৃদিতে স্ফুরণ ॥
মাহারাস কুঞ্জরাস বসন্তাদি রাস।
এইলিলা বর্ষে বর্ষে করহ সন্তোষ ॥ ২৬ ॥
এতবলি নাহিদেখি রাজা জাগরিল।
স্বপ্নহৈতে ধক ধকি কতেক কান্দিল ॥
কান্দণ সম্বরি রাজা বিচার করিল।
স্বপ্নের সকল কথা জানিতে পারিল ॥ ২৭ ॥
পরেরাধিকার বেশ সাজন করিয়া।
পুণঃ পুর্ণিমাতে রাস সমর্পি শুদ্ধহিয়া ॥ ২৮ ॥

## অথ কুঞ্জরাস

এবেকুঞ্জ রাস কথাশুণ শ্রোতাগণ।
পরেতে পুর্ণিমা তিথী হৈল আগমণ ॥
ভাগ্যচন্দ্র নৃপমণি হরষিত মণ।
নিজমন অভিলাস সম্পূর্ণ হেন ॥ ১ ॥
রাস স্থলী নিজ কর্মেমার্জ্জশুদ্ধ হিয়া।
রাস চক্রে বানাইল আনন্দিত হৈয়া ॥
দিবা হৈল অবসানে অন্ধকারসনে।
সন্ধ্যার উদয় করি হইল গগণে ॥ ২ ॥
সূর্য্যগেল অস্তগিরি মুদিল কমল।
ফুটিল কুমুদ ফুল অতি নিরমল ॥
চাতকিনী কৃত্তকিণি বেড়ায় উড়িয়া।
তারাগণ শোভা করে গগনে বেড়িয়া ॥ ৩ ॥
হেন কালে পুর্ণচন্দ্র উদয় করিল।
উর্জ্জল হইলসব জগত মণ্ডল ॥
মণিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দ।
চর্তুর্দ্দিকে আরহিল হইয়া আনন্দ ॥ ৪ ॥
নবশত্রদণ্ডধর রাজা ভাগ্যচন্দ্র।
উজ্জ্বল হইল ছত্র যেন পুর্ণচন্দ্র ॥

রাসগী মাংদা সঙ্কীর্ত্তন তৌগদবনি পুন্নমক অসি ঐগী কৃপানা নংগী থম্মোইদা কাওজরো। মহারাস কুঞ্জরাস, বসন্ত রাস, অহুম অসি চহি খুদিংগী কাইদনা কৎচরো। ২৭॥ অসি হাইড়না তাকপিরম্নগা ইবুংঙো লেংখ্রে, ভাগ্যচন্দ্র মিকপ থোকই মবুংঙোগী কৃপা কংজবদা মখৈ লৈতনা কপখ্রে। মনিং থুংনা কপ্পবা তুংদা হন্থরকতুনা মংগী রাবু রাথন তৌই, মবুংঙোগী কৃপানা মমংদা উজবা পুন্নমক কাওবা লৈতনা অহুম উবা কংলে। ২৮॥ প্রাতস্নান কৃত্য কর্ম্ম ভজন লোইরত্নুনা প্রসাদি সেবা কংলগা মনিপুরগী অহৈবা পুন্নমক তারত্নুনা ইবেম্মগী বেশ মংদা উবা অহু শাহল্লে লাকদৌরীবা পুর্নিমাশিদা রাস কৎলগে লেপখ্রে।

## কুঞ্জরাস

১॥ তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক কুঞ্জরাস লেংজগে। নোংমা নোংমা হৌখিড়না, হিয়াংগী পুর্নিমা নক্লে ভাগ্যচন্দ্র হয়াওজরে ঐনা নিংবা থুংজরনি হাইড়না। ২॥ পুর্নিমা নুমিৎ অসিদা মনাইবু থৌদাদনা রাস মণ্ডল সেংলে তৈথোক্লে। রাস চক্র সেম্লে, মতম্না তায়ু য়াদবনা সন্ধ্যা মতম য়ৌরক্লে রাস দর্শনগী মীয়াম চোম্না চোম্না পৈখ্রে। ৩॥ নুমিৎনা তাপ্রবদা, থম্বাল্না উমশিনখ্রে থয়োনা সাকাইয়ক্লে অহিংদা হয়াওবা উচেক্না হয়াওনরে, থবানমীচাক্না আকাশদা কজরে।

শ্রীরাধা গোবিন্দোপরে উজ্জল হইল।
মন্দির হইতে আছি চক্রেতে চাড়ল ॥ ৫ ॥
সংকীর্ত্তণ পালা আগে রাস আরম্ভিল।
মৃদঙ্গ করতাল শব্দরাগ উচ্চারিল ॥
গীতগাহেণ শঙ্খশব্দেবহু ধ্বণিহৈল।
রাজ বংশী কন্যাগণ গোপীনী হইল ॥ ৬ ॥
সবজন আইলেক দর্শণ কারনে।
তাহাতে বসিল সব ব্রাহ্মনাদিগণ ॥
সংকীর্ত্তণ অন্তে তাতে রাস আরম্ভিল।
কন্দুক বাজাই তাহা মৃদঙ্গের রোল ॥ ৭ ॥
শ্রীরাস মণ্ডলে গোপী রাস গীত গানে।
সেইসব গীত ক্রমে শুণহ এখনে ॥ ৮ ॥

মাতির

কুশুমিতকন্দ, কল্পতরুবনে,
মণির মন্দির মাঝ।
রাস বিলসিত, কলাউৎকণ্ঠিত,
সুমোহণ ভটরাজ ॥
গিরির কন্দর, শুন্দরশ্যামের,
চামরবিরাজিত কন্ধে।
কুঞ্জরে গমণী, ধাওত রমনী,
বিগলিত নিবি বন্ধে ॥ ১ ॥
কামিনিকরত, কিশলয়াঙ্কিত,
সেবিত পদারবিন্দ।
কতকত ভকত, মধুযন্ত্রসজ্জিত,
বাঞ্চিত দাসগোবিন্দ ॥

মতম অদুদা, পুনিমাগী থান', হুন্দোরক্লে, থাবম্না শিনবা থুংনা ডাল্লক্লে, মতম অদুদা গোবিন্দগী সন্ধ্যা আরতি কৎলগা, শ্রীরাধা গোবিন্দ চতুর্দ্দিলদা লেংখৎলে। ৫ ॥ ভাগ্যচন্দ্র মহামরা নবছত্র দণ্ড পাইদুনা লৌগল্লে, ছত্রদণ্ড অসিনা থাগী, থাবনগুম্ন কজে, মনিপূর দেশ আসগী শ্রীরাধা গোবিন্দনা নিংথৌনি ঐনা মনাই ছত্র খানবনি হাইদুনা ছত্র, চামর, থৌগন্দুনা লেংলগা রাস চক্রদা লেংখৎলে। ৬ ॥ রাসগী মাংদা সঙ্কীর্ত্তন হৌরে, তোপ কাপই, পুং করতালগা লোইননা রাগ হৌদুনা ইশৈ তারে, তোপ কাপই মোইবুং খোংডি। রাজ বংশগী ময়ুম পাল্লিবী কন্যানা গোপী ওইদুনা থৌগল্লকই। ৭ ॥ রাস খুরম্বগী পৈরিবা মীয়াম অতকপানি ব্রাহ্মন বৈষ্ণব অহন খৈবিক্লা তিল্লি। সঙ্কীর্ত্তন লোইদুনা রাস হৌরে, নোংমৈ তোপ কাপই। পুংখোলনা নিল্লী, মোইবুং খোংডি। ৮ ॥ রাস মণ্ডলদা গোপীনা কোইনা লেপ্তুনা ইশৈ শকই, অগোই সাই, মনাই পাংদবনা গীতা অদু খরদং লেংঅরি।

মাতির

১ ॥ লৈনা মখোংদগী মতোন লোম্বা কাওবা সাৎলবা কল্প তরু উপান খৈবিক্লা, মনিগী মন্দিরগুরা কজঞে। রাস শাম্নবগী লীলা, মচা মচাবু খৌরাংঙবা গোবিন্দনা, নতধর বেশ খোন্দুনা কজনা ডাল্লি। গোবর্দ্ধনগী লৈঙাং মচু কয়ানা খোল্লবা অদুনা কজরবা, গোবিন্দ অদুগী মকক্তা লীকী পতেং খিবিক্লা ডাল্লি। মবুংঙোগী সেবা পাম্বদগী কুঞ্জ তাম্না লাকপদা থুনা মৌনিংবদগী চেনখত্তম লাকদুনা, মশাগী লৈতেংমাচিংখাবু হিতোক্রবী গোপীনি। ২ ॥ কজবী গোপীকাগী খুৎচানদি, উনা মপুং কাল্লিবা অনোবত্তম খোৎলবী গোপীকাগী অমেথবা চত্তুনা চরন্দা থৌগল্লবা, গোবিন্দ। কয়া কয়া ওইবা গোপিনা মধুত্তা যন্ত্রগা, গীতকা থৌগল্লবা গোবিন্দদি অদুবা গোবিন্দগী সেবাবু দাসনা পামজৈ ॥

### পদ

ইত্যাদিক রাসগীত প্রত্যেক গাইল।
রাস অন্তে রাজাজ্ঞায়ে বন্দুক বাজিল॥
এইমতে রাস লীলা হৈল সমাপিল।
তবেভাগ্যবতী রাজা আর্ত্তি সমর্পিল॥ ১॥
শ্বেতনবদন্তছত্র গোবিন্দ উপরে।
ধবল চামরে সেবেএ চারি দিগেরে॥
মৃদঙ্গ করতাল সঙ্গে আরতি বাজিল।
সবজন প্রেম নেত্রে দর্শন করিল॥ ২॥
গলেবস্ত্র বান্ধি রাজা প্রেমে নীরঝুরে।
মুখ বুক বাহি পড়ে নয়নের ঝুরে॥
কান্দি কান্দি নরপতি আরতি গাইল।
সেইগীতে সবজন প্রেমে বিভুলল॥ ৩॥
বিরাজিত আরতির শ্রীরাধা গোবিন্দ।
ভকত বৎসল পতি চরনারবিন্দ॥
তৃভঙ্গ ভঙ্গিমারূপ বদন শুচান্দ।
অধর অরুণ বান্তি মনসিজ কান্দ॥ ৪॥
মকর কুণ্ডল নাচে মন মোহ ধন্দে।
কমল নয়ানে রতিরমনীর কান্দে॥
পিতাম্বর কটি পটিরমনী আনন্দে।
ভাগ্যচন্দ্র মুঢ়মতি মাগে পদ দ্বন্দে॥ ৫॥
আরর্ত্তি অন্তে সবজন প্রনাম করিল।
অষ্টাঙ্গ যোগেতে রাজা দন্দবত কৈল॥
পুণর্ব্বারংস্ত জুরে প্রার্থনা করিলে।
হৃদি ধক ধাক রাজা প্রেম নেত্রে বলে॥৬॥
জয় জয় শ্রীরাধা গোবিন্দ হেদেব।
দীণহীন ভাগ্যচন্দ্র নৃপাধম সেব॥
ময়ি কৃপনে কৃপয়ে হেকৃপা ময়।
নিজ দাসী গননে মামপি গণয়॥ ৭॥

### পদ

১॥ অসিনাচিংবা রাসগী ইশৈ কয়া শকই ননাই পাংদবনা, লোইনা লেংজবা ভমজল্লে দোম লৌবিবা য়াদে। রাস লোইরকপদা নিংথৌনা য়াথং পিদুনা, তোপ নোংমৈ কাপই। অমুম্বা রাস লোইরে, নিংথৌনা বর্ত্তি ১০৮ চমদুনা মকোক চিংলিবী ভাগ্যবতীদা পিরে। ২॥ ভাগ্যবতীনা আরতি কৎলে, শ্রীরাধা গোবিন্দগী থক্তা নবছত্রদণ্ড খাল্লে, মাইগৈ ৪ দা চামর যৌগল্লে; পুং করতালগা লোইননা আরতি কৎল্লি, মীয়াম অপুম্বা দর্শন তৌজে। ৩॥ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা ভক্তা কী হেৎতুন', মিৎলুদগী তারকপা পিনা চকচাং পুমচোৎ চোৎতুনা আরতি সকই, অদু তাবদা মীয়াম অপুম্বা প্রেম্না ভাওনৈ। ৪॥ ভাগ্যচন্দ্রনা শকপা আরতি লোংজরি মপুং কানা ভান্নবা, শ্রীরাধা গোবিন্দদা ননাইনা আরতি কৎচরি। মনাইনা থুত্তম চন্নবা মবুংত্তোনি, চয়ন্না শাংকাইবা থম্বালবু ভমজবনি শ্রীমুর্ত্তিনা মথেক অহয়া লৈত্তেংবা বদন্না অনিনবা থাবু ভমজবা চিনবান তজাংবগী মঙাল্লা পুক্নিংবু হুনবা অমসুং কানবা লাংনি। ৫॥ কুণ্ডোর নাম্বিন ২ না থর থর লেংবদা পুক্নিংবু ভমহৎপা। থম্বাল মানবা নেত্রগী মীৎচিনা রমনী পুয়মকী কানবা লাং ওইরি। অচেংবা খ্বাংদা সনা ফিগে থোনবনা রমনিগী পুক্নিংবু হয়াওহল্লি। অপংবা ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীপাদবু নিজরি। ৬॥ আরতি অসি শকতুনা আরতি কৎপা লোইরবদা মীয়াম পুয়মক দণ্ডবত কৎতুনা খুরুম্নি অদুগী তুংদা ভাগ্যচন্দ্র খুৎ লোমহুনা প্রার্থনা কৎলকই। প্রেম্না

শ্রীরাধা গোবিন্দ চিরদিনে সেবাদেয় ।
নিতি নিতি দুহু সেবা বিঘ্নিনা কৃপায় ॥
জন্মে জন্মে আরাধণ তোমাদুহা পাদ ।
ইহজন্মে সেবাপাই তোমা দুহা পাদ ॥৮॥
ইবলিয়া ভাগ্যচন্দ্র বাহু তুলি নাচি ।
আর ভাগ্যবতী পুত্রী প্রেম ধারা নাচি ॥
জয়রে জয়রে শ্রীরাধা শ্রীগোবিন্দ জয় ।
তুয়া চরণ সেবিব দাসী মোর দেয় ॥ ৯ ॥
ইবলিয়া ভাগ্যবতী নয়ানে প্রেম বারী ।
রাধা কৃষ্ণ পাদ স্থাপি নিজমন করি ॥
প্রনাম করিয়া রাজা হস্ত জুরবলে ।
আত্মা সমর্পণ করি কান্দ কান্দ বলে ॥১০॥
প্রাণনাথ গোবিন্দগুনের সাগরে ।
অধম পতিত জানদয়া কার মোরে ॥
মণিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দ ।
তোমাদুহা শ্রীচরনে নিবেদয়ে মন্দ ॥১১॥
আজি হৈতে মণিপুরে দুহেসমর্পিবে ।
শ্রীগোবিন্দ রাজা রাসেশ্বরী রাণী হবে ॥
ছত্রদণ্ডসিংহাসনে আমি সমর্পিবে ।
মোর বংশে যত রাজা ছত্র নাধরিবে ॥১২॥
দুহার দাসেরদাস অনুদাস জনে ।
অধম পাপিষ্ট আমা করিবে গননে ॥
আত্মা পুত্রধণ দারা প্রজা সমার্পল ।
সিংহাসন সেবী আমি রহিচির কাল ॥১৩॥
এতবলি ভাগ্যচন্দ্র দণ্ডবত কৈল ।
সবপ্রজা শ্রীগোবিন্দে দণ্ডবত কৈল ॥
রাস চক্রে শ্রীগোবিন্দ মন্দিরেতে গেল ।
হরি বল্দি প্রজাগণ ঘরে ঘরে গেল ॥১৪॥

ফুনখিবনা ।হক্না হিক্না কপচৈ। ৭ ॥ হয়া হয়া থুরমজরি হে রাধা গোবিন্দ ননাই তোম্রবনা সেবা কংজরে। প্রেমদা লিক্লবা ননাইবু কৃপা পিবিদুনা ননাইগী মরক্তা ননাইবু পুশিনবীয়ু। ৮॥ হে রাধে, হে গোবিন্দ মত্তম সেবা কংজগে য়ৈবাই ।খনগাইববু ডাকপিয়ু। মপোক কয়াদা নিংজয়কপনা হন্দকী মপোক্তা সেবা কুইনা কংজরে। ৯ ॥ প্রার্থনা আস কৎতুনা পাম্বোম রাংনা থাঙৎতুনা জগোই শাই। মচা ইবেম্মা ভাগ্যবতী জগোই শাহুনা প্রার্থনা কৎলকই। জয় ওইরে জয় ওইরে শ্রীরাধা গোবিন্দনা জয় ওইরে ননাই দাশীনীবু সেবা কংবা পিনবিয়ু। ১০ ॥ প্রার্থনা অসি কৎতুনা ভাগ্যবতী পেমগী ইরাগা লোইননা আত্মা কৎলি। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ মবুংতো দণ্ডবোৎ কৎলগা থুৎলোম্রহুনা কপ্না কপ্না অত্মা কৎলকই। ১১ ॥ হে প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দ ননাই অতোনবান থংবিহুনা থোজানবীয়ু। হে মনিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দ ননাইনা অয়েম্না ভক্তি কৎচরি। ১২ ॥ ভাসদগী মনিপুর দেশ আস কৎলবনি ইবুংঙোনা নিংথৌ ওইহাবরগদবনি, ইবেম্মনা মহারানী ওইবির গদবনি নবছত্রদণ্ড কৎচরবান পোকপদগী নিংজয়কপা আসা ভাস খংজয়ে। তুংদা পালবা নিংথৌনা ছত্র খাল্লয়োইদবনি। ১৩ ॥ ইবুংঙো ইবেম্মগী ননাইগী ননাই ওয়জহুনা থৌগল্লপনিং ননাই মরক্তা ভিনহনবীয়ু। ঐতোম্বগী হোঙ্গুনা মমনী পুত্র মনিপুরগী প্রজা মন্ত্রি লোইননা কৎলবনি ইবুংঙোগী সিংহাসন সেবা তৌজহুনা পুনসি লেল্লগে। ১৪ ॥ অসি হাইরগা দণ্ডবৎ

এইত কহিল কুঞ্জ রাসের বিহার।
এইমতে মণিপুরে সেবার প্রচার॥
শ্রীরাধা বিনোদ বন্দে বাঞ্ছা কল্পতরু।
তোমাদ্বহঃ কৃপা মৃত্তে মোরমনে স্ফুরু॥১৫॥
আমি জাড্য মতি কবিতার বুদ্ধি হীণ।
তোমাদ্বহা কৃপা হেতু কবিতা করুণ॥
শ্রীগুরুপাদপদ্ম করিয়া বন্দন।
শিক্ষাগুরু কেহ করি চরণ বন্দণ॥১৬॥
আদিগুরু পিতৃ মাতৃ করিয়া বন্দন।
দিক্ষা শিক্ষা পিতৃ মাতৃ একই সমান॥
এইহেতু সর্ব্বগুরু চরণ বন্দন।
সর্ব্ব গুরু কৃপা হৈতে বাঞ্ছা সিদ্ধিমণ॥১৭॥
বন্দে নিত্যানন্দ প্রভু স্বয়ং অবিভূ'ত।
বাঞ্ছা সিদ্ধিরূপি আমি করয়ে প্রণত॥
তোমা কৃপাহৈতে আমিপদবন্ধ রচি।
তোমার করুনা মাত্র মোর মনে রুচি॥১৮॥
পিতাম্বর সিংহ নাম সজ্জন সঙ্গতি।
তাহার সঙ্গম হৈতে মোর বুদ্ধি গতি॥
শিক্ষাগুরু পাদ পদ্ম ভজন সম্মতি।
ভাগ্যচন্দ্র চরিত দীণ গুনেন্দ্র রচিত॥১৯॥

ইতি— শ্রীমন্মহারাজোত্তম ভাগ্যচন্দ্র চরিতগ্রন্থে মণিপুরে কুঞ্জরাসাদি রোপনং নাম ত্রয়োদশ সীমা॥— ॥১৩॥

চতুর্দশারম্ভ ১৪॥

জয় জয় শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ জয়।
করুনাবতার বহু সদয় হৃদয়॥
নাম চিন্তা মনিদিয়া জগত করিধন্য।
ইহেণ দয়ালু দ্বহু জগতে নাহি অন্য॥১॥

তাম্বনা, পুম্নমক কৎলে। প্রজা মন্ত্রি পুম্নমকস্নুঃ দণ্ডবত কৎলগা আত্মা কৎনখি। অহুমী ভুংদা রাস চক্রদগী রাধা গোবিন্দ মন্দিরদা লেংশিল্লে। মীয়াম পুম্নমক ভক্তি কৎলগা হম্নখ্রে। ১৫॥ ননাই পাংদবনা কুঞ্জরাসগী প্রসঙ্গ লেংজবা অসি লোইরে। অসুম্না মনিপুরদা গোবিন্দ সেবা কংজখি। শ্রীরাধা বিনোদ প্রভু নিংবা পুম্নমক পিনরবা, ইবুংঙোগী কৃপানা লেংজবা ঙমজবনি। ১৬॥ ননাইদ য়াম্না পাংদবদনি, কবিতা শক্তি ঙমজবা নত্তে, কৃপাতনা লেংজবনি শ্রীগুরুগী পাদদা খুরমজৈ, শিক্ষা গুরুগী চরনবু হম্না খুরমজৈ। ১৭॥ আদি গুরু ইমা ইপাগী চরন্দা খুরমজৈ, সিক্ষা দিক্ষা পিতৃ মীতৃ ৪ অসিদি অমত্তনি। অদুনা গুরু পুম্নমকীগী চরন্দা খুরমজৈ গুরু খৈবিকী কৃপানা নিংবা খুংজগে। ১৮॥ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু স্বয়ং ভগবাম্নি। পুম্নমক্তা নিংবু থুংহনলবা ইবুংঙোগী চরন্দা খুরমজৈ, কৃপানা লেংজবনি, মতুংগী কৃপা পিনববু নিজরি। ১৯॥ পিতাম্বরসিং কোবা সাধুগা তিম্নজবদগী ঐগী বুদ্ধি গতি ওইজম্বনা। শিক্ষা গুরুগী পাদ পদ্মবু কোঞ্জম্বনা ভাগ্যচন্দ্র চ'রত্রবু ননাই গুনেন্দ্রনা লেংজৈ॥

মতাং অসিদা ১৩ শুবা অধ্যায় লোইরে॥

পাংজবা তোলবা ননাই মনিসিং মজিসিং অনিনা মৈতৈ লোন্দা হন্দোকচৈ, অয়ানব পুম্নমক্ ঙাকপিয়ু [illegible]

১৪ শুবা অধ্যায় হৌরে।

১॥ শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী নিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা খুরমজৈ। থৌজানবিরবগীদমক কজিদা

ব্রজের নিগূঢ় রাস কলিতে প্রচার।
প্রেম রতন কলহি পরম মধুর ॥
অযাচিত বিতরহি কারুনা উপেক্ষি।
এমন হৃদয়দ্বন্দ্ব কভু নাহি লক্ষি ॥ ২ ॥
বাহু তুলি হরি বলি উচ্চরায় বলে।
লও লও হরি নাম দিব বিনা মূলে ॥
এইমতে দুই ভাই প্রেম নামদান।
দুহার করুনা পাত্র আশা করে দীন ॥ ৩ ॥
মোহেন মুখের বাক্যগুণ শ্রোতাগণ।
সভে অনুগ্রহ করদেখি অভাজন ॥
ভাল মন্দ নাহি জানি নাহি কোন জ্ঞান।
যে কিছু কারয়ে সাধু আজ্ঞাবলম্বন ॥ ৪ ॥
ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র এগ্রন্থ মনোহর।
কর পরি শোভন আস্বাদ নিরন্তর ॥

চতুর্দ্দশ সীমার কথা করিয়ে বর্ণন।
শ্রীরাম গোপাল কথা করয়ে রচন ॥ ৫ ॥
পূর্ব্বে পীতাম্বর কালে নিমানন্দী ধর্ম্ম।
বনমালী কৃষ্ণাচার্য্য দিলা হেনধর্ম্ম ॥
সেই কালে সেই বিপ্র আইলা মণিপুরে
উপাধি চটোপাধ্যায় শ্বেত গঙ্গাতীরে ॥ ৬॥
তুলসী চৌরাঘাট গ্রাম জগন্নাথ দেব।
দক্ষিণ শ্রেনীর বিপ্র গোত্র যেকশ্যপ ॥
যজুর্ব্বেদ ত্রিপর্ব্বর ঋষি ত্রয় হয়।
কশ্যপ ভার্গবনয় এই তিন হয় ॥ ৭ ॥
হেন বিপ্রগুরু হয়ানিমাওত ধর্ম্ম।
সেই কালে মণিপুর কারে হেন ধর্ম্ম ॥
নিমানন্দী সম্প্রদায় ধাম দ্বারিকাখ্যে।
চতুরাক্ষ গোপাল মন্ত্র উপাসিত ॥ ৮ ॥

পোকাপারবা থোজাঁরবগী হৃদ ওইবা, কৃষ্ণনাম চিন্তামনি পিথুনা কল জীববু মঙ্গল পি, ইবুংঙো ২ গা মান্না থোজান হৈবা কনা লৈগদগে। ২ ॥ ব্রজগী থুপএবা রসবু কলিদা সঙ্কোকপি। প্রেম ভক্তিরসগী অথুবা মহৈবু লৌজরো লাও হাইথুনা হাজহনা পি, অসগুম্বা থোজান হৈববু কনা লৈগদগে। ৩ ॥ পাম্বোম রাংনা খাজৎথুনা হরি হরি শোন্নগা খোঞ্জেন রাংনা লাওরকই লাকও লাকও জীবসা, কৃষ্ণগী নাম প্রেম লৌজহো মমন য়াওদনা পিগনি। অসূম তৌথনা প্রেমনাম পিনৈ অচুম্বা গৌর নিত্যাইগী থোজান নিজার। ৪ ॥ ননাই অপাংবনা লোংজবা তাবিয়ু খ্বাইনা থোজানবিয়ু অক কত্ত খংজদবা মনাইনি। বৈষ্ণব সাধুশিংগী অজ্ঞা কৃপানা লোংজবনি। ৫ ॥ ভাগ্যচন্দ্র চরিত অসিদি য়াম্না পুক্নিং হুবানি। সাধুগী চরিতপু সাধুনা সেংনা লৌবিয়ু। তরামরি গুবা অধ্যায় অসিদা শ্রীরাম গোপাল বৈরাগ্য প্রসঙ্গ লোং-জগে। ৬ ॥ মিংথৌ মথং মথং পাল্লকপনা (পীতাম্বর) চরাইরোংবা হাক্তক্তা, নিমানন্দী ধর্ম্ম চৎলি অগুম্বা ধর্ম্ম অসিদ বনমালী কৃষ্ণ চার্য্যনা পিবনি। অচুগা ব্রাহ্মন অসিদি চরাইরোংবা হাক্তক্তা মানপুরদা লাকপনি উপাধিনা চটোপ ধ্যায়নি। মানা লৈরম্বনা শ্বেতগঙ্গা মপান্দাগীনি। ৭ ॥ গ্রামা তুলসি চৌরা ঘাট কৌই। কুল দেবতানা জগনাথ লাৎলি, দক্ষিন শ্রেনীনী, কশ্যপ গোত্রনি বেদনা যজু চলি। ত্রিবর্কনা ঋষিএম্নি কশ্যপ, ভার্গব, নয়ঃ ৩ সিনি। ৮ ॥ অমুম্বা বনমালি কৃষ্ণা চার্য্য অসিনা, গুরু ওইথনা নিমানন্দী ধর্ম্ম তম্বীরুনা চৎলি। অচুগা

পুরাতণ গুরু হেতু জাতি নাম হৈলা।
পীতাম্বরসিংহ কালে আছি হেন রৈল ॥
পংহেগরিবণী কালে রামান্দী ধর্ম্ম।
শ্রীহট হইতে এলশান্ত দাস নাম ॥ ৯ ॥
সেইত গোষঁঞি দিল রামা নন্দী ধর্ম্ম।
প্রজাসহ নৃপমণিচন্দে হেন ধর্ম্ম ॥
গুরু থাঞি নৃপমণি যাচিল হিন্দু ধর্ম্ম।
গুরুকহে কো॰জাতি কোন রীত ধর্ম্ম ॥১০॥
এতশুনি নরপতি কৈল নিবেদন।
পুর্ব্বের বৃতান্ত মোরশুণ মহাজণ ॥
ঋর্ধ্য বীর্য্য জনমিলা যবিষ্ট নৃপতি।
মণিপুরে বৈশ আমি তাহারসন্তুতি ॥১১॥
স্বপ'কনা প্রায় শৃঙ্গ শিরের ভুষণ।
নবগুতা তিনগুণ তাহার বন্ধন ॥

একমুড়ে তিন গ্রন্থি বান্ধে ক্রম করি।
অহরিশি ন'ছাড়য়ে সুত্রশিরে ধরি ॥১২॥
ওঁকার হুকার দুই জপয়ে সতত।
চতুর্ভুজ মুর্ত্তিদেব পুজে অবিরত ॥
অত পরে কথাগুনি কহিল মহন্ত।
ভূমিশুদ্ধ বংশোদ্ভব গুণ মতি মন্ত ॥১৩॥
সংস্কার করহ পুণিমোর বাক্য ধরি।
উত্তম হিন্দুর ধর্ম্ম করহ আচরি ॥
এত কথা কহে গুরুরাজ্য খন্ডৈলয়া।
ব্রহ্ম পুত্র তীর্থ তীরে উত্তরিল যায়া ॥১৪॥
যথাবিধি বিপ্রগণ কৈল প্রায়শ্চিত।
যজ্ঞ আরম্ভিল তথা বিপ্র সমুদিত ॥
শিরো হৈতেযজ্ঞ সুত্র কান্ধেতে ধরিল।
শান্তিল মুনির গোত্র নৃপতিরে দিল ॥১৫॥

---

নিমানন্দী সম্প্রদায় হাইবা অসিদা ধাম মকমদি, দ্বারকাদনি, মন্ত্রনা মরেক ৪ না ওইবা গোপাল মন্ত্র শোন্দুনা উপা সনা তৌই। ৯ ॥ মীগী দেশ অতৈদদি ব্রাহ্মনগী য়ুমাক সাগৈ লৈতে, চৎনদে ত্রিপর্ব্বিগা গোত্রগা হৎনরগা চৎনৈ। মনিপুর ঐথোইগীদি য়ুমাক সাগৈ চৎনবনিনা য়ুমাক অমা থোন্দবা য়াদহুনা, য়ুমাক থোনবদা নিংথৌগী গুরু অরিবানি হাইহুনা গুরু অরিবম কৌথি। চয়াইরোংবা নিংথৌ হাক্তক্তা অসুম্বা ধর্ম্ম চৎলি। অহুদগী মচা ইবুংঙো পরিবনিরাজনা পান্নবদা অমুক রামান্দি চৎলরে। গুরুনা শান্তদাসনি। ১০ ॥ শান্তদাস লাকপগী প্রসঙ্গ রারিদ প্রথম খণ্ড বিজয় পঞ্চালিদা লেংগ্রে অহুনা অসিদা লেংলবদ অমুক হ'ঙ্গনবা তাই হাইহুনা লেংজরে। অহুগা ধর্ম্ম পিবা প্রজানা চৎপাদ থরদং লেংজরি। সান্তদাসনা মনিপুরদা লৈরবদা নিংথৌনা হিন্দু ধর্ম্ম পিয়ু নিরে শান্তদাসনা কারি জাতীনো ধর্ম্মনা কারি চৎলি হংতি। ১১ ॥ নিংথৌনা খুম্বি হে গোশাঞি মাংগী রারি চৎলকে প্লামৎকী বীর্য্যদগী পোকপা যবিষ্ট কৌবনা নিংথৌ ওইরম্বি অহুনা স্বর্ধ্য বংসনি। অহুগী থারানি। ১২ ॥ চৎলিবা ধর্ম্মনা শম অসি লুমাংদা পুন্নি লিনগী মতোককুমা। লং মচা ৯ না তিনবা অহুবু মমিং নগুন কৌই. নগুন মচা ৩ না তিন্নগা কিশি ৩ লক কিরে, মুর ১ কৌই। মুরদো ৩ না পুন্নে। অহুমনদি শুগুন মচা ৯ সে সেন্নগা মাংদা পুন্নিবা শম্বুল অহুদা য়েৎলি। ১৩। অহিং তুংশিল খাদোকে, মা, য়ারন্নবদি চাবা থকপা য়াদে। অহুপা, লাইশোমদি ও হুঁ, অমুমঃ শোন্নি।

ষোড়শাঙ্করীমন্ত্রঝাপ ॥
শাণ্ডিল শাণ্ডিল অসিত দেবল ত্রিপ্রাবর।
ভরে ভরদ্বাজ অঙ্গিরস বাহস্পত্য আর ॥
গোত্তম গৌতমে ঔতথ' অঙ্গিরস প্রবর।
কৌশিকে ঔদানি বিশ্বাদেববড় ত্রিপ্রবর ॥১॥
কাশ্যপেকাশ্যপ অপসারনৈধ ত্রিপ্রবর।
মধৌমধুগল্য আত্রেয় মাণ্ডব্য ত্রিপ্রবর ॥
মধুগল্যে যজুর্বেদ মধ্যন্দিন শাখা আর।
আত্রেয়ে আত্রেয়ে গৌত্তম অঙ্গিরস ত্রিপ্রবর ॥২॥
এইধর্ম্ম প্রকাশত গরীবনি, মন্ত্রেমনে।
ষোড়াঙ্করী মন্ত্রঝাপগুনেন্দ্রসিংহ ভনে ॥৩॥

পদ

সেই কালে নিমাণ্ডত ধর্ম্ম ছাড়ি গেল।
ঈশ্বরেচ্ছা রামান্দী ধর্ম্ম বৃদ্ধি হৈল ॥
তার শেষে মণিপুরে বৈষ্ণব আইল।
শ্রীরাম গোপাল নাম বৈরাগ্য আইল ॥১॥
আনন্দ প্রভু চন্দ্রিকা বৈরাগী পঞ্চবিধ।
বৈরাগী বিরক্ত আর কালগুণ ত্রিবিধ ॥
আর কেশ ধারী নাম মরকত নাম।
নিষ্কাম প্রেম ভক্তি ভজন ক্রিয়া কাম ॥২॥
এমত বৈষ্ণব জনবৈরাগী বলিল।
মনেন্দ্রিয় সদাজিত লাভ ক্ষোভ গেল ॥
প্রতিষ্ঠাদিমাণ ত্যাগ বিরক্ত কহিল।
পণ্ডিত বলিয়া সর্ব্ব আচর্য্য মানিল ॥৩॥
ধরিল বৈষ্ণব বেশ কাঙ্গাল বলিলা।
কাঙ'ন্য কৃষ্ণের কর্ম্মে' ভিক্ষা আচরিলা ॥

পাম্বোম মরি শানবা ইবুংতোবু নিংতি। অসি খুম্মি নিংথৌগী রা তাবদা শাস্ত্রদাসনা কে মহারাজ নং অসি অসেংবা বংশনি ঐ খংতে। ১৪॥ অদুনা চৎলিবা ধর্ম্ম অদুবু কংতে হাইদে, অদুগী অহেনবা হিন্দু ধর্ম্ম তানগে হাইরবদি অমুক যজ্ঞ তৌদুনা নশা শেংদোক্লগা ধর্ম্মা লৌ হাইবে নিংথৌনা করে হাইদুনা প্রজাগা লোইননা (ব্রহ্মপুত্র) নিংথী গঙ্গা মপাঙ্গদা চৎলে। ১৫॥ নিংথী গঙ্গা মপান্দা যজ্ঞ তৌরগা, নিংথৌ ব্রাহ্মন হান্না চৎলম্বা ধর্ম্ম নিমানন্দী থাদোকতুনা রামাদি ধর্ম্ম পিরে। অদুগা কোক্তগী সুত্তন লৌবদুনা লেংবান্দা থাংহল্লে, ব্রাহ্মণ মচা ৯ গায়ত্রি ৩ পিরে, ক্ষেত্রিনা মচা ৬ গায়ত্রি ২ পিরে গোত্র থাইদোক্লে। নিংথৌদা শাণ্ডিল গোত্র পিরে।

## ময়েক ১৬ না লেংবা মন্ত্রঝাপ।

১॥ গোত্র ৭ থাইদোক্লে। শাণ্ডিল গোত্র, ত্রিপর্ব্ব হৌরকংম ব্রাহ্মন ৩। শাণ্ডিল অসিত দেবল॥ ভরদ্বাজ গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, ভরদ্বাজ, অঙ্গিরস, বাহস্প'ত্য॥ গৌতম গোত্র ত্রিপর্ব্ব গৌতম, ঔতর্থ, অঙ্গিরস॥ কৌশিক গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, কৌশিক. ঔদানি, বিশ্বা দেব॥ ২॥ কাশ্যপ গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, কশ্যপ অপসার, নৈধ্র॥ মধুগল্য, গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, মধুগল্য আত্রেয়, মাণ্ডব্য॥ মধুগল্য অসি যজুর্ব্বেদ চৎপা মাধ্যান্দ সবা লৈ মাগী পর্ব্ব ৫ নি॥ আত্রেয় গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, আত্রেয়, গৌতম, অঙ্গিরস। ৩॥ শাণ্ডিল, ২ ভরদ্বাজ, ৩ গৌতম ৪ কৌশিক ৫ কাশ্যপ ৬ মধুগল্য ৭ আত্রেয়। গোত্র ৭ অসি থাইদোকতুনা, রামাদি ধর্ম্ম চৎহল্লে, নিংথৌ প্রজা চৎপা মায়াদুনা

সেবেশধারী বৈরাগী গোস্বামী বলিল ।
গম্যা গম্য নাহি মানে স্ত্রীলোকে চঞ্চল ॥৪॥
সেইবেশ ধারীজণ জন মরকত বলে ।
এমতে বৈরাগী পঞ্চ গোস্বামী বলিলে ॥
পাচমধ্যে এইজন বৈরাগী বৈষ্ণব ।
নিস্কাম প্রেম ভক্তি ভজন ক্রিয়া ভাব ॥৫॥
শ্রীরাম গোপাল নাম পরেত প্রসিদ্ধ ।
যার হেতুমণিপুর রাগ মার্গে সাধ ॥
যার হেতু গৌরধর্ম্ম এদেশে প্রচার ।
যার হেতু রাধাকৃষ্ণ ভজন প্রচার ॥৬॥

হেন গুরু শুনাকর্ষ গম্ভীরনী রাজ ।
গুরুঠাই দীক্ষামন্ত্র লইল অব্যাজ ॥
বসুরাম ঋতুচন্দ্রে বামা গতি শকে ।
কার্ত্তিকের শুক্লে পক্ষে গুরু গোপালকে ॥৭॥
দীক্ষাকৈল নৃপমণি লয়া অনুজন ।
তথাপিহ গৌরধর্ম্ম নাহে প্রচারণ ॥
দৈব ক্রমে রামানন্দি ধর্ম্ম বৃদ্ধি হৈলে ।
এইহেতু গৌরধর্ম্ম অল্প জন চলে ॥৮॥
বসু ঋতু রিপুচন্দ্র বৈশাখ শুক্লেতে ।
দশমী দিবসে রাজ্য দিলেক পুত্রেতে ॥

মনিপুরদা হনলক্লে । ষোড় শাক্ষর মন্ত্রাঝাপ কোবা ছন্দদা নলাই শুনেন্দ্রনা লেংলৈ ।

## পদ

১॥ মতুংদদি নিমান্দ ধর্ম্ম থাদোকত্রে ঈশ্বরগী ঈচ্ছানা রামনন্দি ধর্ম্মনা চাওথংলে ॥ অহুগী তুংদা মণিপুর অসিদা, মহা বৈষ্ণব, রামা গোপাল বৈরাগ্য থুংওয়ে ॥২॥ আনন্দ চন্দ্রকা কোবা লাইরিক্তা, লম্বোইবাগ মথল ৫ থাইরি। ১॥ বৈরাগ্য বিরক্ত কাস্তুণ, বেশধারি, মরকত, মল্লা আসনী। মথং মথং ৫ অসিগী মওং মতৌ থাইরক্কে। বৈরাগী কৌবদী, মাগি তুংঙাইনবা থন্দনা, কৃষ্ণগী পেম্রবদা কৎপা, এঅদু থংগে হাইহনা মহৈ নিদবা, কৃষ্ণদা আত্মা কৎলিবা ৩॥ কনাগ রাখল থাজবা, কৃষ্ণগী রাখন্দা থাজবদো, বৈরাগ্য কৌই॥ বিরক্ত কৌবদি। ইন্দ্র ১১ বু লাকশিনবা ওম্বা, অহাওবা, চাওতবা, অপাম্বা, পামদবা লৈত্রমা, মমিং চৎপা, মীনা থাগৎপা পামজবা অদুবু বিরক্ত কৌই। কাস্তুন কৌবদি হৈবসিংবা ঐনা মলোইরে, পুম্নমক্কী শুকনী। ৪॥ ঐগুম্বা কনা য়াওই হাইহুনা নাপন তৌবা। কিজেংতি লম্বোইবগী কিজেং সেৎপা অদুবু কাস্তুন কৌই মরকত কৌবাদ। লম্বোইবগী কিসেংতি সেৎপা ভিক্ষাম্নং চৎপা লম্বোইবগী কিজেংনিনা, মাবু লম্বোইদে হাইবদি য়াদে অহুগা সাজংতি তুপী অঙাংদা বেভার নাইদনা চৎপা কৃষ্ণদা কৎপগী রাখন্দী লৈতবা। ৫॥ অমুম্বা লম্বোইবদো মরকত, বেসধারি কৌই। মৈতৈ ঐবোইনা য়োং লম্বোইবম্ন কৌনৈ। মথল ৫ অসিদগী রাম গোপাল বৈরাগী অসে অসেংবা কৃষ্ণ ভক্তি চৎপা বৈরাগ্যনি। ৬॥ বৈরাগ্য গুন মমৈদা ওাল্লগান, মাগী মপাল্লা মালা তুপা ভক্তি চৎলগদৌরি, মাগী মপান্দগী গৌর ধর্ম্ম চৎতুনা রাধা গোবিন্দগী সেবা রাগা তুপা সেবা ভক্তি কংনগদৌরি। ৭॥ তাবিয়ু শ্রুত। থিবক রাম গোপাল বৈরাগ্যনা মনিপুরদা লাকতুনা লৈরবে, মানা চৎপা রাধা গোবিন্দগী সেবা ভক্তি উবদা গরিবনিবাজ নিংথৌ নোনা

সেই হৈতে জিত স্বাহা রাজ্য শাসি কৈল।
গরিবণীরাজ রাম নগরেতে রৈল ॥৯॥
পরেত গৌড়িয়া ধর্ম্ম মনে রাগ হৈল।
গরিবনীরাজ তারে আদেশ করিল ॥
গৌরধর্ম্মচল প্রজা এমতে কহিল।
তথাপিহ দৈবক্রমেচলন নাহৈল ॥১০॥
রাজামৃতে জিতস্বাহা নৃপতি হইল।
তারপরে ভরথ স্বাহা রাজ্য শাস কৈল ॥
ভরতের রাজা কালে শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র।
রাজ্য কালে তথাপিহ হরি ভক্তি সান্দ্র ॥১১॥
তারঠাই ভাগ্যচন্দ্র মনেতে আশ্রয়।
সেই কালে শ্রীরাম গোপালমহাশয় ॥

একদিন গুরুঠাই ভক্তি পুরস্কারে।
চারিসম্প্রদায় কথা পুছে বারে বারে ॥১২॥
হেগুরু চারিসম্প্রদা কোনমতে হয়।
এইকথাশুনি বারে মোর মনে হয় ॥
আহাশুণি শ্রীরাম গোপাল সানন্দিতে।
ভাগ্যচন্দ্রে কহে তত্ত্ব হয়া সাবহিতে ॥১৩॥
শুণ রাজা পুত্র কথা পুরানের মত।
শ্রীপদ্ম পুরাণ গ্রন্থে কহিল বেকত ॥
কলিতে হইলে চারি সম্প্রদায় স্থিতি।
সম্প্রদা বিহীনমন্ত্রে নাহি হয় গতি ॥১৪॥
বিনাসম্প্রদাযিগুরুর উপাদেশব্যর্থ।
ভক্তি কথাদ্বারে থাকু যেহয় অনর্থ ॥

দিক্ষা তৌহনা হরিনাম মন্ত্ররাজ লৌরে শকাব্দ ১৬৩৮ গী মেরা থাগী ১০ নি পানবদা বিজয়া দশমীদা রাম গোপাল বৈরাগ্যদা। ৮॥ প্রজা খরগা লেইননা দিক্ষা তৌই। অদুমনদি ওইরগা গৌর ধর্ম্ম অসি মপুং ফানা চংতে লাইগী নোংদম্বা রামানন্দি চংপনা হেল্লি গৌর ধর্ম্মদি, থরদ ওই। ৯॥ শকাব্দ ১৬৬৮ গী সজিবু থাগী ১০ নি পানবদা গরিবনিরাজনা মহাদা নিংথৌ পিরে। জিংসাই স্বাহনা নিংথৌ ওইরে। গরিবনিরাজ নিংথৌ, (রামনগর) কোম্বা শ্রীবোণ কোম্নুংদা লেংথহনা লৈরে। ১০॥ অহন ওইরকলবদা গৌর ধর্ম্ম শ্রীরাধা গোবিন্দ সেবা ভক্তি পামহনা প্রজাদা লাওথোকই অমম্নুং তাকপি, গৌরধর্ম্ম চংলু হাইহনা অহন! নিংথৌ ওইরবা ওইবগা লাইগী নোংদম রাওদবগা মপুং ফানা চংহনবা ঙমদে। ১১॥ জিংসাইনা জিংসাইনা নিংথৌ ওইহনা পাল্লে। অহগী তুংদা ভরথ সাইনা নিংথৌ ওইরে। মাংগী রারি অসি মথক্তা লেংশ্রে অহনা অম্ম লোইরগে। ভারথ সাইনা পানবা কান্দা ভাগ্যচন্দ্র অঙাং ওইরি অদুমদি ওইরগা কৃষ্ণভক্তি পামহনা হরি ভক্তি খি সাধুসঙ্গ তৌই। ১২॥ কানাদা গুরু ওইসিগে খৌবদা থনবদা রাম গোপাল বৈরাগ্য দা গুরু ওইগে লেপ্লে। অমেম্না অদুগা লোইনবহনা নোংমদি গুরুগী নাক্তা চংহনা সম্প্রদাই ৪ গী রা হংজি। ১৩॥ তারিয়ু গুরুদেবাবু, সম্প্রদাই ৪ অসি করাইনা কবগে অমম্নুং করম করম ওইখিবনো। মাসী তাজনিংবা ওখোরা কুইরে কৃপা তৌবিহনা তাকপিয় অদু তাবদা রাম গোপাল গুরুনা ভাগ্যচন্দ্র মেংহনা রায়া মুংশিনা তৌহনা তাক্লকই। ১৪॥ হে ভাগ্যচন্দ্র মুংশিদা নংনা অঙাং ওইনা কৃষ্ণ ভক্তি হংবা তাবদা রায়া মুংঙাই। তারো ইবুংঙো পদ্ম পুরান্দা রাওবা অদু

ভক্তি অধিকারী এসম্প্রদা চতুষ্টয়।
সংক্ষেপে কহিয়ে সম্প্রদাখ্যা যৈছেহয় ॥১৫॥
শ্রীব্রহ্মরূদ্র সনক সম্প্রদায় চারি।
কলিতে বিদিত কহেপুরাণে বিস্তরি ॥
শ্রীনাম সম্প্রদা কথাগুণ পরম্পর।
শ্রীনরায়নের প্রিয়া শিষ্যাপুণ তার ॥১৬॥
শ্রীশব্দেতে লক্ষ্মী তার শাখা উপ শাখা।
হইল অনেক তাহা কেকরিবে লেখা ॥
সেইগনে রামানুজ আচার্য্য হইল।
তাহাহৈতে রামানুজ সম্প্রদা চলিল ॥১৭॥
যৈছেরামানুজা চার্য্যগনের মধ্যেতে।
রামানন্দা চার্য্য হৈল পূজ্য সর্ব্ব মতে ॥
তারশিষ্য প্রশিষ্যাদ অনেক তাহার।
রামানন্দি খ্যাতি হইলেণ সম্প্রদায় ॥১৮॥
ওহেরাজ পুত্র ব্রহ্ম সম্প্রদা বিষয়।
প্রত্যেককহিতে আগে শুণহয়ে হয় ॥
শ্রীনরায়নেরশিষ্য ব্রহ্মা দয়াবাণ।
জগত ব্যাপিল শিষ্য প্রশিষ্যাদিতাণ ॥১৯॥
সেইগণ মধ্যেতে শ্রীমধ্বা শিষ্য হৈলা।
প্রথমেই ব্রহ্ম সুত্র ভাষ্যতেহো কৈলা ॥
এইহেতুমধ্বা চায্য নাম হৈল তার।
সেই হৈতে মধ্বা চার্য্য সম্প্রদা প্রচার ॥২০॥
শ্রীনরায়নে শিষ্য রূদ্র কৃপাময়।
তারসিষ্য প্রশিষ্যের অন্ত নাহিহয় ॥
বিষ্ণু স্বামী শিষ্য হইলেণ সেইগনে।
ভক্তিরসে মত্ত হৈলানিজ শিষ্যসনে ॥ ২১ ॥
পরম প্রভাব বিদ্যা সকল শাস্ত্রেতে।
বিষ্ণু স্বামী সম্প্রদাখ্যা হৈল তাহাহৈতে ॥

হাইগে কান্নদা সম্প্রদাই ৪ নি। সম্প্রদাই তিত্রুবদি মন্ত্রনা পাল্লল ওইবা ভমদে। ১৫ ॥ সম্প্রদাই ওকগী অনুগা মতুং ইন্দ্রবদি অরেম্বান চুম্ন লেপ্না নত্তে মপোক অদো অরেম্বান কান্নদবনি। অহুনা মীওইবগী লান্নবা সম্প্রদাই ৪ লৈ ৪ অসি সুপুক হাইগে। ১৬ ॥ শ্রী, কৌবা ব্রহ্ম কৌবা রূদ্র কৌবা সনক কৌবা ৪ সে কলিদা কাওরবা সম্প্রদাইনী পদ্ম পুরান্দা পাক্না লেংঙি। শ্রী, ব্রহ্ম, রূদ্র, সনক। কৌবা সম্প্রদা ৪ অসি অমম্বম হাইরক্কে তারো শ্রী সম্প্রদা হাইবসি শ্রীনরানগী প্রিয়া চান্নবী চয়নগী সেবা তৌরিবী লক্ষ্মীবু হায়বনি। ১৭ ॥ শ্রী হায়বা সব্দবু লক্ষ্মীবু হায়বনি, লক্ষ্মীগী মনাই কয়ানি। লক্ষ্মী নরান সেবা তৌবা শ্রী সম্প্রদা মথং মথং তারকপদগী রামানুজ কৌবা মনাই অমা কাওরে অদুগী মমিং কৌহুনা রামানুজ সম্প্রাদা কৌরে। ১৮ ॥ অদুদগী রামানুজদগী পোক্কান মচা মনাই মথং মথং লাকপদগী রামানন্দা কৌবা অমা অমুক কাপরে অদুগী পরারান মচা মনাই মথং মথং য়ায়া তারক্কে অদুদা রামানন্দি সম্প্রদা হাইনা অমুক কৌথি, মাগী সেবা ভক্তিদি লক্ষ্মী নরান লাংপানি। ১৯ ॥ হে ভাগ্যচন্দ্র মথদো ব্রহ্ম সম্প্রদাগী রা হাইরগে। তপ্পা তারো। শ্রী নরানগী শিষ্য, ব্রহ্মানি ব্রহ্মাগী শিষ্য মথং মথং কয়া লাক্লে শিষ্য প্রশিষ্য মমাম অদো জগৎ থুংলে। ২০ ॥ অদুগী মরক্তগী মাধ্বা চার্য্য কৌবা অমা কাওরে, মানা ব্রহ্ম সুত্রসি (ভাষাদা) মরোম্মা লোংথোকহুনা, অরুবদু লাইনা থংহনখি অদুমা মধ্বা চার্য্যগী মিং কৌহুনা মাধ্বা চার্য্য সম্প্রদা কৌখি। মাধা গোবিন্দ নিংবনি। ২১ ॥ হে ভাগ্যচন্দ্র মথদো রূদ্র সম্প্রদা হাইগে

সনকসম্প্রদা ঐছে করিল প্রকাশ।
নারায়ন হৈতে হংস বিগ্রহবিলাস ॥২২॥
তার শিষ্য প্রশিষ্যের লেখানাহিচয়।
সেইগণ মধ্যে নিম্বাদিত্য শিষ্যহৈয় ॥
তাহাহৈতে নিম্বাদিত্য সম্প্রদাচলিল।
চিরদিন নিম্বাদিত্য ধর্ম্ম চলিগেল ॥২৩॥
নিমওস্ত প্রভাব পরম চমৎকার।
তারশিষ্য প্রশিষেতে কাপিল সংশার ॥
প্রভুধন্য কৈল মাধ্বী সম্প্রদা করিতে।
প্রভুর গুর্ব্বাদিনাম কহি পুর্ব্বহৈতে ॥২৪॥
সর্ব্বাদিক পরব্যোম নাথ নারায়ণ।
তারশিষ্য ব্রহ্মা ব্রহ্ম লোকের ভুষণ ॥
তার শিষ্য শ্রীনারদ মুণি প্রেমময়।
শ্রীশুকেরগুরু ব্যাস তারষিষ্য হয় ॥২৫॥
হইলা ব্যাসের শিষ্য শ্রীমধ্বাউদার।
নিজনামে ভাষ্য কৈল মহিমা অপার ॥
সেইহৈতে মাধ্বা চাষ্য সম্প্রদা চলিল।
শ্রীমৎপদ্মনাভাচার্য্য তার শিষ্য হৈল ॥২৬॥
তারশিষ নরহরি শ্রীমাধব তার।
শ্রীঅক্ষোভ আরশিষ্য সর্ব্ব প্রচার ॥
জয়তীর্থ তার শিষ্য তার জ্ঞাণ সিন্ধু।
তার শিষ্য দয়ানিধি দিনহিন বন্ধু ॥২৭॥
তার বিদ্যানিধি তার রাজেন্দ্রবিদিত।
জয় ধর্ম্ম মুণিতার অদ্ভুত চরিত্র ॥
ইহার গনেতে বিষ্ণু পুরী শিষ্য হৈল।
ভক্তিরত্নাবলী গ্রন্থ প্রকাশ করিল ॥২৮॥
বিষ্ণু পুরী মুনির শিষের শুদ্ধ রীত।
নাম শ্রীপুরুষ ওম ব্রহ্মন্য বিদিত ॥

---

তারো। শ্রী নরানগী শিষ্য মহাদেবনি অদুম্বা মহাদেবগী শিষ্য প্রশিষ্য মথং মথং কয়া তারক্লে। অদুম তারকপা অদুদগী বিষ্ণু স্বামী কোব অমা কাওরে মাগী কক্তি কঙ্গবা অদুনা পোররান য়ামশ্লে। ২২ ॥ সাজৎ কজবনে বিষ্ণা হৈবনে অদুনা বিষ্ণু স্বামী হাইনা কৌশ্লে। অদুগা উপা শনাদি শিব শাক্তনি মহাদেবা নিংবনি। হে ভাগ্যচন্দ্র মথংদা সনক সম্প্রদা হাইগে তারো। শ্রী নরানবু হংসবিগ্রহ ওইনা নিংবা। ২৩ ॥ ব্রহ্ম জ্ঞান্বা নিংবা মনাই সনকগী শিষ্য করানি মথং মথং শিষ্য প্রশিষ্যা কয়া অদুগী মরক্তগী নিম্বাদিত্য কৌবা মনাই অমা কাওরে অদুগী মমিং লৌদুনা নিমানান্দ সম্প্রদাই কৌথি। ২৪ ॥ নিমানন্দি সম্প্রদাইগী মহৎক্তি অঙকপনি। মথং মথং সংসার শিনবা থ্‌ংনা লৈথি ভজন ভক্তিদি ব্রহ্ম জ্ঞামী ব্রহ্ম নিংবনি। হে ভাগ্যচন্দ্র সম্প্রদাই ৪ সিগী মনুংদগী ঐনা শেবা চৎচরিবা অসিদি মাধ্বা চার্য্য সম্প্রদানি রাধা গোবিন্দদা ভক্তি তাজবনি। মাসিগী দেব প্রনালিকা হায়গে তারো। ২৫ ॥ খ্‌াইগী মকোক্না পরব্যোম নাথ নরানি, মাগী শিষ্য ব্রহ্মানি ব্রহ্মাগী শিষ্য নারদ নারদগী। শিষ্য ব্যাস মুনি ২৬ ॥ ব্যাসগী শিষ্য মধ্বা চার্য্যনি মাগী ভক্তি সেবা পুজাদা কজনা কাওদুনা মধ্বা চার্য্য সম্প্রাদা হাইশ্লে। মাগী শিষ্যনা পদ্ম নাভা চার্য্য। ২৭ ॥ পদ্ম নাভগী শিষ্য নরহরি। নরহরিগী শিষ্য মাধব মাধবগী শিষ্য অক্ষোভ। অক্ষোভগী শিষ্য জয়তীর্থ জয়তীর্থগী শিষ্য জ্ঞান সিন্ধু জ্ঞান সিন্ধুগী শিষ্য দয়ানিধি। ২৮ ॥ দয়ানিধিগী শিষ্য বিদ্যানিধি। বিদ্যানিধিগী শিষ্য

তারশিষ্য ব্যাস তীর্থ মহাবিজ্ঞ তেহো।
বর্ণিলেণ শ্রীবিষ্ণুসংহিতা গ্রন্থযেহো ॥২৯॥
তারশিষ্য লক্ষ্মীপতি গুনের আলয়।
তারশিষ্য মাধবেন্দ্র ভক্তিচন্দ্রোদয় ॥৩০॥
তারশিষ্য পুরীশ্বরকরুনা নিধান।
তারশিষ্য প্রভু গৌরচন্দ্র ভগবাণ ॥
ঈশ্বরপুরীর শিষ্য প্রভু গৌররায়।
পুরির মহিমা প্রভুনিজমুখে গায় ॥৩১॥
প্রভুর অদ্ভুত ভক্তি কেপারে বুঝিতে।
নিমানন্দ সম্প্রদা চলিল প্রভুহৈতে ॥
প্রভুনামমধ্যে মুখ্য নিমাই পণ্ডিত।
নিত্যানন্দ প্রভুর এনাম অতিপ্রীত ॥৩২॥
প্রভুর বৈষ্ণব গুনে দেখি নাদ যায়।
নিমাই সম্প্রদা বলি অদ্যাপিহ গায় ॥
নিমাই প্রদাণ কৈলা জগতে আনন্দ।
এই হৈতে অবণি বিখ্যাত নিমানন্দ ॥৩৩॥
পুর্ব্বে জানাইল অন্য সম্প্রদায় যৈছে।
প্রভু প্রভাবেত মাধ্বী সম্প্রদায় এছে ॥
মহাপ্রভু শিষ্য শ্রীমন লোকনাথ খ্যাত।
লোকনাথ শিষ্য শ্রীমন্নরোত্তম খ্যাত ॥৩৪॥
শ্রীনরোত্তমের গঙ্গা নারায়ন শিষ্য।
শ্রীগঙ্গানারায়ন শ্রীকৃষ্ণচরণ শিষ্য ॥
তারশিষ্য শ্রীকুঞ্জবিহারী প্রেম মগ্ন।
তারশিষ্য নিধিরাম গুরু কৃপাময় ॥৩৫॥
তার অনুগতদাস আমিসে গোপাল।
এইমতে পরম্পর প্রনালী হইল ॥
পিতামহ রাজাপরে ইহ বর্ত্তমানে।
মণিপুরে তিনশিষ্য আছে মোরসনে ॥৩৬॥

---

রাজেন্দ্র। রাজেন্দ্রগী শিষ্য জয় ধর্ম্ম। জয় ধর্ম্মগী শিষ্য বিষ্ণু পুরী মানা ভক্তি রত্নাবলি লাইরিক লেংঙ। ২৯॥ বিষ্ণুপুরীগী শিষ্য পুরুষোত্তম। ব্রহ্মন্যনি অকাওবান পুরুষোত্তমগী শির্ষ্য ব্যাস তীর্থ। মানা বিষ্ণু সংহিতা গ্রন্থ লেংঙি। ৩০॥ ব্যাসতীর্থগী শিষ্য লক্ষ্মীপতি লক্ষ্মীপতিগী শিষ্য মাধবেন্দ্র পুরি। কৃষ্ণভক্তিদা অকাওবনি। ৩১॥ মাধবেন্দ্র পুরিগী শিষ্য শ্রী ঈশ্বর পুরী মাসিদা দেব প্রনালিকা লোইরে মথা আসেদাদি হে ভাগ্যচন্দ্র নর প্রনালিকা তারগদবনী ঈশ্বর পুরীগী শিষ্য শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু ইবুংঙোনা পুরীগী গুন থাগৎলম্মি। ৩২॥ শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী গান্দ অঙকপনি অহুনা (নিমানন্দ) মিমাই সম্প্রদা কৌহুনা চৎখি। প্রভুগী মিং পুম্মক্কুগী নিমাই হায়বা আস অকাওবান নিত্যানন্দ প্রাভুনা লুনা তৌই। ৩৩। ইবুংঙোগী বৈষ্ণব গুন উবদা নাদিয়ানা নিমাই সম্প্রদা কৌই। ইবুংঙোনা জগৎতা নাম প্রেম পি হাইহুনা নিমানন্দ সম্প্রদা হায়নহু কৌই। মথাদি অমতান। ৩৪॥ মাংদা হায়খিবা মম্প্রদা অসুগী গৌরাঙ্গ প্রভুগী গুমা মধ্বাচার্য্য সম্প্রদানা অথোইবা ওইখ্রে। গৌরাঙ্গ প্রভুগী শিষ্য, লোকনাথ গোসাঞি। লোকনাথগী শিষ্য নরোত্তোম ঠাকুর মহাশয়। ৩৫॥ নরোত্তোমগী, শিষ্য গঙ্গা নরায়ণ চক্র বর্ত্তি। গঙ্গা নরায়ণগী শিষ্য, কৃষ্ণ চরণ। কৃষ্ণ চরণগী, শিষ্য, কুঞ্জ বিহারী কুঞ্জবিহারীগী, শিষ্য, নিধি রামাচার্য্য

তাহাশুনি ভাগ্যচন্দ্র পুলকিত হৈয়া।
নীরধূয়ে প্রনমিয়া বলিল কান্দিয়া॥
শুণ গুরু প্রভুগনে আমারে গণিবা।
কৃষ্ণমন্ত্রদীক্ষা দিয়া পামরে শোধিবা॥৩৭॥
গুরু কৃপা রাধা কৃষ্ণ ভজন করিবা।
অলাভ মনুষ্য জন্ম ব্যর্থ নাহি হবা॥
শ্রীরাম গোপালকহে রাজা পুত্র শুণ।
বহু শিষ্য নাকরিবে শাস্ত্রের প্রমাণ॥৩৮॥
সেইকলে শ্রীগরিবনীরাজ প্রমাণ।
গৌরধর্ম্ম নাচলিল রামানন্দীমন॥
এইহেতু কিছু শঙ্কা আমার মনেতে।
মোর শিষ্য আছে তিন তাহারমধ্যেতে॥৩৯॥
তোমা ইচ্ছা সেইজনে করহ বরণ।
আরশাস্ত্র মতে কহে গুরু শিষ্যজন॥
এক এক বর্ষদুই করি পরী ক্ষণ।
মনেশ্রদ্ধাগুরুকরি বিশ্বাসেমন্ত্রদাণ॥৪০॥
হেনকরি কৃষ্ণ কৃপা রাজ পুত্র শুণ।
তথাপিহ মোর আজ্ঞা করতোরমণ॥
ভাগ্যচন্দ্র কহে তিন কহ পরিচয়।
গুরু কহে ক্ষত্রি আর ব্রাহ্মণ দুইহয়॥৪১॥
মধুগল্য গোত্র জন্ম শ্রীবংশীবদন।
সেইজন মোরশিষ্য হইল প্রধাণ॥
ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়দুই ব্রাহ্মণ প্রধাণ।
তথাপিহমন্ত্র লাভে মানিল প্রধাণ॥৪২॥
শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতে মধ্যেতে প্রমাণ।
পঞ্চদশ পরিচ্ছেদে প্রভুর বচণ॥
মুকুন্দ দাসের পুছে শ্রীশচী নন্দন।
তোমিপিতা পুত্র তোমার কি রঘুনন্দন॥৪৩॥

৩৬। হে ভাগ্যচন্দ্র নিধিরামা চার্য্য গুরু দেবগী অনুগত তুং ইঞ্জবা রাম গোপাল কৌবা ঐ আসনি নবৃধৌ গরিবনিরাজনা পানবা কান্দা ঐ মনিপুরদা লাকপনি ঐগী শিষ্য ভক্তি তমখিবা নুপা ও হৈরে। ৩৭॥ অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা মতু চুংভি, মীৎলুদা পিগী ইরা তরং চেন্দুনা খুরম্মি তাবিয় গুরুদেবা ননাইবু মুংশিবিদুনা ননাই ওইবীদুনা দিক্ষা পিদুনা কৃষ্ণ মন্ত্র তম্বিয়ু। ৩৮॥ গুরুদেবগী কৃপাদগী রাধা গোবিন্দ সেবা কংজগে মী ওইনা পোকপা অতাংবা মপোক অসে, অরেম্বদা মাংহনবিগনু। অদু তাবদা রাম গোপাল গুরুনা হে ভাগ্যচন্দ্র রাজ পুত্রঃ শিষ্য পোয়রান, য়ায়া পোককদে সাস্ত্রনা লাওরি প্রভুনসু য়ারমদে। ৩৯॥ মতুগী কল অদু নবৃধৌ গরিবনিরাজদা খোকথে, ঐনা গৌর ধর্ম্ম দিক্ষা পি লৌবদি লৌপ্রগা চৎপাদ চৎতে। রামানন্দী ধর্ম্ম চৎখি অদুনা ঐগী পুক্লিংদা খর চিংনৈ, অদুনা ঐগী শিষ্য ও হৌরবা অসিদগী। ৪০॥ সম্প্রদাই অসিদা পায়বদি অহুমগী মরক্তগী অপাম্বা ১ দা গুরু ওইয়ু। অদুগা গুরু শিষ্য ২ সে শিষ্য নসু গুরুগী সাজৎ গুরুনসু শিষ্যগী সাজৎ চহি অমম্ম য়েংগদবনি। অদুগা মন্ত্র দিক্ষা লৌ-নগদবনি। ৪১॥ অসুম তৌরগা কৃষ্ণনা পেনগদবনি অৎবু ঐগীদি তাককম খোকপা তাক্লে, অপাম্বা খল্লো। অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা গুরুদেব ও অদুগী পায়চয় তাকপিয়ু। রাম গোপালনা হে ভাগ্যচন্দ্র ক্ষেত্রি ১ ব্রাহ্মণ ২ নি। ৪২॥ গুাংবম বংশিবদন কৌবা অসীনা ঐগী শীষ্য অহন্নী অদুগা ক্ষেত্রীবুদী ব্রাহ্মণা মগুন হেল্লী অদুদা দীক্ষা মন্ত্র হায়া কাখীবনা অখোইবনী। ৪৩॥ চৈতন্য

কিরঘু নন্দন পিতা তোমি তার নন্দণ।
নিশ্চয় করিয়া কহ সংসয় খন্ডন ॥
মুকুন্দ কহে রঘুনন্দন আমারপিতাহয়।
আমিতার এই পুত্র আমার নিশ্চয় ॥৪৪॥
আমাসভা কৃষ্ণ ভক্তি রঘু নন্দন হৈতে।
অত এব রঘুপিতা আমার নিশ্চিতে ॥
শুনিহর্ষ্যে কহে প্রভু কহিল নিশ্চয়।
তাহা হৈতে ভক্তি সেই লঘু গুরু হয় ॥৪৫॥
এইমতে গৌরচন্দ্র শ্রীমুখ কহিল।
এইহেতু তার নাম প্রথমে গনিল ॥
ব্রজবাসী নাম বিপ্রদীক্ষা তার পাছে।
সামবেদ গোত্র ভরদ্বাজ হইয়াছে ॥৪৬॥
ত্রিপ্রবর ভরদ্বাজ অঙ্গিরস আর।
বার্হস্পত্য ঋষিতিন ক্রমেণ তাহার ॥

শ্রেণীদক্ষিণ বারেন্দ্র গৌরষে ব্রাহ্মণ।
উপাধি বন্দোপা ধ্যায় ব্রাহ্মণ কুলিন ॥৪৭॥
দেশখরদহ শ্রীগোপাল কুল দেব।
কাম্যজিত কালে এল পরম ভুদেব ॥
আরবংশে জনমিল ব্রজবাসি নাম।
এমতে কহিল গুরু ব্রাহ্মনের নাম ॥৪৮॥
পরে ভদ্রসিং গুরু অধিকার কৈলা।
এইহেতু অধিকারী পরে নাম হৈলা ॥
তৎপরে পরমানন্দ দ্বিজদীক্ষা কৈস।
গোত্ররসে শাণ্ডিল সাম বেদাচার কৈল ॥৪৯॥
শাখাযে কৌথুমি তিন প্রবর যেহয়।
শাণ্ডিল দেবল অসিত যেঋষিত্রয় ॥
গৌর ব্রাহ্মণ নাম শ্রেণী দক্ষিন হয়।
উপাধির নাম মিশ্রশুদ্ধচিত হয় ॥৫০॥

চরিতা মৃত গ্রন্থগী ১৭ শুবা অধ্যায়দা শ্রীগৌরাঙ্গনা তাকপিখি। হে মকুন্দদাস রঘু নন্দন অসিবু নংনা পোকপরা। ৪৪ ॥ অদুগা রঘু নন্দন্না নংবু পোকপরা ঐ খংদ্রে খংনবা খর তাকউ। অদু তাবদা মুকুন্দনা হয়রংলি হে প্রভু রঘুনন্দনসে ঐনা পোকচবা ইচানি অদুবু হৌজিক্তি মাগী মচা ঐনা অমুক ওইরে। ৪৫ ॥ মরমদি মানা হায়া কৃষ্ণ ভক্তি কংদ্রে অদুগা মানা অমুক কৃষ্ণ প্রেম ভক্তি ঐখোয়দা পিরবে মাগী মপান্দগী প্রেম ভক্তি কংজবনি অদুনা অহানবদা ঐনা পোকই, হৌজিক মানা অমুক পোক্লে অদু তাবদা শ্রীগৌরাঙ্গনা পেল্লদুনা, নুংঙাইদা মুকুন্দ অদুনিনে কৃষ্ণ ভক্তি হায়া কংবনা গুরুনি। ৪৬ ॥ অসুম্বা প্রভুগী অজ্ঞা লৈবনা গুংবম বংসিবদগ্না খ্বাইগী অহন গুরুনি। অদুগী তুংদা ব্রজবাসি কৌবা ব্রাহ্মন অসি দিক্ষা তৌই। মাগী হৌরকফম হাইগে। সামবেদ চৎপনি ভরদ্বাজ গোত্রনি। ৪৭ ॥ ত্রিপর্ব্বনা, ভরদ্বাজ, অঙ্গিরস বাহ্স্পত্য ও অসিনি। শ্রেণীনা দক্ষিন বারেন্দ্রনি, গৌরিয়া ব্রাহ্মনি। উপাধিনা বন্দোপাধ্যায়নি, যাম্না কবা জাতীনী। ৪৮ ॥ দেশনা খরদহ দগিনি কুল-দেবতানা শ্রীগোপাল দেবতানি। মখোইনা মনিপুর অসিদা লৈবক্লুং কুইজরে, ক্যাম্বা মহারাজগী হাকুন্তা লাকপনি ওলি কাওবদা ব্রাহ্মনগী ধর্ম্মদা মখোইগী সাগৈ অসি অমোংপা উদে। অদুগী বংশদা পোকপা ব্রজবাসি কৌবা ব্রাহ্মন মচানি। ৪৯ ॥ মতাং অসিদা ননাই লাইরিক

দেশ নাম রাঢ় গ্রাম থারি কৃষ্ণনগর।
কৈলাম্বর মিশ্রদ্বিজ সন্তান যাহার॥
কুলদেব নারায়ণ ভরণ প্রবর।
মুয়সিংহ রাজা কালে এল মণিপুর॥৫১॥
এইমতে ভাগ্যচন্দ্র শ্রীরাম কহিলা।
পরে ভাগ্যচন্দ্র গুরু জাতি নামহৈল॥
গুরুকহে তিনশিষ্য কর বাঞ্ছামনে।
তবে মোরামন ইচ্ছা হইল পুরনে॥৫২॥
শ্রীরাম গোপাল কথাশুনি ভাগ্যচন্দ্র।
প্রনাম করিয়া কহে শুণ হয়া সান্দ্র॥
শুণগুরু তোর আজ্ঞা করিব নিশ্চয়ে।
শ্রীরূপ পরমানন্দ মোর মনেলয়ে॥৫৩॥
গুরু কহে রাজ পুত্র মন ইচ্ছ কর।
তারঠাই আমি কহি যথা বাঞ্ছাকর॥

ঘরেচল রাজ পুত্র বিদায় করিলা।
গুরুনমি ভাগ্যচন্দ্র গৃহেতে আছিলা॥৫৪॥
আরদিনে পরমানন্দ ব্রাহ্মনের ঘরে।
আছি ভাগ্যচন্দ্র তবে প্রনামি জুরকরে॥
বিপ্র কহে রাজপুত্র আছি কিবামনে।
তবে কহে দাসমানি কৃপা করমনে॥৫৫॥
গোপাল গুরুকে কহি দীক্ষামন্ত্রদানে।
গুরু কহে তিন শিষ্য দীক্ষামাঙ্গমনে॥
মোরমনে হৃদি স্পৃশ বাঞ্ছে তোর প্রতি।
কৃপাকরিদীক্ষা মন্ত্রদাণ মোর প্রতি॥৫৬॥
দ্বিজ কহেরাজ পুত্র সানন্দ হইল।
মোরঠাই গুরুদেব আজ্ঞায়ে করিল॥
একবর্ষগুরু শিষ্য করি পরীক্ষণ।
মনেশ্রদ্ধাগুরু করিবিশ্বাসে মন্ত্রদাণ॥৫৭॥

লেংবনা মথাদা ওইরকদবা রাবি অমা পুখত্তা লেংজরি। মথাদা তত্রসিংগী গুরু ওইবদগী অসিনঅরাং তৌই হাইনা অধিকারি ময়ুম হাইনা কৌবদৌরি। অসিনা লাইরিক লেংবগী ভনিংনি রারিগী মপুং লাকপনা রাম গোপালনা হে ভগ্যচন্দ্র মথংদা পরমানন্দ দিক্ষাপি। অহুপা মাসী হৌরকখম হাইগে গোত্রনা শাণ্ডিলনি, বেদ সাম বেদনি। ৫০॥ শাখানা কোথুমি ত্রিপর্ব্বনা শাণ্ডিল দেবল অসিতনি। গৌরিয়া ব্রহ্মন। দক্ষিন শ্রেনীনী উপাধিনা মিশ্রনি। ৫১॥ দেশনা রাঢ়গী থারি কৃষ্ণ নগরদা লৈবনি কৈলাম্বর মিশ্রগী থারানি। কুলদেবতানা নরাণ্ঙ অহুগা মনিপুর অ'সদা লৈরকপসুং কুইজয়ে মু'য়াম্বনা পানবা কান্দা লাকপনি মথোয়গী সাগৈ আস অমোংপা রাওদে অহুদা পোকপা পরমা নন্দনি। ৫২॥ মতাং অসিদা লাইরিক লেংবনা হাইবৈ শ্রুতা খিবিক ভাগ্যচন্দ্রদা রাম গোপাল গুরুনা তাকপিরীবা পারমানন্দসে ভাগ্যচন্দ্রগী গুরু ওইবদগী গুরু ময়ুম ওইগদৌরি। রামগোপাল গুরুনা হে ভাগ্যচন্দ্র ৩ সিদগী অপাম্বা ১ দা গুরু ওইয়ু ঐ হয়াওগে। ৫৩॥ অহু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা মুয়া থরগা খুরমজনা হঙংলি। গুরুদেবগী রাথং মতুং ইয়া, রূপ পরমানন্দদা গুরু ওইজয়গে। ৫৪॥ রাম গোপাল গুরুনা ইথুংতো নপুরুষা পাম্বা তৌ অহুগা ঐনম্ব হাইগে নংনসুং ঐনা হায়রকই হায়য় হজো হজো। ভাগ্যচন্দ্র, বিদায় পি গুরু খুরমজনা সজাইদা হয়রে। ৫৫॥ অহুঙ্গি নোংঙাদবদা ভাগ্যচন্দ্রনা পরমানন্দগী য়ুমদা

গৌতোমাদি কৌশিকান্ত শাণ্ডিল ভরদ্বাজ।
সপ্ত গোত্র সপ্ত নাগে মনিপুরে রাজে ॥
ধরনী সংহিতা শাস্ত্রে এসব কহিল।
মনিপুর শাস্ত্র মতে আরও কহিল ॥৭৩॥
রবি আদি শনি অন্ত সপ্ত বার ছিলা।
অনন্ত শিবের কৃপা দেবনাগ হৈলা ॥
শিব কৃপা নর রূপ তাহাতে হইলা।
অজ হৈতে সাত নারী তাহারা পাইলা ॥৭৪॥
হরির ভজন হেতু গৃহস্থ করিল।
ইসবের বংশ গণ প্রচার করিল ॥
ইসব ক্ষত্রির জাতি পুরাতন বলে।
মনিপুর শাস্ত্র মতে এই মতে হৈলা ॥৭৫॥

সৃষ্টী কালে গুরু ছায়া গুরুনী জন্মিলা।
গুরুনীর সপ্ত অজে সপ্ত নর হৈলা ॥
মনিপুরে রাজ্য হেতু যবিষ্ঠে গুরু দিলা।
পদ্মনাভ জন্ম কালে পঞ্চ নাগ হৈলা ॥৭৬॥
আরেত পুরেন্দ্র দেব রব্যাদি সপ্ত নাগ।
তিন সপ্ত তিন তিন তাহাতেই সঙ্গ ॥
অতএব সপ্ত বংশ গোত্র সপ্ত হৈলা।
নাগ হেতু সবার দেশাত্যে খ্যাত হৈলা ॥৭৭॥
এ সপ্তের বংশোদ্ভব মনিপুর হৈল।
নাগ বংশ ধর হেতু নাগজাতি হৈল ॥
নাগসৃষ্টি তৃতীয়তে কহে বিংশাধ্যায়ে।
বিশ্বসৃষ্টি পুর্ব নাহিব্রহ্মাক্রোধ হয়ে ॥৭৮॥

ইবুংঙো য়ারি অসি গুরুজম্‌মা লেংঙম্‌বা [ যবিষ্ঠ সম্পদ ] পাখংবা কম্বালোল কৌবা পুরাঙ্গা লেংঙম্বনি। যবিষ্ঠ হায়রবগী অর্থ দি, [ যুবা ] পাখং হায়বনি। ৭০ ॥ যবিষ্ঠ হায়বসি গুরু সিদবগী মচা অত্তোনবনি অদুনা মানা মনিপুর অসিদা নিংথৌ ওইদুনা পানবসি চহি ১২০ নি, পোকপদগী শিবা কাওবা অহন ওইদে যুবা বয়স ওইনা লৈ হাইদুনা যবিষ্ঠ কৌই। অদুগা মহারাজ ইবুংঙো যবিষ্ঠ পোকপা কান্দা জীন ওইনা পোকই। ৭১ ॥ মানা পোকপা কান্দা গুরুনা নিংথৌ থেন্দা হাপখিবা, জীন ৫ গা য়াওই। অদু য়েকা, গোত্রগা পাননা, হক্ৎকে, গোত্রনা, গৌতুম, য়েক্‌না সরাং লৈসাংথেম। কাশ্যপ লুয়াং। আত্রেয়, মোইরাং। মধুগল্য, খুমন। কৌশিক, খাব ঙাম্বা। হাইরিবা, ৫ অসিসুং জীন ওইনা, পোকই, যবিষ্ঠগী খোই, খম্বালদগী জীন ১ পোকই। মমিং পদ্মনাভ কৌই, সাণ্ডিল, গোত্র, নিংথৌজানি ॥ ৭২ ॥ পদ্মনাভ হাইব অসি বিষ্ণু শক্তিনী ॥ অদুগা, খাদগী চোংথোকদুনা, অসিব গুরুনা সুমিৎতগি য়েক্‌ম লৌবা কান্দা জীনগী মশক ওইদুনা, মমিং কনিন্দ্র কৌরগা ডিম্ব লৌই। কনিন্দ্র হাইবসি, তাওরোইনাই কৌই। মিং ১ না স্না মাহি কৌই। অদুগা, ( পুরেন্দ্র ) পুরৈরোম্বসুং কৌই। শ্যামবের চংজি, ভরদ্বাজ গোত্রনি, অঙোম সল্লাইনি। চন্দ্রবংশনি ॥ ৭৩ ॥ গৌতুম, কাস্যপ, আত্রেয়, মধুগল্য, কৌশিক, শণ্ডিল, ভরদ্বাজ, ॥ সয়াং লৈশাংথেম, লুয়াং, মোইরাং, খুমন, খাবঙম্বা, নিংথৌজা, অঙোম। গোএ ৭ য়েক সলাই ৭ অসিনা, মাসি, ধরনী সংহিতা, কৌবা পুরাঙ্গা লেংঙি ॥ অদুগা মণিপুর ঐখোইগী পুরাঙ্গা অমমা লেংঙি ॥ ৭৪ ॥ নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাক পোকপা, যুমনকৈসম, নগোলশেন, ইয়াই, থাংজ ৭ অসিসু থরৈ ॥ অহানবদা জীন ওইনা

প্রচ্যুতাযে কেশা তাহা জন্মে অহিজাতি।
পাদপ্রসর্প'ত স্বর্প কুক্ষে নাগ জাতি ॥
সজায়ের সপ্ত নাগ গুরু ইচ্ছা হৈল।
যবিষ্ঠ অনন্ত শক্তি পূর্ব্ব মতে হৈল ॥৭৯॥
যবিষ্ঠ অনন্ত দুই বিষ্ণু রূপ জানি।
তবেদ্বহো অংশগণ শুদ্ধ বংশ জানি ॥
আগে নাগ পশ্চান্নর এমতে হইল।
অতএব সপ্ত বংশ দোষ না হইল ॥৮০॥
গুরুক্ষত্রে স্তবহেতু ক্ষত্রিয় আখ্যান।
শেষ অংশ জ্ঞান হেতু প্রথমে নাগ হেন ॥
তারপরে গুরু কৃপা নরা কৃতি হৈল।
পুরেন্দ্রে ভুশক্তি দিয়া রাজ্যপদ দিল ॥৮১॥

দামিনী কনক কান্তি তনু জ্যোতিহৈল।
লীলা ভূরূপিনী লক্ষ্মী গুরু ভাবেদিল ॥
মধ্যাহ্ন সময়ে আছি কুর্ম্ম গিরি স্থানে।
রাজাভিষেক কর্ম্মাদি করে প্রজা সনে ॥৮২॥
আতুল্য সম্পদান্বিত ছত্রাদি চামরে।
খড়্গ শক্তি অস্ত্রাদিক আবৃত তাহারে ॥
গোপি কহে শুন রাজা সে স্থান মহিমা।
মনিমুক্তা হিরাদিক অচিন্ত্য মহিমা ॥৮৩॥
এইসব সঙ্গে করি শক্তি গুরু রহে।
যে হেতুক কলা নামে সানুসার তাহে ॥
জন্ম অভিষেক কালে শুনহ আমাকে।
আট শুন্য একতিন কলি অব্দে গতে ॥৮৪॥

---

পোকপনি ॥ মহাদেবাগ বড়দগি মী ওইরে, নুপা ভাক্তনাদ গৃহ য়াদখাননা গুরুগী অঙ্গদগি নুপী ৭ পুখোকই। লাইরিবী, লৈরোং লৈরাংবী, খোইনু, তোংখাংনু, চেনুলেমা, খয়োলোংবী, সমজী ককনু ॥ গৃহিগীদমক নুপী ৭ অসি পুখোকখি। ৭৫ ॥ শ্রীহরি, গুরুগী সেবা তৌনবা, নুপা ৭ অদুগা নুপী ৭ অসিগা, গৃহি ধর্ম্ম চৎতুনা বংস শব্দোকখি। হাইরবসি ক্ষেত্রি জাতীনী, য়ারি অসি গুরুজম্মা মৈতৈ লাইরিক্তা পুয়ান ওইনা খনম্বনি ॥ ৭৬ ॥ অহানবা সংসার সেম্বা কান্দা গুরুগী ছায়াদগী গুরুমী পোক্লে, গুরুমীদগী বংশ ৭ পোকখিবা, অদু, মণিপুর অসিদা যবিষ্ঠনা লাকপা কান্দ, গুরুনা পিয়কতুনা, পদ্ম নাভ পোকপা কান্দা, লিল ৫ য়াওবগা লিল ৬ লৈরে ॥ ৭৭ ॥ অদুগা পুরৈরোম্বগী লিন ১ গা অদুনা ৭ শুরে। বংশ ৭, গোত্র ৭, সলাই ৭, আসনী, অদুনা ৭ তি ৩ খোক্লে, মশাদ ১ তনি। লিন ওইনা পোকপদগি, সলাই হাইবনি। ৭৮ ॥ অগুয়া মণিপুর অসিদা জাতি ৭ লৈখ্রে, লীনদগি মীওইনা লাকপদগী ঐখোইসে, নাগদগীনী হাইবা। অদুদা পুয়ান অসি তাদবা খংদবনা, নাপ, হাইবাদ হাওবু কোই হাইদুনা ঐখোইসে হাওদগী ওনবনি হাইনা অপংবা কয়ানা হাইনৈ, চুমদবনি। শ্রীমদ্ভাগবত. গ্রন্থগী ৩ শুবা স্কন্ধগী, ২০ শুবা অধ্যায়দা লেংঙি। ব্রহ্মানা সংসার সেম্বদা নিংব থুংদদুনা, শাওবদগী। ৭৯ ॥ কোক্তগী শম কেল্লি শম অদুনা, (অহি জাতি) লীন ওইখি। খোং ভিংখোকপদগী (স্বর্প') লীন ওইখি। খোং কোনশিনবদগী (নাগ জাতি) লীন ওইখ। লীনগী জাৎ, মতোক-পান্দবা লীনবু, স্বর্প' কৌই। মতোক পানখবু ফনী কৌই। মকোক্লা মী, মমৈনা লীল অদুবু নাগ কৌই। লাম সলাই ৭ ওইবসি গুরুগী ইচ্ছানা ওইখিবনি ॥ [যবিষ্ঠ, অনন্ত মাংদগী

আষাঢ় তৃতীয়া দিনে পুর্ণিমায় তিথী।
যবিষ্ঠ দেবতা জন্মে যায় বৃহস্পতি॥
রাশি যে বৃশ্চিক মেষ লগ্নে বিপ্র জাতি।
জৈষ্ঠার দ্বিতীয় পাদ যবিষ্ঠ নাম তথি॥৮৫॥
অংশাবতার রূপলক্ষন যুক্ত হয়।
পুণ্য শ্লোক তীর্থাচারি কলাভিজ্ঞ হয়॥
কামাসক্ত কাল কর্ত্তা জিতাত্মাদি হয়।
বেদজ্ঞ শাস্ত্রাধিকারী এই সব হয়॥৮৬॥
জন্ম হৈতে সপ্তবিংশ বর্ষে রাজা হয়।
সে কালে কলির বর্ষ পরিমান হয়॥
পঞ্চতিন একতিন এই বর্ষ হয়।
গৌতম গোত্রের জন সেবাচায় হয়॥৮৭॥

মাঘ শুক্লা চতুর্দ্দশী দণ্ডে শুমধুর।
রাজ্যাসন বসিলেক সঙ্গে পরিবার॥
তৎপর চল্লিশ পঞ্চ বর্ষে কাল হয়ে।
সেই কালে মনিপুরে শকাব্দ এক হয়ে॥৮৮॥
গোপী কহে বভ্রুবাহ চন্দ্রবংশ হয়ে।
তাহার ক্ষেত্রেতে জন্ম যবিষ্ঠ নাময়ে॥
স্বর্য্য বীর্য্য জন্ম হেতু স্বর্য্য বংশ হয়ে।
মনিপুরে স্বর্য্য বংশ যে হেতুক কয়ে॥৮৯॥
পদ্মনাভ পঞ্চ নাগ প্রবর্ত্তক হয়।
তাহার শন্ততিধারা স্বর্য্য বংশ হয়॥
পুরেন্দ্র সন্ততি ধারা চন্দ্রবংশ কয়।
এইসব সপ্ত বংশ মনিপুরে হয়॥৯০॥

ওইব শক্তি॥ ৮০॥ থাঙ্গসেংবা, শ্রীবিষ্ণুগী শক্তিনী। অমুদগী পোকপা অসিদি অসেংবা, বংশনি। অহানবদা লিন ওইনা পোকই মমৈদা মহাদেবগী বড়দগী মীগী মুর্ত্তি ওইবনি। অমুনা বংস ৭ সি, নাগজাতিনী হাইবনি, নাগ হাইবসি জীন হাইবান॥ ৮১॥ অমুগা গুরুগী ক্ষেএদগী পোকই হাইদুনা ক্ষেত্রি কৌবনি। জীন্দগী পোকই হাইদুনা জীনগী মচৎ চৎতে। গুরু কৃপানা মী-ওইবনিনা মীগী শক্তি অদুম লৈএ। পুরৈরোম্বানা নিংথৌথেন্দাগী পুরকপা রাজ্য সম্পৎ পিরে। ৮২॥ অদুগৈ কোক্লিম্না, হারাবা ওইদুনা, পৃথী সেম্বদা থ,গাইবা কান্দা গুরুনা পুখোকথীবী মোংথাং লৈমা অমুনা, রাজলক্ষ্মী মহারানী ওইদুনা খোগাল্লি। কুমিৎয়ু'বা কান্দা ( কুর্ম্মগিরি ) কাংলাদা প্রজাখিবিকা লোইনদুনা অভিষেক তৌই॥ ৮৩॥ চাংওমণ্ডাই লৈতবা সম্পাদিনী ছত্র চামর, থাং, তা, খুৎত খুলাই কয়ানি। গোপি পণ্ডিৎনা হাইজৈ মকম অদুগী মহিমা মতিক হাইবা ওমলোই। মনি মুক্তানাদ্বিংবা পুময়ক থোকপা কংবা। হাইবদা লোইবা নাইদবা মকমনি॥ ৮৪॥ অসুম্বা শক্তি অসিগা লোইননা গুরুনা লৈবা মকমনি। অদুনা, কংলা কৌবান॥ অমুগা পোকপা, অভিষেকী রা হললকে। কলীগী শকাব্দ ( ৩১০৮ ) দা॥ ৮৫॥ ইংগ্রেগি সং-ক্রান্তিনা, ৩ তিথিনা পুর্নিমা, কুমিৎনা, সগোলসেন্দা, রাশিনা, বৃশ্চিক, লগ্ননা, মেষ, বর্ণনা ব্রাহ্মন, নক্ষত্রনা ( ১৮ ) জৈষ্ঠ্যা, পাদনা দ্বিপাদ, অক্ষরনা ( য ) যমরেরা হায়া চৌগদবা ওইবদগী যবিষ্ঠ কৌই॥ ৮৬॥ পুন্নিং ককপা ওাম্ব, কামাচায় ওইদে, কাল কৌবা লাইবু ওন্দ্রি; ধর্ম্ম কাইদে, পুকচেন সেংতি, বিদ্যা পুময়ক হৈ,। অংশ অবতার ১ নি॥ ৮৭॥ পোকপদগী চহি ২৭ ওবদা কলিগী চহি ( ৩১৩৩ ) ওবদা, গৌতম গোত্র সকাং [illegible] সেবা তৌইদুনা॥

চন্দ্রক্ষেত্রে স্বর্য্য বংশ কিবা হেতু হয়।
ইহার বিধান কহি যেন মতে হয়॥
বীর্য আর ক্ষেত্র দুই বলবান হয়।
তথাপি দুহার মধ্যে বিচার এক হয়॥৯১॥
ভার্য্যা হৈতে বংশ গণ প্রচার করিল।
পতি আজ্ঞা অনাজ্ঞায়ে বংশক্রমে কৈল॥
পতি আজ্ঞা হৈতে পুত্র পাত বংশে রয়।
অনাজ্ঞায়ে রাজ পুত্র পর বংশে রয়॥৯৭॥
তাহার প্রমান পাণ্ড রাজাতে হইল।
পাণ্ড আজ্ঞা কুন্তী মাদ্রি পঞ্চ পুত্র হৈল॥
আজ্ঞা হেতু পাণ্ড বংশ তাহাতে প্রচার।
হেন হেতু এই ক্রমে ক্ষেত্রের প্রবর॥৯৩॥
বীর্য্য বলবান হেতু শুনহ রাজন।
পতি আজ্ঞা নাহি দিলে পর বংশে হেন॥
বৃহস্পতি ভার্য্যা যেই তারকা নামেতে।
মোহিত হইল চন্দ্র তাহার রূপেতে॥৯৪॥
তারগর্ভে চন্দ্র পুত্র বুদ্ধ জনমিল।
বুদ্ধহতে চন্দ্র বংশে প্রচার করিল॥
ব্রাহ্মনীর গর্ভ হৈতে চন্দ্র বংশ হয়।
বভ্রুবাহা অনাজ্ঞায়ে যবিষ্ঠ দেব কয়॥৯৫॥
বীর্য্য বলবান হেতু স্বর্য্য বংশে হয়।
যবিষ্ঠ সন্তান সব স্বর্য্য বংশ কয়।
হেন মতে ব্যতিক্রম ঈশ্বর ইচ্ছাহয়।
বিংশ শত বর্ষ ব্যাপ্তে যবিষ্ঠ রাজা হয়॥৯৬॥

৮৮॥ রাকচিং থাগি ১৪ নি পানবদা, অকবা পুংকমদা, অভিষেক তৌগ্নুনা কম্বান কাই। নিংথৌ ওই। নিংথৌ ওইদুনা পানবা চহি (৪৫) শুবদা, মণিপুর অসিদা সোক অমা ওনখিদুনা, অদুদগি শকাব্দ ১ হাইনা অমুক হৌপ্রে॥ ৮৯॥ গোপীচন্দ্র পণ্ডিৎনা মহারাজ ইবুংঙো বভ্রুবাহনগী চন্দ্রবংসদা পোকপনি যবিষ্ঠ হাইবা মাণপুরদা নিংথৌ ওইরিবা অসে॥ স্বর্য্যগী বীর্য্যনা পোকখিবা মরম্না, মাণপুরগী রাজ বংসসে স্বর্য্য বংসনি॥ ৯০॥ পদ্মনাভ পোকপা কান্দা, রাওখিবা অস্তুসুং স্বর্য্য বংসনি॥ অদুগা, পুরৈরোম্বা অভোপাম্বগী ধারাদি চন্দ্রবংস অসেংবান॥ অম্মুয়া বংস ৭ মাণপুরদা ওইখি॥ ৯১॥ মাস, ক্ষেত্রগা, বীর্য্যগা অনিগী রাদা চন্দ্রগী ক্ষেত্রদা পোরম্লগা, স্বর্য্য বংস হাইপ্রিবসে, মরম খর লৈবননি॥ ক্ষেত্রগা, বীর্য্যগা, পাঙ্গল মায়ৈ ১ না হেন্দে ১ না রাংতে অদুদা, অথোই অহেন লৈনৈ॥ ৯২॥ ক্ষেত্র হাইবা শব্দসে, লুপীবু হাইবনি, মাগী রমনি অদুদা মপুরোইবগি য়াথং লৈবা লৈতবা ২ থোক্লে, মপুরোইবনা য়াথং পিদুনা, পোকপা মচাদি মাগি বংসনি। অদুগা য়াথং নত্তনা, পোকপা মচাদি, মাগি বংস, ওইবা য়াদে, অতোপ্পনি। ৯৩॥ মাগী প্রমানবু, পান্দু নিংথৌনা, কুন্তী, মাদ্রী ২ দা য়াথং পিদুনা মচা ৫ পোকই। অদুবু পাণ্ডুবংস, কৌই কনা ১ তনা, ১ হাইনদে, মাসি ক্ষেত্রনা, অথোইবা ওইরে॥ ৯৪॥ বীর্য্যনা কনবা মরম হায়ংকে। মপুরোইবগি য়াথং য়াওদবদগী, অতোপ্পা ওইখিবা। সগোলসেন গুরুগী রমনী তারকা কৌবীনা, মায়ানা ভাওদুনা, (চন্দ্রদেব) থাগি সেবা তৌপ্রে। লেম্না মাংব য়াদদুনা। গর্ভীনী ওইরে॥ ৯৫॥ অদুনা বুধ গ্রহ পোক্লে। মপুরোইবগি য়াথং য়াওদনা পোকপা মরমদগী চন্দ্র বংস ওইনা থাম্না সন্দোকখি। ব্রাহ্মণীগী গর্ভদা পোকপনা। বীর্য্যনা কনবা মরমদগী চন্দ্রবংস ওইখি। হন্দক যবিষ্ঠ পোকপসি, বভ্রুবাহনগী য়াথং য়াওদনা পোকপনিনা

গোপি কহে নৃপমনি শ্রদ্ধায় শুনিবে।
সংসারে জাতির মধ্যে যে জন জন্মিবে॥
তাপ তার শ্রেষ্ঠ হবে নাহিক সংসয়।
জাতিগঙ্গা হেন করি সর্ব্ব শাস্ত্রে কয় ৯৭॥
পূর্ব্বে জনমেজয় রাজা অঙ্গে কুষ্ঠী হৈল।
বংশ কথা শুনি তার ব্যাধি ক্ষয় হৈল॥
হেনবংশ কথামৃত নাশুনি কোন জন।
শুনিলে বিনাশ পাপ স্বর্গে আরোহন॥৯৮॥
সাধুবাদ করি রাজা প্রশংসে গোপিয়ে।
নৃপমনি কহে কহ সংসয় আমারে॥
স্বর্য্য পুত্র কোনমতে অণ্ডাকার হয়।
মনের সংসয় কথা খণ্ডাহ তোমায়॥৯৯॥

গোপি কহে শুন রাজা আছয়ে কারন।
পূর্ব্বাচার্য্য গন বাক্য আছয়ে কারন॥
অদিতি দক্ষের কন্যা কশ্যপ রমনী।
তারগর্ভে জনমিলা স্বর্য্য মহামনী॥১০০॥
প্রথমেই ডীম্বাকার জন্মে দিবাকর।
শ্রীবায়ু পুরাণ শ্লোকে ব্যাস পরচার॥
চতুরা শিতমাধ্যায়ে পঞ্চ বিংশ শ্লোকে।
মুনিগন স্থানে শুভ কহিল ইহাকে॥১০১॥
দীর্ঘ কালে সেই অণ্ড স্ফুর্ত্তি না হইল।
দেখি শুষ্ঠ নামে মুনি দ্বভাগে ভঙ্গিল॥
তাদেখি কশ্যপ মুনি দুখ হইলেন।
গর্ভ বধ স্নেহ হই মলিন বদন॥১০২॥

স্বর্য্যবংস ওইবনি॥ ৯৬॥ বীর্য্যনা কনবা মরমদগী যবিষ্ঠদেবতাগী বংস অসি সবর্য্য বংশনি, অসুম তৌনা ঈশ্বরগী ইচ্ছা ওইবনি, চহি (১২০) নিথৌ ওইহনা পাম্নি॥ ৯৭॥ গোপী চন্দ্রনা, মহারাজ ইবুংঙো, সংসারগী (জাতি) শাগৈগদা পোক্লমবদি, মাগি শাগৈ অহুম ওইরে, অকবা, কৎতবা, থীরুবা য়াক্রে, মরমদি জাতি হাইবসি, পণ্ডিৎসিংনা গঙ্গা কৌই। অহুবা, জাতি গঙ্গা হাইনা খংনৈ' গঙ্গা হাইবসি ইচম কয়া চেনশিল্লক্লনা তিনৈ, অমুমু গঙ্গা হাইনা খংনৈ মশুণ মাংদে অদুগুম্বনি। ৯৮॥ মমাংঙৈদা জন্মেজয় নিংথৌনা, মহাভারত পুরান তাবদগী মশাগি লাইথুং কোকই। অদুনা গুরুজমা হোমকপা বংশাবলী পুরনবু তানিংঙোইদবা য়াওদ্রে, পুরান অসিবু তাবদা পাপ কোক্লনা স্বর্গ কাগদবনি॥ ৯৯॥ অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা, গোপী চন্দ্রবু য়াম্না থাগৎলি, অদুগী তুংদা হে গোপী পণ্ডিৎ। ঐনা চিংনবা ১ পা হংখিগে, নুমিৎকী মচানা য়েক্রম পোকপা অসি করিননো॥ ১০০॥ গোপীচন্দ্রনা, মহারাজ ইবুংঙো, মাগি মরম হন্দৎকে, অদিতী কৌবীসি দক্ষ প্রজাপতীগী মচাণী, কশ্যপ মুনিনা লৌবনি। মাগি গর্ভদা পোকপনি স্বর্য্য নারান অসে॥ ১০১॥ পোকপা কান্না, য়েক্রম ওইনা পোকই। মাসিগী মাসি, ব্যাস মুনিনা লেংবা বায়ু পুরানগী অধ্যায় (৮৪) গী (২৫) শুবা শ্লোকা, সুত মুনিনা মুনি সভাদা হাইখি। ১০২॥ অদিতীনা পোকপা য়েক্রম অসি পোথাই মত্রহনা, মাং মাগে হাইহনা ভূষ্ট মুনিনা থগাইরুবে, অদু উবদা কশ্যপ মুনিনা, গর্ভবধ, ওইবদু উবদা, মাইথোং মুতক রম্না কাই। ১০৩॥ মচা মুখশিবদগী কশ্যপ মুনিকা তুষ্ট মুনিকা হাইগি, হে মুষ্টা অম্বা

পুত্র স্নেহে স্রষ্টামুনি কাশ্যপ কহিল।
তুরে স্রষ্টা মৃত্ত খণ্ড মরে নাহি হৈল॥
অতএব তোমি ইহা করহ লালন।
শুনি স্রষ্টা পুন রপি করয়ে লালন॥১০৩॥
মৃত্তু অণ্ড এই বাক্য মার্ত্তণ্ড নামে হৈলা।
এই হেতু স্বর্য্য দেব জন্মিতে অণ্ড হৈল॥
পিতার সমান ন্যায় যবিষ্ঠ অণ্ড হৈল।
আর অনন্তের অংশং অণ্ড রূপহৈল॥১০৪॥
নাগ জাতি অণ্ডজ নাম শাস্ত্রের প্রমান।
জাতি ক্রমে অণ্ড হয় আর যে প্রমান॥
পুর্ব্বেতে গরুর পক্ষি বিষ্ণু আরাধিল।
মানোনীত বরপায়ে নিবর্ত্তি আইল॥১০৫॥
ঋষ্যমুখ পর্ব্বতে আইল খগেশ্বর।
ঋষ্য নামে রাজা সেই গিরির ঈশ্বর॥
তার ভার্য্যা রূপবতী পরমাসুন্দরী।
সদা স্বামী সেবা করে পুত্র বাঞ্ছা করি॥১০৬॥
কতদিনে অপুত্রক মরে নর পতি।
স্বামী শোকে বনমধ্যে কান্দে গুনবতী॥
ক্রন্দনের শব্দ শুনি বিনতা নন্দনে।
ধরিয়া মনুষ্য রূপগেল তার স্থানে॥১০৭॥
তাহারে পুছিল খগ কান্দ কিকারণ
কার কন্যা তোমি তব পতি কোন জন॥
রানী কহে দক্ষ বংশ মোর জন্ম জানে।
ঋষ নামে রাজাছিল এইত কাননে॥১০৮॥
পুত্র লাগিতপ করে মরে বংশ নাই।
তারশোকে দুঃখ আমি কান্দে এইঠাই॥
গরুড় কহিল তোমি শোক কর দুরে।
আমি জন্মাইব পুত্র তোমার উদরে॥১০৯॥

থ্ংগাইরিবা অসি শিত্রি অহুনা, নংনা মাবু সেমজিন্দুনা হিংনবা হোৎনৌ অদু তাবদা তুষ্টানা সেমজিন্দুনা লালন তৌদুনা লৈরে॥ ১০৪॥ অদুদগী মতম ওইরদুনা সুমিৎ পোক্লে। অকাইবা, অণ্ডদগী পোকই হাইদুনা সুমিৎপু মার্ত্তণ্ড কৌই। মহারাজ ইবুংঙো স্বর্য্য নরান অ'স পোক্লকপা মতমদা, এরুম ওইনা পোকই। অদুনা যবিষ্ঠসু, এরুম ওইনা, পোকপনি। অদুগা অনন্ত দেবশুং য়েরুম ওইনা পোকই, মাগি ধারা অদুম ওইখি॥ ১০৫॥ (নাগজাতী) লীন হাইবসি য়েরুম ওইনা পোকপদগী শাস্ত্রনা অণ্ডজ কৌই॥ অদুনা মাগ মাগি জাতীগী হৌনবীনী॥ অদুগা রারি ১ গা হঙ্গৎকে, মমাংঙৈদা গরুড় উচেক্লা, বিষ্ণু নিংতি। মাগি প্রেমনা শ্রীবিষ্ণু লেংঙক্‌না বর পিরে, মাননিংব থ্ংলদুনা মমুমদা হাল্লকপদা॥ ১০৬॥ ঋষমুখ চীং য়োরে, মকম অদুদা তৌরম্ব রারি অমা হঙ্গৎকে। ঋষমুখ চিং অহদা ঋষ্য কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লি, মাগি মহারাণী অসি রুপবতী কৌই রায়া নশক কৈ, মচা পামদুনা, মপুরোইববু লুনা সেবা তৌই॥ ১০৭॥ অসুম লৈরকপা অদুদা মাগী আয়ু পুঙ্খি তেন্দুনা, মচা ধারা থনমদদুনা পোক্লনা, মবুংঙো অহ শিগ্রে, মচা কাদবগা, মপুরোইবা কাইনবগা, অহগী সুংঙাইতবনা, কপ্‌না অসুম শিরগে থন্দুনা, বন অদুদা কপই। অদু তাবদা গরুরপক্ষিনা, মীগী মুর্ত্তি ওইরগা, মনাক্তা চংলমা॥ ১০৮॥ হে ভদ্রমি, নংনা অণ্ডক রামা কপলিবা অসি কদৌয়ে, অদুগা কনাগি মচানো, কনাগী মমনি সুপীনো। অদু তাবদা, রাণীনা খুম্মি, ঐ অসে, দক্ষগী সাগৈদা পোকই। বন অসিদা পানবা

আমিত গরুড় পক্ষি তোমামনে মাগি।
এতশুনি কহেরাণী জুরিদুই পানি॥
শত পুত্রদাণ দেহ তোমার ঔরসে।
মহাবলবন্ত হেনহয়ন্ত বিশেষে॥১১০॥
কন্যার বচন খগ অঙ্গীকার কৈল।
দ্বাদশ বৎসর ক্রীড়া আনন্দে করিল॥
কতদিনে ঋতু যোগে হৈল গর্ভাবতী।
এককালে শতডিম্ব প্রসবিল সতী॥১১১॥
কতদিনে ডিম্বগন সকল ফুটিল।
প্রধান পুত্রের নাম রাখিল কুবল॥
গরুড় সন্তান সব তাহা প্রচারিল।
পিতার সমান ন্যায় সবডিম্ব হৈল॥১১২॥

রাণী ক্ষেত্রে ডিম্ব রূপে তাহা প্রসবিল।
তেনপ্রায় মণিপুরে যবিষ্ঠ জন্মিল॥
স্বর্য্যের ঔরস হেতু স্বর্য্য বংশ হৈল।
যবিষ্ঠ হইতে তোমা সভার হইল॥১১৩॥
ওঁকারাদি উচ্চারণ পুর্ব্বহৈতে হয়।
কাল ক্রমে সংস্কৃতের ভাষার ব্যত্যয়॥
এই হেতু মণিপুর আর্য্য জাতি কয়।
যে হেতুক শাস্ত্র রীতে কর্ম্মাদি করয়॥১১৪॥
বিবাহ আর শ্রাদ্ধাদি কর্ম্মাদি করয়॥
শুদ্ধা শুদ্ধ কর্ম্মাদি শাস্ত্র বিচারয়॥
ঈশ্বরের সত্তামুক্তি বিচার করয়।
কালে কালে হরি কর্ম্ম সব আরাধয়॥১১৫॥

স্বয্য নিংথৌগী রাণীনা॥ ১০৯॥ ইচা, পামদুনা তোপ তৌই, লাইবক খীবনা, ইচাহুং কাঞ্রে, ইপুরোইবহুং শিঞ্রে, অদুগী সুভাইতবনা শিরাগ হাইদুনা কপালিবনি॥ অদু তাবদা গরুড়না, হে সুন্দরি, অদুদি ঐগী সেবা তৌরো নচা অদু ঐনা পিরগে॥ ১১০॥ অদুগা ঐ অসে, গরুড় হাইব অদুনি, পক্ষি জাতিনী, অদু তাবদা, রানীনা ফরে অদুদি সেবা তৌররগে, ইচা (১০০) পোকচগে অসোন অনা য়াওদনা য়াম্না কনহল্লু। ১১১॥ অদু তাবদা ফরে য়ানরদুনা মাগী সেবা তৌদুনা চাহি (১২) কৈরে অদুগী তুংদা রূপবতী অসি ঋতুদিন লাকতুনা সর্ভা-বতী ওইগ্রে থা শুরদুনা পোকপদা এক্রম (১০০) পোক্ল॥ ১১২॥ অদুগী তুংদা সুমিৎ কয়ানি শুরবদা পোকথাইদুন ১ত্তি পাল্লে, মচা অহন অসি মমিং কুবল কৌই। গরুড়গী ধারা হাইদুনা লৈখি মখোগী ধারা অদু পোকপা কান্দা য়েক্রম ওইনা মপাগী ধারা লৌদুনা পোকখি। ১১৩। মমানা মীনী মীনা এক্রম পোকই বীর্য্যনা কনবা মহমদগী। অদুগুম্না যবিষ্টস্নুং পোকপনি স্বর্য্যগা বীর্য্যনা ওইখিবনা যবিষ্টগী ধারা পূম্নমক অসি স্বর্য্য বংশনি। ১১৪॥ ওঁকার-নাচিংবা শোনবসীদি মমা-তৈদগী শোম্নবনি, অদুদা মতম্না কনখিবনা সংস্কৃত মাংখিদুনা মৈতৈ ঐখোইগী লোম্না চৎনখিবনি, মরম অসি লৈবনা মৈতৈ হাইবা ঐখোইসে জাতী নাই-তবা নত্তে অদুগা মমাংতৈদগী শাস্ত্ররিতি থাদোরক্কে। ১১৫॥ লুহোংবা, শ্রাদ্ধ কর্ম্মনাচিংবা, (শুদ্ধা শুদ্ধ) অসেং অমাং শাস্ত্রগী মতুং ইম্না চত্না ঈশ্বরগী সেবা ভক্তি মুক্তি মতম মতম অদুগী শ্রীহরিগী সেবা আরাধন পূম্নমক অকাইবা লৈতনা মমাংতৈদগী হৌজিক ফাওনা চৎলার্ক।

যেন হেতু মনিপুরে আর্য্য জাতি কয়।
দ্বিজ ক্ষত্রি যদি সব এই মতে হয়॥
ক্ষত্রিয় তথাপি অনাচার ক্ষত্রি নয়।
যে হেতুক ভ্রষ্টাচার স্থান ভ্রষ্ট হয়॥১১৬॥
অত্যন্তেতে অন্য স্থানে সব নিবাসয়।
তুকি যবনাদি রূপে সব নিবাসয়॥
যবনেরা আর্য্য জাতি পুর্ব্বেত আছিল।
পিরুদেশ ম্লেছ রাজা স্থর্য্য বংশে হৈল॥১১৭॥
চীন রাজা পুর্ব্ব কালে চন্দ্র বংশ হেন।
ইরানিয়া অগ্নিহোত্র দ্বিজের সন্তান॥
এই সব আর্য্য জাতি স্থান ভ্রষ্ট হৈলে।
বেদাদিত ক্রিয়াবান আর্য্যজাতি বলে॥১১৮॥
অশ্বমেধ কালে ব্যাস কহে যুধিষ্ঠীরে।
ধর্ম্ম কলে অনুরূপে হয়ে যারে তারে॥
চণ্ডাল করয়ে যদি বৈষ্ণবের কাজ।
মহাজন বলিয়া জানিবে মহারাজ॥১১৯॥
ব্রাহ্মন করয়ে যদি চণ্ডালের কর্ম্ম।
চণ্ডাল বলিয়া জানে হয় নিজ ধর্ম্ম॥
আর্য্য শব্দ সৎকুলজ শ্রেষ্ঠাচার বলে।
অনার্য্যকে অপ্রধান নীচাচার বলে॥১২০॥
তৃতীয় স্কন্ধেতে কহে ইহার প্রমান।
দেবহুতি কহে শুন কপিল ভগবান॥
তোমা নাম যার জিহ্বা সতত বলয়ে।
তোর ভক্তি মতে রত উত্তম হইয়ে॥১২১॥
শুশোভন আর্য্য হয়ে তীর্থ স্নান হয়ে।
এইমতে দেবহুতি কপিলে কহয়ে॥
আরেত সপ্তম স্কন্ধে প্রহ্লাদ বচন।
শুনহ নৃশিংহ দেব তোমা ভক্তি হেন॥১২২॥

১১৬॥ মরম অসি লৈবনা, মনিপুর ঐখোয়সে অসেংবা জাতীনী; ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি অসি অসুম্না ওইখিবনি। অদুগা জাতি কৈ ঐ ক্ষেত্রীনী হায়দুনসুং চৎলিবা সাজৎ অদুনা কজত্রবদি মাগী জাতি তত্ত্ব কাইনা মাংখি॥ ১১৭॥ মী ওইবগী জাতি অসি করানা, বোদ্দ' চিংদা মকব করাদা, খোংজাইন চিংবা হওগী জাৎ কয়ানি, (যবন) পাওম্না চিংবা কয়া ১ নি। পাওল হায়বসি য়ায়া কবা জাতিনী অদুবু মচৎকি মতুং ইন্দুনা যবন ওইখি। পিরুদেশগি ম্লেষ নিংথৌ অসি স্বর্য্য বংসনি। ১১৮॥ চীন, নিংথৌসি চন্দ্রবংশ, অশেংবনি। ইরানিয়া অসি, অগ্নি গোত্রনি ব্রাহ্মন অসেংবনি। মখোয়শিং অসি জাতি অকবা ওইদুনসুং সাজৎ কজদবনা, মাংখিবনি। বেদগী বিধি কাইদনা চৎপবু (আর্য্যজাতি কৌই। অসেংবা জাতি কৌই॥ ১১৯॥ যুধিষ্ঠিরগী, অশ্বমেধ কান্দা ব্যাসদেবনা হাইখি, হে যুধিষ্ঠীর মীওইবা হায়বসে, মানা মানা চৎপা সাজৎকি মতুং ইনগদবনি। চণ্ডাল জাতিনা, বৈষ্ণবগী মচৎ চৎলবদি মাবু চণ্ডালিনি হায়বা য়াদে, অদুনা মাবু পূজা তৌগদহনি॥ ১২০॥ জাতিনা, ব্রাহ্মন ওইরগা, চৎপনা, চন্ডালগী সাজৎ চৎলবদী মাবু চণ্ডালসি হাইনা কৌগনি। আর্য্য হায়বা শব্দসে জাতি কববু হায়বনি॥ অদুগা মচৎ কজবমুং হায়বনি॥ অনার্য্যক, হায়বসে, জাতি কৎতববু হাইবনি, অদুগা মচৎ কৎতবুসুং হাইবনি॥ ১২১॥ মাপি প্রমান ভাগবতগী স্কন্ধ ৩ দা দেবহুতী মমানা মচা কপলি ভগবান্দা হায়খি। হে পুত্র নংগ নামবু মীদুগী লৈরেংদা কাংদনা শোল্লবা; অদুগ সেখা ভক্তি চৎচরিবদো অখোইবনি॥ ১২২॥ মী অদো আর্য্য ওইয়ে, তীর্থ স্নান তৌবা ওইয়ে পুয়মক্কী অখোইবনি হায়র্গস দেবহুতিনাং কপিল ভগবান্দা হাইখি॥ অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতকী স্কন্ধ ৭ দা প্রহ্লাদনা নৃসিংহ দেবদা হয়খি, হে প্রভু ইবুংঙোদা প্রেমভক্তি কচয়বা॥ ১২৩॥ ইবুংঙোগী চরনবু,

তোমার চরনে মন নিহিত হইলে।
বিপ্র হৈতে চণ্ডালের অধিক মানিলে॥
প্রানপুত্র কুল পুত নহে ভুরিমান।
ইত্যাদিকে নবাধ্যায়ে প্রহ্লাদ বচন॥১২৩॥
হরি ভক্তি শুদ্ধোদয়ে আরকে প্রমান।
শ্রীকৃষ্ণ ভজন রীতি আশক্ত হয়েন॥
পবিত্র ভক্তির গুনে ছাপ্তাগ্নি হইয়ে।
দগ্ধ পাপ দুষ্ট জাতি সব শুদ্ধ হয়ে॥১২৪॥
অতএব মনিপুর আর্য্য বংশ হয়।
গুরুত্বে সন্তান হেতু শুদ্ধ বংশ হয়॥১২৫॥
আর হরিভক্তিমার্গে চরিত্র শুদ্ধের।
অতএব মহাশুদ্ধ মানি মণিপুর॥
এ প্রসঙ্গ শুনি রাজ আনন্দ বেষেশ।
প্রশংসিল গোপিচন্দ্রে অনেক অবেশ॥

শুন শুন শ্রোতাগণ করি বিবেচন।
মুর্খবানি মোর বাক্য নাকর রোষন॥১২৬॥
আমি অতি মুঢ় মতি নহি শাস্ত্র জ্ঞান।
অশুদ্ধ যদ্যপি হয়ে ছুদিতে শোধন॥১২৭॥

॥ ত্রিপদী ॥

মনিপুর পুরন্দর, শ্রীরাধিকা প্রানধন,
শ্রীগোবিন্দ দয়া লেখিপুথি।
শ্রীরাধা বিনোদ দেব অমার কুলের সেব
কৃপায়ে রচিনু আমি পুথি॥
গোবিন্দ বিজয় পুর্ব্ব, শ্রীরাধা সহিত সর্ব্ব
প্রনমিয়া ধন্য হৈতে পার।
ভজমন অনুক্ষন, নিবিষ্ঠ করিয়া হেন,
যাহা হৈতে বিঘ্নসব পার॥
আরনিত্যানন্দ চন্দ্র, নিরুপম মুখচন্দ্র,
পদনখযেন দশবিধু।
রক্তোৎপল জিনিপদ, ভুবনে অতুল্য পদ,

কাওজত্রবা, মীদো, তোমবা চণ্ডাল ওইচনসুং ব্রাহ্মনগী খোইরবনি। জাতি করনা, মশাবু সেংবা শাগৈবু সেংবা, ওমদে, অসিনচিংবা প্রহ্লাদনা হায়খি॥ ১২৪ ॥ অদুগা হরি ভক্তি শুদ্ধোদয়দা প্রমান অমগা পিরি। জাতি হত্তবনা, কৃষ্ণ ভক্তিদা পুক্নিং চংদুনা সেবা ভক্তি লেপপ্রবদা। ভক্তিগী গুন্না অচাকপা মৈরি ওইদুনা, মাগী কৎতব জাতিদো চাকথেক্না মাংশ্রে॥ করবা ওইশ্রে লাওরি॥ ১২৫ ॥ মরম অসিনা মনিপুর অসিদী অকবা জাতিনী, গুরুগী সন্তাননী, অসেংবা ধংশনি॥ অদুগি মথক্তা কৃষ্ণ ভক্তি চৎপা অসিনা মহাশুদ্ধ ওইনা সেংশ্রে॥ ১২৬। রাজি অসি তাবদা নিংথৌ প্রজা ওম্বোক্না পোমপ্রদুনা গোপীচন্দ্রবু থাগৎনৈ॥ মতম অদু সন্ধ্যা ওইরকলদুনা, নিংথৌ প্রজা দয়বারদগী লেংথেশ্রে॥ তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক চয়ন্দা হন্না হন্না খুমজরি। অপংবনি থনাবদুনা দোষ লৌবিগনু॥ ১২৭॥ লাইরিক হৈতবনা, লেংবদা অকাইবা য়াওরবস্তুং, সাধুগী হৃদিনা সেংদোকপিয়ু॥ (ত্রিপদী)॥ ১॥ মণিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দ ইবুংঙো ইবেম্মগি কৃপানা লেংজবনি॥ ঐগী কুলদেবতা ওইনা সেবা তৌজবা শ্রীরাধা বিনোদ ইবুংঙো, ইবেম্মগি, থৌজান্না লেংজবনি॥ শ্রীগোবিন্দ, বিজয় গোবিন্দ, শ্রীমদন মুহোন, গোপীনাথ, শ্রীরাসেশ্বরী, ইবুংঙো ইবেম্মনি কৃপানা ননাইগী অমঙা বুদ্ধিবু তাগ্লগে। হেমন কাঞ্চন লৈজনা খুমজজি, মৈথাই থীংগাইবা পুন্নমকপু তোকনবা॥ ২॥ শ্রীপাদ নিত্যানন্দ প্রভু॥ থাইথোকপা অমিনবা, থাজবা, খুজিন ২০ মা খা ৫০ অইদুনা তাবথা। তোৎপা অমবা অমোক

তারকৃপা রচিলাম সাধু ॥
শ্রীযুত আদ্বৈতচন্দ্র, গৌরপ্রেম বড় সান্দ্র,
কৃপা কর ওর'ণ্ডাচরণ।
শিক্ষা গুরু ধ্যান করি, একমতে ভাবিহরি,
রচিলাম গুনেন্দ্র এদীন ॥২॥

ইতি শ্রীমন্মহারাজোত্তম ভাগ্যচন্দ্র চরিত গ্রন্থে মনিপুর যবিষ্ঠেরম্বও রাজ্যাভিষেক কথনং নাম ষোড়শ সীমা ॥১৬॥

সপ্তদশারম্ভ ॥১৭॥

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥
জয় জয় প্রভুভক্ত গোষ্টীর সহিত।
স্ফুরাহ স্বাভীষ্ট ভক্ত বিলাস কিঞ্চিত ॥১॥
মোহেন মুখে'র বাক্যশুন শ্রোতাগন।
সভে অনুগ্রহ কয়দেখি অভাজন ॥
শপ্তদশ সীমার কথাশুন ভক্তগণ।
এসীমাতে মোয়ানের যুদ্ধের কথণ ॥২॥
তেনমতে ভাগ্যচন্দ্র পালে মণিপুর।
পিতাহেন প্রজাগন ভাগে শুখপুর ॥
পুর্ব্বেতে রাজর্ষিগণ যেমতে হইলা।
তেনমতে ভাগ্যচন্দ্র এদেশে হইলা ॥৩॥
রাজশব্দ দ্বীপ অর্থআর রাজা বলে।
ঋষিশব্দ শাস্ত্রকারী আচার্য্য মুনিবলে ॥
ঋষিবদা চরণ রাজা রাজর্ষি কহিয়ে।
আর যে উত্তম ক্ষত্রি রাজর্ষি বলিয়ে ॥৪॥
মনুবংশে ঈক্ষ্বাকুও নাভাগাদি গণ।
এইসব রাজগণ রাজর্ষি গনন ॥

চাং তম্নণ্ডাই লৈতনা ভালবা, ইবুংভোগী কৃপানা মনাইগী সাজং সেবাবু লেংজবনি। শ্রীযুত নিংখিবনা তিল্লবা অদ্বৈত প্রভু গৌরপ্রেমদা ফুইনা ভাল্লবা ইবুংঙোনা, কৃপা তৌবয়ু। শিক্ষা গুরুগী চরণবু নিংজদুনা, শ্রীহরিবু নিংজদুনা, ন-াই গুনেন্দ্রনা, ভাগ্যচন্দ্র চরিত অসিবু লেংজৈ ॥০॥ (মতাং অসিদা ১৬ শুবা অধ্যায় লোইজরে) ॥ (পাংজ্রবা তোল্লবা ননাই মনিাসং মাঙ্গসিং অনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচৈ, অন্নানবা পুম্নমক ওাকাপয়ু) ॥

(১৭ শুবা অধ্যায় হৌয়ে) ১ ॥ শ্রীগৌরাঙ্গ, শ্রীনিত্যানন্দ, প্রভুগী চরন্দা কয়ারক হন্না খুম্নমজৈ, শ্রীঅদ্বৈত প্রভু ভক্তবৃন্দ খিবিককী পাদদা কয়ারক হন্না খুম্নমজৈ। প্রভু, ভক্তবু খুম্নমজবনা মরম ওইদুনা নিংজববু থুংজগে ॥ ২ ॥ ননাই পাংদবনা লেংজবা তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক সাধু খিবিক্তা খৌজানবীয়ু। ভরাতরেৎশুবা অধ্যায় অসিদা, মোয়ানগী লানজাও অমা তৌগদৌরি ॥ ৩ ॥ মণিপুর অসিদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, গোবিন্দা সেবা তৌদুনা অরা অনা লৈতনা পুরান ভাদুনা, শ্রীভাগবত ভাদুনা, লৈরকই। প্রজানা ইমা ইপানি হাইনা খন্দুনা লুনা সেবা তৌই। মমাংদৌদা, রাজর্ষিবিসিংনা, ওইবগুম ভাগ্যচন্দ্রনা ওইয়ে ॥ ৪ ॥ রাজা, হাইবা শব্দনা, অত্তানবা, অকনবা হাইনা কংনৈ খংনৈ। ঋষি শব্দনা, শাস্ত্রিক হৈবা লাইনিংবা, (আচার্য্য) অসেং অমাং খাবা মুনিবু খংনৈ। নিংথৌনা ঋষিনা তৌবগুম কজনা চৎলবদি নিংথৌদো রাজর্ষী কৌই। অদুগা ক্ষৈত্রিনা ক্ষাত্র ধর্ম্ম সেনো চৎলবসুং রাজর্ষী কৌই। অথোইবা খংনৈ ॥ ৫ ? মনুগী

যাহাদেবগণে সবপ্রজাকে রঞ্জন।
আরেত শ্রীহরি মতি রাজর্ষি কহেন ॥৫॥
রাজার্ষির সবগুণে ভাগ্যচন্দ্র হয়ে।
ইষ্টসেবা কাল যাপ ভাগ্যচন্দ্র রায়ে ॥
শ্রীগোবিন্দ সেবাবিনে অন্য নাহিমন।
পুত্রপ্রায় প্রজাগন সদা পালিলেন ॥৬॥
একদিনে সভাকরি রাজা বসিলেন।
পাত্রমন্ত্রি প্রজাগণ সভে বাসিলেন ॥
সভা মধ্যে নৃপমনি কথা কহিলেন।
খুড়া আদি পাত্রগণ শুনহ বচন ॥৭॥
শুভা শুভ প্রজাগণ করহ বিচার।
আসামের দেশ মোরা বড় প্রিয়ঙ্কর ॥
শীঘ্র করি চলিবার পথ একরানি।
চল উরপথে যাই শুভ হবে মানি ॥৮॥
যে হেতুক এক পন্থ করিতে মন চাই।
শুনি বড়মন্ত্রি কহে আমি মনে চাই ॥
প্রজাগণ কহে আমা আগেতে মানিল।
রাজা কহে ভাল ভাল সভে এক হৈল ॥৯॥
তবে রাজা হর্ষ হয়া সভাতে আজ্ঞাদিল।
দুই হাজারিকে দেখি দুহাকে আজ্ঞাদিল ॥
দুই আদি বহুজন রাজা অজ্ঞাদিল।
পরে দিনে যাত্রা করি সভেই চলিল ॥১০॥
আসাম পর্য্যন্ত পথ এমতে করিলা।
মোয়ান সহিত তাহা কলহ করিলা ॥

বংসদা, ঈক্‌্যংকু, নাভাগনা চিংবাবু, রাজর্ষি হাইনা কৌনখি। মখোইনা পানবা লৈপাক অহ্র কজনা ভানখি। অমনা, শ্রীভগবান্দা ভক্তিরতি লৈরবা নিংথৌবু রাজর্ষি কৌই॥ ৬॥ রাজ ঋষিগা মান্নবা গুণ ভাগ্যচন্দ্র ওইরে। ইষ্ট সেবা তৌদুনা মতম লেল্লি। শ্রীগোবিন্দ সেবা নত্তনা অতোপ্পা পুকচেল লৈতে, মচাওম্বা প্রজাবু য়োকপি॥ ৭॥ অমুম লৈয়কপনা নোংমদি, সভা ফরবাদা, পাত্রমন্ত্রি প্রজা চোম্না কম্বা কান্দা। সভাদা ভাগ্যচন্দ্রনা রা অমা হৌদোকই। খুড়া ইবুংঙো বরমন্ত্রিনাচিংবা তাবীয়॥ ৮॥ ঐগী রা অসি, কৈ, কত্তে খল্লবীয়॥ আসামগী ভেথাও হাইবা লৈপাক অসি ঐগী য়াম্না মুংশিজবা লৈপাক্লি, অদুনা, লম্বি অমা সেমদুনা চৎথোক চৎশিন তৌবা পাম্মি। অদুগা অসম্বানা কবহেল্লি. অদুনদি, লম্বি অসি (চলউর) চলৌ তাংখুলগী লম্বিসিনা কগল্লা॥ ৯॥ অদুগা অসিবা কগনি হাইবা লম্বি অমদি পাম্মি। অহ্ তাবদা অনম্ভ সাই বড় মাল্লনা, হে নিংথেম ইতোল্লি নিংবা কুইরে, প্রজানা ননাই ঐথোইসু পামজবা কুইরবনি। নিংথৌনা ঐনা নিংবগা খ্বাইনা পামবগা মান্নরবদি খ্বনমক সেন্নসি॥ ১০॥ অসি হাইরগা, চুরাসিং হাজারি, নিংথৌজামবা হাজরি ২ দা য়াথং পিরে, নথোই ২ না প্রজা পুদুনা, হয়েংমক চৎলো, য়াথং পিরে, মুখিৎ অহ্র দরবার লোইরে, নোং ঙাল্লবদা হাজরি ২ না লৈবাক মিয়াম পুদুনা লম্বি সেমবা চৎখ্রে॥ ১১॥ অমুম তৌনা, অসাম ভেথাও য়োনা, লম্বি সেমখি। মতম অহ্র ভেথাও লৈবাক্কদি মখোইগা তাইনবা দেশ, মতম অহুদা, মোয়ান কৌই, ইহকাল, হৌজিক্কনা মোরিয়াল্লি হাইনা খংনৈ, অহ্রবা মোয়ানগা ভেথাওগা দেশ ২ সি, অকনবা লান পানরে। সবগ'দেব নিংথৌনা, মোয়ানগী লান্দ অকনবা

এথাতে আসাম দেশে স্বর্গদেব রাজা।
মোয়ান শাসন হেতু আদেশিল প্রজা ॥১১॥
মোয়ান সহিতে যুদ্ধ অনেক করিল।
সে যুদ্ধে মোয়ান বহু সমর্থ হইল ॥
আসামের দুষ্ট পাত্র গুপতে সহায়।
এই হেতু মোয়ানের বলবান হয় ॥১২॥
একথা না জানি রাজা বহু ক্রোধহৈল।
বার্ত্তা দিয়া স্বর্গদেব দরবার কৈল ॥
ক্রোধ হৈয়া রাজাকহে শুন প্রজাগণ।
মোয়ান শাসন নাহি মরন সমান ॥১৩॥
অতএব মনিপুর গমন করিনা।
ভাগ্যচন্দ্রে মনকথা সকল কহিব ॥
এইবার মিত্র তোমি সহায় করিবা।
পত্র লিখি পাত্রে দিল চল শীঘ্রহবা ॥১৪॥

পাত্র সঙ্গে চতুর্ষষ্ঠী জন আদেশিল।
সেই দিনে বিদাইয়া মনিপুরে গেল ॥
বশুনন্ত মুনিচন্দ্রে শকের প্রমানে।
ফাগুণ দ্বিতীয়া শুক্লে পোঁছিল সেদিনে ॥১৫॥
রাজা আগে পত্র দিল প্রণাম করিয়া।
পত্রকথা নিবেদিল সব শুনাইয়া ॥
তবে সভাকারে বাসা ঘর দেয়াইল।
ভোজনাদি সবদিয়া বাসা করাইল ॥১৬॥
তারপরে এক দিনে ভাগ্যচন্দ্র ভুপ।
স্বর্গদেব লাগি মনে বড় হৈল তাপ ॥
সভা করি নৃপমনি দরবার কৈল।
রাজা কহে খুড়া আদি প্রজাগণ রৈল ॥১৭॥
শুভা শুভ এই কথা করহ বিচার।
মন্ত্রি কহে কিবা আছে ইহার বিচার ॥

তোংজোল থাবদা লান শুমত্রে ॥ ১২ ॥ মোয়ারা, তায়কপা লান্দা তেথাওনা, লাল তাকপা থীংবদা য়ারে। মরমদি তেথাও মখোইগী কংত্রবা পাত্র মন্ত্রি থরনা, লোয়া মনুংদা মোয়ানগী সহাই উপাই তৌখে অদুনা মোয়ানা লাকচরে ॥ ১৩ ॥ মনুংদা য়াগী মনাইনা মোয়ানগী মীচং চংখিবনা মাইথীবনি থংদবনা তেথাও নিংথৌনা লৈপাক পাওজেন্দুনা দরবার তৌই নিংথৌনা হে প্রজা খিবিক ঐখোয়না মোয়ানবু শুমত্রবদি শিধনা করে অদুনা লান লেপ্পা য়াদে। ১৪ ॥ অদুগা মনিপুরদা মী থর থাদুনা ভাগ্যচন্দ্রদা লান পাংথ হাইরু হন্দকী লাল অসি মরুপকী প্রেমদা সহ ই তৌরকসু, আস হাইরগা চিঠি ইদুনা পীরে থুনা চৎলু তাকপি। ১৫ ॥ খুদক অদুদা খুপা (৬৪) থোদাবে খুথক অদুদা চিঠি পুদুনা মনিপুর তায়া লাকই। অহিং খুংথীন নাইদনা লাকপনা শোক (১৭০৮) গী ফাইরেন থাগী ২ পানবা ইরাইদা মনিপুরদা থুংলে। ১৬ ॥ নিংথৌগী সভা দরবারদা চংলকদুনা থুরম্মে চিঠী কৎলে পাও পুরমক হন্দংলে। অদু তাংদা নিংথৌনা লাক্লিবা মখোইবু লুনা তৌদুনা পোথাকলো হাইদুনা চানা থক্লবা কক্লনা তৌহন্দুনা লৈহল্লে। ১৭ ॥ অদুগী নোংতাক্লবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ স্বর্গদেবগী থক্লুবদা অরাবগা লৌইননা প্রজা মীয়াম থোমদুনা অচোবা দরবার তৌই। ভাগ্যচন্দ্রনা খুড়া ইবুংঙো বড়মন্ত্রিনা চিংবা মনিপুরগী অকনবা অথোবা শিবিকপু। ১৮ ॥ তেথাও লৈবাকী লানগী পাও অসি করক

যাহার কারণে দেশ তোমি পাইলেন।
অর শাস্ত্র মতে ইহা প্রকট কহেন ॥১৮॥
অন্নদাতা ভায়া ভ্রাতা পিতার সমান।
আর অকৃতজ্ঞ দোষ ইহাতে হয়েন ॥
অত এব তারঠাই ছলে বলে নাই।
যথা যোগ্য তার লাগি উপায় করই ॥১৯॥
তাহা শুনি প্রজাগণ ভাল ভাল কহে।
তাশুনি নৃপতি মনে আনন্দিত কহে ॥
মোর মনে সভাকার এক মাত্র তাহে।
গুরু ভাই রোমা নাম পদবী চক্রবর্ত্তি ॥২০॥
তার ঠাই সমাদরে কহেন ভুপতি।
শুন দ্বিজ এই রনে হইও প্রধান ॥
চারি হাজারিকে সঙ্গে করহ গমন।
তার সন্য সপ্ত শত শজিয়া চলেন ॥২১॥

মোহর লাগিয়া তোমি দ্বারাতে চলহ।
যোরানে নাজিনি তবে আমা বার্ত্তা দেহ ॥২২॥
এ বার্ত্তা নিশ্চয় জানি পাছে আমি জাই।
পুত্র সন্য সঙ্গে তাহা যাইব আমিহ ॥
এ বলি দোলায় দিল চ.ল ধ্বজ আদি।
সন্যের ভক্ষণ সব তণ্ডুল গুপাদি ॥
ইত্যাদিক নৃপমনি সব ভাগ কৈল।
রোমা চক্রবর্ত্তি দ্বিজ বলে ভাল ভাল ॥২৩॥
আসাম সন্যকে রাজা বলায়া আনিল।
শুনহ আসাম সন্য নিজ দেশে চল ॥
কহিযক নিজ রাজে আমার সহায়।
দেখ সন্য সাজি এই কহিয় রাজায় ॥২৪॥
এত বলি সন্য সব বিদায় করিল।
রাজা নমি সব প্রজা দেশেতে চলিল ॥

তৌসিগে লৈপাক্না থম্নবিয়্ন। অনন্তসাই মন্ত্রিনা হে ভাগ্যচন্দ্র রাকম অসিদা থম্নন্তাই করিস্ন লৈতে মরমদি মাগী মপান্দগী মনীপুর অসিদা নিংথৌ ওইরম্নিবনিনা মাবু কাওবা য়াদে, শাস্ত্রনা লাওরি। ১৯॥ ঐবু চানবা চাক পিজহুনা য়োকপা অকিবদগি কনবিরকপা মী অহুদি ঐবু পোকপা উপাগা মান্নে ,অহুনা ঐনা ওম্বা উপায় তৌগদবনি তোক্নবদি তৌবিমন থংদবা হাইবা দোষ লৈ, মরম অসিনামরৈ মম্না তৌবা য়াদে মতিক চানা অণ্ডবা উপায় তৌগদবান।
২০॥ বড় মন্ত্রিগী রা তাবদা প্রজা অপুম্বনা চুম্নি চুম্নি হাইনরে, অহু তাবদা নিংথৌ পুক্নিং পুক্তাইরে। রাম্না করে ঐনা নিংবা থংতে অহুনা ঐথোইগী গুরু মমুমগী গুরুদেব, রোমা চক্রবর্ত্তীনা ঐবু পুংশিবি-হুনা। ২১॥ ননাইনা হায়জবা য়াবিয়ু অসি হাইহুনা থাম্না বেভার তোহুনা হাইজে তাবিয়্ন চক্রবর্ত্তিবু গুরুদেবনা সেনাপতি ওইরগা হাজারি ৪ গা, তেজোল (৭০০) পুহুনা লেংবিয়্ন॥ ২২॥ ঐগীদমক হায়না থোং ওইহুনা লেংবিয়্ন। ওম্নগা যোয়ানবু মাইথিবা পিহুনা স্বর্গদেবয়ু পেনহলনু চমদবা তারগা আমা খাংহুনা লৈরগা পাও পিয়কউ। পাও অহু কংবগা ঈমাগা লোইনহুনা ঐনা তেজোল পুহুনা লাকনি। ২৩॥ অসি হাইহুনা দোলাই পিরে চ.ল পিরে কিয়ান পিরে সেনাপতি অমগী মতিক চাবা কিজেং মনাগুনা পিরে অহুগী তুংদা তেজোলগী চানা থক্নবা চেং হন্নাই থৌরাং লাংজে॥ অম্নবা য়াথং কংবদা অমসুং থৌরাং উবদা রোমা চক্রবর্ত্তি করে হাইহুনা চথাওনা য়ারে। ২৪॥ অহুগী তেথাওগী মুপা (৬৪) অহু কৌথোকহুনা য়াথং পিরে হে আসাম বাহ্নি মথাই নৈরে গাহুনে

কতদিনে রোমা দ্বিজ যাত্রায়ে করিল।
শপ্ত শত সন্য সঙ্গে বন্দুকাদি লৈল ॥২৫॥
শুক্রা সপ্তমীর দিনে এমতে চলিলা।
ঐছে চলি কত দিনে মোরানে যুঝিলা ॥
মোরানের সঙ্গে যুদ্ধ বহু দিনে হৈলা।
দৈবেতে মোরান সন্য বলবান হৈলা ॥ ২৬॥
দেখিয়া বিস্মিত হৈল রোমা চক্রবর্ত্তি।
খগিন্দ্র আসামাধিপ পাঠাই নৃপতি ॥
রাজাঠাই নতি বলি কহে দুই জন।
শুনহ নৃপতি আমা পাঠাই ব্রাহ্মণ ॥২৭॥
মোরানের সন্য গণ ভগ্নাজায় প্রায়।
অন্নলাগি বহু দুখে যুদ্ধক্লান্ত হয় ॥
অতএব রাজা মনে এই কিবা হয়।
পত্র সঙ্গে এই কথা পাঠায় রোমায় ॥২৮॥

তাহাশুনি ভাগ্যচন্দ্র চিন্তান্বিত হৈল।
ঢোল বাজি প্রজাগণ তাহা শুনাইল ॥
হেন কালে যুদ্ধ হৈতে পালাইয়া যান।
না সহি নৌপতি আদি আর কতজন ॥২৯॥
মোরান প্রতাপ ভয়ে পালাইয়া গেল।
দেখি নরপতি ক্রোধ সভে দন্ড দিল ॥
সভা করি বিচারিল ইসব কথন।
রাজা কহে আমি চলি সঙ্গে সন্যগণ ॥৩০॥
এতবলি সভা সঙ্গে বিচার নিশ্চয়।
পরে মার্গ শীর্ষ মাসে করিল যাত্রায় ॥
মধুচন্দ্রে সপ্তমীতে কৃষ্ণায়ে যাত্রা কৈল।
পঞ্চবিংশ বুধবারে রাজা যাত্রা কৈল ॥৩১॥
শুন্য একশপ্ত একশকে মান হৈল।
সেই মান মার্গশীর্ষ রাজা যাত্রা হৈল ॥

হল্লে। নবুংঙোদা পাও তম্মৃয়ো সহাইগীদমক তেজোল সেম সারিবা নখোইনা উরিবা অসি তম্মৃয়ো। ২৫ ॥ অসি হাইদুনা বিদায় পিরে য়াথং কংবদা নিংথৌ খুরম্নগা তেথাও ভান্না চৎখিদুনা স্বর্গদেবদা পাও তমথ্রে হয়াওনথ্রে। অদুগী তুংদা রোমা চক্রবর্ত্তিনা তেজোল সাজোন তৌদুনা যাত্রা পুংকম অকবা য়েংদুনা নোংমৈ পাইবা (৭০০) কা। ২৬ ॥ হাজারি ৪ গা, লোইনাদুনা শাইরেনগী ৭ ান পানবদা যাত্রা তৌদুনা চৎথ্রে ॥ তেথাও য়োদুনা, পাও হাইনদুনা, মোরানগা মণিপুরগা অকনবা লান পানৈ, অদুনা চহি অমগা থা ৮ লান থেংনবা, মোরান্না লাকচয়ে মণিপুরনা করিস্থ তৌবঙথ্রে ॥ ২৭ ॥ লান ওম্মোইদবা উদুনা রোমা চক্রবর্ত্তিনা, ভাক্ক য়ানবা খগিন্দ্রনে, (আসাম অধিপা) তেথাও লমবুলে, আনিদা চিঠি ইয়গা, লানগী পাও তম্মুয়ো, থারক্লে ॥ অহিং সুংখিল লাক্‌না, নিংথৌ খুরম্নয়ে, মহারাজ হৈবুংঙো, রোমাচক্রবর্ত্তিনা থারকপনি ॥ ২৮ ॥ মোরানগী তেজোলসিদি, অচাকপা মৈত্তানগুমথ্রে, অম ওইবা, ওমগনি নিংথ্রে, অকনবা লান পানবদা, ময়াই লৈত্রে, স্না নোংদম করম তম্মীগনি চিঠি অসিগা কংলকৃই ॥ ২৯ ॥ পাওনে, চিঠিনে কংবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, অরাবগা লোইননা, ঢোল লৈদুনা, [illegible] কৌখৎলে, মীয়াম তিল্দুনা দরবার তৌই। অদুম তৌরিঙৈদা, লান থাংবা ওমথদুনা, [illegible] হিনাও হনবনা চিংবা, নুপা (১৭) চেক্লকত্নুমা খুংঙয়ে ॥ ৩০ ॥ নিংথৌনা, করিগী লাকপগে [illegible], মোরানগী লান থাংব ওমদদুনা চেনলকপনি খুম্বি নিংথৌনা, শাওদুনা, দন্ডি তৌখি

বহু তুরগগণ সঙ্গে রনেতে চলিল।
বর্ষিৎভ্লা' বন্দুকাদি বহুয়োল গেল ॥৩২॥
রাজা পুত্র যোমাসিংহ আরই চৈতন্য।
শুন্দরা নন্দাদি চলে আর বহু সন্য ॥
রাজ পুত্র যোমা আদি সন্য সপ্তশতে।
আসাম দিগের থানা করিল তাহাতে ॥৩৩॥
মোয়ান সহিতে রাজা বহু যুদ্ধকৈল।
দৈবক্রমে মোয়ানের বলবান হৈল ॥
সপ্তদিন অশ্বযুদ্ধ মণিপুর কৈল।
সেইযুদ্ধ মোয়ানের বহুত মরিল ॥৩৪॥
তথাতে মোয়ান যুদ্ধ ভাগ্যচন্দ্র রাজা।
পক্ষিশিংহ নাম অশ্ব করিলেক সাজা ॥
রাজার যে অশ্ববড় অতি উচ্চতর।
মহাবীর্য্য কামগমা পুষ্প সমসর ॥৩৫॥

উগ্রগ্রীব নভগত পীন পয়োধর।
হেন অশ্বজিন সহ সাজিল উপর ॥
লোহের লাগাম বান্ধে অশ্বের যেমুখে।
করিয়ালি সহশীরে ঝাপাদিল যোগে ॥৩৬॥
অশ্বপাশে বর্ষিতুন দুই তাহাদিল।
স্বর্ণালঙ্কার সব অশ্বেয়ে সাজিল ॥
হেন অশ্ববর্ষি ধরি রাজা উঠিলেক।
বীরধরা পরিধান তাহা সাজিলেক ॥৩৭॥
সে যুদ্ধে নরপতি বড়পোঢ় অলঙ্কার।
মাথাতে মুকুট শোভে স্বর্পফেনা কার ॥
স্বর্ণ কুণ্ডল কর্ণে বিদ্যুত আকৃতি।
বিচিত্র কবচ অঙ্গে শুবলিত দ্যুতি ॥৩৮॥
অশ্বারোহী তুরগন নৃপতি সঙ্গে যায়।
সিংহনাদ করিসব উনমত্ত ধায় ॥

( লোই থাখি ) মথাদা ল.নগি রা থম্নবদ, নিংথৌনা তেঙ্গোলগা, লোইননা ঐ চৎকনি রাখং পিরে ॥ ৩১ ॥ অঙ্গ তাবদা মণিপুর অপুম্বা লানগি সাজোন তৌনখ্রে। হিয়ঙে থাগী ২২নি পানবদা মচা ইবুংঙো মধুচন্দ্র তেঙ্গোল্ পুন্থনা, যাত্র তেহ্লনা হায়া চৎখ্রে ॥ অদুগী তুংদা হিয়াংগে থাগি ২৫ নি পানবদা ভাগ্যচন্দ্র, অমাম্বা তেঙ্গোল্ পুন্থনা যাত্রা তৌই ॥ ৩২ ॥ শোক ১৭১০, গী হিয়াংগৈ থাগি ২৫ নিদা যাত্রা তৌতুনা তেখাও তম্না লান চৎলি। মণিপুরগী অথৌবা কয়ান, থাংদা, তাদা, নোংমৈদা চংথোম্না হৈরবা ওাক্তনি ॥ ৩৩ ॥ মচাইবুংঙো, যোমাম্না: লোক্লুং পুমেন চৈতন্য স্না, অঙোম শুন্দরানন্দ, অসিনা চিংহনা যোমাচক্রবর্ত্তিগা, উনয়ে, মধুচন্দ্র থ.ংওয়ে, লানগি রা তাম্নারৈদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ থুংঙে। ৩৪ ॥ অদুগি তুংদ', মণিপুর অথৌবা সং তামুহনা মোয়াসগা, অকনবা লান অহিং পুংথিল নাইদনা পানবদা সুমিৎ ৭ নি তুবা কাওবদা মোয়ানবু অম লোবা তমখ্রে। ( ৭ ) নিত্তবা সুমিৎতা মণিপুরনা সগোলগি লান চংহনা মোয়ান তেঙ্গোল চাইথাই মোয়ান, রাম্না শিরে ॥ ৩৫ ॥ অদু কাওবদা মোয়ান থ.গাইবা তমখ্রে অদু উবদা ভাগ্যচন্দ্রনা, ঐ সাগোলপি লান চংগনি রাখং পি, অদু তাবদা, শৈস্যনা, লগোল, রাইম, পক্ষসিংবু সাজোন তৌরকই। সগোল পুম্নমক্তগি মম্না হেম্না রা চাওবা সগোলনি। থপাজন রাম্না কৈ, সাজং কজৈ, মচিম্না লৈগুন্থ। ৩৬ ॥ মথা লোংতি, মরাই কাই, মগ কল্লি; অহুবা সগোলদা জিন আখম হাপ্রে। মথাদা থাচম হম্নে, মাক ফুগদা

বড়া চর্ম্ম ধরিয়েন যতগুণ বর।
রাহু যেন গরাসিতে আইসে শশোধর ॥৩৯॥
তবে দুই সৈন্য যুদ্ধ কৈল দেখা দেখি।
বন্দুকাদি মারা অস্ত্র এড়ে মুখা মুখি ॥
বর্ষি হাতে ধরিয়াছে অশ্বারী সঘন।
যেনমতে আকাসেতে উড়য়ে সাচান ॥৪০॥
উর্দ্ধমুখী ঘুড়া বেগী ধাইতেনা চাই।
একত্র মোয়ান সৈন্য ঠেলাঠেলি যাই ॥
নিদারুন যুদ্ধ যেন দুলঙ্ঘ সাগর।
বাদ্য ভান্ড শব্দ যেন কল্লোল সাগর ॥৪১॥
নলিতে বন্দুকশব্দ মেঘের গর্জ্জন।
বরিষার মেঘ যেন গুলি বরিষন ॥
রাজা আদি গুরগন ধাওয়ে অশ্বারী।
অলক্ষিতে আছু তবে লিখে বর্ষিধারি ॥৪২॥
তবে রাজা বর্ষিহাতে বেগেধাব মান।
ভঙ্গদেখি উড়িযেন ফিরয়ে সাচান ॥
নিজপার্শ্বে বর্ষি ফেলি মারে বহুজন।
অশ্বারী সকল ধায় কতেক মারিল ॥৪৩॥
নাসতি মোয়ান সৈন্য পিছেতে চলিল।
তথাপিহ সৈন্য ভাগ সব নাহিগেল ॥
প্রাতঃকালেতে সূর্য্য অস্তযুদ্ধে এইমতে।
দৈব ক্রমে মণিপুর শ্রম মাত্র তাতে ॥৪৪॥
এইমতে সপ্তমদিন মহাযুদ্ধ কৈলে।
দিনমনি অস্তগেলে অন্ধকার হৈল ॥

লগায় হাপই: মমাইদা সামাই মকোক্তা লচ, চুপলি ঝপানাচিংবা লৈতেংঙি ॥ ৩৭ ॥ নাক ২ দা রাম্বাই তেন্দোং য়াম্লি, ভায়োনতা, হুমতা, তাপাক থেংলি। অচুম্বা সাগোলদা নিংথৌ তাপাক থুংনা পাইদুনা লেংখংলে, অলঙ্কার বীর বেশনি ॥ ৩৮ ॥ থেমো মুগা খোল্লি। গুল্লাতুংদা য়েপই। কোক্তা খুদৈ মচা য়েংলি মনিং মমাং কিনা কাংঙি লিনগী মত্তোককুম্নি। মাদা সনাগী কুন্দোয় নাম্নিন লৈতেংঙি (বিচিত্র) থাযেন চৎপা কুরিৎ লিংলি। ৩৯ ॥ নিংথৌগী নাক ২ দা মণিপুর অথৌবা কয়ানা সগোল তোংদুনা, থৌগল্লি, জয় সিংহ নাদ লাওদুনা লান চংঙি। চুংগোই থাং পাইবা, অথৌবা কয়া লোইনৈ, প্রমাণ্দি রাহুগ্রহনা থায়োংকে চংবগুম্নি ॥ ৪০ ॥ অচুম্ব চংশিনলদুনা, তেকোল ২ মায়োকনয়ে, নোংমৈগা, নোংমৈগা, কাপশিন্নৈ, থাংগা থাংগা য়ানথংনৈ, তাগা তাগা থিল্লংনৈ, সগোল তোংবগা তোংবগা, থোংমা চৎপগা চৎপগা পানৈ। সিথ কিনদে; থুমু থরং পাইবগুম পাইশিন্নৈ ॥ ৪১ ॥ মণিপুর অথৌবনা, মাইওল্লনা, সগোল থৌজল্লি, মোয়ানগী তেকোলগা উরুক লৈনৈ। থাম্না, ককথৈ, তানা থিনথুই, অমুনবা হৈ কেনবা অদু নত্তাইদ্রে। অদুক য়াম্না সিগ্রবদা মোয়ানগি জানমি হনবা লৈতে, হাৎপগি লোইবা নাইথিদ্রে, জানবা গুমদ্রবা সমুদ্রগুমদ্রে। পুংমৈবগি মখোয়া ইথক ইনিন ওইদ্রে ॥ ৪২ ॥ নোংমৈ মখোয়া নোং ঙংবাগুমদ্রে। গুলি মরুনা, লেন, তাবা মোং তাবগুমদ্রে। নিংথৌনা চিংদুনা মনিপুরগী অথৌবা, সগোল থৌজিন্দুনা, মোয়ান তেকোল মীয়াম তান্দুনা তান্দুনা হাৎলি। মোয়ানগী মীয়ামনা কুবসি উনা অমুনবা কেনবগুম্নি। ৪৩ ॥ অদুক য়ারা শিগ্রবদা মোয়ানগী তেকোল চুরবা নুমিৎ অমু উবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌবা সগোল থৌজিন্দুনা, থুমু থরং পাইবগুম পাইসিনদুনা,

অষ্টম দিবসে যুদ্ধে নদীর কীনারে।
সেই যুদ্ধে মনিপুর বহু সন্য মরে ॥৪৫॥
মরে সংখ্যা নাহিহৈল শেষ মাত্রৈল।
মনিপুর মৃত্ত সব নদীতে ভাষিল ॥
দিন শেষে অন্ধকার নদী তীরে রৈলা।
সন্য শেষ ভাগ্যচন্দ্র ব্যূহ করি রৈলা ॥৪৬॥
সেবেলে মোরাণ বেড়ি মাহা যুদ্ধ কৈল।
অন্ধকার কিছু সন্য রাজা বলহীন ॥
পত্রসিংহ অশ্বে চড়ি রাজা ধাবমাণ।
সেই যুদ্ধে দৈববশে রাজা জয় হীন ॥৪৭॥
মোরাণ বেড়িয়া সন্য সব মরিলেন।
অশ্বলামি নরপতি বেগে ধাব মান ॥

কিছু সন্য সঙ্গে রাজা অন্যত্র পালায়।
গোবিন্দের ইচ্ছা মাত্র কেহো নাদেখিয় ॥৪৮॥
পত্রসিংহ রাজা অশ্ব মোরান ধরিল।
মৃত্তে ভাষি সেইনদি রাঙা জল হৈল ॥
দিবা নিশি রাঙা রয় সপ্ত দিন হৈলা।
রাঢ় বৃত্তে মোরাণদী আদ্যাপি কহিলা ॥৪৯॥
মনিপুর জন সব যায়ে ব্যবসায়ে।
মোর পিতৃ পিতামহ রাঙা জল হয়ে ॥
এই হেতু মনিপুর জল তৃষ্ণা হৈলে।
সেহনদি জল খায় কভুনা হইলে ॥৫০॥
এইমতে ভাগ্যচন্দ্র রনে বহি যায়।
রাজা পুত্র রোমা আদি শপ্ত শত যায় ॥

তেঙ্গোল চাইথাই, মণিপুর অথোবা কয়ানা, মোয়ান, তেঙ্গোল, মশিং থিঙমদনা হাংলি ॥ ৪৪ ॥ অহুদা মোয়ান তেঙ্গোল খাংবা য়াদহুনা, হন্দুনা চেল্লি অহুমদি ওইরগা কাইহুনা পুমচেনদি চেনদে, অসুম তোনা, নোংঙাঁনবদগী থেংনবা লাল অহু লুমিং তাখ্রে। লাইগী নোংদম থীবনা লালদি লোইবা ওমক্রে মনিপুর য়াবনা পন্দোম লোমখ্রে ॥ ৪৫ ॥ অসুম তোনা ৭ শুবা লুমিংতা অকনবা লান পানৈ, লুমিং তাশ্রহুনা, হন্দোক্কনা অহিং অহ পোথারে। নোংঙাল্লবদা চাবা থকপা কুয়া ভজন লোইরহুনা, অমুক লানগী সাজোন তৌনহুনা, ৮নি শুবা লুমিংকী লান হৌরে, নামদান কোবা তুরেন মপান্দা লান পানৈ লুমিং অসিদা মনিপুরনা শিব মী অসিদি মশিং লাকপা ওমখিক্রে ॥ ৪৬ ॥ মশিং থংক্রে তংখাই হেনখ্রে, নামদান তুরেন অসি অসিবা মিনা করী ত.ওখ্রে। নামদান তুরেন অ স ঈ ঙাক্ত। চেনখ্রে। লুমিং তাশ্রহুনা, লমবি ঙাওহুনা, তুরেন মপান অহুদা নৈহোবা ওেঙ্গোল অহুনা নথবেহ সাহুনা, অহিং থাংগি ॥ ৪৭ ॥ থুদোং থিব অহু উবদা মোয়ান তেঙ্গোলনা অহিং অহু লান হোয়কল্লে। অহুদা অহিংগী অমমবগা তেঙ্গোলনা য়ামদবগা লান থীংবা ওমক্রে, কাইহুনা চেয়রে উপাই উয়হুনা ভাগ্যচন্দ্র পত্রসিংহ কোবা সগোল তোংহুনা লাল চেল্লে অয়থীরে নিংথৌ। ৪৮ ॥ অহু উবদা মোয়ানগী অথোবনা সগোল তোংহুনা নিংথৌবু তারে কংগদোয়বদা নিংথৌ অসি সগোয়া থাদয়য়গা সগোল তবী তবী চেনখ্রে, নিংথৌ মনাই থরগা মাইপৈ অমদা লোংখ্রে, মতাং অসি অঙকপনি পত্রসিংহ শগোয়া থাথয়বয়া শ্রীগোবিন্দনা থাংথবয়া অঙকপনি. গোবিন্দগী ইচ্ছানা ভাগ্যচন্দ্র নৈহোবদু কনা অমনা উথিক্রে। ৪৯ ॥ শগোল্দা নিংথৌ য়াওখি কাইহুনা কয়া লাম্রা তাহুনা মথোয়

আশামে সহায় কর থোইল তাহাতে।
কজ্জা লাগা স্বর্গদেব দেখানা হইতে ॥৫১॥
অধ মুখে নরপতি মনিপুরে গেলা।
চন্দ্র সনে রাহু গ্রহ গ্রাস মতে হৈলা ॥
চৈতন্যানন্দ গুন্দরা নন্দ চন্দ্র মান আর।
গোবিন্দ বলরাম আর হানু নাম যার ॥৫২॥
ছয়জন জীয়ে মৈলে কিছুই নাজানি।
নিজ দেশে পরাজয় আইল নৃপমনি ॥
চৈত্র অষ্টাদশাদনে ভাগ্যচন্দ্র পোষে।
চিন্তাযুক্ত দণ্ড ভগ্ন করিল নিশ্বাসে ॥৫৩॥
মরণ সামান হৈয়া নিজ দেশে গেলা।
শেষ সন্য পাত্র গণ মুখ ম্লান হৈলা ॥
রাজা আদি মুখ চাই নর নারীগন।
পথেভেট কার সঙে বহুত কান্দেন ॥৫৪॥
নৃপে চাহি বৃদ্ধাগণ বিলাপ করিলা।
শুণ রাজা এইরনে কোন দশা হৈলা ॥৫৫॥

লঘুত্রিপদী ॥

হাহা নৃপবর, সর্ব্বগুণ ধর,
কোন হৈলা হেনগতি।
তোমার বিহনে, দেশ হৈলা শুন্যে,
যেননারী হীন পতি ॥
দুর্নীবার রনে, সঙ্গে নিজগনে,
ভাঙ্গয়ান নরপতি।

কারে নিংথৌদ য়াওরমদ্রে। অদু উবদা মোরাম্মা ঙক্রে অমস্তুং কিনৈ মশক, উনা উনা তাম্‌-ব্রগা ফারগা য়াওরমদবাসনদি লাহান কিনাথ, অমস্তুং পাহেব ঙম্বান থমাথ। অদুগা নামদান কোবা ভুরেন আস থুমিৎ অহুদগী ৭ শুবা ভুমিৎ কাওবা ঈ ভাক্তা চেনাখ। হৌজক কাওবা ভাংনার। ৫০ ॥ মতুংদা মনিপুরনা ললোন হাত্তক চংপনা ঐখোয়গী অহন লনন ওক্কানগী হনা চেনবা ইাশংান হাইহুনা ঈাশং কনা খোরাওবা কাওবদা থরুদরি। ৫১। মাসিনা ভুংগী রান আসবু কাব ভানৎ কোই। রারগী মপুং লাকপনা নোংঙাম্নবদা জ্ঞান তারমহুনা চাইন-থবা তেঙ্গোল পুন্নে, থম্নবদা মেরানবু চম্গদবা উত্রহুনা নিংথৌনা রাজ পুত্র রোমাস্নানা চিংবা অকন অশৌ ( ৭০০ ) আসামগী লান পাঙ, হায়হুনা থনমলপা নিংথৌ মনিপুরদা তেঙ্গোল পুহুনা হনলক্লে। হকাইবদগী স্বর্গদেব নিংথৌগা রারি সামরমদ্রে। ৫২ ॥ মাইখোং মুনা কাহুনা রাহু গ্রহনা উবা থাওম্না মনিপুরদা হনলকই। অহুগা চৈতন্যানন্দ গুন্দারানন্দ চন্দ্রমান গোবিন্দ বলরাম হানু। ৫৩ ॥ মাথোই ৬ আসাদ থিবা থংবিদ্রে, শি, চংভি থংদ্রে। অমুম্মা মাই খীহুনা লাকই। লমতা থাগী (১৮) নি পানবদা ভাগ্যচন্দ্র মনিপুরদা থাঙ। শুংঙাহত্তবা রাথম্না মাইখোং মুনা কাহুনা খর মপী সদো থোংহুনা। ৫৪ ॥ আসবগ মামনা মনিপুর লৈপাক্লা চংঙকই ম্না থোগল লাকপা। পুরমক মমাই মুনা কাই। মাগী মাগী খুনগং লৈকাইদা অথেনপোৎ থাহুনা নিংথৌবু ওকপা খিবিক্লা হুপা হুপী অঙাং অহন মাইদনা কম্না

পাপিষ্ঠ মোয়ানে, পয়াজয় রনে,
জিখিল অখিল পতি ॥১॥
পূর্ব্বপুন্য ফলে, রিপুরক্ষা কৈলে,
ধর্ম্ম বলেবাছিলেন।
স্বর্ণ মনিময়, আভরণ চায়,
মনেতে হারিল হেন ॥
তোমায় বাহন, অশ্বের রতন,
পত্রসিংহ মেনলয়।
ছায়া অশ্ববর, মনবেগে বয়,
তোমি রাজপ্রাণ হয় ॥২॥
নিশাতে খাদ্যোতে, উল্মুক দিবাতে,
উড়িযায় অশ্ববর।
মোয়াণ সময়ে, সবমনিপুরে,
প্রাণ হতে দুখবড় ॥

হেন বৃদ্ধাগণ, বিলাপ করেণ,
ভেটিযায়ে নরপতি।
দ্বিছয় আটতি, শ্রীলঘু ত্রিপদী,
হরি তাবি বিরচতি ॥৩॥

॥ পদ ॥

এইমতে মনিপুরে ক্রন্দনের রোল।
মনেমরে পিতা ভাই ডাকিয়া কান্দিল ॥
দৈব ক্রমে এই মতে দুখ দশা হৈলা।
মৃতজন প্রেত কর্ম্ম শ্রাদ্ধাদি করিলা ॥১॥
মৃত্যুজন ধন জন রাজা বিলাইলা।
এইমতে শ্রাদ্ধাদিক সব সমাপিলা ॥
তবে ভাগ্যচন্দ্র রাজা গোবিন্দের আগে।
কর জুড়ি কহে পাড় অগ্রেতে এ ভাগে ॥২॥

কপনৈ। ৫৫। অহন ওইবা সনা কপ্প কপ্পা হাইরকই হে মহারাজ ইবুংঙো হন্দক্তি লান্দা কজি দশা তাবনো। (লঘু ত্রিপদী) ১ ॥ হাহা অরাবনি হে ভাগ্যচন্দ্র অখোইবা পুন্না তিনবা নহাক্না কয়িনো তোরকইবা অসিবু নিংখো নংনা লৈতবদা মনিপুর অসিদি ইহাং হাংত্তি মপু- মোইবা লৈতবা মুপীগুম্মি। অচোবা লানকমদা ননাই কয়াগা লোইনহুনা লান পানবদা অয় ওইনা তমত্রবোই। পাপচেনবা মোয়ানগী লান্দা মাই পাক্কববু গোবিন্দনা তমত্রবোই। ২ ॥ মাংগী মপোক্কা তোরকপা অকবা কর্ম্মনা খরাই মাংগদববু গোবিন্দনা কলবনি ২ পায়রবাদি অমনা ওয়া কৌনৈ অরাবা রাখল খাদোকউ। কজবা সুনা মনি মুক্তাগী লৈতেং য়াওদবদা য়েংবদা মুংওাইজদে। নিংথৌগীদি খুনেৎসা, হিওম য়াইওম ওইরিবা পত্রসিংহ সগোল নিংখৌনা তোংবদা লেমপ্রবা পুক্কিং তাবা য়াংস মোয়ান লান্দা মাংহৌবা। ৩ ॥ অহিংদা তম্বন ওইচনা মুংখিলদা (উনমুক পক্ষী) উচেক ওইহুনা পাইরকউকো পত্রসিংহ। অসুমা অহন ওইবী মপী সিংবা নিংথৌগী অরাবা উবদা শকৈ, পোকৈ মোয়ানগী লান্দা মনিপুর অপুন্না অয়াবা ইপাক্কা তাওনখি। খরাই মঙ্গল লৌহুনা ভাগ্যচন্দ্র সুনা কোমুংদা লেংশিনখ্রে। বিলাপ অসিবু তকক অনি, নিপাল অমা অমিনা লেংবা লঘু ত্রিপদী কৌব ছন্দাদা শ্রীহরি থুরমহুনা নমাই শুনেথ্রনা লেংজৈ। (পদ) ॥ ১ ॥ অহুম তোনা মনিপুর অপুম্না অকপ্পনা নিনখ্রে। য়ুমখোং খুদিংগী শিথিবা অহনলমন মচিন মনাও কৌহুনা কপ্পে লাইগী য়েংম খিবনা অরাবা ইশা তানখি শিরিয়া

শুণ শুণ শ্রীগোবিন্দ ব্রজেন্দ্র নন্দন।
তোমার অগ্রেতে মুঞিএক নিবেদন ॥
মোর কর্ম্মফলে রণ পরাজয় হৈল।
তোমা ঠাঞি নাহি দোষ কর্ম্মের সকল ॥৩॥
আমার বচন তোমি অবশ্য কৃপা কর।
এইত মোয়াণ যুদ্ধে পাত্র বড় শুর।
আর প্রজা মোর সঙ্গে অবিমুখে রণ।
এম সব পুত্র পৌত্র পরেতে সন্তাণ ॥৪॥
মণিপুরে মোর বংশ অন্য রাজ হয়।
এসব সন্তাণ গনে শুভ দৃষ্টী হয় ॥
আর দুখ পদনাশ বিপদ খণ্ডণ।
সেই সেই রাজা গণ প্রত্যেক করুণ ॥৫॥
এই কৃপা শ্রীগোবিন্দ আমারে করুণ।
এত বলি শ্রীগোবিন্দে অগ্রেতে রোদণ ॥

তবে কতদিন পরে আসাম দেশেতে।
ভাগ্যচন্দ্র থানা কয় থোই শপুশতে ॥৬॥
রাজাপত্র রোমা আদি এই সব জন।
মোয়ান ভয়েতে সব পালাইয়া যাণ ॥
দেখি মহারাজ মনে মহা ক্রোধ হৈলা।
প্রতি এক যোগ্য দণ্ড তাহাতে করিলা ॥৭॥
শাসন গ্রামেতে কত বেত্রযে মারিলা।
সামদাম দণ্ড ভেদ এমতে করিলা ॥
ভাগ্যচন্দ্র মোয়ানে সঙ্গে যুদ্ধ কৈলা।
এসব প্রসঙ্গ কথা সমাপন কৈলা ॥ ৮ ॥
রামচন্দ্র ঋষি এক বামা গতি শকে।
সেইকালে মাঘ মাসে পঞ্চমী দিনকে ॥
শত্রুঘন স্বাহা পুত্র কৃষ্ণচন্দ্র নাম।
দৈবক্রমে বিপরীত বুদ্ধি হইলাম ॥ ৯ ॥

মীগী শ্রার্দ্ধ কর্ম্ম নিংথৌনা তৌবী মরুমদা তৌরবসু নিংথোনা সেনপি। ২ ॥ শিঞ্জিবা মীগী থুপী অণাংদা সেন য়েল্লি অদুমা শ্রার্দ্ধ কর্ম্ম লোইরে। অদুগী তুংদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ গোবিন্দজী মাংদা চংলদুনা নিংতা পী তাদুনা প্রার্থনা তৌই। ৩ ॥ তাবিয়ু গোবিন্দ ইবুংঙো ইবুংঙোগী মাংদা অয়োইবা প্রার্থনা তৌজরি, ঐগী কর্ম্ম কন্না হন্দক লান্দা মাইথিরে, ইবুংঙোমা তৌব নত্তে ঐনা তৌবা কর্ম্মনা কংবনি ॥ ৪ ॥ ননাইনা প্রার্থনা তৌজবা থৌজানবীয়ু ইবুংঙো, হন্দক মোয়ানগী লান্দা মণিপুর অথৌবা কয়া শিঞ্জিবা, চয়ন্দা চিংশিনবীয়ু। অদুগা মমাই খীদুনা, লাকলীবা মীয়াম অপুবা, চয়নগী নাঙগী থাদোকপিরগনু। মচা মশুনা চিংবা থান্না নান্না অপুবা। ৫ ॥ অদুগা ঐগী বংসা সাগৈ নাতৈ, কয়াদা মুংশিবা কৃপা মিৎয়েং য়েংবিয়ু। অমদি অন্না, অনা, থিম্নি পুমমক ঙাকপিয়ু কনবীয়ু। অদুগা মতুংদা পান্নকপা, নিংথৌ কয়াদা ৬ ॥ গোবিন্দগী চরন কাওদবা পিমৌ, অসি হাইদুনা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, গোবিন্দদা— কপ্লুনা প্রার্থনা তৌই ॥ অদুগী তুংদা মুমিৎ কয়ানি লৈরগা, আসামদা লৈতৌবা থানা কন্দু, থনবা, রাজপুত্র রোমাজানা চিংব, (৭০০) সি ॥ ৭ ॥ অমা লৈতৌদনা, রোমাশ্নাবা চিংদুনা; মোয়ান প্রতাপ থাংব ঙমজদুনা চেনজকদুনা থংঙেরে, হংবদা, পাওখুম হৈতদুনা চেনজকপনি থুন্দি, অদুবদি ভাইদা নিংথৌনা হাইদুনাংকদ্দা, কাওদুনা দণ্ড পিয়ু য়াখং থাই ॥ ৮ ॥ শাসন গ্রামদা, পুর্ব্বোক্তহুকহাংলৈ, [illegible]

নিজগন স্বম্বন্ধকে ভোজন করেন ।
ভোজনান্তে তাম্বুলাদি করেন চর্ব্বন ॥
তারপরে শুপ্ত করি বিচার করিল ।
সভাস্থানে কৃষ্ণচন্দ্র আদরে কহিল ॥ ১০ ॥
শুনহ বান্ধব গণ মোর নিবেদনে ।
তোমা সভা কৃপা হৈতে পাউ নৃপাসনে ॥
আজি শ্রীপঞ্চমী দিন আর বুধবার ।
তোমা সভা কৃপা দিলে সিদ্ধ হইবার ॥ ১১ ॥
আর শুণ মোর মনে দুখের কথন ।
ভাগ্যচন্দ্র নৃপ মোরে আদর করেন ॥
তথাপিহ রাজা হয়ে শুখ করি মানি ।
আরশুন পণ্ডিতের কহিলেন বানি ॥
অসি ধারা নামব্রত বর করি মানি ॥
কিবা বৃক্ষ তলে বাস বর হয়মানি ॥
ভিক্ষা করি খাইবেন আত্ম শুখ মানে ॥
পাপী জনে নিজ পাপে নরকে পতনে ॥ ১৩ ॥

এইসব নিজ কর্ম্মে কেহ কর্ত্তা নাই ।
কিণ্ডধন মদ মত্তে আতাশয় নাই ॥
এমতে পণ্ডিত বানী শাস্ত্র কহিলেন ।
রামায়ন রাবনের বচন প্রমান ॥ ১৪ ॥
বিভিষন ঠাই ক্রোধে কহেন বচন ।
বরংযে রামচন্দ্রের বান সহ্য হন ॥
বিভিষনের দুর্ব্বাক্য সহন নাহয় ।
অসহ্য জ্ঞাতির বাক্য শেষান্তর হয় ॥ ১৫ ॥
ক্রোধেতে জ্ঞাতির বাক্য হৃদিবর রৌদ্র ।
তাহা শুনি খেলনাম কহি বাক্য রৌদ্র ॥
শুণ রাজা পুত্র প্রস্ন আমার বচন ।
কৃপালের মূল এই শাস্ত্রের প্রমান ॥১৬॥
কপালে নাদিলে ভূগ না হয়ে শোভন ।
কিবা সয়ম্ভ শিব শক্তি বিষ্ণু যে হয়েন ॥

সাম, দাম, বেদগী মতুং ইরা দণ্ডি তৌই ॥ মতাং অসিদা, ভাগ্যচন্দ্রনা, তেখাওগী লাল পাংবা যোয়ান লানগি রারি লোইরে। ৯ ॥ শোক ১৭১৩ দা সংক্রান্তিনা, মাঘ রাকচিং মুক্ষ মাসগীনা কাইরেন থাগি ৫ নি পানবা শ্রীপঞ্চমী মুমিৎতা, সক্রসন সাইগী মচা ইবুংঙো, কৃষ্ণচন্দ্র শানা লাইগী নোংদম খিবনা ওর তৈনবা বৃদ্ধি আমা লাকখুনা ॥ ১০ ॥ মাগি লরুপ মপাং সাগৈ নাতৈ খোমদুনা, চাক থাংও, পুন্নমক প্রেসাদি সেবা লোইরে। পানা থা য়েন্দুনা পোৎ থারে। অওগী তুংদা চিন্না দরবার বা তানৈ, মীরাম সভাদা কৃষ্ণচন্দ্রনা খুং লোরদুনা হাইরে ॥ ১১ ॥ তাবিয়ু, মরুপ মপাং ইচিন ইনাও, ওরুজম্মাচিংবা বৈবিকপু। পুন্নমক্না কৃপা পিয়ু ঐহু মণিপুরগী রাজসিংহাসন অসি ফংহল্লু। ওসি অসি শ্রীপঞ্চমী দিন্নি, নুমিৎনা য়ুমসকৈসনী অকনবা নুমিৎ অসিদা লান চংগে ॥ ১২ ॥ ঐগী অরাবা পুক্নিং, তাবিয়ু, ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা, ঐহু রাজা লুনা তৌই, অঁহমদি ওইবদা ঐগী পুক্নিংনা, নিংথৌ ওইবা পাম্মি, মমমদি পণ্ডিৎশিংনা হাইরি ॥ ১৩ ॥ কনা কনানা নিংথৌ খুকম পাখদগী, অসি রাধা কৌবা ব্রত তৌনৈ। কনাবা, মযুম সঙ্গাই থাদোকখুনা, উখোং রাখোংদা লৈনৈ, অহুবু অরাবনি থনদে। কনানা মীরৈপাক চেন্দুনা চানখদি দমক ভিক্ষা তৌদুনা, হিংনৈ, অহুবু অপেনবা ওইনৈ। মানা মানা তৌবা কর্ম্মদগী নোংমোক তাই। ১৪ ॥ হাইরিবা পুন্নমক অসি মথন্নাইনা পামদুনা, তৌথনি, কনানা, মথন্না রা তাংবকে ৷ অহনা মরন লৈথনা, নিংথৌ ওইবনং, কননাই কানাইখনা থাগি সাদৈ থাতৈ য়েংবা তৌরগে ।

কপালের দুখ কভু খণ্ডন না হয়।
যে হেতু কপাল মূল প্রমান শাস্ত্রের ॥১৭॥
তাহা শুনি কৃষ্ণচন্দ্র কহেন বচনে।
যত্ন করে রত্ন পায়ে শাস্ত্রের প্রমানে ॥
শাস্ত্র কহি সব কথা নিশ্চয় করেন।
অতএব তোমা সভা উপায় কারন ॥১৮॥
তাহা শুনি নিজগণ ভাল ভাল বলে।
এমতে নিশ্চয় করি হৈলা শেষে বলে ॥
শ্রীপঞ্চমী মধ্যরাত্রী পরে প্রবেশিল।
বহুগুর নিজ সন্য সঙ্গে করিনিল ॥১৯॥
শ্রীদুর্গামায়েজী বলে সিংহনাদ কৈলা।
নিজ সন্য কৃষ্ণচন্দ্র বড় দ্বারে গেলা ॥
লক্ষ্মী নারায়ন আদি পিছে বহু সন্য।
শক্তি খড়্গ বন্দুকাদি প্রবেশিল সন্য ॥২০॥

রাসক আর খেল রস আদি করি তিন।
করাদ্বারে প্রবেশিল সঙ্গে কত জন ॥
খোঞ্জ, আর মণিরাম গৌড়সিংহ তিন।
রাজা গৃহে অগ্নিদিয়া তাহা জ্বালিলেন ॥২১॥
হেমচন্দ্র সেনা পতি দেখি অগ্নিজ্বাল ।
গৃহ হৈতে ধায়াধায়া ক্রুদ্ধ গতি গেল ॥
রূপানন্দ লমথ দুই গুপতে রহিলা ।
বর্ষি ধরি হেমচন্দ্র অঙ্গেতে ভেদিলা ॥২২॥
অগ্নিরনির্ব্বাণ নহে দৈবের কারন ।
দৈব বশে বর্ষি ভেদি প্রাণ ছাড়িলেন ॥
মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র প্রজা অহ্বানিয়া ।
অস্ত্র সঙ্গে শত্রু সন্য তাহাতে ঘেরিয়া ॥২৩॥
শত্রুর নন্দন দুষ্ট কৃষ্ণচন্দ্র ধরে ।
আর নিজজন কত তাহাতেই ধরে ॥

রাজাং রাহৈ খুবাম চাওই। অদুগা নিংবা পুক্লিং মতুং ইন্না কর্ম্ম তৌগনি অদুদা কৎতবা তাবা অরাবা তাবা থরাইগী অপেনবনি অসিবু শাস্ত্রনা পাণ্ডৎনা তৌগদবনি হাইরি। অদুগা রামায়ন্দা রাবোয়া হাইখিবা প্রমান লৈ। ১৫ ॥ বিভিষন্না সিতা হবা চুমদে, হাইদুনা ভাংবা রাজাং তারগা, নংগী রাজাং তাগদৌগী সরুকক্তি রামগী তেন্না থাবনা কবতাই, বিভিষন নংগী রাজাং অসিদো নোং মরুক্সী নুংশাঙ্খি। ১৬ ॥ অসি লৈবনা সাগৈগী রাজাং অসিদি থমোইগী নুংপানি, অদুনা কজনা ভাংবা ভাগ্যচন্দ্রগী রন্দো ঐঙোন্দদি তানা খিনবঙ্খি অদু তাবদা ( খেলনাম ) য়েনখোম খেলেম্বনা, অসাবা য়ানা হাইএ, হেমরাজ পুত্র : ঐগী মা অসি তাও, মীওইবগী অকবা, করবা, মরাইবক্তা তমবনি সাস্ত্রনা লাওরি ॥ ১৭ ॥ মানা কনা অকবা পামচনবু মরাইবক্তা তমজবদা ওইবা য়াবা হৌনদেএ। মাগী প্রমান, সয়ম্ভুব মনুনা, মহাদেব শক্তি ওইব য়াত্রা। সিবনা বিষ্ণু, ওইবা য়াত্রা, মরাইবক্তা অরাবা তাবদা কনানা ককপা ঙমদে শাস্ত্র পুয়মক্তা লাওরি ॥ অদুনা লাল তৌনু মাইখিনি ॥ ১৮ ॥ অদু তাবদা কৃষ্ণচন্দ্রনা খুম্মি, মরু তৌরগা রত্ন কংই ঘেদনা লাওরি। অদুনা ঐগী লাইবক লৈ, লৈত্তে য়েংজগে, থ্বাইনা উপাই তৌখিনু ॥ ১৯ ॥ অদু তাবদা মাগী মী ওইবনা করে করে য়াবরে মাগী মাগী খুৎসু খুনাই সেম সাদুনা মতম ওইদুনা লৈরয়ে। পঞ্চমী নুমিৎ অনুগী অহিং নোংয়াইদা, যাত্রা তৌদুনা লাল লাক্লে। ২০ ॥ দুর্গামাই লাওইনা, কৃষ্ণচন্দ্রগী ভেকোলন্না (বড়দ্বার) য়ুপানগী খোঙ্গা

এইমতে পঞ্চমী রাত্রি বিবাদ করয়ে ।
দুর্জ্জনের চট পট শোভা নাহিপায়ে ॥২৪॥
পদনা চাইয়া চলে কণ্টক আচয়ে ।
অশুদ্ধ চঞ্চল চিত্ত দুর্গতি তাহারে ॥
তবে শত্রুগণ ধরি নৃপতি উত্তম ।
মনেমনে বিচারিলকেন হৈব কাম ॥২৫॥
অধমুখে নিজ মনে বহু চিন্তা হৈলা ।
আহো হরি কৃষ্ণচন্দ্র দুষ্ট বুদ্ধি দিলা ॥
এই কর্ম্মে অততায়ী কেবল হইল ।
এইজনে মারিলেও দোষ নাহি দিল ॥২৬॥

সর্ব্বজীবে পরমাত্মা মোরপ্রভু রৈলা ।
তার হৃদে তার পাপে দুষ্ট বুদ্ধি হৈলা ॥
নিজ পাপে তার হৈয়া আপনি নাশিবে ।
অতএব তারে আমি কভুনা মারিবে ॥২৭॥
যোগ্যদণ্ডে করি আমি তারে শাস্তাইবে ।
এমতে দয়ালু নৃপ নিজ মনে ভাবে ॥
রাজা জ্ঞায়ে সব জন দণ্ডয়ে করিলা ।
খণ্ড বুকে কৃষ্ণচন্দ্রে ভর্ষিয়া বাস কৈলা ॥২৮॥
অন্য অন্য সব জন যোগ্য দণ্ড দিল ।
এইমতে কৃষ্ণচন্দ্র যুদ্ধ সমাপিল ॥

থ,গাইরে । চাওচৈজম লক্ষমি নয়াম্না চিংছুনা তেঙ্গোল কয়াগা চংলাক্রে, তানে, থাংনে, নোংমৈনে অসিনা ক্রিরিক ইম্নহনা চংলকই থীংবা ভমক্রে । থোং পুবা ছন্ত্রি কাইছুনা চেল্লে । ২১ ॥ অদুদগী, কাবা রসিক্লে. ম্নেংথোম থেংলেপ্পনে, ভাইরাংবম রসশিংনে, মখোয় অহুম্না লুচিংহ্রনা, মী কয়া লোইনরগা (কার ছারে) করাওবা থেং ২ শুবা থোং ম্নৈথ্রে ॥ থ,গাইথ্রে, থীংবা ভমক্রে ॥ থোং পুবা ছন্ত্রি কাইছুনা চেল্লে । থোইস্নাম থোমজোম্বনে । পোংসংবা মনিরাম্মে । ভোইজম মুকুন্দগী মনাই গৌরোনে, মপোয় অহুমনা চম্না চংখিহ্রনা লিংথোগী সঙ্গাই মৈ থারে । মৈবিগা, মৈথোনগানা পূমনিন মিনথ্রে ॥ ২২ ॥ অদু উবদা মচ ইবুংঙো হেমচন্দ্র সেনাপতিনা মৈ কনগে হাইছুমা চেম চেম লাকপদা অঙোম নাই রুপানন্দনে, কাংজম লমথোইনে, অনিনা লোম্না লুমহনা তানা থিল্লে ॥ ২৩ ॥ লাইগী নোংদম থীবনা, মৈ কনবা ভমক্রে সঙ্গাই তুম্না চাকথ্রে । মচাইবুংঙো হেমচন্দ্র সেনাপতি অহুম শিরে । ভাগ্যচন্দ্রনা প্রজা কোদুনা, মাইগে ৪দগী প্রজানা খুলাই পাইছুনা কোইশিনলক্,না ॥ ২৪ ॥ কৃষ্ণচন্দ্রবু কারে , মাগী তেঙ্গোল অমম্ম্নং অমা রাংতনা কারে । অম্নমনা শ্রী পঞ্চমী সুমিংকী অহিং অসিদা রাখোক অসি ওইখি । নোংকাল্লে, পুম্নমক অসি বত্তি সংদা লৈথ্রে । মপুক কংতবনা, লোং কেংং তোবদা অকবা করিসুং থোক্তে ॥ ২৫ । থোং থাংবদা মিংনা ম্নেংছুনা থাংত্রবদি তিংখং য়,ই । অহুগা পুকচেন সেংদবা মপুক কেম্না ভচদবদগী, মিগী মপোং হুয়ানপুহনা নিংথো দণ্ডি কংতি ॥ মসিবু মৈতৈ ঐথোয়গী তেংথাদা, (নমু পোংওইবনা, খোংকাপ চংকম উদনা, সমুখোংখাংবদি, লক,ং কমজিং লাংনা মিথ,নৈএ ॥ মসিগী তেংথা অসি তুংদা করি থোকদগে খংদনা চংপবুনি ॥ তেংথা ১ না লৌনম হুয়ানবগী, পূক্লিং কমহোং তোইবদি তাইবং অয়াংবনা মৈথ,নৈয়ে ) অসিগী তেংথা অসিনা হুয়ানবনা, দণ্ডি কংতি হাইবনি ॥ মসি কবিগী ভনিংনি । রারিগী মপুং লাকপনা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ বিচারগী মতমদা রাখন রাথ্রে ॥ ২৬ ॥ সু লুক,না থল্লি, ওথোকপনিনা হে কৃষ্ণচন্দ্র অথোকপা কর্ম্ম তৌইদা, মসিদি অততাইমি । ২৭ ॥ অদুদা জিব পুম্নমক্তা পরমাত্মাগি মথক

তার পরে আর কথা শুণ শ্রোত্তাগণ।
ভাগ্যচন্দ্র রাজা এই মহাত্মার গুণ ॥২৯॥
শ্রীগোবিন্দ কৃপা পাত্র রাজা ভাগ্যচন্দ্র।
শ্রীরাধা বিনোদ রসে হৃদি বড় সান্দ্র ॥
আর যে শ্রীগুরু পদে বড় দৃঢ় মতি।
শ্রীগুরু করুনা সিন্ধু দীনবন্ধু অতি ॥৩০॥
কৃপা কর দীনে মুঞি করুনা সাগর।
ভব নদী পার হৈতে করুনা তোমার ॥
শ্রীগুরু কাণ্ডারি রূপ ভবনদী পারে।
গুরু কৃপা ব্রজগুঢ় নিত্যসেবা পারে ॥৩১॥
এমতে শ্রীভাগ্যচন্দ্র দিবানিশি ভজে।
রাজার সম্মতে প্রজাগুরু ভক্তি ভজে ॥
বর্ণগুরু ব্রাহ্মনাদি রাজানুগা হয়।
দীক্ষা মন্ত্র রাজ ঠাঁই আকাঙ্ক্ষা করয় ॥৩২॥
ভাগ্যচন্দ্র গুনামৃত সর্ব্ব প্রেম ময়।
মনিপুর হেন রাজা কভু নাহি হয় ॥
গোবিন্দ ভকতি কর্ত্তা মনিপুরে কৈল।
কর্ত্তা মহারাজা বলি অদ্যাপি ঘুষিল ॥৩৩॥
শ্রীনরোত্তম গুনে সর্ব্বাকৃষ্ট হয়।
তেনমতে মনিপুর ভাগ্যচন্দ্র হয় ॥
রাজার নন্দিনী যেই শ্রীমতি ভাগ্যবতী।
যার প্রেমে সর্ব্বজনে সদা ভুলমতি ॥৩৪॥
শ্রীগোবিন্দ স্মরি স্মরি সদা নিয় ঝুরে।
গোবিন্দ নার্পিত বস্তু ভক্ষ নাহি করে ॥

ওইদুনা, ইবুংঙোনা মৈএ অদুবু মাগী মাগী পাপনা কর্ত্তবা পুকচেল চেল্লি। মানা তৌবা কর্ম্মনা মানা মাংজবনি। অদুনদি মাবু ঐনা মাংহন্দ্রবসুং ঈশ্বরনা মাগী দণ্ডি পিজগনি, অদুনদি মাবু ঐনা হাৎলরোই ॥

।২৮॥ মতিক চাবা দণ্ড থর পিরগা মাগি কৎতবা পুকচেন করক সুদু খোজান হৈবা ভাগ্যচন্দ্রনা রাখন অসিৎন্দুনা নিংথৌগী রাথংমতুং ইয়া মাগি মিচং ওইরম্বা মণিপুরগী প্রজা দণ্ডি থর তৌরগা তৌক্লে কৃষ্ণচন্দ্রবুনা নংগি মতিক্তি থরাই লৌবরাই অদুবু পামুরবা মপোকনি মাংহম্বা কৎতে অদুনা খৌবুম লোইচনগে হাইদুনা খৌবুম লোইখাপ্লে ॥২৯॥ অসুম্বা মাগি মাগি মতিক চাবা দণ্ডিপিপ্লে মতাং অদিদা কৃষ্ণচন্দ্রগী লানগী রারি লোইরে। মথাগি রারি লেংজরগে ভাগ্যচন্দ্র কৌবা নিংথৌ অসে মহাত্মাগি গুন্নি ॥৩০॥ মিনা রেংবদা উবদি নিংথৌনি রাজ্য ভুবচাবনি। মমুংদদি গোবিন্দগী প্রেম পাত্রনি। শ্রীরাধা গোবিন্দগী প্রেমরসনা থল্লবা থমোইনি। অদুগা শ্রীগুরু সেবগি ভক্তিদা অচেৎপনি অদুনা গুরু কৃপা কংব মনাইগী ॥৩১॥ মনাই অচানবদা ভক্তি তম্বি মশামসুং চৎলি। হেগুরুদেব খোজান্না সমুদ্রগম্বা ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু। সংসারগী সমুদ্র লানগদবা অসি গুরুদেবগী কৃপানৰি। গুরুদেবনা কাণ্ডারি ওইদুনা ভবনদী লাল্লি। গুরুকৃপানা থুপপ্রবা ব্রজ রস সেবা ফংজবনি ॥৩২॥ ভক্তি অসি ভাগ্যচন্দ্র অহিং কুঙিল ২দা থাদোক্তে। নিংথৌগী তুং ইন্দুনা মণিপুরগী প্রজা অপুবা গুরুভক্তি কৃষ্ণ সেবা তৌনখি। বর্ণ পুরমকি গুরু ওইবা ব্রাহ্মণা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী সেবা ভক্তি উবদা প্যারখি ১মুং তমুখি ॥৩৩॥ ভাগ্যচন্দ্রগী মগুনদি কৃষ্ণগী প্রেমা লাবা মূর্ত্তিনি। মাগুম্বা নিংথৌ গা ম'ম্রবা কনা লৈরোই

গোবিন্দ আগ্রেতে সদা প্রার্থনা করয়ে।
প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দ কৃপা কর মোরে ॥৩৫॥
কবে নিজ দাসী হৈয়া জনম গুঙাব।
অহে প্রানেশ্বরী রাধে চরনে থইব ॥
তোমা কৃপা নাহিহয় কৃষ্ণ নাহি পায়।
নিজদাসী গণনে মামপি গণয় ॥৩৬॥
অষ্টবর্ষে উর্দ্ধা কন্যা এমতে প্রার্থয়ে।
দিনে দিনে যুগলাগ্রে এমতে করয়ে ॥
কন্যা মনে বুঝি রাজা এক বুদ্ধি কৈলা।
গোবিন্দের ইচ্ছা মাত্রে এ বুদ্ধি করিলা ॥৩৭॥
কন্যা লয়া একদিনে গোবিন্দাগ্রে গেলা।
নিজ কন্যা গোবিন্দকে তেহো সমর্পিলা ॥

দুটী আঙ্খি নীরঝুরি কান্দি কান্দি কহে
মণিপুর পুরন্দর শ্রীগোবিন্দ অহে ॥৩৮॥
তোমার চরনে দীনে কন্যা সমর্পিনু।
পাপিষ্ঠের কন্যা বলি কভুনা ত্যেজিবু
অহে প্রানে শ্বরী রাধে শুন মর বচনী।
নিজদাসী গণ মধ্যে রাখ শুবদনী ॥৩৯॥
মন্দির নিকটে আমি একন্যা থইব।
তোমা দ্বরা যথাযোগ্য সেবাদি করিব ॥
এতবলি নৃপমণি দন্ডবত কৈল।
এইমতে নিজ কন্যা সমর্পণ কৈল ॥৪০॥
মন্দির নিকটে এক গৃহ নির্ম্মাইল।
ভাগ্যবতী নিজ কন্যা তাহাতে থোইল ॥

কৈতে। মণিপুরপ্রজা পুম্নমকপু গোবিন্দভক্তিদা কার্ত্তাপি হাইহুনা মাবু কার্ত্তা মহারাজ কৌথি ॥ অহাম্বা মীং ভাগ্যচন্দ্র, ৩শুবা চীংথং খোম্বা ২শুবা মীং শ্রীজয়সিং, ৪শুবদা' কার্ত্তা মহারাজ কোই মিং ৪না কৈতেংবা নিংথৌনি ॥৩৪॥ কেওঘীদা তরোত্তম্না জীববু কৃষ্ণপ্রেমদা তাওহনবগুম মণিপুরদা ভাগ্যচন্দ্রনা ওই ॥ নিংথৌ মচা ইবেম্মা ভাগ্যবতী মানা গোবিন্দদা ভক্তি সেবাদি মীনা শুরুবা, রাজ কন্যানি ॥৩৫॥ ভাগ্যবতী রাজ কন্যানা গোবিন্দদা কৈবা প্রেম' মনাই পাংদবনা করম লেং-গদগে, অশুকপনি। গোবিন্দবু নিংশিং নিংশিংহুনা, কপই. মীত্তগী পিকংদে। গোবিন্দদা কৎলবা প্রেসাদি নত্তনা করিশুবা পোৎ অমত্তা চাদে। গোবিন্দগী অগ্রদা মাংদা নিত্তিগী নোংমা কাংদনা প্রার্থনা তৌই। হে প্রান নাথ গোবিন্দ ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু ॥৩৬॥ করম্বা মুমিং থাদা ননাই ওইজরনা মপোক লেনসিগে হে প্রানেশ্বরী রাধে ননাইবু চরোনগী নাকা থম্বিয়ু ইবেম্মগী কৃপা নত্তনা কৃষ্ণ পাদ কংবাগুমদে অহুনা ননাইবু ননাই মরক্তা য়াওহনবীয়ু থম্বিয়ু ॥৩৭॥ ভাগ্যবতী কন্যানা অহুম্না কৎলকপা ভক্তি অসি চহি ৮দগীণী মাগি ভক্তিউবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা দীক্ষাপিহ্লুন, মচাবু প্রনালিকাতগী অহুনা মরম ওইহুনা নোংমা নোংমাপি ভক্তি কজকা লুবা হেনগৎলি,। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা মচাগি লুহোংনবা রাসি, ইকাইবা হুন্দোকুনা হাই। রাবকৈতে, মী থাক-খুনা হংহনি য়াব কৈতে,। করারক হংবদা অহু মতাইগে ॥ নোংমা ভাগ্যচন্দ্রনা [illegible] [illegible] থৌংথদা গোবিন্দদা মাসা কৈবসি উইয়ে। ॥৩৮॥ মুম্না থম্বগা অকবা নুংথৎ অমদা ভাগ্যবতী পুর্ননা গোবিন্দগী মাংদা মচাবু থম্বে, অহুদা কন্যাদান কৎলকই। [illegible] পিপিইবা [illegible] [illegible] [illegible] হাইবিকই মণিপুর পুরন্দর শ্রীগোবিন্দ প্রভু ॥৩৯॥ [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]

অষ্টবর্ষে ঊর্দ্ধ হৈলা রাজার কুমারী ।
সেঘরে নিরন্তরে জপে মাত্র হরি হরি ॥ ৪১॥
বিষয়াদি ভোগ ক্রিয়া নাহি করে মতি ।
কাম ক্রোধ মাৎসার্য্যাদি ত্যাগিলেন মতি ॥
অন্য ভাব নাহি করে গোবিন্দ মাত্র ভাবে।
হেন কন্যা মণিপুরে কভু নাহি হবে ॥৪২॥
সামন্য জনের মধ্যে নাহয় গণনা ।
গোবিন্দের ইচ্ছা মাত্র জম্মিএই গনা
তাহার প্রমাণ এক মানিল মনেতে ।
যোগ পীঠে শ্রীরূপে গোবিন্দ প্রকটিতে ॥৪৩॥
মানসিংহ রাজা তাহা মন্দির যেকরি ।
সেহ কালে প্রেমাবতী গোপের কুমারী ॥
তাহার গোবিন্দ দেব প্রেম সমর্পিলা ।
মানসিংহ রাজা সেবা গোবিন্দে করিলা ॥৪৪॥
সহস্র টঙ্কা রেজাই গোবিন্দে সমর্পিলা।
নিশা কালে প্রেমাবতী ঘরেতে আইলা ॥
সেরেজাই প্রেমাবতী গোবিন্দ অর্পিলা ।
প্রাতঃ সেবাকালে অঙ্গেবস্ত্রনা রহিলা ॥৪৫॥
বস্ত্রচুরি শ্রীজিবাদি বহু দুঃখ হৈলা ।
সহস্র তঙ্কা রেজাই রাজা পূর্ণ দিলা ॥
একদিনে প্রেমাবতী দর্শনে আইলা ।
সেরেজাই পৃষ্ঠে করি মন্দিরে আইল ॥৪৬॥
দেখিয়া শ্রীজিব কহে গোপী চুরি ধর ।
ইবলি সেবল সবরহে ধরিবার ॥

ইবুংঙোদা কৎলবনি, পাপচেনবগি মচানি হাইদুনা খাদোকপিগনু । হেপ্রানে শ্বরী রাধে, ননাই অসে ভসিদগী ননাই ওইবীনুনা থম্বিগ্রে। অসি হাইনা প্রার্থনা তৌদুনা গোবিন্দদা মচাবু কন্যা দান তৌগ্রে। ৪০ ॥ মন্দিরগী নাক্ত সং অমা সারগা থমজরগনি ইবুংঙো ইবে-শ্বগী সেবা তৌনবিরে। অসি হাইদুনা নিংথৌ দণ্ডবত তৌদুনা মচা কৎগ্রে। ৪১ ॥ অহুগী তুংদা মন্দিরগী নাক্তা সং অমা শাদুনা মচা ভাগ্যবতী সেবা তৌরে। থমগ্রে। অসুম্বা চহি ৮ দগী ভক্তি তাললকপনা, মনিং থুংলদুনা য়ুম অদুদা লৈরগা, গোবিন্দগী সেবা নাম শোন্দুনা মতম লেপ্লি। ৪২ ॥ সংসারগী বিষয় মাঙোন্দা চংদ্রে। লোভ মুহনাচিংবা পুম্নমক সংসারগী মরদগি থাগ্রে গোবিন্দদা থাংগ্রে। অতোপ্পা রাখন থাগ্রে গোবিন্দদা লেপগ্রে। মাগুম্বি কর্না মাংদা ওইখিদ্রে, তুংদাসু লাকলোই। ৪৩ ॥ মাবু মীচম অমনি হাইনা লৌরবাদ দোষ ওইগনি, গোবিন্দগী ইচ্ছানা পোকপনি। মাগি প্রামান্দ, ব্রজভূমিগী মধ্য বৃন্দাবন্দা, শ্রীরূপ গোস্বামীদা শ্রীগোবিন্দনা ( প্রকত ) শাওদুনা সেবা তৌরে। রূপগোস্বামী লীলা লোইশ্রদুনা শ্রীজীব গোস্বামীনা, সেবা অমুক চৎলে। ৪৪ ॥ মতম অদুদা জয়পুর নিংথৌ, মানসিংহনা, মন্দির কৎদুনা সেবা তৌই। মতম অদুদা প্রেমাবতী কৌবী গোপী অমনা গোবিন্দদা আত্মা কৎ-থুনা প্রেমসেবা কৎলি, লোংমা মানসিংহ নিংথৌনা, গোবিন্দদা ॥ ৪৫ ॥ লুপা লিশিং অমা ( ১০০০ ) পিবা, রেজাই কৌবা ইরুকি নমথাং অমা কাপি। অদুম থোক্লি, অহিংদা গোবিন্দনা, প্রেমাবতীগী য়ুমদা ফাকা ফৌবা লোংবদা হমাইদা রেজাই অদু পিথোকলমে, লোংতাক্লগা, পুজারিশিং ফাকা ইংখবা ফৌবাই নমথাং লৈতখদরে ॥ ৪৬ ॥ ব্রজবাসী মরাম শ্রীজীবনা তিল্লবা

সেইদিতে প্রেমাবতী জানি চিন্তা কৈল ।
সেকালে আকাশবানী তারে শুনাইল ॥৪৭॥
কিছু ভয় নাকরিহ প্রেমাবতী শুণ ।
শুণিহযে' প্রেমাবতী তাহারহি লেন ॥
ধরিতে উদ্যম দেখি প্রেমাবতী কহে ।
তোমারা ঠাকুর দেই কিকরিবে মোহে ॥ ৪৮ ॥
মিতি নিতি মোর ঘরে আইদিলা অহে
তাশুনি শ্রীজিব তয়ে নিবারন তাহে ॥
মোর প্রভু প্রিয়া এই অপরাধ চয়ে ।
দণ্ডবত প্রনামিলা প্রেমাবতী পায়ে ॥ ৪৯
ক্রোধ হয়া প্রেমাবতী পদাঘাত কৈলা ।
শুনহ শ্রীজিব মুঢ় মোরেনা জানিলা ॥
হেন কালে শ্রীগোবিন্দ ইঙ্গিতে কহিলা ।
শ্রীজিব আমার প্রিয়া প্রেমাবতী হৈলা ॥ ৫০ ॥

হেন হেতু মোর ভোগ তাহারেহ দিবা ।
জানিয়া শ্রীজিব তবে প্রসাদাদি সেবা ॥
এইমতে মানিলেন রাজার কুমারী ।
শুণ ভাগ্য ভাগ্যবতী ভাগ্যের কুমারী ॥ ৫১ ॥
গোবিন্দের প্রেম পাত্রী এমতে প্রমান ।
গোবিন্দের ভোগ লাগী করিল সেবন ॥
দিনে দিনে গোবিন্দের মন্দির সেবন ।
তুলসী পুষ্পচন্দন করিল অর্পন ॥ ৫২ ॥
নিশি নিশি ভাগ্যবতী অনুরাগ মগ্ন ।
কান্দি কান্দি শ্রীগোবিন্দ দর্শনাকাঙ্খাহয় ॥
হা গোবিন্দ প্রান হরি হরি মোর মন ॥
নাদেখিলে নাহিরবে রবে কি পরান ॥ ৫৩ ॥
নাদেখিলে সেনামুখে মুখেমুখম্লান মন ।
এজ্বালা নানিবে জলে জ্বলেরে দ্বিগুণ ॥

থম্বদা, হুপ্রে হাইদুনা লৈনরে, মানসিংহ নিংথোনা অমুক লুপা ১০০০ পিদুনা য়েজাই লৈদুনা কৎলে ॥ অদুনা তুমিৎ কয়ানি লৈরবা তুংদা প্রেমাবতীনা য়েজাই অদু ইন্দুনা গোবিন্দ দর্শন লাকই ॥ ৪৭ ॥ অদু উংদা শ্রীজীবনা, য়েজাই হুরানবী গোপীনী কাও হাইদুনা থোদাদুনা কাগ-দবনি হাইদুনা লৈপ্রে, ইরাং অদু উবদা প্রেমাবতী অরাবা বাখন ওইপ্রে। মবাইগী অরাবা উবদা আকাশ বানীনা প্রেমাবতীদা তানবা লাওরকই ॥ ৪৮ ॥ হে প্রেমাবতী, কনাবু কিরুদু রারুদু তাকাপ অদু তাবদা কনাবু কিপ্রে ॥ কাগদবগি লাংলিবা থৌরাং অদু উবদা প্রেমাবতীনা হাইরকই, ঐনা, ইনলিবা য়েজাই অসে. নবুংতো গোবিন্দনা পিবনি ঐনা হুবা নত্তে ॥ ৪৯ ॥ নবুংতোসে তুমিৎ থুদিংগী ঐগী নাক্ত লাকই। অদু তাবদা শ্রীজীব গোসাঞিনা কিদুনা কাবা থামপ্রে। গোপী অসিদি প্রভুগী পৃয়া দাসীনী ওইব তাই, ঐনা বাখন লাপ্লে, হাইদুনা প্রেমাবতীগী চয়ন লোকনা দণ্ডবৎ তাদুনা খুরম্নি। ৫০ ॥ অদু উবদা সাওত্না পাদনা আঘাৎপি। হে শ্রীজীব অপংবা নংদি ঐবু খংদবোরে। মতম অদুদা গোবিন্দনা কৃপা পিবি, হে, শ্রীজীব প্রেমাবতীসে ঐগী পৃয়ানি ॥ ৫১ ॥ অদুনা ঐগী প্রসাদিনাচিংবা পিথো গোবিন্দগী কৃপা অদু কংবদা শ্রীজীবনা সেবা লুনা তৌদুনা প্রসাদিনাচিংবা লানশিন্দুনা ভক্তি কৎখি ॥ অদুগুম্বা ভাগ্যবতী রাজ কন্যা অসি লাইবককবা নিংথৌগী মচা, লাইবক কবী কুমারীনী ॥ ৫২ ॥ গো-বিন্দগী প্রেমগী পাত্রীদি প্রমান অসি লৈএ। ভাগ্যবতী গোবিন্দগী রসমা হৌবদা মুক কৎপদা

আমার দুর্ভাগ্য ফলে ফলে এই চিত্তে।
অবলা সরলা নারী নারী যে সহিত্তে ॥ ৫৪ ॥
সপিয়াছি তবপদে পদে পড় মন।
দুয়ায় আনিয়া তারে তারে কোনজন ॥
তোমার পাইতে আশা আশা তোহঠাই।
নাহিপায় মোর ভাগ্য ভাগ্যোদয় নাই ॥ ৫৫ ॥
প্রান নাথ কৃপাকর কর দরর্শন।
বিনামূল্য দাসী হই হইবে জীবন ॥
নতুবা ত্যজিবে প্রান প্রানকি জীবন।
তোমার বিচ্ছেদ জ্বলে জ্বরে মোর মন ॥ ৫৬ ॥
কান্দিল বিকল প্রেমে প্রেমে ঝুরে জলে।
রাত্রি কালে এইমতে মত্ত প্রেম জ্বলে ॥
এইমতে ভাগ্যবতী চরিত কহিল।
যারগুনে ক্ষত্রগৃহে গোবিন্দ আইল ॥ ৫৭ ॥

ভক্তের আনন্দ দায়ী কৌতুকে শ্রীহরি।
মধ্যে মধ্যে যার প্রেমে রহে মন হরি ॥
গোবিন্দ আইল চিহ্ন দেখে পুরজন।
প্রাত কালে সৈরন্ধীরা শয্যাতে দেখিল ॥ ৫৮ ॥
কভু কভু গোবিন্দের পাগুরি দেখিল।
কোনদিনে গোবিন্দের বংশিকা দেখিল ॥
অলঙ্কার হার আদি দেখে কোনদিনে।
কুটিয়ে পুরুষ গেলা দেখে কোনদিনে ॥ ৫৯ ॥
এইমত্তে কভু কভু সব দেখিছেন।
দেখিয়া শুনিয়া সব আনাস্তিক হেন ॥
কিবা কিবা এই বলি পরষ্পর কহে।
প্রজা কথা নৃপ আদি শুনিলেন তাহে ॥ ৬০ ॥
গোবিন্দেচ্ছা নাজানিয়া প্রজা কানা কানি।
কোনবা চরিত্র বলি কহে এই বানী ॥

চাখোম্না সেবা য়াওই। নোংমা কাংদনা মন্দির সেবা তৌই। তুলসী পত্র, লৈ চন্দনগী সেবা ফজনা হোংনৈ ॥ ৫৩ ॥ অসিনা নোংঙালবদগী নুমিৎ তাবা কাওবগি সেবানি। অহিং খুদিংদা ভাগ্যবতীনা কৃষ্ণ অনুরাগদা মপুং হাপ্তুনা গোবিন্দ দর্শন খোয়াংঙি ॥ প্রার্থনা তৌই হাগোন্দ প্রানহরি, ইবুংঙোনা ঐগী পুক্কিং হুশ্রে। অদুনা উৎবদি লৈবা ঙমদ্রে করম তোনি। ৫৪ ॥অসি প্রার্থনা তৌই অদুনা গোবিন্দ কাইবগী মৈনা মাইখোং মুশুক মুনা কাই। অদুগী মৈশা অদুনা নোংমা নোংমাগী হেনজিনলকতুনা অহিং অসি অঙাওবীগুন্নি। অহিং চুপ্পা কপই ঐগী লাইবক খীবনা দর্শন কংদ্রে অদুগা অবলা সরলা ওইবী নুপী মচা ঐনা অমুক চাকপা মৈ অসি পুদুনা করম পুনসী লেনগনি। ৫৫ ॥ শ্রীচরন্দা মন কৎলুবদগী চরন্দা মন লৈদ্রে। লৌখোক পিনবা কনা লৈদ্রে। ইবুংঙোবু কংগনি থল্লুবদগী কংগদবা আসাদা লৈদ্রে, লাইবক খীবনা কংবা কৌবদি লৈদ্রে। ৫৬॥ প্রননাথ গোবিন্দা ননাইদা কৃপা পিয়ু। মমন য়াওদনা চরনগী ননাই ওইরবনি। শ্রীমূর্ত্তি দর্শন কংদ্রবদি ননাইগী জীব হিংগনি নিংদ্রে, প্রেমগী মৈশা পুবা ঙমদ্রে। ৫৭ ॥ ভক্তি অসি অহিং খুদিংগীনী নোং হেক ঙানবগা ইরুজদুনা গোবিন্দগী মন্দিরদা লৈদ্রে অদুনা হন্দোক হজিন সেবাগী লাংখোক লাংসিন তৌদুনা অদুম লৈ অরাবা ওইদে। অদুদগী সন্ধ্যা র্ত্তি লোইদুনা শয়ন আর্ত্তি তৌরগা য়ুমদা চংদুনা লৈবা মতমদদি ভাগ্যবতী লৈবা ঙমদ্রে। য়ুম মচা অদুগী মনুংদা গোবিন্দগী খুদা ১ থারগা অদুগী কমাংদা কমদুনা গোবিন্দ

শুনি রাজা দুঃখমনে লজ্জাম্বিত হৈল।
দ্বিতীয়ের পাত্র সঙ্গে গুঢ় যুক্তি কৈল ॥ ৬১ ॥
যুক্তি করিসৈরন্ধ্রীরে ছিদ্র চাহাইল।
রাত্রিতে পুরুষ যুবা সেকুটীরে গেল ॥
কন্যার কুটীরে গেলা প্রত্যক্ষ দেখিল।
সৈরন্ধ্রী বিচার করি চাহি রহি গেল ॥৬২॥
একজন গিয়া নৃপে সবজানাইল।
শুনি গৃহে ঘেরিলেন নৃপাদি সকল ॥
রাণী আদি পুরজন ঘরে পাঠাইল।
কন্যা গৃহ ভিতরেতে কেহনা রহিল ॥৬৩॥
বংশিকা পাগুড়ী দুই শয্যাতে রহিলা।
গোবিন্দের অঙ্গগন্ধ সব ভাষাইলা ॥
তুলসী চন্দন পদ্মগন্ধ:য হইলা।
তাদেখি বিস্মিয়া পুণ সকল হইলা ॥৬৪॥
নৃপ আদি সবজন বিস্ময় পাইলা।
গোবিন্দ মাত্রের কর্ম্ম সত্য রাজানিলা ॥
রাজ কন্যা গোবিন্দের প্রিয়োত্তমা হৈল।
এইমতে সর্ব্বজন সেহৈতে জানিল ॥৬৫॥
সেই হৈতে দেব প্রিয়া নামসে হইলা।
গোবিন্দের ইচ্ছা মাত্র জনমে মানিলা ॥

কৌহনা কপাই। তুম্বা নত্তে অহিং চুপনা গোবিন্দ কৌহনা লৈয়ে। মাগী প্রেয়া খাংবা রাজ হনা অহিং অহিং গোবিন্দ লেংশিংন্দুনা মাগী সেবা লৌপ্রে। ৫৮॥ মনাইগী পেনহনবা হাই-বসিনি গোবিন্দগী মখৌনিনা মনাইগী জীব কনখ্রে। মরক মরক্তা ভাগ্যবতীগী প্রেয়া গোবিন্দ লেংশিনি হাইবসিগী চিহ্নসে কোনুংদা লৈবা মীবু খংহল্লে গোবিন্দনা মওঃদি ( সৈরন্ধ্রীনী ) সংগাই লংবী লেবা তৌখিনা ভাগ্যবতীগী য়ুম মচা অহুগী মনুংদা থাগিবা খুদা অহুদা। অয়ুকী সেবা হনদোক হল্লিব চংবদা। ৫৯॥ নোংমনা গোবিন্দগী কোকখোন উই। নোংমা অমনা বংশি উই। নোংম অমনা অলঙ্কার লিকনাচিংবা লৈবা উই। করিগুম্বা নুমিৎতা অখোংবা অহিং দা মী চংখিবা উই। ৬০॥ অসিনা নুমিৎ রাজহনা লৈপাক পুমনিন নিঙ্গরে, মনিপুর প্রজানা ভাংনৈ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা মচা অভাং অসিবু ময়ুম পানহনগেদি হাইরহনা লাইনিংহন লিবনি হায়হনা খবসাই হৌজিক করি থোক্লে নুপা কোইরেদো মকুং করি লাকনি। অমুয়া লোয়া ভাংনবদগী কোংনা ভাংনরকহনা নিংথৌ ভারে॥ ৬১॥ গোবিন্দগী ইচ্ছানা তৌবনি খংদবনা প্রজা মীরায়া থীনা ভাংবা ভাংবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ ইকাইবনা মাইখোং মুনা কাহনা অচেৎপা মনাইগা রা ভারে। ৬২॥ খন্নবদা চংলিবা মী অসি কাদনদি অকবা ওইরমোই অয়ুদি কায়সি হাইহনা সৈরন্ধ্রী ৪ দা সনা রাখং পিরে নখোই মরিনা মাইগৈ ৪ দা নুমিৎ ভাবদগী নোং-রাই কাওবা লৈরু। ভাগ্যবতীগী য়ুমদা নুপা চংবা য়েংও, তলেংনা চংশ্রে হাইবা উরবদা প্রৈভোন্দা হাইয়ো হাইহনা ৪ সি থাপ্রে। অহুপা মনাই করাদা সজাই মনুংগী মী পুরজন রাখং থাহনা লুমহনা লৈনখ্রে। নুমিৎ ভারে, শয়ন আর্ষি লোইরে মী খুদিং হয়খ্রে অচিকপা মতম ওইরবদা, গোবিন্দনা ইকোং কোংনা পাখং অমা ওইহনা লেংশিনখ্রে অয় উবদা ৬৩॥ লৈরদি ৪ বা ভাবহনা ওনা লেম্রহৌবদা ১মা নিংথৌদা হজংলরে অয় ভাবদা নিংথৌদা লোইবনা

এইমতে রাজ পুত্রী প্রসঙ্গ হইল ।
অপরাধ ক্ষেমা কর বৈষ্ণব সকল ॥৬৬॥
মুঞি অতি দীনহীন নাহি শাস্ত্র জ্ঞাণ ।
অধম জানিয়া মোরে কৃপা করদাণ ॥৬৭॥

॥ ত্রিপদী ॥

মণিপুর পুরন্দর, শ্রীরাধিকা প্রানবর,
শ্রীগোবিন্দ কৃপালেখি পুথি ।
শ্রীরাধা বিনোদদেব, আমার কুলের সেব,
কৃপায়ে রহিলু আমি পুথি ॥

গোবিন্দ বিজয় পুর্ব্ব শ্রীরাধা সহিত সর্ব্ব,
[illegible] হৈত্তেপায় ।
ভজমণ অনুক্ষণ, নিবিষ্ট করিয়াহেণ,
যাহাহৈত্তে বিঘ্নসব পায় ॥১॥
আর নিত্যানন্দনচন্দ্র, নিরুপম মুখচন্দ্র,
পদনখ যেন দশবিধু ।
রক্তোৎপল জিনিপদ, ভুবনে অতুল্য পদ,
তার কৃপা রচিলাম সাধু ॥

মীয়াম্না পুমকোই কোইরগা ভাগ্যবতীবু পোকপী দেবহুতী মমাদা মচাওক্লবীগী নরা কাও রাখং পি। স্না রাখং কংবদা রানী কয়াগা লোইনহুনা মচাবু থোং হাংহনলগা য়েংবদা কনাম্নুং লৈত্রে। ৬৪ ॥ কনা লৈতে হাইব তাবদা নিংথৌ মীয়াম চংহুনা য়েংবদা মচানা থারিবা গোবিন্দগী খুদা কাংদোন মথক্তা ইবুংঙোগী বংসিগা কোকথোনগা লৈরম্নে ইমুং মচা অহু গোবিন্দগী অঙ্গ গন্ধনা থনথে। তুলসীগী গন্ধনে জাচন্দনগী গন্ধনে থম্বালগী গন্ধনে অসিনা পুমথন থনগে, ভাগ্যচন্দ্র মবুংঙোগী গন্ধ কংবদা রানথত্রে মীপুম খুদিং ওরুথ্রে ॥ ৬৫ ॥ অহুগি তুংদা নিংথৌনা চিংবা প্রজা পুম্নমক গোবিন্দগী লিলানি থংনথ্রে মমৈ অহুদা থম্বরুবদা মহাদোষনি থম্নুনা অকিবা পোকনখি। ভাগ্যবতী অসিদি গোবিন্দগী প্রিয়া ওইবোরে। থংনহুনা মীয়াম্না থীন ঙাংনবা অহু তোকথ্রে ॥ মাবু উবদা ভক্তি কৎনথে ॥ ৬৬ ॥ নুমীৎ অহুদগী, সীজ লাইনীংবি কোথি। অহানবদা, বিম্বাবতী মঞ্জুরী কৌই। অনিশুবদা ভাগ্যবতী কৌই। অহুমশুবদা সীজ লাইনীংবি কৌথ্রে। মাবু মীনী হায়নখিত্রে, গোবিন্দগী ইচ্ছানা পোকপা কন্যা অমনি হায়নখি। মতাং অসি ভাগ্যবতীগী রারি লেংবা লোয়রমগে, শ্রোতা বৈষ্ণব খিবিক্লা দোষ তৌবিগনু খুরমজৈ ॥ ৬৭ ॥ লাইরিক হৈজদবা মনায়নী, পামজবদগী লেংজবনি, অতোনবনি থংনা চানবীয় ঃ । (ত্রিপদী) ॥ ১ ॥ মনিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দগী কৃপানা লাইরিক অসি লেংজবনি ॥ ঐগী কুল দেবতা, শ্রীরাধা বিনোদগী কৃপানা লেংজবা ওমজবনি ॥

শ্রীবিজয় গোবিন্দ, বিনেদৌনী রাধা, খুরমজবদা অমম্বু ঙাম্নবা, অসুম্বা চরন্দা হে মন কাওবা লৈতনা নিংসি। য়েখাই থিদাইবা পুম্নমক কোকনি ॥ ২ ॥ নিত্যানন্দ প্রভু মাইথেংনা, থাওয়, খুজিম্না থা ১০ তরাওম্না ঙানবা চয়ম্না থয়ো অঙাংবওম্না কজবা, ইবুংঙোগী কৃপানা লেংজবনি, গৌরাঙ্গগী প্রেমা কুইরবা অদ্বৈত প্রভু নমাইবু কৃপা তৌবিয়। শিক্ষা গুরুগী চরন খুরমজহুনা গোবিন্দগী শরনী কাওজদনা ননাই ওনেত্রনা, ভাগ্যচন্দ্র চরিত্রবু লেংবৈ ॥ (মতাং অসিদা ১৭ শুবা অধ্যায় লোইরে) ॥ পাংত্রবা তোম্নবা ননাই মনিসিং মদিসিং অনিনা মৈতৈ লোন্দ হন্দোকচৈ, অরানবা পুম্নমক ঙাকপিয় ॥ (১৮ শুবা অধ্যায় হৌরে) ১ ॥ পুম্নমকী মবুংঙো, গৌর গোবিন্দগী

শ্রীযুক্ত অদ্বৈতচন্দ্র, গৌরপ্রেম বড়সান্দ্র,
কৃপাকর ওয়াঙতা চরণ।
শিক্ষাগুরু ধ্যাণ করি, একমতে ভাবি হরি,
রচিলাম গুনেন্দ্র এদীন ॥২॥

ইতি শ্রীমহারাজোত্তম ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র গ্রন্থে যোয়াণ যুদ্ধও ভাগ্য বতি প্রসঙ্গ বর্ন্নং নাম সপ্তদশ সীমা ॥১৭॥

॥ অষ্টাদশ বস্তু ॥

জয় জয় শ্রীগৌর গোবিন্দ সর্ব্বেশ্বর।
ভুবন মোহন প্রেমময় কলেবর ॥
জয় শচী জগন্নাথ মিশ্রের নন্দন।
জয় জয় নিত্যানন্দাদ্বৈতের জীবণ ॥১॥
জয় গদাধর পণ্ডিতের প্রাণ নাথ।
জয় শ্রীরাম ঠাকুর প্রিয় প্রাণ নাথ ॥
এবে কহি অষ্টাদশ সীমার বর্ন্নণ।
কাছিপুর হৈতে রাজা ধরাই গমন ॥২॥
এসব প্রসঙ্গ ক্রমে করিয়ে কথণ।
শুণ শুণ শ্রোতাগণ নাকর দোষণ ॥
ধর্ম কর্ম্মাগণি শাস্ত্র কহি অনুমতে।
এই হেতু এই কথা বিশ্বাস ইহাতে ॥৩॥
একদিনে নৃপমণি রাজা সভা করে।
অমত্যাদি আর প্রজা নিবেদি রাজারে ॥
শুনহ নৃপতি বড় নিবেদি আয়োজন।
পুর্ব্বেতে প্রপিতামহ পুর রাজ্য স্থান ॥ ৪ ॥
পুর্ব্বে ব্রহ্মা যুদ্ধ হৈতে ছাড়ি সেই স্থান।
এবে অকন্টক হৈয়া গোবিন্দ সেবন ॥
দুঃখ শোক সব গেল গোবিন্দের কৃপা।
অতএব আম্রা সব চাই তোমা কৃপা ॥ ৫ ॥

পাদদা খুরমজৈ। সংসারবু সুমহৎপা, প্রেম্না ওইবা মুর্ত্তিনি। সচি জগনাথ মিশ্রগী মচাইবুংতো হন্না খুরমজরি, অদ্বৈত নিত্যানন্দগী জীবন ওইবা ॥ ২। খুরমজৈ, গদাধরগী শ্রীরাম ঠাকুর প্রান নাথ ওইবা ইবুংঙো ॥ মধা অসিদা অধ্যায় ১৮ গী প্রসঙ্গ লেংঅরগে। কাছিপুরদগী খ্যাইদা হোংগদৌরি ॥ ৩॥ অসিগী প্রসঙ্গ অসি মথং মথং লেংঅরক্লে, শ্রুতা খিবিক্লা দোষ লৌবিগনু (বর্বক কর্ত্তা) চৈথারোন কুম্পাব', কৌবা, পুরান্দগী লৌহুনা লেংঅবনি অহুনা শ্রুতা খিবিক্লা থাজগনি নিংজৈ॥ ৪॥ মনিপুর অসিদা ভগ্যচন্দ্র নিংথৌনা অরা অনা য়াওদনা', গোবিন্দ সেবা তৌহুনা, লৈয়ে, অতুদগী নোংমদা প্রজা তেঙনা চোয়া পৈএ, নিংথৌদা প্রজানা হজৎলি তাবিয়, মহারাজ ইবুংঙো, ননাইসিং প্রজানা পামজবা অহুঙৈ, ইবুধৌ যবিষ্ঠনা পালমবা কোনুংলেন মনিপুরগী ময়েংণ কাংলা কোনুং। অহুঙৈ শারৈয়াংনা পানবা লোইঅবা তুংদা, মনিপুর অসি চহি মঙা নিংথৌ পানদে, মতম অহুদা নেংচুপ লোমদগী মুপা ১ লাক্নুনা মনিপুরদা নিংথৌ ওইনি হায়হুন', অন্ত্রোদা মৈ হৌহনা যজ্ঞ তৌরগা কংলাদা লাক্নুনা কুচুমুংবু সুরুদা খাঙ্খলগা কমবান তোংহি, অতুদা পাথংবনা মঙক লাক্নুনা ইনবৈ, কাথৎলি ইমৈ মশিং কয়ারক শুয়ে তোংবা ওমত্রহুনা নিংথৌ ওইখিজ্রে মায়দগী মনিপুরবু, ইম্ফান কৌখি। হৌজিকনা ইম্ফান কৌনয়ে। মতুংদা কোম্বৌবনা নিংথৌ ওইহুদা পানথে॥ ৫ ॥ অনুমবা কোনুংলেন ইম্ফাল অসি, অয়াগি লান তোইবদগী থাদোকপা যুইয়ে। হৌজিক্ত গোবিন্দগী কৃপানা অয়া

যোরি পতৃ পিতামহ আবাস রহিলা ।
এই হেতু সেই স্থানে যাইতে মানিলা ॥
শুনি রাজা ভাগ্যচন্দ্র আনন্দ হইল ।
সাধু সাধু প্রজা সর্ব্বে তোমায় কহিল ॥ ৬ ॥
আমার মনেতে এই চাই চির কালে ।
আজি তোমা সভা কথা মানি বড় ভালে ॥
কিন্তু আমি এক কথা কহি সভা স্থানে ।
চির ত্যজি রাজধনি ভাঙ্গে বহু মানে ॥ ৭ ॥
অত এব অন্য স্থান মোর মনে মানে ।
প্রথমে খ্বাই গ্রামে আবাসেতে মনে ॥
পরে রাজধানী ধামে নিকটে সাজাবে ।
সন্নিকর্টে দুখ ভাব তাহা নাহইবে ॥ ৮ ॥
আরশুন মনিপুরে জম পদ স্থানে ।
দেখনর সন্ধি কালে হয় সেই স্থানে ॥
চারিবেদ পদবীতে চারি নামে হয় ।
খুরাই ওরাথে খ্বাই এ তিন হয় ॥ ৯ ॥
আরযে ঈরাই নামে চারি বেদ স্থানে ।
এ হেতু খরাই গ্রামে আদ্য বাস মনে ॥
শুনি প্রজা সব আজ্ঞা কর জুড়ে বলে ।
নৃপ আজ্ঞা শিরেধরি আমরাহ লৈলে ॥ ১০ ॥
এতবলি সেইদিনে নিশ্চয় করিলা ।
আরদিনে রাজা সঙ্গে দেখিবা চলিলা ॥
সবস্থানে বিচারিয়া পুন ফিরিগেল ।
তারপরে সেই স্থানে পুখারী দিখুদিলা ॥ ১১ ॥

---

অনা লৈরে, অদুনা মকম অসিদা হল্লিনবা কুপাপিনৌ ॥ ৬ ॥ ঐখোইগী শুরুজন পূরমক্না লৈরম্বা মকম্না হল্লিন্দুনা লৈবা পাম্মি। অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা প্রজা পুম্নমকপু সাধুনি হাইদুনা খাগৎলি ॥ ৭ ॥ ঐনা থনবদি মতম সাংলবনি অদুবু প্রজানা ওসি হান্না হৌদোরক্লে য়াম্না ফরে। নিংথমক থুংলে, অদুদা সভাদা রা ১ দিং হাইখিগে, মকম অসি থাদোকপা কুইমনখিবনা হান্নগী সেম্মম সারবা পুমনমক ইকাই খাইগ্রে ॥ ৮ ॥ অদুনা সেম সাবদা মতম সাংনা চৎলগনি; অদুমদি মনিপুর ঐখোইগী ইহান হান্না গুরুজম্না তারবা খ্বাই খুনক-অলেন কোম্থোজম য়ুমকমদা হান্না লৈখিসি, অদুগা কোমুংলেন সায়গা কোম্না হোংজিনসি। অনকপা অদুদা লৈরগা, সেম সারবদী রাব কগনি। ৯ ॥ অদুগা ঐনা খংজবা অকুবা রারি ১গা জীগে গুরুজম্না য়ান্না লুনা তৌরবদি। মনিপুরদা গুরুনা পানা ৪ থাইরম্মি, মসি মীগা ল্যাইপা তিনম্নিতৈগী রানি। বেদ সাজৎ তোঙাল তোঙাল্লি। মমিং খুরাই রাংথৈ খ্বাই অদম সিমা। ১০ ॥ মম্নিঙবদা য়াইক্কুল অসিনা, মাগী রারিদী গুরুনা বরাহ স্নুরুং কংলাদগী থোরকই। খুজ্রিৎ খুখাদগী থোরকই হায়রুনা, খুরাই কৌই। রাংনা লেপতুম্না মী কদোমদা লৈবগে য়েংথদা থৈখিবা লম অদুবু রাংথৈ কৌই। মী য়াম্না লৈবা উদুনা, চোংলগা তারুবা লম অদুবু খ্বাই কৌখি। মীয়াম্না গুরুনি খংদুনা, মতম কুইনা লৈনবা হায়রুনা পোমরুগা. হিজম য়াইজম পাংথো থানবৈ হায়রুনা য়াইক্কুল কৌখি। পানা অহন, খুরাইনী মথং রাংথৈনি ৩শুবা খ্বাইনি ৪ শুবা য়াই-ক্কুলনি মমিপুর অসি মথং মথং পামা ৪ না অমুক মুক পামৈ। খুরাইদি, কোনখাং লাইজোমা রায়েল্লি। রাংথৈদি কৌয়ায়াং লাইকোকমুনা রায়েল্লি। খ্বাইদি অপাং সিজনা রায়েল্লি।

ফাল্গুনের কৃষ্ণা শুক্রে এমতে খুদিলা ।
পঞ্চএক সপ্ত এক শকের হইলা ॥
বৈশাখের সপ্তদশ বুধবার দিনে ।
নবপুরে শ্রীগোবিন্দ মন্দির সেদিনে ॥ ১২ ॥
আর গৃহ উনবিংশ তাহাতে করিল ।
এইমতে সেই মাসে সব সমাপিল ॥
রাজা গৃহ আদি সব তাহা সমাপিলা ।
অন্য অন্যে প্রজা সব নিজ নিজ কৈলা ॥ ১৩ ॥
হেনমতে নবপুর আনন্দে করিলা ।
পরে শুভদিন রাজা তাহা আপেক্ষিলা ॥
ষাওঁচন্দ্র ঋষিচন্দ্র শকের প্রমান ।
কাকিপুর হৈতে রাজা আই সেই স্থানে ॥ ১৪ ॥

নবপুরে রাজা আদি আনন্দে রহিছ ।
প্রজা আদি সর্ব্বজন আনন্দে রহিল ॥
তারপরে জৈষ্ঠ মাস পঞ্চমীদিন হৈল ।
সেদিন পুখারি মধ্যে অশ্বত্থ রোপিল ॥ ১৫ ॥
পুখা ত রেতে চারি কাঁঠাল রোপিল ।
তারপরে অষাঢ়ের একাদশি হৈল ॥
সেই দিনে মনিপুরে ভুমি কম্পহৈল ।
পুর্ণিমাতে শ্রীগোবিন্দে মন্দির অর্পিল ॥ ১৬ ॥
মাণ্ডপ জগমোহনাদি প্রত্যেক করিলা ।
শ্রীগোবিন্দেরস্ত সর্ব্ব রাজা সমর্পিলা ॥
এইমতে নৃপমনি সানন্দে রহিলা ।
প্রজাসঙ্গে দুখ শোক সব পাছরিলা ॥ ১৭॥

মাইকুলদি, তালখোং খুমাই বাম্লুনা বায়েম্লি । অসি লৈবনা খুমাইদা হায়া লৈখিসি । অদু তাবদা প্রজানা কবে হায়না মাথে ॥ ১১॥ অম্লুমা মুমিৎ অদুদা লেপরে । অদুগী নোংজানবদা নিংথৌ প্রজা মন্ত্রি পুম্না লম য়েংবা চল্লি । মকম পুম্নমক য়েংলগা তম্না হল্লক্লে, অদুদগী ইশিংগী মমক পুখ্রি ২ হায়া তোবা, লেপরে । ॥১২॥ কাইরেন থাগি ১৭নি পানবা ইম্নাইদা পুখ্রিতোবা হৌখি ॥ অদুদগি শোক, (১৭১৫) গী সজিবু ১৭নি পানবা বুধশকৈশদা, গোবিন্দগী মন্দির যাত্রা হন্দুনা সাখি ॥১৩॥ অদুগীতুংদা মথং মথং য়ুম ২৯ সাই থা অদুমগী মনুংদা । অদুগী অকবা মুমিৎতা যাত্রা হন্দুনা, নিংথৌগী সঙাই সারে, মকুং ইনবা, য়ুম করম্নুং সারে, অদুগা প্রজা পুম্নমকস্ন মাগি মাগি য়ুম সানরে, অম্লুমা চহি অদুমদা য়ুম সাবা পুমলোই লোইরে ॥১৪॥ অদুদগী অকবা মুমিৎ য়েংনবদা, শোক (১৭১৬) কী শজিবু ২৫নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিৎতা কাকিপুরদগী গোবিন্দপা লোইনবা নিংথৌ লোংলক্লে প্রজা কয়াম্নু লাক্লে ॥১৫॥ অম্লুম তোনা কোম্নুং অহননবা অসিদা মুঙাইনা লৈমদে, প্রজা পুম্নমক হয়াও মুঙইনরে । অদুগী তুং কাংলেন ৫পানবদা, পুখ্রি ২গী মরাইদা মা থোংনাও ১থাই । ॥১৬॥ অদুদগী পুখ্রিগী মপান্দা ২দা ঠৈবোং ৪থাই । অদুগী তুং ইংগাপি ১১নি পানবা একাদশীদা, ভুমিকম্প তৌই (য়ুহারাই । মথং পুর্নিমাদা গোবিন্দদা মন্দির লাইসং কৎলি ॥১৭॥ মাণ্ডোপ, জগমুহোয়া চিংবা, রসয়থোয়, তাণ্ডারসং পুম্নমক গোবিন্দদা কৎলে । অম্লুমা নিংথৌ প্রজা অমা অনা লৈতনা, লৈনরে, পাম্নরে ॥১৮॥ মতম চানা, নোং তাই মুংসা সাই, যহৈ যরোং চুপ্পি চাক হোংবি, অনা অরেক লৈতে অম্লুমা মতম কয়া কুইনা পাম্নি, মচা ওয়া প্রজা মোকই কতবা শিজ অমতা মাওমে ॥১৯॥ লাইরবা অমা অনা তাব মীশিংদা লেনগী কিমাচিংথ

রৌদ্র যোগ্য কালে প্রত্যেক করি।
ভূভিক্ষ হইল দেশ ভূভিত সর্ব্ব হৈল ॥
এইমতে কত কাল রাজ্য শাস কৈল।
পূর্ব্ব প্রায় প্রজা পালে কিছু ছিন্নৈল ॥১৮॥
দারিদ্রে দুখিয়ে দেখি ধনবস্ত্র দিলা।
প্রজা সব ধন্য ধন্য রাজা প্রশংশিলা ॥
অক্রোধী অজাত শত্রু সহজে গম্ভির।
শীতল গাম্ভির্য্য গুন রূপেতে সুন্দর ॥ ১৯ ॥
দুখিজন প্রার্থনাতে শীতল জীবন।
যার যার ইর্চ্ছা কাজ সকল পূরন ॥
নিত্য নিত্য শ্রীগোবিন্দ করিল সেবন।
ব্রাহ্মন বৈষ্ণব গন সকল সম্মান ॥ ২০ ॥
এইমতে ভাগ্যচন্দ্র রাজা শাস কৈলা।
ত্রিশবর্ষে ভাগ্যচন্দ্র রাজ্য প্রাপ্ত হৈলা ॥

তৎপরে চল্লিশ পঞ্চ বর্ষ রাজ্য কৈলে।
এমতে সপ্তত্তি পঞ্চবর্ষ মান হৈলে ॥ ২১ ॥
মাস শুক্লা একাদশী শুনি ভাগবত।
কালিয় শিরেতে কৃষ্ণ তাণ্ডব নৃতত ॥
শুনিতে প্রেমেতে রাজ বিভুল শরির।
শ্রবনান্তে নৃপপ্রজা করিল বিচার ॥১॥
শুনহ পণ্ডিতগন আমার বচন।
একগীত এক ব্যাখ্যা পারি কুনজন ॥
শুনি মৌন রহিয়াছে পণ্ডিতেরগন।
নৃপ প্রজা মৌনরহি মলিন বদন ॥২॥
খুম্বাকপা দামু কহে শুন নৃপেশ্বর।
মাস কেয় মধ্যে গীত অর্পিব ঈশ্বর ॥
তারপরে পুথ্রম্বা সেলুংবাসিংহ নাম।
মনিপুর ভাষা ব্যাখ্যা আমি করিতাম ॥৩॥

অমাংপা পিত্থনা শুভাইহল্লি। অদু উবদা প্রজানা থাগৎলি। অসাওবা নৈতে রেঙবা থমক্লে রাম্বা অমুকপা মগুণ চেল্লি। অম্বিংবা, অকিবা গুনলৈ, শকক্তে ॥২০॥ রাম্বা জীবনা, হাইজ-বদা থাওয়া ইংদুনা, মানা মানা, নিংবা থুংহল্লি। নিত্তি নিয়ম কাইদনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌই। ব্রাহ্মন, বৈষ্ণব, গুরুজনবু সেবা সম্মান তৌই ॥২১॥ অসুম তৌনা, ভাগ্যচন্দ্র, প্রজা পালোন তৌই। পোকপদগী চহি ৩০শুবদা নিংথৌওই। নিংথৌ ওইবা চহি ২৪শুমদা গোবিন্দ নিরুপোন তৌই। মণিপুরদা নিংথৌওইদুনা পানবা চহি ৪৫নি। অদুনা অপুনবা চহি ৭৫শুরে। ॥১॥ মাকচিং থাংগি পানথৎলকপা একাদশী দিন্দা গোবিন্দগী মাঙোংদা নিংথৌপ্রজা তিন্দুনা শ্রীমদ্ভাগবত পুরান শ্রবন তৌই মতাংনা কালীগী মতোক্তা গোবিন্দনা জগোই সাবা নতাং-অদু তাই। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ প্রেমনা থন্দুনা কপা কপই। লাইরিক লোইরগা, পাত্র মন্ত্রিগা লোইননা থনবৈ। অমমা মরেক থীরগা, ১না অর্থতৌরবদি শুংওাইগনি ॥২॥ অসুম থম্মদুনা, নিংথৌনা মণিপুরগী পণ্ডিৎ সিংদা হাইরে রাগ; রাগিনি পান্দুনা থীবা কনা কনা ওমগনি। অদুগা মৈতৈ ঐথোইগী লোন্দা অর্থ হন্দোকপনা কনা কনা ওমগনি হংত্তি। অদু তাবদা লাইরিক হৈবা ওথাসিং পুয়মক কনা অমত্তা খুমথিল্লে, মমাই লাংশিন্দুনা লৈনরে ॥৩॥ অদু উরদা খুম্বাকপা দামুসিংনা মহারাজ ইবুঙো গোবিন্দগী কৃপা লৈরবদি থা ১গী মনুংদা, রাগ, রাগিণী পান্দুনা গীত অসি গোবিন্দ অপ্রদা কৎচগে। অদুগী তুংদা পুথ্রম্বা সেলুংবাসিংনা মহারাজ ইবুঙো গীত অদুগী রাগ রাগিণী মথুং ইম্বা মৈতৈঐথোইবী লোন্দা অর্থ তৌজগে ॥৪॥ অদু তাবদা পণ্ডিৎ শিং কোনবীরদুনা প্রেমগা লোইননা ওথজরো বড় পিবিরে। নুমিৎ

শুনি রাজা ভুহাকারে প্রেমে আলিঙ্গিল।
শ্রীপঞ্চমী শ্রীগোবিন্দে সমর্পন কৈল॥
ছয় রাগ বত্রিশ রাগিণী গীত কৈল।
লক্ষ্মন দিগবীজয় গ্রন্থে হেন কৈল॥৪॥
নৃপ প্রজা মনসুখে প্রেমেতে ভাসিল।
শ্রবনান্তে রাজা প্রজা কিনাম শুনিল॥
জীবনাম গীতকেয়ে মনিপুর কহে।
হাইবা যে নাম কহি তাহা বাখ্যা কহে॥৫॥
ভাগ্যচন্দ্র বড়দিল, এগীত শুনিলে।
যায় তার বাঞ্চাসিদ্ধি হও অবহেলে॥
একাদশি, অমাবস্যা পূর্নীমা তিথিতে।
এই গীত বাখ্যা অর্পি গোবিন্দ অগ্রেতে॥৬॥

সেই কালে এক কথা প্রসঙ্গ শুনহে।
শিরে বক্র নামে দ্বিজ দুষ্ট মুল তাহে॥
তাহার কারনে দেশ বিবাদ হইল।
পরনিন্দা পরদার সদা চুরি কৈল॥ ২২॥
সদাই আমর্ষ হৈল কুটির স্বভাবে।
সহজেই তার হস্তে যেন্ন দুষ্ট ভাবে॥
চুরি হিংসা কর্ম্মাদিকে সদারত হয়।
একদিনে পথিকজন মারিয়া পালায়॥২৩॥
তাহারে ধরিয়া আনে বিচারের স্থানে।
ব্রাহ্মণ বলিয়া রাজা তারে ছাড়িয়ানে॥
তারপরে কত বার করে দুষ্টকাজ।
তথাপিহ তার দোষ নাদেখিল রাজ॥ ২৪॥

অহু দয়বায় লোইয়হনা হয়খয়ে। অহুদগী রাকচিং থা শিরহনা কাইয়েন থাগি মঙানি পানবা শ্রীপঞ্চমী নুমিৎতা নিংথৌ প্রজা থিয়গা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা কৎলে। রাগপুরুষ ৬কী রাগীণী ৩৬ অসি রাগ রাগিণীকাইদনা, হ্রস, দীর্ঘ, প্লুত কাইদনা কজনা ছন্দ পান্দুনা শকলে। অহুগী তান মতুং ইয়া মৈতৈ লোন্দা অর্থ তৌরে। লাগিক্তী লক্ষ্মন দ্বিগীজয় কৌবা লাইরিকতনি॥৫॥ অহু তাবদা নিংথৌ প্রজা মন্ত্রি পুনমক সুংঙাইনহনা কয়া কথয়ে। লাইরিক তাবা লোইরবা তুংদা, নিংথৌ মন্ত্রিনাচিংবা প্রজানা মমিং করি কৌসিগে খয়ে। হায়া মলা চয়ন হৌহনা রাগসন্দ তৌরিবা অসিনা লৈইরিক থীবা কৌয়ে। মতুং ইয়া মৈতৈ লোন্দা হন্দোক লীবা অসিনা লাইরিক হাইবা কৌয়ে॥ নিংথৌ প্রজা সুংঙাইনয়ে থীবা হাইবা কৌখ্রে॥৬॥ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা বড় পিথি অসুবা নাম নৌনা হৌদোকতুনা গোবিন্দদা কৎলিবা অসি তারবদি মানা নিংবা থুংব ওইসনু। অহুগা গোবিন্দগী অগ্রদা একাদশী অনিনে পূর্নিমানে থাশিনে, নুমিৎ ৪মি অসি কাইদনা কৎলসি হাইহনা, কৎথি॥ অহুদগী হৌজিক কাওবা শ্রবন তৌনরি। ॥২২॥ মতম অদুদা ওইরকপা কর্ম্ম লেংজখক্লে (শিরচক্র) সামুলাই লাৎপম কোকপৈকোবা ব্রাহ্মণ অসি কৎতবা লিচৎ চৎলক্লে। মাগি মরিদা মণিপুর অসি রাখোক ওইনরক্লে। মী খুদিংদা থীনা থীনা হাই, মীগী মপুরোইবা লৈবা, সুপীদা যেত্তার কাই, পোৎহনাক্লি॥২৩॥ মতম পুয়মক কত্তবা রাথল কত্তবা, সাজৎ অয়ত্তা চৎলি, মথুৎতা চৈঅমা থাদোক্তে॥ হয়ানলগা, মীকু মাংনবা তৌরগা মবুক্তা অপেমবা ওই। নোংমদি লম্বী চৎপা মুপা অমা রৈথ্রয়গা, চেনখ্রে॥২৪॥ মী: ময়ায়া তায়হনা কাযগা দরবারদা পুরক্লে, বিচার তৌবা মতমদা নিংথৌনা ব্রাহ্মনি হাইহনা অচুম অয়ান থিদনা, মতুং তৌরু হাইরগা ইকোম কোয়া থাদোক্লে।

একদিন একনারী খড়্গা মারিলেন।
রাজা আগে বান্ধি করি তারে আনিলেন॥
প্রজা সঙ্গে নৃপমনি বিচার করিল।
অহোযে ব্রাহ্মণ বুদ্ধি কিবা ঘটিল॥ ২৫॥
এব্রাহ্মণ কোনমতে বিচার করিবে।
বধ স্থানে যোগ্যে পাত্রে তাহারে হইবে॥
বধ নাহি প্রজাগনে আমারে নিন্দিবে।
বধ করে ব্রহ্মবধ আমারে হইবে॥ ২৬॥
ব্রহ্মবধ নরকেতে অবশ্য পড়িবে।
স্ত্রীবালক বৃদ্ধ আর ব্রাহ্মণ হয় যবে॥
আরেও সন্যাসী সব মারণ না করে।
শাস্ত্র মতে বধনহে এবিচার করে॥ ২৭॥
যখন 'ত্রবিনা' দান পর দেশ হয়ে।
এই কর্ম্মে ব্রাহ্মনের বধ কার্য্য হয়ে॥
অত এব এই কার্য্য অবশ্য করিয়ে।
এই মতে রাজা সভা বিচার নিশ্চয়ে॥২৮॥
কচার দেশেতে রাজা তারে পাঠাইলা।
নৃপাদেশে রাজা লোক সঙ্গে পাঠাইলা॥
দৈবক্রমে সেই বিপ্র পথেতে মরিলা।
সেই বিপ্র মরিগেল আনন্দ হইলা॥২৯॥
পুণ রপি রাজা আগে আছিনিবেদিলা।
ব্রাহ্মণ মরণ শুনি রাজা দুঃখ হৈলা॥
হাহা হত এতবধ কেমনে হইলা।
ব্রাহ্মবধ পাতকীর আমারে হইলা॥৩০॥
ধিক ধিক মোর কর্ম্ম দুখ দশা দিলা।
ব্রাহ্মণশ্রাদ্ধাদি ক্রিয়া সব রাজা কৈল॥
তারপরে রাজা চিত্তে নিরানন্দ হৈল।
বহু দুখ দিনে দিনে অনুতাপ কৈল॥ ৩১॥

অদুগী তুংদা, কগবরা হাইরগা থোইনা থোরনা, কত্তবা হেনগৎলি। অদুবু ব্রাহ্মনী হাযদুনা রাজা য়েংলি, প্রজানা অমসুং নিংথৌনা॥ ২৫॥ নোংমদি মানা হায়বা ইন্দে হায়দুনা নুপী অমদা থাংনা রাক্লে, অদুদা মীয়াম চংদুনা কাবগা পুন্দুনা, পুরক্লে, নিংথৌ মন্ত্রি, প্রজা পুন্দুনা বিচার তৌই। প্রজানা, মহারাজ ইবুংঙো মাবু থাদোক্লবদি পানবা ঙম্মরোই হায়রক্লে, অদুদা নিংথৌনা হে ব্রাহ্মন, কমদৌদুনা, কত্তবা বুদ্ধি তৌবনো॥ ২৬॥ ব্রাহ্মনীদো, করম বিচার তৌগনি মাগী মরান অসিদি, হাৎপা রাবা দোষনি। অসিদা হাত্রে প্রজানা রারোইদোরি দোষগী মতুং ইন্না হাৎলে, ব্রহ্মবধি পাপ কংবতাই॥ ২৭॥ নিংথৌ ওয়বদগী ব্রহ্মবধি পাপ্পা নোয়োক্তগী কাররোয়। অদুনা হে পাত্রমন্ত্রি করি থোকই। নুপীনে, অঙাংনে, ব্রাহ্মননে, সন্যাসনে, ৪ অসি বেদ শাস্ত্রনা হাৎপা য়াদে লাওরি॥ ২৮॥ মাগী মাগী দোষনা মতুং ইন্না মক্ক কোক্তনা খুংগোয়নদুনা চিঠৈনা য়ৈদুনা [অদুগা মরৈপাক্তা থাদোক্তনা, দণ্ডি পিগনি, হাৎবদে, হায়না শাস্ত্রনা লাওরি, অদু তৌরবদি হাৎপগা মান্নে হায়না। অদুনদি হাৎপগী মহুৎতা বিদেশ থারশি লেপ্পরে। ২৯ অদুদি কাছারদা থাদোক্লসি অদুনা মথন্দা চৎপদি কংত্তে মী থমনা থিনবীক্ত হায়দুনা রাথং পিরে। সনা রাখং কংবদা ব্রাহ্মনবু পুদুনা কাছারদা লাকই লাইবী নোংদম থীবনা লমথাংদা শিরে। অদুদা থিনবা চৎলীবা মীয়ামদু হরাওরক্লে ৩০॥ ভয়া হররক্তনা নিংথৌদা লমথাংদা ব্রাহ্মন অদু শিরে, যক্ক তৌদুনা, সেবা লোয়রক্লে ঙাত্তি। তাবদ প্রজাদি হরাওরে ভাগ্যচন্দ্রদি মীতগী পী কংথিক্লে। হা হা অরাবনি অসিদগী

অহোযে বিষয়মগ্ন চিত্ত ভুলিগেল।
বৃদ্ধ কালে হরি ভক্তি শাস্ত্রেতে কহিল ॥
হরিনা ভজিয়া যেই বৃদ্ধ কালে হৈলে।
প্রাসে প্রাসে মলং ভুক্ত শাস্ত্রেতে কহিলে ॥ ৩২ ॥
যেইজন মন দুঃখে আত্মাঘাত কৈলা।
সেই আত্মাঘাতী নহে শাস্ত্রেতে কহিলা ॥
দুর্লভ মনুষ্য জন্ম পায়া সেইজন।
হরিভক্তি সাধুসঙ্গ যেই না করেন ॥৩৩॥
কৃষ্ণ নাম শুনি জপি আলস ঘুর্ণন।
সেইজন আত্মা ঘাতী কহে সাধুজন ॥
আর যে বিষয়া শক্ত কৃষ্ণেতর হৈল।
যেন চক্র বায়ু বস্ত্র পশ্চি মেতেলিল ॥৩৪ ॥

মূঢ় জন পূর্ব্বে শেলে কভুনা পাইলা ॥
তেনমতে নিষয়ের হরি দূর হৈলা ॥
গৃহী বৃক্ষ ভল ফুল সন্তান সকল।
জলসিষে মালিযেন পুত্র ভার্য্যাপাল ॥৩৫॥
বৃক্ষেযেন ফল ফুল পাকিয়া পড়য়।
সংশারের সেই মতে জানিবে নিশ্চয় ॥
কিবালক কিবৃদ্ধ কিনবীন যৌবন।
সকলের লৈয়া কাল করেন চর্ব্বণ ॥৩৬॥
কেবা মাতা কেবা পিতা ধন পুত্র কার।
শ্রীনন্দ নন্দন কৃষ্ণ শংসারের সার ॥
এতবলি মহারাজা চক্ষুনীর ঝুরে।
মহাশয় অনুমতে লালসা যে করে ॥৩৭ ॥

হেয়া অরাবা করি লৈগনি, ব্রাহ্মবধি পাপ অসি ঐনা কংব তায়। মশাগী আয় লেয়রুনা শিজবদি ওয়রিনী অহবু ঐনা খনবদদি মানা মচং কররবনিবা মীনা হাৎপ্র নিংতে ॥ অহৃগা ঐনা নিংবা অসিমা লানবদি ওইগরি ॥ ৩১ ॥ তোনত্রেলা ঐনা পানবা কান্দা অসি খোকপোরে অসি হায়রুনা, কপই, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নিংথোনা তৌই ॥ ॥ কর্ম্ম লোয়রবদগী ভাগ্যচন্দ্র নিংথো অরাবগী ইপাক্তা তাওত্রে, নেংমা নোংমগী অরাবা রাখন হেক্লিনত্রে ॥ ৩২ ॥ অহৃা হাই ওস্নোকপনি বিষয়ানা ভাওথিহুনা অহন ওয়রবদি কৃষ্ণ নিংগদবনি হায়বা শাস্ত্রগী বা কাওত্রে অহন ওয়রগা কৃষ্ণ নিংদবা মীদো মানা চাবা থকপা পুয়ধক অহ বী চাবনা য়ুং থকপনি বেদনা লাওরি ॥ ৩৩ ॥ অহুবা মী অহনা মনিং থুংদবদগী আত্মঘাৎ তৌবা অহবু আত্মাঘাৎ কৌদে। মযমদি কংওমযরবা মীগী মপোক কংলগা কৃষ্ণ ভক্তি সাধু সঙ্গ তৌত্রিবা মী অদো। ৩৪ ॥ অদুগা কৃষ্ণ নাম তাবদা শোনবদা অতনবা অমসুং তুমনিংবা পোক্না থরোইত্রিবদো মাবু আত্মাঘাট কৌই সাধুশিংনা বেদনা লাওরি। বিষয়াদা মবুক চংত্রিবা অহ কৃষ্ণ ভক্তিগা লাপ্নবদি নোংচুপলোমদা নোংলৈনা কি পুপ্রগা নোংপোক্তা তানবওযনি ॥ ৩৫ ॥ অপংবা জীবহনা কনা মোংপোক্তা তায়নদা কংবা ওমদবওম্ বিষয়াদা লৈবা মীনা কৃষ্ণ চয়ন কংবা হৌনদে। প্রমান অমনা গৃহী হায়বসে উ পাম্বীনী মহৈ মপান অসিনা মচানি মাসী কুপীনি অমুনু হিংনবা মালী ওয়হুনা ইশিং চায়বনি অমসুং শিকপনি ॥ ৩৬। অমিত্তবা প্রধান্বা হৈবা মুমগা কেনবা লৈনা লৈথোক লোয়রগা কেনবওম মীওমবগী পুনশি লোয়রদা হোরেন হৃং: থজনা ফেন্দুনা মাংখিলদবনি। অতাং অহন মথোৎ কানকপা মাসী পুকশি লোয়কা মতমদা মাংখিলদবনি। নমা ওয়রি শিরোয় মাবা নত্তে হিংহুনা লৈরিবা অসি মতম ওইবনি ॥ ৩৭ ॥ ইমানা ইমা ওয়বা মাদে নত্তে। ইপানা ইপা ওয়বা মাদে নত্তে। ইচানাচৌংবা সনা লুপানা অযেপ্পা অমতা নত্তে অযেদি নন্দ নন্দন শ্রীগোবিন্দতনা সংসারগী অযৌনি

॥ বিভাষা ॥

প্রভুমোর মদন গোপাল, গোবিন্দ গোপীনাথ,
দয়াকর মো অধমেরে।
সাংসার সাগর মাঝে, পড়িয়া জিবের নাথ,
কৃপাডোরে বান্ধি হেন মোরে ॥
অধম চণ্ডাল আমি, দয়ার ঠাকুর তোমি,
শুনিয়াছি বৈষ্ণবের মুখে।
এবর ভরসামনে, কেল লৈয়া বৃন্দাবনে,
বংশীবতে দেখি যেন শুখে ॥১॥
কৃপাকরি ব্রজপুরি নেহমোরে চুলে ধরি।
হাহা নাথদেহ পদ ছায়া।
অনেক দিবসের আশা, নহেযেন নৈরাশা,
দয়াকর নাকরিহ মায়া ॥
অনিত্য দেহ মিছাধরি, আপণ আপনাকরি
পাছে আছে শমনের ভয়।
নারোত্তম দাসেমনে, প্রাণ কান্দে রাত্রি দিনে
পাছে ব্রজ প্রাপ্তি নাহি হয় ॥২॥
এমতে ঠাকুর গীত, অধম পামর তাতে,
অনুদিন জপ করে।
কান্দি কান্দি ভূমপরে, নিজমন দুখি করে,
গাইমন সিক্ষা করে ॥৩॥

॥ লঘুত্রিপদী ॥

ভজহেরে, মন, শ্রীনন্দনন্দন,
অভয় পদ দুইরে।
দুর্লভ মানব, ভজসাধু সেব,
তরহ ভব সিন্ধুরে ॥
বিফল জনম, অফল গেলাম,
দিন যামিনী গেলরে।

অসি হায়হুনা অমসুং থন্দুনা মীওয়গী পি কংজে নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী লালসা লাক্লে ॥

॥১॥ (বিভাষা) হে প্রভু মদনগোপাল, হে গোবিন্দ গোপীনাথ তোল্লবা ননাইবু দয়া তৌবিয়ু। সংসার সমুদ্রগী মরাইদা ভারবা ননাইবু কৃপাগি খোরিনা চিংখৎপিহুনা চরন্থা থম্বীয়ু। নদাইদি তোল্লবা চণ্ডালপি মপোক্নি, ইবুঙোদি খোজানগী মপুনি বৈষ্ণবসিংগী মুখদগী তাজৈ। ননাইনা নিংজবা শ্রীবৃন্দাবান্দা ননাইবু লংশনবীয়ু বংশী বত্তবু ননাইনা নুঙাইনা য়েংজগে ॥২॥ কৃপা তৌবিহুনা, ব্রজপুরদা শমপাইহুনা পুবিরগা শ্রীপাদগী ছায়া কংহনবীয়ু। মতম কয়া কুইনা নিংজরক্লবা ননাইগী আসানি ইবুঙোগি মায়ানা অরেম্বা ওইহনবিগনু। লেপত্রবা দেহবু অরেম্বদা পুহুনা ঐনি ঐগীনী হাইহুনা লৈরিঙৈদা যমরাজগী মনাইনা ক্যাখবনা হানগনি নরোত্তদাসগী পুক্নিংনা ১ সুং থরাইনা অহিং সুংখিন ২ দা কপচরি। ঐবু ব্রজমণ্ডল কংবা ওয়রোইত্রে ॥৩॥ অসুম্বা নরোত্তমগী লালসা অসি শক্তুনা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ ঐ অসি তোল্লবনি থন্দুনা সুমিৎ খুদিংগী কৃপচৈ অহুগি ফুংদা মাগি মন্দা (শিক্ষাকরি) তম্বীরকই ॥ (লঘু ত্রিপদী) ॥১॥ হেমন, শ্রীগোবিন্দবু কাওগনু, মাবু কাওত্রবদা কনাবু কিনগাই লৈতে। মীওইবা মপোকসে অঙাংবা মপোক্নি ভব সমুদ্র লাল্লবা সাধু বৈষ্ণবকি সেবা তৌসি ॥ পোকৃলিব অসি অরেম্বদা মাংত্রে নোংমা হৌখিহুনা অরেম্বদা মতম চৎত্রে ॥ অরেম্ববু সেবা তৌহুনা কত্তবা অরিকৃপবু সেংহুনা, পুক্নিনং ইলাং লাংচনা লৈত্রে ॥৩॥ হেমন নংনা, খোইমু ওয়হুনা চরম থবাল তানসি। সংসার কৌবনা পুবি ওইসনু। মাহুদা নংনা কোইনা কোইনা কাওহুনা কৃষ্ণচরন থিযু। প্রবৃত্তি নিবৃত্তি ২না নশাওইযু। রিপু ৬না নখোং ওইযু। খোইমুনা

বিকলে সেবিনু, কৃপণ ভজ'ন,
চপল শুখ লাগিয়ে ॥১॥
মন মধুলিহ, ভব সরোরুহ,
উন্মত্তে কহি ফিরিয়ে।
প্রবৃত্তি নিবৃত্তি, পাখারূপ হই'
ছয় রিপু যতু পদয়ে ॥
যেমন ভ্রমরে, উন্মত্ত মধুরে,
তেমন লুবুইরে।
ছারি হরিপদ, সাধিবঃ খঃ পদ,
নাহায় শ্রীগোবিন্দয়ে ॥২॥
শ্রবন কির্ত্তন, স্মরণ বন্দন,
পাদ সেবণ ভক্তিয়ে,
পুজ সখীগন, আত্মানিবেদন,
ভাগ্যচন্দ্রাভি লাযরে ॥৩॥

॥ পদ ॥

এমতে নৃপমনি দুখ দসা হৈল।
তারপরে মাহারাজ এক ভাব হৈল ॥
মহারাসে গোপী প্রতি শ্রীকৃষ্ণ কহিল।
শুন গোপী গৃহ ছাড়ি তোমরা আইল ॥১॥
শ্রবণ দর্শন ধ্যান আমার কীর্ত্তন।
দূরস্থিতি আকাংখিয়া দৃঢ় প্রেমহেন ॥
এই ভাবে নৃপমনি চিত্তের ভাবিল।
বৃন্দাবন কিছুদূরে স্মরিতে ইচ্ছাহৈল ॥২॥
খেতরীতে যাইবার আকাঙক্ষা হইল।
নরোত্তম বৃন্দাবনে খেতরী ভজিল ॥
সেমতে মহারাজা গঙ্গাতে ইচ্ছিল।
অত এব খেতরীতে যাইতে ইচ্ছাকৈল ॥৩॥

কৈহি খাবদা তাওবগুম্ বুক্সপাদ খীবদাতাওগদবনি ॥ গোবিন্দগী চরন খারবদি অরাবগী সমুদ্রদা লুপকনি। গোবিন্দগী চরন কাওগদুসি ॥ ৩॥ তাজবা শকচবা নিংশিংজবা খুরমজবা শ্রীপাদ সেবা তৌজবা ভক্তি কৎচবা পুজা তোজবা সখীগী তুং ইগ্রহনা অত্মাকৎচবদু ভাগ্যচন্দ্র ঐগী মন নংনা পাম্মুসি ॥ (পদ) ॥১॥ অসুম্না ভাগ্যচন্দ্র অরাবা রাখন ওইপ্রে। অদুগী তুংদা অমুক রাখন অমা খল্লকই ॥ মহারাসদা গোবিন্দনা গোপীদা তাকখি হে গোপীসা নখোইনা রাননবা ঐবু তত্ত তাম্নরি নয়ুম্ নকৈ থাদোক্তনা ॥২॥ উনদনা, অরাপ্পদা লৈরগা ঐগী মাম তাবা উনিংহনা নিংবা ঐগী নাম শেংবা পুম্নক অসি লপ্পা লৈনবনা প্রেম হেনবনি গোবীন্দবাক্য অদুগী রাখন অদু ভাগ্যচন্দ্র খন্দুনা বৃন্দাবনগী ৎয় হন্দোক্লগা খরনি তৌগে খল্লে ॥৩॥ মুন্না খল্লগা খেতরীদা চৎলগে লাসা তৌরে। নরোত্তমা, খেতরীদা বৃন্দাবনভজন তৌখি অদুওম্না ভাগ্যচন্দ্র, নবদ্বীপ পরিক্রমা তৌদুনা খেতরী দর্শন তৌগে মিংলে ॥৪॥ মতাং অসি কবী তনিং অমালোংজৈ। তাবিয়ু শ্রতা থিংক্ মগুন তৈরবা ভাগ্যচন্দ্রনি। মানা মরম ওইদুনা মণিপুরদা গৌর ধর্ম্ম চৎলি মামা মরম ওইদুনা মণিপুরনা গোবিন্দ সেবা কংহল্লি ॥৫॥ মানা মরম ওইদুনা ব্রজগী অথুপ্পা ভজন কংনখি। অদুগা গুরু প্রনালিকা কংনখি। গুরুশিষ্যগী ব্যবহার মচৎ খংনখি (অষ্টকাল) কাল ৮ গী খরনি কংনখি চৎনখি ॥৬॥ মরম অসিদগী ভাগ্যচন্দ্রবু মতিক্ মগুন অখোইবা বমি মশানমুং রাধা গোবিন্দগীনিত্য নৈমিত্তিক সেবা চৎলি। অদুগা মীতোপ্নমুং তম্মি ॥

শুন শুন শ্রোতাগণ করি নিবেদন।
ভাগ্যচন্দ্র রাজা এই মহত্ত্ব রাজন ॥
যার হেতু মণিপুরে গৌড় ধর্ম্ম চলে।
যার হেতু শ্রীগোবিন্দ রাজা সেবা চলে ॥৪॥
যার হেতু ব্রজে গুঢ় ভজন করয়ে।
যার হেতু সর্ব্বাদিক প্রনালি করয়ে ॥
গুরু শিষ্য ব্যবহার যার হেতু করে।
অষ্টকাল ভজনাদি যার হেতু করে ॥৫॥
হেন হেতু এই রাজা মহত্ত্ব মানিয়ে।
নিত্য নৈমিত্তিক কৃষ্ণসেবাদি করয়ে ॥
আর শ্রীমন্নরোত্তম শক্তি করিমানি।
পুর্ব্বা পরে পরম্পরে এই কহে বানি ॥৬॥
সামান্য অংশেতে কাহা গোবিন্দ একদয়া
কার্য্য কারনেতে জান এই সব ক্রিয়া ॥
শ্রীগোবিন্দ আসামেতে সাক্ষাত দর্শন।
অলৌকিক ক্রিয়া মাত্র রাজাতে হয়েন ॥৭॥
কবি বাক্য সাস্ত্র মতে আর অভিপ্রায়।
সময়ে সময়ে সাধু প্রমাণ বেদ প্রায় ॥
পুর্ব্বাচার্য্য বাক্য রীতি সাস্ত্রের প্রমাণ।
শ্রুতিতে কপিল বাক্য ইহাতে প্রমাণ ॥৮॥
মহজ্জন রীতি বাক্য শাস্ত্র রূপহয়।
পরজন শাস্ত্র বলি সেই আচরয় ॥
এমতে কপিল বাক্য শ্রুতিতে কহিলা।
নরোত্তম শক্তি বলি সেই যে হেতু কাহিলা ॥৯॥
ভক্তমালা মধ্যখণ্ডে পঞ্চম অধ্যায়ে।
শ্রীনিবাস নরোত্তম শ্রীজীব আজ্ঞায়ে ॥
বৃন্দাবনে গ্রন্থলৈলা শ্রীগৌড় দেশে গেলা।
মোহনদাস কবির পদ যে কাহিলা ॥১০॥

অদুগ নরোত্তমগী শক্তিনী, মসি ঙক্কতম্না তশেংনা খংদুনা হাইনবনি।

॥৬॥ মহমদি অচম্বা সামন্য ওইরবদি গোবিন্দনা ভক্তক য়াম্না কৃপা তৌকমথোক্তে। তৌরকপা বর্ম্মগি মতুং ইন্দুনা মশক খংদবনি। আসামদা সামু কাবা কান্দা তসেংনা দর্শনপি উহল্লি অদুনা মী ওইনবা ঙমদবা বর্ম্মবু নিংথৌনা ঙম্খি ॥৮॥ পোৎশক থংবা হাইবসে, কবিগী রাজাংনেং শস্ত্রগী মতেং। অদুনা খাঙি। মতম মতম অদুদা শাধুসিংনা প্রমান পিবত্তবু বেদশিংদি হাইরি। পূর্ব্বাচার্য্যম্না হাইরম্বা অদুবু শাস্ত্রগী রা কৌই। শ্রুতীদা কপিলনা, হাইবা প্রমান লৈরে ॥৯॥ মহৎতম্না, অথোইবা মীনা ঙাংবা রাশিদ শাস্ত্রগী মশক্তি। অথোইবা মীনাচৎপা সাজৎপু অথোবা মচৎকৌই। অগুম্না কপিলনা, শ্রুতীদা হাইখি, অদুনা ভাগ্যচন্দ্রসে নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় অসেংবনি ॥১০॥ অদুগা ভক্তমালা গ্রন্থগী মধ্য খণ্ডগী ৫সুবা অধ্যয়দা শ্রীনিবাস নরোত্তম ২না শ্রীজীব গোস্বামী য়াথং পুদুনা বৃন্দাবন্দগী গ্রন্থ লাইরিক পুদুনা গৌরদেশদা লাকই। মুহনদাসগী পদদা হাইরি ॥১১॥ নরোত্তম ঠাকুরনা খেতরী য়ৌরগা, বৈষ্ণব অমা মণিপুরদা থাখি। মানানংতুনা ভক্তি তম্মীখি, অমুক্তা রাহৈ অসি ভক্ত মালাদা মুহনদাসনা লেঙতি ॥১২॥ অদুগা কনানা লাক্‌না বৈষ্ণব ধর্ম্ম তাম্বিবা,। মাগি মরমসি শাধুসিংনা মুম্না খিরগা থংনগান চম্লং থেংগনি ॥শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুগী প্রেমনা নরোত্তম, পোকই॥ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী প্রেমনা; শ্রীনিবাস পোকই। ॥১৩॥ অদ্বৈত প্রভুগী প্রেমনা শ্যামানন্দ, পোকই। অগুম্না ওইখিবনি ॥

ঠাকুর মহাশয় যে খেতরীতে গিয়া ।
বৈষ্ণবে যে মণিপুরে দিলা পাঠাইয়া ॥
তেহো গিয়া শিক্ষা দিল যায়া মণিপুরে ।
এবং তে মোহন বাক্য শ্রীভক্ত মালারে ॥
কোনই বৈষ্ণব মতে কথা জানা ইল ।
যেহেতুক সবে জানি নিশ্চয় হইল ॥
নিত্যানন্দ ছিলা যেই নরোত্তম দাস ।
সেই শ্রীচৈতন্য হৈলা যে শ্রীনিবাস ॥১২॥
শ্রীঅদ্বৈত যারে কয় শ্যামানন্দা হয় ।
তিনের প্রকাশ হইলেন ঐছে হয় ॥
সেতিন অপ্রকটে এতিন আবির্ভাব ।
সর্ব্বদেশ কৈলা ধন্য দিয়া ভক্তিভাব ॥১৩॥
এই পদ কোন ভক্ত বাক্যে প্রকাশিলা
যেহেতুক ভাগ্যচন্দ্র শাক্তয়ে মানিলা ॥

শ্রীপাট খেতরী মনে রাজা ইচ্ছা কৈলা ।
যেমন দারিদ্র গৃহী পরদেশ গেলা ॥১৪॥
গৃহে ভার্য্যা পুত্র স্মরি উদ্বেগ হইলা ।
তেনমতে রাজা মনে যাইতে ইচ্ছা হৈলা ॥
আর নবদ্বীপ ধামে দর্শনে ইচ্ছা হৈলা ।
জৈষ্ঠ পুত্র লাবন্যচন্দ্রে রাজ্য ভারদিলা ॥১৫ ॥
রাজ্য দিয়া রাজনীতি পুত্রেতে শিক্ষিলা ।
শুনহ লাবন্য তোহে রাজ্য সমর্পিলা ॥
শ্রীগোবিন্দ সেবা সদা সততে করিবা ।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব সেবা প্রাণ সমর্পিবা ॥১৬ ॥
এইমতে নৃপমনি বিদায় করিল ।
জুরহস্তনীর ঝুরে প্রার্থনা করিল ॥১৭॥

শ্রীরাগ ॥

রাধে কৃষ্ণ নিবেদন এইজন করে

গৌর, নিত্যাই, অদ্বৈত, অনা লীলা, লোইশ্রবদা শ্রীনিবাস নরোত্তম, শ্যামানন্দ অনা কাওহুনা দেশ অপুম্বা, কৃষ্ণপ্রেম ভক্তি পিচনা মঙ্গল ওইহল্লি ॥১৪॥ মুহনদাসগী পদদা কুনভক্ত হাইবদো নরোত্তমগী শক্তিনা পোকপা ভাগ্যচন্দ্রনি। মরম অহনা, লীলা লোইরমদাইদা, (সিরমদাইদা খেতরী চৎকে নিংলকপনি। মরমদি লাইরবা নীপাবা ময়ুম খাদোক্তুনা অরাপ্পাদেশদা চৎলগা ॥১৫॥ মতম শাংলবদা ময়ুম রমানি মচা, পুংশিরক্তুনা য়ুমদা হল্লগে নিংহুনা লাকপগুম । ভাগ্যচন্দ্র খেত্তরীদা চৎলগে হাইনা আছা তোরে॥ অহুগা নবদ্বীপ ধাম দর্শন তোগে আসা তোত্রে । রাখন লেপ্পা লোইরহুনা, পুমিৎ অকবা য়েংহুনা মচা অহন লাবন্য চন্দ্রদা নিংথৌ খুবম পিরে, লৈপাক শিন্নরে ॥১৬॥ অহুগা রাজনিতি তম্বারে। অহুগী মখাদা অচেৎপা রাজাকপি, হে লাবন্য চন্দ্র, ঙাসদগী লৈপাক আস নঙোন্দা শিন্নরবানি প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দগী সেবা থাগনু ১ঙ্গুং কাওগনু। ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব সেবাদা নথরাই কৎকদবানি ॥১৭॥ অসি হইহুনা, মচাদা তাকপিরগা গোবিন্দদা খুৎলৌরহুনা প্রার্থনা কৎলকই॥ (শ্রীরাগ :) ॥১॥ হে রাধা গোবিন্দ প্রভু ননাইনা প্রর্থনা তৌজরি। রস পুম্নাক মশক ওইনা, থোজান হৈবা ইবুংঙো ইবেম্মান॥ ননাইবু চানবীয়ু॥ তোম্নবা খুদোং থিরবা ননাইবু থৌজানবী হাইবা মীচেৎ অগৎতা কাওনা লৈসগু॥ সাধুশিংগী মুথদগী তাবে, চরন্দা চৎজনবদি অবাবালৈতে হাইনা ননাইবু হন্দোকপিরবদি পাংগল লৈজগে ॥২॥ ইবুংঙো ইবেম্মাপি সেবা থাজনা ননাইদি মণিপুরদগী রাজা লাম্না চৎপাতারে। গৌর

দুহু অতিশয়সময়, সকরুন হৃদয়,
অবধান কর নাথ মোরে ॥ ধ্রু ॥
অধম দুর্গতজনে, কেবল করুনা মনে,
ত্রিভুবনে এযশখিয়াতি।
শুনিয়া সাধুরমুখে, সরণ লইলু শুখে,
উপেক্ষ লে নাহি মোর গতি ॥১॥
তোমাদুহা সেবা ছাড়ি, যাই আমিদেশ ছাড়ি,
দোষনা করিহ নাথ মোরে।
জনমে জনমে দাস, মনেতে করিল আশ,
শ্রীচরণ দেহ অধমেরে ॥

পদ ॥

এইমতে নৃপমনি, প্রার্থনা করিলে।
দণ্ডবতনাত্তস্তুতি, কতেক করিলে ॥২॥
এসংবাদ অবগত রাজার কুমারী।
নবদ্বীপ দর্শনের মনে আশা করি ॥
দিবা নিশি মনে মনে বিচার করিল।
হাহা নবদ্বীপ বলি অনেক কান্দিল ॥১॥
কোন মতে নবদ্বীপ দর্শণ পাইব।
গোবিন্দ জীউকে আমি কেমনে ছাড়িব ॥
এমতে রোদন করি চিন্তা আকর্ষিল।
এসময়ে প্রিয় বাক্য গোবিন্দ বলিল ॥২॥
শুন ভাগ্যবতী তোমি চিন্তা নাকরিহ।
নবদ্বীপে রহিদ্বয়ে আমার ভজিহ ॥
দুরন্তরে দৃঢ় প্রেম একথা জানিহ।
তোমাস্থানেনিতি নিতি আসিবে জানিহ ॥৩॥
এতবলি শ্রীগোবিন্দ অন্তর্দ্ধান কৈল।
নিশা শেসে ভাগ্যবতী কান্দিয়া জাগিল ॥
প্রাতক্রিয়া সমাপিয়া গোবিন্দ প্রার্থিল।
মুখ বুক বাহি পড়ে নয়নের জলে ॥৪॥

লৌবিগন্নু প্রভু ॥ মপোক মপোক থুদিংদা ননাই ওইজগে ননাই অতোননবদা শ্রীচরন পিনৌ অসুম তৌনা ভাগ্যচন্দ্র, রাধা গোবিন্দদা প্রর্থনা, তৌই দণ্ডবত তাই কয়া কপচৈ (পদ) ঃ॥১॥ নিংথৌ নবদ্বিপ যাত্রা তৌগদৌরে পাও তাবদা ভাগ্যবতী। মপাবুং তুং ইন্দুনা নবদ্বিপ পরিক্রমা য়াওগে আসা তৌরে। অহিং নুংথিন অনিদা খল্লুবদা চংনিংবনা নবদ্বিপ কৌহনা কপ্লে। ॥২॥ ঐবু কমদৌনা নবদ্বীপ দর্শণ কংগবা অহুগা শ্রীগোবিন্দগী সেবানা কমদৌনা থাগবা। অসুম তৌনা কপ্তুনা লৈবক্তনা নোংঙল্লমদাইদা গোবিন্দ লাক্লে নুংশিবা রাহৈনা তাকপিরকই ॥৩॥ হে ভাগ্যবতী নংনা রারিবা চিন্তাদো থাদোকও। নবদ্বীপ্তা চৎলো অরাপ্পা অহুদা লৈরগা নংনা ঐবু ভজনতৌ, নিংঙৌ। অরাপ্পদা লৈরগা প্রেম হেনবনি নংনা লৈবা মফমদা ঐনা নিতিগী লাকনি ॥ অসি তাকপিরমগা গোবিন্দ লোপ্লে ভাগ্যবতী মুর্চ্ছা রানথৈ জ্ঞান লাকপদা নোংঙাল্লে কয়া কপই হৃদিংদা মৈচাকপ্লে ॥ কপ্পামথৈ কপ্লগা প্রাতগী স্নাণ কৃয়া কর্ম লোইরহনা গোবিন্দগী মন্দিরদা লাক্লুনা কপ্পা কপ্পা প্রর্থনা তৌরকই (ত্রিপদী) ॥১॥ ভাগ্যবতীনা গোবিন্দদা কংপা প্রেম ননাইনাকয়ম লেংগদগে। মপু মনাইগীপ্রেম অওকপনি ॥ ভাগ্যবতীনা গোবিন্দগী মাংওই নবা লেপ্লগা থোংবীণা পৃথীদা নৈরগা মীৎতগীপিনা মতুম মতুমতারগা হিরা হিরা হাইরকই। হে দীনবন্ধু অতোনবগি মবুতোনি থংহনা কনাগীসরুক থাক্তনা ননাইনা আত্মা কৎপনি। অহুক্তা অগংবীনীনা খিবয়দা ( লুবমন ) পুক্লিংচাহনা মপোক অসে অমেম্বদা হৌপ্লে। ইবুংতোম্বি

ত্রিপদী ॥

চরমে ধরণী লেখি, ভাগ্যবতী সসীমুখী।
অশ্রুধারাবহে দুন য়ানে।
কহেদীন নাথ জানি, প্রাণদিলাম অভাগিনী ॥
তনুমনেদিল পাপিজনে ॥
বিষয় লুব্ধমনে, জন্মগেল অকারনে,
নাচিনিলাম ওরাঙা চরণ।
তারকলপাই আমি, বিচ্ছেদদিলেন তোমি।
নারাখিব এছার জীবন ॥১॥
দাসী হৈব এই মনে, আশাদিলাম তোমাস্থানে
শ্রীচরণ ভরসা করিয়া।
যদি কৃপা না করিলে, নিবেদিয়ে পদতলে।
মরিবহে গরল ভূখিয়া ॥
নয়নের বহিবারি, কান্দয়ে বিলাপ করি।
পড়িগেল ধরনী মণ্ডলে ॥
আর ভাগ্যবতীবলি, আকর্ষিল যৌবনাদি।
ক্ষীণদেহ হৈল সেই কালে ॥২॥

পদঃ

এইমতে ভাগ্যবতী বিলাপ করিল।
পিতৃসঙ্গেযাই বার উদ্যম করিল ॥
স্বরচন্দ্র মুনি একে শকের প্রমাণে।
মাঘের বিংশতিতিথী যেই সোমদিনে ॥৩॥
সেইকালে নৃপমনি যাত্রাযেকরিল।
সহয়স্রে আধিক জন সঙ্গেতে লইল ॥
স্ত্রপুরুষ যতজন আর পুর জন।
এইসব পারিষাদ সঙ্গে কত জন ॥২॥

শ্রীচরণ মশক খংহৌস্রে। মাদুগী কলনা মহৈনা, (বিছেদ) খাইদোকপিয়ে ননাইবু হৌজিক হিংলুবগি কাস্রে ॥২॥ ননাই অমনি হাইদুনা নৈকবনি, শ্রীচরন্দগী হেনবা রাখন অমা খন্দ-বীপা। অদুদা হৌজিক কৃপা পিবিস্রবদি ননাই হিংদুনা কাস্রে হু চাদুনা তসেংনামক শিরপনি। অসি হাইরগা মিৎতগীপিনা গঙ্গা ইহৌবগুম চেম্বদুনা কপ্লগা, রাম্বদুনা পৃথীদা তুস্রে ॥ মতম অদুদা গোবিন্দনা যৌবন বয়স অদু লোশিণস্রে। খুধক অদুদা বৃদ্ধ বয়সঃ অহন হাইবা বয়স অদু ওইস্রে পুকচেন লেপস্রে ॥ অঙকপনি গোবিন্দগী লীলা (॥পদঃ॥) গোবিন্দগী কৃপা অদু কংবদা কপ্পা কপ্পা বিদাই লৌরগা মপাবুং তুং ইন্নবা খৌরাং তৌস্রে। অমুমনা খৌরাং পুম্নমক লোইরবদা শোক (১৭১৭) কী রাকচিং থাগী ২০নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিৎতা ॥ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ নবদ্বীপ যাত্রা তৌই। মী ১০০০ অমদগী হেন্না নিংথৌগী তুং ইল্লি। মুপানা মনাই মুপী রমনী পুদুনা কয়া চৎলি কোমুংগী ইাবর্শ্মশিংসু অদুগা মচাইবেম্মা মচা ইবুংঙো কয়াসু চৎলি। ৩॥ মতম অদুদা তথেল নিংথৌগী মচাইবেম্মা হাইবা লাকই। অদুগা কছারনগীসু মচাইবেম্মা হায়বা লাকই। যত্রাগী ইলাং লাংবদুনা রা হজংপা তমত্রদুনা লোইনদুনা চৎমিন্নরে মনিপুরগী মীয়ামনা নিংথৌবু য়েংহৌসি খুরমহৌসি চেনখোকনরকই ॥ ৪॥ মুপা, মুপী নহা অহন থাকখিস্রে শথা ফুনংগ্র কপ্পবনা নিনস্রে। মথাংগী পাণ্ডব মতানা স্বর্গ কাবদা মীয়ামনা কপনবগুমস্রে ॥ ৫॥ মমৌশিংনা মকুগী মাংদা চৎলি ইকাইবা অকিবা নৈনখিস্রে। প্রেমানদি অচৌবা ইপাক ময়াইদা হিজাও লুপলবদা রানবগুমস্রে॥ প্রেমান অমনা অকংবা

সেকালে ত্রিপুর হৈতে কন্যায়ে যাচিল।
আরকচাড়ের জন যাচিতে আইল॥
এইসব রাজা সঙ্গে তথাতে চলিল।
যাত্রাকালে গৃহ ছাড়ি প্রজা ধাইগেলা ॥৩॥
কিবাস্ত্রী পুরুষ জন কান্দিয়া ধাইল।
পথে পথে আবরিয়া বহুত কান্দিল॥
পাণ্ডবে স্বর্গেত যাই যেন প্রজাগনে।
হাহাকার করিয়া ডাকয়ে ঘনে ঘনে ॥৪॥
শ্বশুরে এড়িয়া পাছে বধু ধায় আগে।
লাজ ভয় তেজিয়া ধাইল বায়ু বেগে॥
ঘোর সিন্ধু মধ্যে যেন ডুবিল তরনী।
ঘোরবনমধ্যে যেন বোড়ল আগুন ॥৫॥
সেইমতে নিরাশা হইল প্রজাগণ।
উর্দ্ধশ্বাস করি কান্দে বলে সর্ব্ব জন॥
কোথা যাও মহারাজা ত্যাজি সবাকারে।
কোনদোষে মোরা সবে চাহে ত্যাজিবারে ॥৬॥

জনক জননী রূপে করিলা পালন।
তোমারাজা বিহনে মরিল সর্ব্ব জন॥
এত বলি প্রজাগণ শোকাকুল মন।
তাহাদেখি নৃপমনি বলিল বচন ॥৭॥
শোকনা করিহ সবে যাহ নিকেতন।
আমাসম এলাষন্য সভারে পালন॥
মম বাক্য অন্যথা না কর সর্ব্ব জন।
নিজ নিজালয়ে সবে করহ গমন ॥৮॥
সংসার অসার সার নন্দের নন্দন।
মনেতে চিন্তিহ সভে কৃষ্ণের চরণ॥
কৃষ্ণ ভজ কৃষ্ণ চিন্ত কৃষ্ণ কর সার।
ভেবে দেখ কৃষ্ণবিনা গতিনাহি আর ॥৯॥
পর কালে বন্ধু তেহো নন্দের নন্দন।
অনায়াছে তার যায় এভব বন্ধন॥
এই রূপে প্রবোধ কারল প্রজাগন।
তারপরে নৃপমনি চলিল স্বগন॥

বন্দা মৈ চাকপজমপ্রে, মনিপুর প্রজানা সুত্তাইনখিদবদো॥ ৬॥ অস্থমনা প্রজা পুয়মক স্বর মপি হোন্দুনা কয়া কপ্পে অমনা অনবু থামনখিন্রে॥
হে মহারাজ ইবুংঙো, পুয়মক থারগা কদাইদা লেংলিবনো, করি দোষদগী ঐখোইবু হন্দোক পিথনো ॥৭॥ ইমা, ইপাগুম্ য়োক্পিবনি, অদুম্বা, নিংথৌ লৈত্রবদা ঐখোইনা করম পানগনি শিবদা তাই অসি হাইনহুনা কপ্পখিবনা থাম্বা য়ানখিন্রে। অদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ॥ ৮॥ প্রজা য়েংহুনা চাইরকুই অরাবা থাদোক্তনা য়ুমদা হল্লো ঐনা তৌবগুম লাযন্য-চন্দ্রনা প্রজা পুয়মকপু য়োক্কনি। ঐনা হাইবা কাওগনু শিবকোয়বা মন্ত্রগুমা থম্মু। নংপি নংগী য়ুমদা হল্লো অদুগা ॥৯॥ মচি লৈত্রবা সংসারগী মচিওইবা নন্দনন্দন শ্রীকৃষ্ণগী চরনবু নিংঙু। মাবু কাওগনু অকংবা পোৎ ইবুঙোদা কৎলু আত্মা কৎলু। মাগি সেবা তৌরগা লোইয়েথন্দুনা। য়েংঙু ইবুঙো মাবু মহুনা ঐখোইগী কনা লৈবগে ॥১০॥ হৌজিক্তসুং শিরবদগ্র ইবুংঙো মাবু নত্তমা কনা লৈবগে। মাগি কৃপাতনা সংসার সমুদ্র লালগদবনি অসি হাইহুনা প্রজা পুয়মকপু চেক্শিন্না থায়ে অদুগি তুংদা মনাইশিংনা থৌগন্দুনা লোক্লে ॥১১॥ প্রজা অপুন্না, অরাসুংশি য়ায়না য়ুম্নম ময়ুমদা হল্লি নিংথৌ অদুম লাকপনা ত্রিপুর অমাংদোং য়োয়ে। মচা ইবেম্মা ভাগ্যবতী রতন মঞ্জুরী কন্যা, অদুগা মহারাণী কয়াগা লোইননা

দুঃ খচিতে প্রজাগন ঘরেতে চলিল।
এথা রাজা বিষ্ণুপুরে গমন করিল॥
ভাগ্যবতি আর রানী রতন মঞ্জুরী।
এইসব সঙ্গে রাজা গেলা বিষ্ণুপুরী॥১১॥
স্বর্য্য অস্তাচলে গেলে সেস্থানে বসিলা।
ভোজনাদি ক্রিয়া করি সয়ন করিলা॥
শেষ রাত্রে রাজা স্বপ্নে অদ্বৈত আইল।
দ্বিজ রূপে রাজা স্থানে ডাকিয়া বলিল॥১২॥
উঠ উঠ ভাগ্যচন্দ্র বলে বারে বারে।
শুন রাজা দেখ দেখ মুরুতি আমারে॥
স্বপ্নেতে দেখিল রাজা ব্রাহ্মণ মুরতি।
প্রেমময় কলেবর অঙ্গের যে জ্যোতি॥১৩॥
তিলক সোভিত ভালে মুদ্রা নামাঙ্কিত।
স্কন্ধে যজ্ঞ স্বত্রে শোভে প্রেমে পুলকিত॥
হাতের তুলসী মালে 'মন্ত্র মন্ত্র' বোলে।
সেমুরুতি দেখি রাজা তনু মন ভুলে॥১৪॥
প্রভু বলে ভাগ্যচন্দ্র দেখ তোমা নাথ।
অদ্বৈত আমার নাম শান্তিপুর নাথ॥
তোমিগেলে বিষ্ণুপুরে রহি এই স্থানে।
গোবিন্দ বিজয় গোবিন্দ নিত্যানন্দ্ব স্থিতিনে॥১৫॥
যত দেব তোরদেশ হৈল অধিস্থানে।
অত এব তোর দেশ রহি এই স্থানে॥
কাঠালের মুল শেষ গোবিন্দ রোপণ।
ভাস্কর আনিয়া মুলে মোরে আরোপণ॥১৬॥
ঘরে রহি খেতরীতে ব্রজের ভজন।
সেকৃপা শ্রীরাধাকৃষ্ণ পাইবে চরণ॥
এত বোলি অদ্বৈত প্রভু হৈল অন্তর্দ্ধ্যান।
তারপরে নৃপোত্তম কান্দি জাগরণ॥১৭॥
জাগিতে প্রভাত কালে হৈল সেই ক্ষণ।
প্রাতঃ ক্রিয়া সব কর্ম্ম হৈল সমাপণ॥

বিষ্ণুপুরদা থুংভে ॥ ১২ ॥ মতম অদু সুমিৎ তারদুনা অহিং লৈনবা থোরাং তৌদুনা পোৎখানরে প্রসাদি সেবা কংদুনা পোৎখানরে। অদুনা নোংঙাল্লমদাইদা নিংথৌগী মমংদ অদ্বৈতনা, ব্রাহ্মণ অমগি মশক ওইদুনা লেংলক্লে ॥১৩॥ হৌগৎলু হৌগৎলু ভগ্যচন্দ্র অদুগা ঐগী মুর্ত্তিসে মুন্না য়েংঙু নংনা ঐবু কাওদনবা। অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা ব্রাহ্মণ মুর্ত্তি অদু য়েংজি। থাজৈসেংবা প্রেমগি মুর্ত্তিনী মঙালি ॥১৪॥ লাইবক্তা চন্দনা নামমুদ্রাগা লোইননা ঙালি। লেংবাল্দা পুঙনা মচাতানা কজৈ থুত্তা তুলসীগী মালানা খর খর লেংদুনা ঙাল্লি। অদুম্না মুর্ত্তি অদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ প্রেম্না ঙাওখ্রে ॥১৫॥ অদ্বৈত প্রভুনা হে ভাগ্যচন্দ্র করিগী ঙাওরী নবুংঙোনি ঐ অসে ইমিং অদ্বৈত কৌই শান্তিপুরদা লৈবনি নংনা চৎখ্রগা ঐদি লৈহৌবা তারে অদুনা ঐবু নিরূপোন ভোরমখো বিষ্ণুপুর অসিদা ঐনা লৈগনি॥ গোবিন্দনে বিজয় গোবিন্দনে নিত্যানন্দ নবুংঙোনে ॥১৬॥ অদ্বৈত ঐনে পুমমক অসি নংনা চৎখ্রবদুং ঐখোইদি লেংদনা লৈরগনি। অদুগা ঐগী মুর্ত্তিদি, থৈবোংগী মরু কক্‌না থমজিবা অদুনা নিরূপনভো। ননাই ভাস্কর লক্ষন কৌদুনা সেবা ওইহল্লু ॥১৭॥ নংনা নবদ্বিপ পদ্মি ক্রমা তোরগা খেতরীদা লৈয়ু। ঐগী কৃপাদগী শ্রীরাধা গোবিন্দগী চরন ফংজো। অসি ভাবুনিয়রগা লেংখ্রে। ভাগ্যচন্দ্র মিকপ থোকই নোং থোংবত্তুব কপই ॥১৮॥ অদুগ নোংঙাজে প্রাতগী কৃয়া কর্ম্ম লোইদুনা মীরাব তিল্লবদা থংদি রাথি লিদুনা পুমমকপু তাহল্লে অবদা

পাত্র বর্গেনিজ গনে স্বপ্ন যে কহিল।
স্বপ্ন কথা শুনি সব কহে ভাল ভাল ॥১৮॥
সেইদিনে শুভলগ্ন মন্দির রচন।
অল্পদিনে সিংহাসন আদি সমাপণ॥
দূত পাঠাইয়া বৃক্ষ মুল আনাইল।
ভাস্কর আনিয়া তাহা মুর্ত্তি করাইল ॥১৯॥
নির্ম্মানান্তে অঙ্গ রাগ চম্পক বরণ।
মুখ নাশা নেত্র ভুরু পরম শোভণ॥
শুভলগ্ন তিথী চায়া জীবন্যাসে কৈল।
যজ্ঞ করি সঙ্কীর্ত্তণ গাণ আরম্ভিল ॥২০॥
অন্ন' বস্ত্র স্বর্ন' রূপ্য বহু দান কৈল।
রাজা ভক্তি ব্রাহ্মনাদি সব তোষাইল॥
জীবন্যাস অন্তে প্রভু আরতি করিল।
সেই কালে ঘণ্টা শঙ্খ সঙ্কীর্ত্তন কৈল ॥২১॥
আরাত্র্যান্তে পরিক্রমা দন্ডবত কৈল।
প্রভু অগ্রে কান্দি কান্দি হস্ত জুর কৈল॥
শুণ প্রভু সীতা নাথ দয়া কর মোরে।
এতবলি প্রেম দাস গীত গাণ করে ॥২২॥

গন্ধার রাগ॥

গৌরচন্দ্র নিত্যানন্দ, অদ্বৈত পরমানন্দ।
তিন প্রভু একতনুমন॥
ইথেভেদ বৃদ্ধি যার, সেইযাউ ছারখার।
তারহয়েনরকেগমন॥
অদ্বৈতের করুনায়, জীবে প্রেম ভক্তিপায়।
গৌরাঙ্গ পাদপদ্ম মিলে॥
এমন অদ্বৈতাচান্দে, পড়িয়া বিষম ফান্দে।
পাইয়াছে নাভজিনু হেলে ॥১॥
ধিকধিক মুঞিদুরাচার। ধ্রু॥

প্রজা অপুম্বা ওনখোক্লা মুংঙাইনরে ॥১৯॥ মুমিৎ অদুদা অকবা লগ্ন য়েংদুনা মন্দির যাত্রা হন্নুনা য়াম্না থুনা সাগৎলে। মুমিৎ ইকুই কুইদনা সিংহাসন্না চিংবা সারে রাজহৌসং অগমুহোন মান্দোপ মথং মথং প্রজা মীয়াম্না সাগৎলি। মনাই থাদুনা বৃক্ষমুল অদু লৌথরুরে। মনাই ভাস্কর লক্কনবু শ্রীমুর্ত্তি নিরুপোন তৌহল্লে।

২০। নিরুপোন লোয়রদুনা অঙ্গরাগ তৌরে থোল্লে। নৈহাও নৈরেন, মচুনি, থাঙ্কে-সেংবা সনাগী মুর্ত্তিনে। লাইবক তাবা, নাতোন তাবা, পিগুম, মীৎয়ৈ, তাবা য়েংবদা অওকপা কংনা কজে। অদুগী, অকবা, তিথী, লগ্ন য়েংদুনা, অধিবাস, হৌদুনা, জীবন্যাস যজ্ঞ হৌরে; সঙ্কির্ত্তন পালানা অহিং অমুক মুংথিল কাংদনা শকই ॥ ২১ ॥ মুমৎ অদুদা মন্দিরনাচিংবা য়ুম পুম্নমক কৎলি। অভিষেক লোয়রদুনা, ফিনচিংবা সনা, লুপা, দান দক্ষিনা তৌরে, নিংথৌনা ভক্তি কৎদুনা, ব্রাহ্মন বৈষ্ণবস্ পেনহল্লি। জীবন্যাস লোইরবদা আরতী কৎলে, মোইবুং, শরিক সঙ্কির্ত্তনগা লোয়ননা অদুগী তুংদা ॥ ২২ ॥ পরিক্রমা তৌরে দণ্ডবোত প্রনাম ভক্তি কৎলে। ভাগ্যচন্দ্র মবুঙোগী মাংদা থুৎ লোয়দুনা প্রার্থনা তৌরকই। হে প্রভূ সীতা নাথ ননাইবু থৌজামবিয়ু। প্রার্থনা অসি কৎলবা তুংদা, প্রেমদাসগী গীৎ অমা শকদুনা কৎলকই ॥ ॥ (গন্ধার রাগ) ॥ ১ ॥ গৌরচন্দ্র, নিত্যানন্দ অদ্বৈত, ইবুংঙো, অহমসে তসেংবা মুর্ত্তি অমত্তনি, মসিদা তোঙান তোঙানা খল্লবদি ঊৎ রাই ওয়রদুনা মাংগদবনি। অদুগা

